**Houjikki Sahitya Amasung Sanskriti**

A collection of Manipuri Essays on contemporary literature and Culture by **E. Nilkanta Singh**, Writers' Forum, Imphal

অহানবা ফোঙবা ঃ *সেপ্টেম্বর, ১৯৯৮*

অফোঙবা ঃ *ডা ঃ এলাংবম দিলীপকুমার সিংহনা*
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক

কোপীরাইট ঃ

কোপী মশীং ঃ

মখুম য়েকপা ঃ *[illegible] জিৎ নাওরেম*

মমল লুপা ঃ *৬০/-*

নম্বা ঃ *পদ্মা প্রিন্টরস (কম্প্যুটরাইজ), ইম্ফাল*

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

- অচাইবা লৈ (ৱারেং — ১৯৫৭)
- মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ (ৱারেং — ১৯৬৮)
- চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি (শৈরেং — ১৯৭১)
- মতমগী ৱাখল (ৱারেং — ১৯৭৩)
- Aspects of Indian Culture (Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy —1982)
- তীর্থ যাত্রা (শৈরেং — ১৯৮৫, সাহিত্য একাদেমী মনা ফংখ্রবা)
- সংস্কৃতিগী শক্লোন (ৱারেং — ১৯৯১)
- Fragments of Manipuri Culture (Omsons Publication, New Delhi – 1993)
- Monographs On Bhadra Singh and M.K. Priyobrata Singh (Arts Society, Imphal)
- Manipuri Dances (Omsons Publications, New Delhi – 1997)

মচাশিংবু মী ওইনবা শেমগত্তবা য়াদে
হায়বগী অচেংপা ৱাশক্কা লোয়নননা
য়াম্নমক লৈত লৈতনা
ঐখোয়বু মপান্দা লাইরিক তম্নবা
থাবীখিবা
লৈখিদ্রবা পঙ্থৌ অপোকপা
এলাংবম বকুল সিংহগী
পূন্যস্থৃতিদা

# বাহৈ অমনিদং

হৌখিবা চহী ১০ মুকসিদা ঈশৈ, জগোয়, থিয়েটর অমসুং সাহিত্যগী মরমদা ঐহাক্না খনজখিবা অমসুং ইথোকচখিবদু লাইরিক ওইনা অয়াবা খরা ফোঙদোকহৌবনা তুংগী ওইনা খরদং কান্নগদ্রা হায়না খনজদুনা ঐহাক্কী মণিপুরী ৱারেংগী মরিশুবা লাইরিক অসি ফোঙদোকচবনি। অয়াম্বনা সেমিনার কয়াদসু পাথোকচখ্রবনি অমসুং ইমারোলগী জর্নেল কয়াদসু ফোঙদোকচখ্রবনি। পুন্নমক অসিবু ফোঙদোকচবগী অয়াবা পীরকপা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়, পাম্ভোইবী নাত্যমন্দির থাগী চেফোঙ - সনথোঙ, মিংশেল, মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী, মণিপুরগী আর্টস অমসুং কলচরগী ডাইরেকটোরেটনচিংবা সংস্থান অমসুং শীনবীরিবশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। ফংজরিবসি ফোঙদোকচবগী নুংঙাইবা অদুতনি।

লাইরিক অসি নম্বগী শরুক্তা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা প্রুফনচিংবা লৌবীবগী অৱাবা থৌদাং লৌবীরক্লিবা শীংথানরবা ৱারী মচা ইবা কৈশাম প্রিয়োকুমার অমসুং মখুম য়েকপিরিবা কবি বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী লমনসু তোনশিনজরে। রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগী থৌশীল মখাদা নত্তুবদি লাইরিক অসি পুথোকচবা ওইথোক্তে হায়বদুসু ময়াম্না খঙবীরবনি। পদ্মা প্রিন্টরনসু য়াম্নমক চেকশিন্না মতম চানা লাইরিক অসি নম্বা লোইশিনবীরি। পুন্নমক্কী মফমদা অমুক্কসু হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

নীলকান্ত

২৩।৯।৯৮

# বামাঙ য়ানবা

মণিপুরী অইবশিংনা মতম পুন্নমক্তা মায়োক্নরিবা লাইরিক ফোঙবগী অবাবা অসি কোক্নবগী পান্দমদা খৃষ্টকুম ১৯৮৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ৩ দা লীল্মংখিবা রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল - ঙসিদি চহী তরা মপুং ফারে। তেনখ্রবা মতম অসিদা ফোরম্না উপন্যাস, ড্রামা, ৱারীমচা, শৈরেং, নৈনবা ৱারেং অমদি অনুবাদ নচিংবা সাহিত্যগী মশা কয়াসিদা মণিপুরগী শক্লাইরবা অইবা কয়াগী লাইরিক লেপ্তুনা ফোঙলি। ফোরমগী হান্নগী পান্দমদগী মীৎয়েং হেন্না পাকথোক চাওথোক্তুনা — মণিপুরী লোল অমদি সাহিত্য চাওখৎনবা থবক কয়াসু পায়খৎলি। অইবশিংগী ডিরেক্টরি, মণিপুরী টর্মিনোলোজিগী গ্লোসরি নচিংবা কয়া ফোঙনবগী পান্দম থল্লী।

ফোরম অসিনা লাইরিক ফোঙদুনা শেন্দোং তানবগী ৱাখল লৈতে। শুপ্নতগী লাইরিক ফোঙবগী অৱাবা অসিদগী কন্নবা ফোরমগী পান্দমশিংগী মনুংদা পান্দম অমখক ওইবতনি। অইবশিংবু পূক্লিং থৌগৎপা, তেংবাংবা অমসুং মগুণ লৈবা লাইরিক পুথোক্নবা হোৎনবনি। অনৌবা আন্দলোন অসিগী খুৎমাবনি।

শ্রীএলাংবম নীলকান্তগী 'হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি' কৌবা লাইরিক অসিনা ফোরমগী ৫১ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

*ইম্ফাল* **কৈশাম প্রিয়োকুমার**

*সেপ্টেম্বর, ১৯৯৮* *জেনেরেল সেক্রেটরি, রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল*

## য়াওরিবশিং

# কবি মীনকেতন ঃ পুন্সিগী অরোইবা ৱাখল

১৯৯৫ গী মার্চ থাদা মণিপুরগী পণ্ডিত অমসুং কবি অশাংবম মীনকেতন লৈখিদবসি - যুগ অমগী অরোইবা য়ুখল থাদরকপনি। চহি ৯০ শুথ্রবা কবিসি কুনশুবা শতাব্দীদা হৌখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা য়াহৌদা (ইংরাজীদা - রেনাসাঁস) মপুংওইবা থৌদাং য়ারম্বা মীশক্নি। মহাক্না শোক্তবা, খঙদবা ফজহনলম্‌দববু লৈরমদে। ইরমই-শৈরেং লাইরিক কয়া, নাটক, নৈনবা লাইরিক, আত্ম জীবনী, ধর্ম্মগী লাইরিক অমসুং মশীং থীঙমদ্রবা ভাষণ কয়া। অনুবাদ তৌরমই — সেক্সপিয়ার (লুক্রেসী ফমলানবা), বাংলাগী মধুসুদন দত্ত (মেঘনাদ তূবা কাব্য ৭ শুবা শরুক) অমসুং রবীন্দ্রনাথ (ইংরাজীগী গীতাঞ্জলি)। মশামক বৈষ্ণবনি - নীংজবা। শ্রীচৈতন্যগী পুন্সি - শ্রীকৃষ্ণ-চৈতৈন্যদেব ইরমই। ৱাখলমক্তি জগৎকী মমাদা চংজবা তান্ত্রিক সাধনানি। শ্রীঅরবিন্দগী ৱাখলগা নকশিন্নরমই। শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি ইম্ফালগী সভাপতি কুইনা ওইরমই। ইংরাজীগী মথক্তা সংস্কৃত বাংলা অমসুং হিন্দী নীংথিজনা খঙই। মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যগসু শম্নে পণ্ডিত কয়াগা লোয়নদুনা। থিয়েটরদ ফাওবা কুমদুনা নুপীগী রোলদা ফজবা এক্টিং তৌখিবগী ৱারী লৈ। জাতিগী মনা-মথুমদি ফংদববু লৈত্রে হায়বা য়াই — সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড (১৯৭৬), তগী হৌদুনা মণিপুরী সাহিত্য পুরিষদকী 'সাহিত্য রত্ন' ভারত সরকারগী 'পদ্মশ্রী' (১৯৮৫) অমসুং মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী খ্বাইদগী ৱাংবা সন্মান — ডি. লিট (১৯৯০)। অমা ফংবদা ওক্লবা ঙাক্তনি।

অদুবু ৱাহং অসিমদি হংনিংলি। ঐখোয়বু চপচানা মহাক্কী মগুণ খঙলবরা? মচেৎ মচেৎ য়েংদুনা মানা মানা ঙমজবা খরা খঙজবগী মহুত্তা মহাক্কী অপুনবা দান অমসুং পুন্সিবু নৈনবগী মশক্তি লৌখত্রি। মহাক্কী তোপ-তোপ্পা শৈরেংগী মগুণ অমসুং মফোংদোক ফজৈ। অদুবু মগুণ লৈ হায়বদি খঙনরগা য়াম্নমক পানবদি নত্তে। ঐখোয়না মাবু শক খঙদ্রি। কনাগুম্বা পণ্ডিত অমতনা কবিগী পুন্সি ৱারী ইদ্রি। লাইনদি য়ারোই - নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালনা কবি অসিগী পুন্সি অমসুং থবক্তা নোংমগী সেমিনার (১৯৯০) অমদি পাঙথোকখ্রে। মসিগী মরুওইবা মরমদি - কবিগী মগুণবু শীংথাবনি। ৱাখল লৈবা

সাহিত্যকার অমনি হায়বদি কনানসু য়েত্তে। অদুবু মহাক্কী অইবশিংদি অয়াম্বনা পানদে। লমদম অসি মণিপুরনি।

সাহিত্য অমসুং কলাগী মায়কৈ পূম্নমক্তা চপচাবা দান তৌরবসু রবীন্দ্রনাথপু বিশ্বকবি হায়না খঙনরি। মশানসু হায় — ঐহাক্তি কবিনি। শিরমদাইগী মীকুপ ফাওবদা কবিতা ইবা লেপখিদে। "তোমার সৃষ্টির পথ" (নহাক্কী খুৎশেমগী লম্বী) হায়না হৌবা শৈরেংদু ইরম্নগা অমুক চুমথোকপা নংদনা হকচাং থাদোকখি। ঐখোয়গী মীনকেতনসু চপচাবা কবিনি। কবি মীনকেতন হায়বনা মহাক্কীদি চপ চাবনি। পুন্সি লোইরমদাইগী মীকুপ্তা থনমই — তাংকক (ষ্টেনজা) ২০ গী শৈরেং "পোক্নরম দর্শন" হায়বা অমা। লৈখিদবা মতুং কুইদনা শৈরেং অসিসু য়াওনা লামায় ৪১ পানবা "য়াচঙ শৈরোল — খম্মিন তেংথা" মিংথোনবা অমা ফোঙলকই। মহাক্না পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপকীদমক থৌরাং তৌরকপসি কুইরবনি। লাঞ্জাউ মমাংদা (১৯২৬) ইখিবা শেম্বীবা মপুদা চঙজবা প্রার্থনাগী শক্তম লৌবা "বসন্ত শৈরেং" ফোঙলবা মতুংদা ফোঙলকইবা কাব্যগী লাইরিকশিংসি মপুং ওইনা অসুম্না লৈরি — ১। অশৈবগী নিতাইপোদ (১৯৭৬ - সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ ফংখ্রবা) ২। অশৈবগী শৈরোই (১৯৭৭) ৩। অশৈবগী জয়ভাই (১৯৭৮) ৪। বিদায় আশীর্ব্বাদ (১৯৭৯) ৫। সনরিক পরেং (১৯৮১) অসিনচিংবা। লমদম অসিগী লাইবক থীবদি কনাগুম্বা সাহিত্যগী আলোচক অমত্তনা মীনকেতনগী শৈরেংগী মতাংদা (সেমিনারদা চে পাবা নত্তনা) নৈনদ্রি।

কবিগী অরোইবা শৈরেং — 'পোক্নরম দর্শন' হায়বসি মমা লমদম, মণিপুরদা কৎচবা মহাক্কী পুন্সিগী শ্রদ্ধাঞ্জলিনি। অসুম্না শৈহৌই —

"নুংশি নুংশি লম্নুংসি
লোইবি চীংনা কোনবরম
কোলোয় নুংশি মণিপুর
চীংদা য়েংলুই মনুংশি
তমদা য়েংঙি মনুংশি"

মমা লমদমবু কবিগী অরোইবা মীৎফমদা য়েংজবগী অয়ৌবী মশক্কি। কবিগী মীৎফমদ অমত্তা ওইরকই — নুপী পুম্নমক ইমাগী মশক। ইমা লমদমসু ইমাগী মূর্ত্তি। মালেম লৈমসু ইমা লমদমগা অমত্তা ওইরকই। শৈরেংসু অর্থ শেরাম্নন খঙখিগদ্রা হায়বগী

চিংনদুনা কবিনা শৈরেংশিংদা টিকা হাপই (মতাং অমদা ইরকই — "জগৎ পোকপী ইমাদি মশক নাইদবনি। মালেমনা মহাক্কী অউবা শক্তমনি। ঐখোয়গী পোক্করমনা মালেম শকপনা মণিপুর, ঐখোয়গিদী পোক্করম মণিপুরনা ইমাগী অউবা শক্তমনি। ঐখোয় নুপা নুপী লৈরীবসিংগী ইমা ইমানা মণিপুর সনা লৈময়োনগী অচৎপা শক্তমনি। শন্না জগৎ পোকপী ইমাগী মণিপুর অউবা শক্তন্নি" (য়াচঙ শৈরোল - খম্মিন তেংথা - লামায় ১৭) অসিনা কবিনা উখিবদি (অঙ্কগী শক্তমদা) - জগৎ পোকপী ইমা = মণিপুর ইমা = ঐখোয়বু পোকপী ইমা। মণিপুরবু মন্ত্রগী মতৌগুম্না শোনবগী পেনবা নাইদে। অসুন্না শৈরেং অসি লোইশিল্লি —

"কোলোয় নুংশি মণিপুর
মণিপুর - মণিপুর
কোলোয় নুংশি মণিপুর
কোলোয় নুংশি মণিপুর ম-ণি-পু-র।" (লাঃ ২০)

ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বীনা লাইরিক অসিদা ইরি — "চুন্নত ৱাহৈনা ফোঙদোকপদা নত্তনা কবিগী অরোইবা য়াহিপ তাল্লমদাই থা অমরোম অসিদি শৈরেংশিং অসি ঈশৈ ওইনা শক্নুনা, মখূৎ ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা চোংদুনা লৈখি হায়" (ৱাহৈ খরদং - লাঃ ৩)। মমা লমদমবু অসুক য়াম্না য়ৌশিননা উবা ঙম্বা, নুংশিবা ঙম্বা কবি অমা হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না থেংনদ্রি। চাউরবা দর্শন অমগসু কোন্নরি। পোক্কফমগা ঐখোয়গা শিরবা ফাওবদা অদুম মতম পুম্বদা চৎমিন্নদুনা লৈগনি। মৈ-ঈশিং-নুংশিৎনচিংবা হায়দুনা পোৎচঙ মঙানা শাবা হকচাংনিনা শিরবা মতমদসু অদুম মালেম লৈদা পোক্কফম লমদমদা তিন্দুনা লৈহৌগনি। নুমিৎথানা পাল্লিবমখৈদি। হৈনা লৈনা হৈখোং লৈখোংদা তিনখিবগুম চরৈ ফিমলদি অদুম তিলহৌরগনি মালেম লৈমদা।

মথক্তা পঞ্জিখ্রবা লাইরিক মচা অসিগী লেমহৌরিবা লমায় ২১ মুক অসিদনা মণিপুরগী সংস্কৃতি, মৈহৌরোল অমসুং পুন্সিগী মরমদা পণ্ডিত মীনকেতননা মহাক্কী শাংলবা পুন্সিগী সাধনাদা ফংলকপা পুম্নমক য়াম্নমক শন্না অরোইবা ৱাহৈদা ফোঙদোক্রমই। থনল্লিবা খরসি চপচাবা প্রমান তৌনবা অরি-অনৌ লাইরিক কয়াগী তেংবাংগা কোন্ননা থনম্বা য়ানবা চাওরবা লামায় ৫০০ মুক্তগী তাদবা লাইরিক অমদি থনমফম থোকপনি। মদুগী খুদোং চাবদু পণ্ডিত অসিনা লৌখিদে। লমায় ২০ মুক অসিদা অঙ্কগী তারকপা

ফলগুম্না থনমই। মসিমকসু অমাঙবদি নত্তে। তুংগী পণ্ডিতশিংদা অমুক পাওখোং ওইনা শিন্নরম্বনি। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপুসু হিন্দুগী পুরাণ অমসুং বেদগী মীৎয়েংদগী (মৈতৈগী অরিবা পুয়াগসু কোন্ননা) মণিপুরগী লিরবা সংস্কৃতিবু মশক তাক্লমই। মহাক্কী লাইরিক কয়াদা মপুং ওইনা "মীতৈ কীর্ত্তণ" অমসুং "পাখংবা" হায়বা লাইরিক্তা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মতেং ফাওবা লৌদুনা। মীনকেতননা বেদরোমদা অদুক কন্না চঙদে। মহাক্কী মীৎয়েংনা তন্ত্র-শাস্ত্রগী মায়কৈদনি। ইতিহাসকী পণ্ডিত অমা ওইবনা এনথ্রোপোলোজি, গ্রীক অমসুং রোমান সংস্কৃতিগী লিরবা মশক্তনি। লম্বী তোঙান্না চৎনরবসু তারকপা ফলদি ফনা য়াম্না নকশিন্নবা কয়ামুক য়াওরি। মিশোর (ইজিপ) গী লিরবা সভ্যতাগা চাংদম্নে। গ্রীককী দেব দেবীশিংগা নকশিন্নে। চপচাবা লাইরিক্কী প্রমানমক্তি পীরমদনা কল্পনানা মপুং ওইনা উবা শরুকসু য়াওদবদি নত্তে। অদুবু ইতিহাস খঙবা পণ্ডিতনিনা তারকইবা মওং খরসি তরাইনা ছন্দোকপসু ওইথোক্তে। নুংগী ওইবা অচুম্বা কয়াসু থেংনবা মাল্লি। মীনকেতনগী জগৎতি অরি-অনৌ অনিগী থোং শাবনি। কবিগা বৈজ্ঞানিককা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নবনি।

ভারতকী পুরাণ অমসুং তন্ত্রগী মীৎয়েংদগীদি মণিপুর তীর্থ অমনি হায়বসি খঙনরি। থায়নগী হেন্ন পাকপা ভারতকী খোয়দৌগী মশক ওইনা তন্ত্র শাস্ত্রগী খোয়দৌ কুণ্ডলিনীগী চক্রবু মণিপুর হায়বগুম্না লমদমসিবু মণিপুর কৌরম্বা য়াই। নোংপোক চিদাইগী লম অসিবুসু সনালৈবাক (স্বর্ণভু) অসুম্না কৌনৈ। মণিপুরদা নুমিৎ নীংবনা হৌরগা শিব নীংবনা শমথরকই। কীরাটশিংনা "র" বু "য়" গী উচ্চারন তৌই। অসিনা কৌরি — হরিচক (যুগ) পু হয়িচক, হরচকপু হয়াচক। হরিনা নুমিৎনি। হরনা শিবনি। হয়াচকতা "কুরু" শিদবা শিদবী নীংবনা তন্ত্র ধর্ম্মনা মপুং ওইবগী খুদম পীরি। গুরুগী ফানখোং অহুম হায়বসি ত্রিপুরগী মহম্বোক অমনি। জগৎ পোকপবু "ক" কৌই। মৈতৈনা কোং অকোং হায়না খোম্বৌক্লে। অনজিনা (তন্ত্রগী ব্যাপিকাশক্তি) না ইমাগী মশক্লি। নংসু কো অঞ্জি অনিগী মচানি হায়বসি মৈতৈনা হায়নবনি। পণ্ডিত মীনকেতনগী মততা - হয়িচক, হয়াচক কী মতুংদা লাকপা লাংবচক হায়বসি "লং" হায়বদি লৈমরেল নীংবা যুগনি হায়বনি। লাংবচকপু কোন্নচক হায়নসু খঙনৈ (কোন্নচক-কোন্না নীংবা)। নুমিত্তা লৈবা পাখংববু মৈতৈনা তাউরোইনাই কৌই। খুরুম্বদা - "ওঁ কোঁ পীময়ক নীকএ" গী লাইশোন লৈরি। বিজ্ঞানগী প্রমানগা কোন্ননা পুথোক্লিবা - মণিপুর ঈপাক ঈরোন চন্না লৈরমই হায়বসিবু মীনকেতননা য়াই। মোইরাংলমদমবু ঈরাংম হায়না খঙনরকই। ন্নোংমদি চীংনা লৌনম্বান

ওইবা পাৎচাও অমগুম্না মণিপুর লৈরমই। সুগ্রীবনা রামায়নগী ৱারীদা তাকপা নোংপোক লমখায়দা উদয়গিরিগী চীংখোঙদা সুদর্শন কৌবা থম্বাল চাম্মনিপালনা শাৎপা পাৎ অদুবু নীংশিংহল্লী। মতাং অসিদা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপুগী মীৎয়েংগা নকশিন্নরকই।

নৃতত্ত্ববিদ্যা (এন্থ্রোপোলোজি) খণ্ডদবা মীনকেতন নত্তে। ভূমধ্য সাগরগী লমখায়দা তিন্নখি - অঙৌবা শাগৈ অমুবা শাগৈ নাপু মচুগী শাগৈ। তিন্নবদগী জাতি অমা পোকখি মদুবু গ্রীকশিংনা কৌখি - অষ্ট্রিক। হায়বদি খারমগী মী। খৃঃমমাং চহি ৮০০০ গী অদুৱাইদা (মিনুৱান যুগ) মিনুশিংনা (Minos) গ্রীসতা পাল্লমই। মখোয়দি ট্রিমিলস ফুরুপকা (তামিল) মরী লৈনৈ থাজনৈ। খৃঃ মমাং ৬০০০ তা বেলুচিস্তান লোমদগী ভারত্তা চঙলকই। হিমালয় লমদাইদা চীংখোং য়ৈনা কাঙলুপ কাঙলুপ লাকপদা প্রাগজ্যোতিষপুর ফাওদুনা (খৃঃ মাঃ ৫০০০ গী অদুৱাইদা) মণিপুর ত্রিপুরা চঙলগা মালয় উপদ্বীপকী লমদা চঙখি। মখোয় দ্রাবীড় জাতিগী লম্বী য়ানবা জাতিনি - জগৎ পোকপী ইমা নিংই। লিন্না ইমাগী প্রতীক (সিম্বোল) ওই। জগৎ পোকপবু কো কৌই। মতাং অসিদা পণ্ডিতনা পুশিল্লকই - মিনু লৈমরেলগী ৱারী। গুরুন্না মচানিপা অহুম কৌশিনবনি - অচিবা, অশিবা অমসুং কোঞ্জিন তুথোকপা। মমাগী য়াথং তুংইন্ননা অতোম্বনা গুরুগী ফাংখোং ৭ লক কোয়বগী। মমানা তাকপীবনি হায়বা গুরুন্না খণ্ডবদা য়াখি গুরুন্না লৈমরেলনা পাখংববু কোন্ননীংববু। মচল মিনু লৈমবুনা লাইনা তম্বা ওইনা অহানবা থেঙনবা তাউবা হূই অমদা থাজখি। লৈমরেলগী ৱাহৈসিদি কমদৌনা থোকখিবগে?

মতাং অসিদা ওহ্থোক্লা চাউরবা খণ্ডহৈবগী মতাং অমা য়ৌরক্লে। চাউরবা নোংপোক নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা চুমই লাল্লি হায়বা ঙমগনি। মথক্তা পনখ্রিবা অষ্ট্রিকশিংসীনা কাশ্মীরদা খুন্দাবা মখোয়বু নাগবংশ হায়না খঙনৈ। নাগপুরান অমসুং জীমুতবাহন ৱারীনা মসিগী সাক্ষিনি। মখোয়না হৌদোঙবু মিনু কৌই। মৈতৈগী ইমোইনু চাকহোঙবীগী ৱারীদা হৌদোং অমুবীনা প্রতীক ওই। ঐখোয়নসু হৌদোঙবু মিনু কৌই। লৈমরেনবুসু মিনু কৌরি। ইজিপকী লিরবা ৱারীদা (মীনকেতনদি ইজিপ পল্লমদে ক্রীটকী সভ্যতা পল্লমই) জগৎ পোকপিবু Rhea কৌই। অসিনা রি-লি-মাদগী (ইজিপকী ৱারীদদি RE হায়বসি নুমিৎ লাইনি নিপানি)ব্দ লৈমরেল তারকপনি হায়না মত পীরি। হায়বদি অষ্ট্রিকশিংগী মরোলদগী তারকপনি। ৱাফম অমনা মঙ্গোলোইদশিংগী নুমিৎকী শাদোং চীংলাইনা ওইবা অদুগা লৈমরেলগী ৱাখলগা পুনশিল্লগা মৈতৈগী অরিবা সংস্কৃতি শাগথলি। নোংঙাল্লকপবু মৈতৈগী

অশৈবশিংনা "লাইরেল লাবা য়াওব্রে, হুইথৌ লাবা চীফেংলে" হায়না শকই। ইমাগী প্রতীক ওইরীবা তাউরোইনাইনা লাইরেন লাবগী মশক লৌরগা মচি অনী অদুগী অমদা সনাগী লোংথুম (য়াতাবা মতমদা নুমিদাং) অমদনা লুপাগী (রোমগীনা দায়না) না অমম্ববু তাম্নোকপদা পুদুনা চৎপদুবু খঙনবনি। তুংদা খঙনরকই স্বর্গগী হুই (Hound of Heaven)। মীনকেতননা বেদদদি য়েংশিল্লমদে। বেদদনা য়াওরী মখোঙ য়াংবী মণ্ডালগী লাইরেম্মা - সরমা। অমম্বদা লোৎশিনখ্রবা মণ্ডালশিংবু (শনশিংবু) থিবদা য়াওখিবা। পুরানগী য়ুগতা ওইরকই - হুইগী মশক। মতাং অসিমক গ্রীক্কী সভ্যতাগা বেদগী সংস্কৃতিগা চাংদম্নবা য়াই। মৈতৈগী তাউরোইনাইগী লোঙখুম অনিগী রাফমদি হৌজিকফাওবা মণিপুরগী তা খৌশাবগী লাউবদা তাবা ফংলি। হৌজিক ফাওবদা নোংদা লাইরেন পাখংববু শৈথাবদা থাবী অমাইনা (পণ্ডিত অতোম্বাপুগী মততা বেদগী অমীবহনা) অসুন্না শক্লরি —

"নুমিৎ অক্লাদগী নোংলুম পুরৈরোম্বনা
মচী অনিনা চপথাং করোঙ ওই
মনীংনা মৈরা চিং - মৈজাউ হাইরৌ চম
মমৈনা চোংলেন হাইজাও খাল" (লাঃ ৩১)

"পুরৈরোম্বা পুথরক লৈনুং য়াবিরোক্তা নুমিৎ ৭ নি লাংগোল পোক্লুনা নোংদা লাইরেল পাখংবা হায়দবরা" - অসুন্না অইবনা পল্লি। মৈতৈগী পাখংবগী প্রতীক চপচাবা লিল নত্তে - কুণ্ডলিনী শক্তিগী মশক ওইবা (চাইনাগী দ্রাগোন লাইরেল লাবগী মশক্লি) - মঙ্গোলোইদ সংস্কৃতিগী শরুক অমনি। তিন্নখিবনা আষ্ট্রিককী লিনগা লাইরেম্মগী শক্তমগা তিন্নখিবনী। তারকপা ফলদি - মৈতৈগী অরিবা সংস্কৃতিদা অষ্ট্রিক কলচরগা মঙ্গোলোইদ কলচরগা তিন্নরগা থোরকপা মশক অমনি। অসিনা মৈতৈগী তোপ-তোপ্পনি। অমুকসু বেদগী সংস্কৃতিগা শম্নররি।

শলাই তরেৎকী মতাংদা পণ্ডিত মীনকেতননা অসুন্ন মত পীরি। অহানবা খুন্দাবদি চেংলৈনি - নিংথৌনা কাংবনি। চাওখৎপা কাঙলুপ ওইবনা চেংলৈ নত্তবা অতৈবু হাউং কৌই। অর্থদি - মিতম্বাল মীগী মওংদা মানবা হায়বনি। মখোয়না কংলাদা পাল্লমই। ঈশিংনা কংথরকপা মতুং ইন্না ইরিলবুংগী লমখৈশিংদা অসুম অসুম শন্দোকখি। পুকোক্কী মিংখৈদি খগরাজ কৌবনা হিন্দুনি হায়না মীনকেতননা মত পীরি। মখোয়না মান জাতিবু জয় তৌদুনা মখোয়গী মথক্তা পানখি। মতুংদা চংঙকই মঙাং (মানঅাং) হায়বদি মান

জাতিগী নিংথৌশিং। মতম্না অসামগী নিংথৌ ভাস্করবর্মাগী মতমদনি। মতুঙদা চঙলকপা শাঙ শাগৈনা ওইখি — লুৱাং ফুরূপ (তিব্বতী) অর্থদি ঋষি হায়বনি। মঙাং কাঙলুপপু পুরৈরোম্বনা তকথোক্তুনা পোইরৈ মৈতৈ লমদম মুলহৌদুনা নিংথৌজা সলাই থোরকখি। আং ময়ুম্না অঙোম ওইখি। মৈত্রেয় হায়বদি নুমিৎ নীংবা হায়বদগী থৈথরক্তুনা মঙাংবু পোইরৈ  মৈতৈ হায়না খঙনখি। ময়ুম নত্তুনা পোইরকপদগী পোইরৈ মৈতৈ থোনবনি। মতুংদা ঈৱা-চীংখোং পোইরৈতোনগা লুৱাং গুরু পুন্সিবগনা নোংদা লাইরেন পাখংবদা চঙজরবা মতমদা মৈতৈবু ঙমই হায়দুনা "মৈদিংঙু" মিথোল ফঙখি। মখোয়না পোং ওইরবসু নুমিৎ নীংবগী মৈতৈগা তিনশিন্নখিদুনা মৈতৈ অমসুং মঙাং অমতা ওইখি। অসিনা ফম্বাল কাবদা নোংদা লাইরেল পাখংবনা "অচী-অহিং-চি" হায়না নুমিৎপু খুরুমদুনা কাখি।

পাখংবা কনানো? মৈতৈশিংনা শক্লরি - "অৱাং ফাৎলৌ লাইমকোল, মীরা নমু পোং থোকলম, হনজিং চীংমৈ ইন্না খুন্দারকপা, নোংদা লাইরেল পাখংবা।" মসিনা পাখংবগী মশক তাকই। অৱাংগী অকোকপা লম, লাইশিংগী লৈফম নম-মু-পোংনচিংবা মীশিং থোরকপা মরম হঞ্জিং হান্নগী গোবী মরুভুমিগী লমখৈদা লৈবা চীং স্তানোভয়গী চীংলম মতুং ইন্না খুন্দারকপা নোংদা হায়বদি নুমিৎকী নোংলমদগী পোকপা লাইরেল লাইগী নিংথৌ পাখংবনি। নহাদা ইরোই ওইদুনা লৈ হায়দুনা কৌই পাখংবা (পণ্ডিতরাজগী লোন্দাদা বেদগী যবিষ্ঠ)। পোং জাতিগী ফুরুপ অমগী নিংথৌনি। ঈউৱা চীঙখোং পোইরৈতোনসু চিন লৈবাক্কী ইউৱা ফুরুপকী নিংথৌগী মচা মশূ ওইনা খ্বাইদগী কোন্না পাখংবদা চঙজরক্লবসু নিংথৌ খূভমদি থাদোক্তে। অসিনা লৈরি - লুৱাং নিংথৌ, অঙোম নিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ, খুমন নিংথৌ অসিনচিংবা। অসুম্না মীনকেতননা ৱারোইশিল্লি। "অঙোমবু নোংপোক্তা পানবা নিংথৌ শাগৈনি হায়দুনা নোংবাল। নোংবাল হায়বদি, ঈঙৌ লমদা পাল্লি হায়দুনা ঈঙৌ পানবা কৌনৈ। লুৱাংবু মনুং চন্না পাল্লি হায়দুনা নোংব্র কৌনৈ। মোইরাং নিংথৌবু ঈসিং ঈৱাংমদা পাল্লি হায়দুন ঈৱাংমা। মোইরাং লৈকোয় পুংগী মপুনি লৈমাবা মোইরাং লৈকোয় মপু, অঙাংবা শাগৈনি হায়দুনা ঙাঙোয় কৌনৈ।" (লামায় ৪১) অসিমসু পণ্ডিতনা হাপচিল্লি - মোইরাং শাগৈবু মরিয়া ফম্বালচা হায়না খঙনৈ। হৌজিকমকসু মোরি শাগৈ লৈরি। মখোয়সে মৌরিয় বংশগী অপভ্রংশনি। কবোগী রাজবেন (Yasban) সনা পুয়ানা মিথিলা মচা হায়রিবদুনি।

অসিগুম্বা মৈহৌরোনগী ৱাফম অসি প্রোফেসর গাংমুমৈনা ইবা লাইরিক (History

of Manipur - Vol. I), শ্রীরাহেংবম ইবোহল সিংহগী লাইরিক (The History of Manipur) অমসুং কে, সি, তেনসুবনা ইবা লাইরিক (Genesis of Indian Tribes) অহুম অসিদা নৈনরিবশিংগা পুন্না য়েংলবদি য়াম্নমক নুংঙাইবা মতাং অমা ওইগনি। পণ্ডিতনা থনম্বা পাখোং খরসিগী অর্থ পুথোকপা কান্নগনি। মঙাল ফাওরক্কনি।

মণিপুরীশিংগী মৈহৌরোলগী মতাংদা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু বিদ্যারত্ননা বেদগী রাখললোমদা চাংদম্নদুনা লিরবা সংস্কৃতিনি হায়বগী প্রমান তৌবীরমই। পণ্ডিত মীনকেতননা বেদদা য়েংবগী মহুত্তা পুরান অমসুং তন্ত্রগী মীৎয়েংদগী অমসুং নোংচুপকী সংস্কৃতিগী হৌফম ওইরিবা গ্রীস অমসুং রোমগী সংস্কৃতিগা চাংদম্নদুনা অরিবা পুয়াগী রাহে রাতা অমসুং প্রমানগা কোন্ননা লিরবা সংস্কৃতিনি হায়না তাকপিরমই। অরিবা মৈতৈগী সংস্কৃতি শাগৎপদা অষ্ট্রিক, মঙ্গোলোইদ অমসুং আর্য্যগী সংস্কৃতি অহুম্মক য়াওরি হায়বগী চেৎনা থাজবা ফোংদোকলমই। মসিনা পণ্ডিত মীনকেতনগী অরোইবা রাখলনি। মহাক লৈখিদবদা অরি অনৌ অনীমকপু মুন্না শকখঙবা মীশক অমা মহুৎ শিনবীনবা লৈতনা মাঙগ্রবনি।

কবি মীনকেতন চুম্নগী রচনা ইবা, সমালোচক, ভাষা তত্ত্ববিদ অমসুং সাহিত্যকার - পণ্ডিত ওইবদা নত্তে। সাধক অমসুনি। ইমা-সাধকনি। অপোকপী মমাগা, নুপী ওইবীশিংগা, মমা লমদমগা অমসুং মালেম লৈমগা অমত্তা ওইনা উবা ঙম্বগী তাঙলবা দর্শন অমা মহাক্কী পুন্সিদা ফাওখি। পুন্সি লোইরমদাইগী মতাংদা থম্মোয়দা লৈরিবা মমাগা তোয়না রারী শাবগী মতাং কয়া ঐঙোন্দমক তমখি। ওইথোক্তবা নত্তে। হায়নবা লৈ, আচার্য্য বিনোবা ভাবেনা নোংমা নোং কন্না চুরকপদা চোংথোক্তুনা ব্রহ্মনি ব্রহ্মনি হায়না লাউদুনা লৈখি। কবি মীনকেতনসু মথক্তা পঞ্জখ্রিবগুম্না "কোলোয় নুংশি মণিপুর" হায়না লাউদুনা চোংদুনা লৈবদা অঙকপা ওইরোই।

কবি মীনকেতন হন্দক্কী মপোক্তা গীতাগী রাহৈদা যোগদা মপুং ফাদ্রিবা (যোগভ্রষ্ট) অমা ওইনা পোক্লকপনি। মথংগী মপোকতসু পোকখিগনি - হেন্না মপোক ফবা ইমুং অমদা। আত্মাগী খোঙচৎতি পম্বুংফম য়ৌদ্রি ফাওবা অরোইবা নাইরোই। চুম্নগী মল্লবা হকচাং পোলাং থাদোকলম্বতনি। মণিপুরী সাহিত্যগীদমক্তি লময়ানবা অশৈবা অমা মাঙজরবনি। ❑

১৯৯৫ ইং

# মহাকবি অঙাংহলগী শৈরেং

খৃষ্ট কুম ১৯৩৯ দা হিজম অঙাংহল সিংহনা ইখি — 'মিংচৎ' হায়বা শৈরেং মচা অমদা। পূম্নমক মাঙখিনি, চৎখিনি। মাঙদবদি মিংচৎতনি। ১৯৪৫ দা অমুক্কা হন্না শকখি —

মিংচৎ হায়বা নহাকপু লমদম কৈদা লৈত্রবা।
তরেৎ সেঞ্জা তিংদুনা নংবু করন্না ফংসিবা।
মপু সনা কৈথেন্দা মিংচৎ নংবু থোকপরা।
ব্রাত্ত-পাদ পুক্কৈদা মিংচৎ নংনা লৈবরা।।

(মিংচৎ থিবা)

অদুগা অসুম্না লোইশিল্লকই —

নংবু ফংগে নিংবনা নংবু ফংন হৌনদ্রা।
নংবু ফঙ্ঙোই নীংবনা নংবু ফংন — হৌনব্রা।

(মিংচৎ থিবা)

অঙকপা কাব্যগী প্রতিভা লৈজরবসু অয়াম্বনা শক খঙবীখিদবা লায়রনা পুন্সি লেনখিবা মিংচৎপু থিজখিবা কবিনি। অদুবু লৈখিদ্রবা মতুংদা পীখি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ১৯৪৮ দা খ্বাইদগী ৱাংবা কাব্যগী উপাধি — "কবিরত্ন"। হন্দক ১৯৯২ দা মণিপুর পুম্বনা হৌদুনা চহি ১০০ গী মপোক নুমিৎতগী চহী অমা পালন তৌগদৌরিবা অসিনা হৌদোরক্লে — মহাকবি অঙাংহল। কবিগী আত্মানা শোয়দনা পেনবীরমগনি।

নুমিৎকুম্না লংলবা খম্বা-থোইবী শৈরেং মহাকাব্যনা খূমজিনখিদুনা কবিসিগী খণ্ড কাব্য — "শিঙেঙন ইন্দু" অমসুং ১৯৭৬ তা অনিরকশুবা ওইনা ফোঙবা — শৈরেংমচা ৩৬ না পুনশিনবা — "হিজম অঙাংহল সিংহগী শৈরেং খরা" হায়বা লাইরিক অনিমক অসি নৈনবগী শরুক য়াম্না ৱাৎলি। ছাত্রশিংগী মণিপুরী টেক্সবুকশিংদা ফোঙলবা শৈরেং মচা অনি-অহুম নত্তনা কবিগী গীতিকাব্যগী মশক অসি অয়াম্বনা ইখঙ খঙদ্রি। 'শিঙেঙন

ইন্দু' লাইরিকপুদি খরা-খরা নৈনবা হৌরক্লে।

মণিপুরী জাতিনা কুনসুবা শতাব্দীদা নৌহৌনা মীকপ থোকপগী মতমদা সাহিত্যগী অনৌবা য়াওনদা লাকপা কবি ওইবনা শৈরেংমচাশিং অসিনা প্রমান তৌরি — মমা লমদমবু নুংশিজবা মমা মপা অমসুং মজাতিবু লুনা নীংজবা, ধর্ম্মগী লীচিংবু থাজবা। য়াম্লমক নীংতম্লা ই। শরুক ১৫ থোক্লা খায়দোকপা "য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা" হায়না শাংলবা শৈরেংদুগা লোয়ননা পরেং ৬ কী, ৭ কী, ১৪ গী। শৈরেং মচা মচা কয়াসু ইরমই। "হনখ্রবী ছাত্রী" হায়বা শৈরেংদা মপান্দগী লাক্তুনা লৈরবা নুপী মচা রমনীনা শিখিবদা মহাকবি সেক্সপিয়ারগী "মেকবেথ" লীলাদা লেদি মেকবেথনা শিখিবদা মেকবেথনা থীখিবা শৈরেং — "to-morrow and to-morrow and tomorrow . . . . . . হায়না হৌবা মতেক অদু থেৎচিল্লি। ফাগী ওইনা তৌবা পাউতাক পীবা শৈরেংসু য়াওই। স্বদেশী অন্দোলনগী খোঞ্জেলসু তাহল্লি —

"লায়র-খাউবু থন্ন-ফী
লায়র-নম্বু কন্ন-ফী
পলেম খুৎকী লংহিংফী
হোংলসি চরৈ লংবৌফী

(মৈতৈ-রং)

মীখা পোল্লিবা জাতিনা লুহোংবগী নুংঙাইবা উৎসবতা অসুম্না করেম্লে —

য়ুমলেপ চার থিরিবোইনা অদুগীদমক ওইরবোইরে।
মীচেংচা মফী শেৎ মীনাই লুহোংবা ওইরে।
মীনাই কাংবু ফানবু মীনাই লৌফম লেপ্লিবোইরে।
মপুগী লাংদা থুরবদি নুংঙাইবা পুম্বা কাউরবোইরে।

(মীনাই লুহোংবা)

অপাকপা মীৎয়েংসু থাদোকপা নত্তে। মণিপুরী জাতিগী লমজিংবশিংদা চেকশিনগদবা পাউতাকসু পীরকই। পেনাগী জগত্তগী থোরকপা থোৎন-নৌরবা ব্বাহৈ-ব্বাতাগী ছন্দদা —

ঙসি লাইজ ইরেম্বুংদা নৌরেন খুত্তা পায়রকইবা
ঈয়াই তম্না হোল্লকইবা।

কনানো ৱাকয়ৈ হিহোনবা।

তুংগী চাংজৌ তুং ওইবা ৱাকয়ৈ হিরম খঙঙবরা।

মাংগী খোংকাপ তাম্লবা খুমু-নৌহোৎ হংঙবরা।।

(তাইবং ইরেম্বুং)

১৯৩০ দগী চহী ১০ মুক্কী মনুংদা ইবনা অয়াম্বা ওইবনা, মশামকসু নহা ওইরিবনা, ওল্লকইবা যুগ কী ইরাংদা হোংলকইবা সমাজগী মশক্তা য়াম্নমক উশিনবগী খুদম উত্তুনা ইরকপা শৈরেংনা অয়াম্বনি। ডাক্তর কমলগীগুম্না বাংলা য়াম্না থেৎচিন্দে। কবি চাওবগী শৈরেংগুম্না ইচমচম্বসু নত্তে। মণিপুরী লোনগী য়ৌশিন্না কুপ্না খঙলবা মশক্তগী থোরকপনি।

মাত্রা ১৪ গী (মাত্রা ৭/৭ পুনশিনবা খোঙথাংগী পরেং) লিশিং ৮ দগী হেনবা খণ্ডকাব্যগী শক্তম লৌবা — "শিঙেঙন ইন্দু" দদি কবিনা পেনাগী শৈহেক শৈদা শীজিন্নবা হৌরক্লে :—

ইন্থম থাদি মমৈনি তাইবং পানবা পুম্বনা

মতু মমান খিংলকপা লমতা থাজ কৌবনা

নিন্দুং হুম্নি কোনবদি পুক্লিং হুবা অহিংনি

থাজ মাগী মঙান্না লুপা মচু মানবনি

(শিঙেঙন ইন্দু)

পেনাগী অশৈবশিংগী মোইরাং পর্ব্বদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা প্রমান পাঙ্থে ওম্ভোক্না মকা লান্না শীজিন্নরকই। কাছারগী বরাক মপানগী মালুগ্রাম খুনগী মৈতৈশিংনা মণিপুরবু নুংশিনা য়েংজবা অমসুং কল্পনা তৌবা অমসুং সনালৈবাক মণিপুরগী অরেপ্পা লৈতবা কুম্মৈ ফিয়োংগী নুংঙাইরবা মশক পূম্বদু কাব্য অসিদা মরীক চুম্না থারকই। মসিনা বেকগ্রাউণ্ড ওইরগা ওম্ভোক্না রোমান্টিক ওইখ্রবা নুংশিবগী খুৎয়েক অমা য়েক্লকপনি। ৱাফমদি — মমা মপা তিন্নদবা অনিনা মপা অমতগী মশাইগোন্দা লৈবদা মবুং মচলগী মিংগৌ মখাদা নুংশিনরকপনি। অঙাংহলদি তশেংনা নুংশিবগী কবিনি।

ৱারীগী লংলাদি মচা অমতনি। নুংশিজরবী কৈন্যানা থুংনদনা শিখিবদা (শিরবা মতুংদা মৈচুবা য়াওহল্লি) যাত্রানা কংঙাওননা লৈরিঙৈদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাছারদা থেংনদুনা মণিপুরদা পুখি। অচানবা মনাই — অঙম্বা ওইখি। চহী ১৭ গী মতুংদা মালুগ্রামদা কোয়রকপদা কৈন্যাগী মতারোই তোনশিজনা মচা অনি থেংনদুনা (খম্বা-খম্নুগী মতৌনি)

য়োকপীরম্বা কেশোদগী নিজদুনা ইম্ফালদা য়োকখি। মবুং শক্লগা যাত্রাগী মচা গোপালনা মচিন মৌপৱা মিংগৌদি থানদনা চঙলকইবা ইন্দুবু লোন্না নুংশিখিবনি। নিংথৌকোলগী থাবলম্না গোপালদা থাজনবা লাঙলক্লবদা গোপালনা লোন্না ইন্দুদা খুদোপ শিন্নরম্লগা মালুপ্রাম পাংখি। অমুক অঙম্বা গোপালম্নানা ইন্দুবু ফাদুনা চিংবগী মতাং য়ৌরক্লবদা ইতাও শান্নবা লালা হায়বদুনা গোপালগী মহুৎশিন্দুনা ইন্দুবু চেল্লি। মচা গোপাল কায়নবগী খাঙমদবা মৈচাক্তা পুন্সি লোমশিল্লক্কদৌরবী লৈবাকলৈগী অরোইবা মতম্বু নিংথৌদা হংগৎলুবদা চানবীবদগী ইন্দু অমসুং গোপাল অনিগী পুন্সি লৈপুন্দা ৱারী অসি লোইশিনবনি। ফজবা অমসুং নুংশিনবা চান্নবা ঙাক্তনা শাগৎপা মাঙখ্রবা মণিপুরী সমাজগী মশক অমা য়েকপনি।

"শিঙেঙন ইন্দু" দা মহাকাব্যগী মচাক খরদি য়াওরবসু মসিবু মহাকাব্য অমনি হায়বদি হায়নীংদে। খম্নুগী শকফমদগী থোইবীগী শক্তম লৌরকপা ইন্দুবু থাগৎতবদি ঙমদে। যাত্রানা হৌখ্রবা পুন্সিবু মপি তানা নীশিংবা থম্মোইশোক্তবা নত্তে। মচা কায়নরবী লৈবাকলৈগী অৱাবদা ৱারোইদবা কন্না য়াওদে। অদুমকপু চরিত্রনা চুম্নগী সামাজিক ওইবা য়ুম্ফমদা শাগৎপনা কল্পনাগী অঙকপা লিচিং য়াওরবা লাইরিক অসিবু মহাকাব্য অমনি হায়বদি হেনজিন্না থোকপা য়াই। পূম্নমক্কী মথক্তা মহাকাব্যগী মপুং ওইবা মশক — মীগা লাইগা শম্নদে।

পেনাগী অশৈবশিংগী জগত্তা পুশিল্লকপা ৱারীগী মশক ওইবনা প্রমান পাম্থে (সিমিলি অমসুং মেতাফোর) দি অঙকপগী মশক্নি। মীওইবা, প্রকৃতি অমতা ওইমিন্নে — ৱারী তোয়না শানৈ। ৱামক্তি হায়দোক্লদ্রবসু। ইন্দু অমসুং যাত্রা [illegible]মক হৈপাল লৈপালশিংগা লৈরাং খোইমুশিংগা ৱারী লীনৈ — ৱামিন্নে, কপমিন্নে অমসুং বিদায় তৌনৈ। পেনাগী অশৈবশিংনা শক্নি — থোইবীগা ফজবগা লাম্বা তৌনবদা ফজবনা মায়থীহৌই। অঙাং হলনা ইন্দুগী ফজবা থাবদদি ফজবা ফাওবা য়াওহন্দবা ঙমই —

"মাদু নত্তে ইন্দুদি
বিধি মানা শেম্বদা ফজনবা শেম্বদি,
মমৈ ইকোন কোনবদা ইন্দু মাবু শেম্বনা —
ফজবসি কান্নদে খঙলদুনা বিধিনা,
ফজবা হায়বা শরুকতো য়াওহন্দ্রবি ইন্দুনি,
নুংশিনবা মখৈদা খঙগত্তুনা শেম্বনি।"

(শিঙেঙন ইন্দু — লামায় ৫৬)

চহী অমমখায় চঙনা ইখিবা পরেং লিশিং ৩০ দগী হেনবা মহাকাব্য — "খম্বা-খোইবী শৈরেং" ইরকপদদি অঙাংহলদি তশেংনমক মহাকবি ওইরে। মহাত্মা বিষ্ণুপাদ শ্রীমধুসূদন গোস্বামীগী কৃপা ফংলে। গুরুদেব চুংখাম ওঝা মনিকতা নোংমাইজিং খুদিংগী অয়ুক্তা চঙজরে। বৈষ্ণবভক্তিগী অকনবা ঈচেলদা তাউথদুনা খম্বা ফাওববু শ্রীখম্বা মহাপ্রভু মিংথোক্লে। লোইনাইদ্রবা মোইরাং শায়োল ৯ গী অরোইবা শায়োলগী মনুংদগী শনশেনবদগীনা লুহোংবা ফাওবগী মতাংবু পুখৎলকই। অসুন্না শেহৌই —

কেগে মোইরাং লৈপাক্তা হন্না য়েংবা উদ্রবা
মাগীদমক হায়দনা তুমিৎ ফাওবা পাইদ্রবা
কেগে শারা ওইরবা মোইরাং লমজা তারবা
খম্ব-খমনু কৌবদি মচিন-মৌপরা অনিনি।

(শন শেনবা)

মাত্রা ৭/৭ কী পুনশিনবা ১৪ গী পয়ার ছন্দ অসি কায়হন্দনা লোইবা ফাওবা চত্থবনি। কেগে মোইরাং লমদমদা মোইরাংগী শায়োল অতৈ শোয়দনা ওঝাশিংনা খর খরত ওইরবসু শকলমগনি। হৌজিক ফাওবদা ফংবা রেকোর্দকী মতুং ইন্নদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী জিলা দরবার চৎপগী মতমদগী ওইনা ওঝা চনম্বা, পাঙম্বা অমসুং ৱাঙুগী ওঝা লোইতোংবম ঙাংবা ওঝা অহুম অসিবু নিংথৌগী শংগায়দা ইহান হান্না শকহনখিবগী ৱারী লৈরি। ওজা চনম্বগী সেবক ওঝা চুংখাম তোন্দোন (ময়ান্নদি চুংখা হৌদোং হায়না খঙনবা) গী মচা ওঝা মনিকতা অঙাংহলনা গুরুদেব ওইনা মিংথোনদুনা চঙজরুবনি। ৱাখন্দা, শৈশক্তা অমসুং প্রমান পাম্বৈদা মহাকাব্য অমদা য়াওগদবা গুন পূন্নমক "খম্ব-থোইবী শৈরেং" দদি য়াওরে। মমিং চৎলবা ইংরাজী সমালোচক মেথিয়ু অর্নোল্ডনা গ্রীসকী মহাকবি হোমরবু নৈনবদা হায়খি — হোমর হায়বসিদি খোঙলৈ থুবনি। ৱাহৈ অমসুং শৈদাদা চমই। ভাবশিংদা ইচম চমই। শাজত্তদি য়াম্না চীংলেমই (Homer is rapid in his movement, Homer is plain in his words and style, Homer is simple in his ideas, Homer is noble in his manner — Arnold)। মহাক্না মসিবু গ্রান্দ ষ্টাইল কৌই। অঙাংহলগী মহাকাব্য অসিদদি পূন্নমক অসি য়াওই। থম্মোই লকানুংদা লোন্না থুপ্তুনা লৈরিবা থোৎনৌথ্রবা ৱাফমশিং পূন্নমক পুথোক্তুনা মহৌশা লাইরেম্বীগা মীওইবগা চীন্দদি থোক্তনা ৱারী শানহনবগী মথক্তা মথৱায় পানবা জীবশিংগা ফাওবা ৱারী শানহল্লী। মহাকাব্য অসিগী

"কাণ্ড" হায়বা পন্দুপ অসিদা কাণ্ডগা খম্ব খমনুগা শান্নবা ৱারী অসিদি পৃথিবীগী সাহিত্যদা অতাণ্ডবনি। মহাকাব্যগী মশা পুম্বদা চেল্লিবা রস কয়াগী মনুংদা বাল্মীকিদা রামায়ন শৈরেং ইরমদাইগী ইহান হান্না পোকখিবা "করুণ রস" হায়বদুনা মপুংনি। বীররস, হাস্যরস কয়াসু নীংথিজনা য়াওদববুদি নত্তে। অসিনা মহাকাব্য অসিদা তিল্লরিবা ময়ামসি — বাল্মীকি, হোমর অমসুং মহাকবি কালিদাস ফাওবনি।

খ্বায়দগী মপুং ওইরিবা ৱাফমদি মহাকাব্য অসিগী মপুং ওইবা চরিত্রশিং — থোং লেন, চাউবা, খম্ব, নোংবান, থোইবী, শেনু মোইরাংনিংথৌ অমসুং চীংথংখোম্বা যুবরাজ অসিনচিংবগী পুন্সি মশক অসিদা মণিপুরী জাতিগী আশা অমসুং নীংজবা ফিবমগী অরোইবা মশক অমসুং শেংলবা জগৎ অমগী কল্পনাগী মশক য়াওরি। ভারতকী ব্যাস অমসুং বাল্মীকি, ইউরোপকী হোমরগুম্বগী মশক কবি অসিনা ওইরি। অসিগুম্বা জগৎ অসি শেম্বদা য়াওরি — ইবুংঙো থাংজিং অমসুং পাম্থোইবী লাইয়ামশিং। জাতি অসিগী কল্পনাদা খ্বায়দগী হেন্না ফজবা, নুংশিবা, অকনবা অমসুং অথোৎপা পৃম্নমক চরিত্রশিং অসিদা য়েক্তুনা তাক্লি। কল্পনাগী মূর্ত্তিশিং — কাউঙমদবা, মাঙলরোইদবা অমসুং ফজখ্রবা ঙাক্তনি। পেনাগী অশৈবশিংনা অমসুং খোংজোম পর্ব্বগী ওঝাশিংনা পুখৎলিবা মূর্ত্তিশিং অসি অমুক মপুং মরৈ ফানা পেনাগী শৈশক্তা কবি অসিনা অমুক শকলম্বনি। মহাভারতপু চুন্নগী ব্যাসদেব ঙাক্তনা ইবা নত্তে। ভারতজাতি পুম্বনা ইবনি হায়বগুম্না ঐখোয়না "খম্বা-থোইবী শৈরেং" গী মতাংদা মণিপুরী জাতি পুম্বনা ইবনি হায়বমক য়াই। ঈশৈ ওইনা ৱারী লীদুনা চখরকপা মহাকাব্যগী শকফম (Epic of growth) ওইবনিনা থাজবদা ৱাবা কয়া মতাং মতাং ওইনা হাপচিনখ্রবসু জাতিপুম্বনা খম্বা-থোইবী শৈরেংবু য়ারি। থাজরি। রামায়ন অমসুং মহাভারততা থাজবগুম্না।

ঐখোয়না খঙগদবা অমদি মহাকাব্য অসি কুনশুবা শতাব্দীগী ময়ায় চনশিল্লকপদা ইবনি। পুয়াগী মরোল অমসুং থৈনরপ তৌবা শৈশকলোন মখল কয়া লৈরবসু শাগৎলিবা মহাকাব্যগী শকফম অসিদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতম অদুৱাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অয়োৌবী মশক য়ৌরবা কান্দা শাগৎপনি হায়বসিমদি চেনবা য়াদ্রবা ৱাফমনি। ধর্ম্মনা জয় ওই হায়বসি তারুবা মহাকাব্য অসি ইবনি। পাপ-পুন্যগী লাই-হিংচাবগী লানফমগী মশক লৌবনি। মোইরাং লমদম অসি ধর্ম্মক্ষেত্রনি-কুরুক্ষেত্রনি। অসিনা ৱারী অসিনা থোকখি হায়না থাজনরিবা চহী ৮০০ মুক্কী মমাংদা করি শেংলম্বা করি চারম্বা খল্লম্বা অমসুং করম্বা চৎনবী

লৈরম্বগী অশেংবা মশক্তি খম্বা-থোইবীগী শৈরেংদদি ফংলোই। থাদোকপা য়াদবা ৱারীগী শরুশয়াংদা মণিপুরগী অশৈবশিংগী কল্পনানা শাগৎলম্বা শকফম অদুগী তরু তরুবা মশক অমতং কবি অঙাংহলনা উৎলম্বনি। চাউরাক্লা চহী চনী অসিগী মনুংদা হিন্দু ধর্ম্মগী ঈহৌগী থায়নগী সংস্কৃতিগী ঈচেলগা অনিনা তিন্নরকপগী মশক্তা খ্বায়দগী হেন্না ফজরবা মপুং ফাবা অমসুং চীংলেম্বগী মশক অদু মহাকাব্য অসিদা হাপচিনবনি। অসিনা কৈ ফাবগী মতাংদা কুঞ্জমালাগী মমিং হাপচিল্লকপদা (হান্নদি অমা কৌরম্লবসু) করিসু ঙক্লিংঙাই লৈতে। থোকপা থোক্তবা, চুম্বা-চুমদবগী ৱাফম ঙাক নত্তে। মণিপুরী হায়বা জাতি অসিনা কমদৌনা বারীসিবু লৌশিন্দুনা, চুপশিন্দুনা, অমতা ওইশিনখিদুনা চৎথরকইবগে হায়বদুনি। জাতি মচা অসিগী লূদা তোংদা চঙখ্রবা খম্বা-থোইবীগী ৱারীনি। হৌখ্রবা লাইগুম্লবা ঈপা ঈপুশিংবু ঐখোয়না ইবুধৌ ইবেনধৌ কৌনরি। অদুবু চহী ৮০০ শুখ্রবী মোইরাং থোইবীবু ঐখোয়না করিগুম্বদা নোংমতা ইবেন থোইবী খক হায়দ্রি! ফজবগী তুংনফম ওইনা অদুমক লৈরি। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী অয়ৌবী মশক্তা শাগৎখিবা মূর্ত্তিনিনা কবি অঙাংহলনা খম্ববু শ্রীশ্রীখম্বা মহাপ্রভু কৌবদা করিসু অকায়বা লৈতে। বৈষ্ণব কবি অমগী মফমদদি খম্বা-থোইবী গী লীলাসি শ্রীকৃষ্ণমক্কী লীলানি হায়না লৌবসিদা অরানবা লৈতে। শকপমকসু সরস্বতীগী লৈতোন্দগীনি। অসিনা নোংচুপলোমগী কবিসু কৌজরি — শকউ অশৈব (Sing Heavenly Muse) পেনাগী অশৈবশিংগী থম্মোইলকানুংদা চেঙ্গরকপা খম্বা-থোইবীগী লীলাগী করুণরস অদু গুরুগী কৃপাদগী কবি অসিদা চেনশিল্লক্তুনা অইবা শৈরেং ওইনা থনম্বতনি।

কনা কনাগুম্বনা কবি অঙাংহলগী "খম্বা থোইবী শৈরেং" বু পেনাগী ওঝাশিংগীনি — মহাক্কীদি চুম্নগী ইথোকচবতনি হায়না খন্দোকপা য়াওই। মসিমদি অরানবনি। কমদৌনা লাইরিক অসি ইবা হৌখিবগে হায়বদুগী মতাংদা কবি মশাদগী তাসি — "ওঝা ইবুংঙোদগী ৱাহে-শৈরেংগী মপৈ, শ্রীমুখদগী চেনথোরকপা পূম্বা মপুং ফানা লৌশিনবা ঙমদদুনা ৱাখরে। পোলাংগুম্বা থম্মোইনিনা হাপউবা মণি পূম্বা ওঝাগী সংগাই মাংগোন্দা অদুম তাহৌই। অপৌবা মফোন খরা পকহৌবা অদু পুদুনা লাকই।" (খম্বা-থোইবী শৈরেং ঃ হৌরকফম)। অমুকসু কবিনা হায়জরি — "নোংমাইজিং নুমিত্তা তাজরুবা ৱারি অদুনা অফিসগী মমাং ওইবা অঙনবা য়ুমদা মী-পোং লাক্তবা অহাংবা মতমদা পূং ১/২ ১/২ নুমিৎ ৬ নি চংনা সিন্দোকচৈ। অসুম্না লাইরিক অসি ইজরকপদা ঐনা অমুক ৱাজবনা

ঐনা ইজরিবা অদুবু অমুক শেমদোক সিন্দোকচরুবা লৈখিদরে, অমুত্তা অদুম লোই। অসিনা চহী ১ রোম ইখি।"

মহাক্কী ৱাফম অসিদা প্রমান পিরিবদি শৈরেংশিং অসি অঙাংহল্লনা টেপ-রেকোর্ড তৌদুনা পুরকপা নত্তে। চুম্নগী ৱারী-শৈশক তাবতনি। অয়াম্বসু থনম্মবনি। পুরকপা শরুশয়াং খরদুনা মহাক্কী অঙকপা কল্পনাগী শক্তিনা মথৱায় অমুক হাপ্পনি। মহাক্কা পামজবা মাত্রা ৭/৭ কী ছন্দদা পেনাগী অশৈবগী শৈহেক শৈদা তানবা মশানা অমুক শাগৎচবনি। চুম্নগী কোপি তৌবা, শিন্দোকপা নত্তে। মসিমক মহাক্কী অঙকপা প্রতিভানি। পেনাগী জগত্তা কয়ামুক চঙশিনবা ঙম্বগে হায়ব মহাক্কী "শিঙেঙ্গ ইন্দু" কাব্যনা প্রমান তৌখরে। খম্বা-থোইবী শৈরেং মহাকাব্যসু মপুং ওইনা মহাকবি অসিনা লেংথোক্কুনা শকপনি হায়বদা চীংননিংঙাই লৈতে। পেনাগী অশৈবা অমতনা (ওঝা মনিক ফাওবনা) কবিনা ইরিবা ৱাহৈ ৱাতা অমসুং ছন্দদা চপচাবা কৈদৌঙৈদসু শক্রোই। তোপ তোপ্পা মহাকবি অসিগী কাব্যপ্রতিভা ফোংদোকপনি।

লোইশিল্লকপদা ৱাফম অমতংগা থমজনীংই। খম্বা-থোইবী ৱারীগী অশৈবশিংনা লৌনরিবা (অয়াম্বনদি শকনদবা) পোলোই — থোইবীনা খম্ববু হাৎতুনা অনিমক থৱায় থামিন্নখিবসি হৌজিক ফাওবা ঐহাক য়াজবা ঙমদ্রি। অইবা পুয়া পুরানদসু থেংনবা অমতা লৈত্রি। ১৮৯৯ দা হাওদিজাম্বা চৈতন্য সিংহনা ফোঙবা — "খম্বা থোইবীগী ৱারিনি" (মৈতৈ খুনুং অরিবনা ইবদগী শিন্দোকপ) হায়বসিদা পোলোই অসি য়াওদে। লাইরিক অসিগী লোইশিল্লকপদা পল্লি — খম্বনা মচেমবু মবাই ফেরোইজাম্বগীদা মনাইগদা লোয়ননা থিনখরে। খম্বগী মচা পোকখ্রে। সেনুবুনা লোইজা নিঙোল লাকপদা পীরে। "অদুদগি খম্বাসু ময়ুম মকৈ নুংঙাইনা সারে, কংলা কাবসু দোলাই তোংদুনা কারে নিংথৌগা লল তিন্নদুনা পাল্লে, নুংঙাই য়াইবি মরাং কাইনা পাল্লে" হায়দুনা লোইশিল্লি, অদুবু ওঝাশিংনদি কৈ ফাবা মতুংগী থা ৩ শুবদা খম্বনা সতীগী চাংয়েংদা থৱায় থাখি হায়না থাজনৈ। ৱাফম অসি সতীগী গুনবু পুখৎনবা — "সতীদাহ" গী অকনবা থাজনবা অমা লাকপদগী (সতী খোংনাং ৱারীনা সাক্ষীনি) খম্বা থোইবীগী পোলোই অসি অসুম্না হাপচিনখিবরা হায়দুনা চিংনদবা ঙমদে। বাল্মীকিগী রামায়নদা হাপচিল্লকপা "উত্তর কাণ্ড" গীদি রসকী বিচারদা ফজবা লৈ। খম্বা-থোইবীগী লোইশিনবদা হাপচিল্লিবা অসিমদি "ধর্ম্মনা জয় ওই" হায়বদুগী ওন্নতৈনবনি। তশেংনমক চৎথরিবা রস কায়হল্লি।

মরম অসিমক্না পেনাগী অশৈবশিংনা রারীগী পোলোই অসি ঙে।

মহাকবিনসু লূহোংবদা লোইশিল্লম্বা অসিমক য়াজনীংই। অসুম্না লোইশিল্লি ত্রৈয়াদপু গ্রীক

"... থাংজিং ঐনা শিনবদি লীলা সংদিং-ওইজরে" — লাওথোকখরে মরৈরবা খম্বা-থোইবী অনিগী মপুং ফাগ্রে লাংওনদো। ❑ স্

১৯৯৩ ইং

## তান্নজখিবা লাইরিক খরা ঃ


১। খম্বা-থোইবী শৈরেং ঃ হিজম অঙাংহল সিংহ অনিশুবা খুৎনম (১৯৮৬)

২। শিঙেঙন ইন্দু ঃ হিজম অঙাংহল সিংহ ৪ শুবা খুৎনম (১৯৯১)

৩। হিজম অঙাংহল সিংহগী শৈরেং খরা (অহানবা অমসুং অনীশুবা শরুক, নম্বা ঃ (১৯৯১)

৪। হাওদিজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুন্সিনবা ঃ (সম্পাদক) রাজকুমার শ্রীমাহল (১৯৮২)

৫। The Foundation of Indian Culture : Sri Aurbindo Birth Centenary Library (1972)

৬। Homer's Iliad : S.P.Sen Gupta : 1976 Vol. XIV

৭। সংস্কৃতিগী শক্লোন ঃ এলাংবম নীলকান্ত ১৯৯১

৮। খম্বা থোইবী পুন্সিরারী ঃ হৈস্নাম মাঙ্গোলজাউ সিংহ ১৯৮১ (অনিশুবা শরুক)

# মহাকবি অঙাংহলগী খম্বা-থোইবী শৈরেং ঃ নৈনবা অমা

মহাকবি অঙাংহলগী চহী ১০০ শুবগী মপোক নুমিৎ চহী চুপ্পা পালন মণিপুরদা অমসুং মপান্দা পাঙথোকপদা অসিমদি য়েৎনবা লৈতনা য়ানখ্রে 'খম্বা থোইবীগী শৈরেং' (পরেং লিশিং ৩৪ মুক্কি লৌনরিবা) মহাকাব্যনি। অঙাংহল মহাকবিনি। অসিমসু য়ানখ্রে — ইংরাজী সাহিত্যগী মখায়দোক্তা হায়রগা চীনদগী চীন্দা চৎথরকপা কবি হোমরগী মহাকাব্যগুম্বনি (এপিক ওফ গ্রোথ)। কবি মিলটন নৎত্রগা জর্মনগী কবি গেটে গুম্বগী মহাকাব্যগী মশক — সাহিত্যগী ওইবা মহাকাব্য (লিটরেরী এপিক) হায়বদু নত্তে। নোংপোক নোংচুপগী মহাকাব্যগী মশক খেন্নে। নোংচুপকী ক্রিটিকশিংনা মহাভারত অমসুং রামায়ণবু থোইনা মশক খঙদে। মখোয়গী মীৎয়েংদা মহাকাব্য ফাওবা কৌনীংদে। ভারতকী আলোচকশিংনা মহাভারত (৫ শুবা বেদ ফাওবা মিংথোল্লিবা) অমসুং রামায়নবু জাতি অসিগী সভ্যতাগী শক্লোন শুনা ফোঙদোকপা মহাকাব্যনি হায়না লৌই। নোংচুপকী মহাকবি হোমরগী ইলিয়াদ নত্ত্রগা ওদেশীবুনা পুন্সি মচেৎ অমতং, ৱারী তাংকক অমতং ফোঙদোকপা মহাকাব্যনি হায়না লৌই। মায়কৈ অনীমক্কী পান্দম খেন্নে।

নৈনগদবা ৱাফমদি — খম্বা থোইবী শৈরেং করম্বা শাগৈদনো — নোংপোকলোমদা তিনগদ্রা নত্ত্রগা নোংচুপলোমদরা? করম্বা যুগকী করম্বা ফিদম পুথোক্লম্বা মহাকাব্যনো? হৌজিক মতমগী মহাকাব্য ওইনা লৌগদরা? মহাভারত রামায়ণদি খৃষ্টগী মাঙ চহী লিশিং মুক্কী মমাঙদা থনম্লবনি। হোমরগা মরী লৈনবা এপিক সাইকলসু মতম অসিৱাইদনি হায়না লেপ্লরি। খম্বা থোইবী শৈরেংদি অদুক কুইবদি নত্তে। অদুদি করম্বা পুন্সি মীৎয়েং য়াওবা করম্বা যুগকী মহাকাব্যনো? অতোপ্পা ৱাহং অমনা চুংখামগী পেনাগী ওঝা মনিকতগী লৌবনিনা অঙাংহলনা খম্বা থোইবী শৈরেং ইবনি হায়না লৌবা য়াগদ্রা? মহাক্কী তোপ তোপ্পা দান অমসুং শক্তি করিনো? ইরিবসু ৱারী মপুম নত্তে — মচেৎ অমতনি। শন শেনবদগীনা লুহোংবা ফাওবদনি। মসিতনা মহাকাব্যগী শক্তম লৌবা য়াগদ্রা? ৱাহং খরসি

ঐখোয় খুন্নবা হোৎনব তাবনি।

মহাকাব্যগী শকফম অমদি অহানবদা খঙদোকপা তাই। হোমরগী ইলিয়াদপু গ্রীক জাতিগী পরম্পরা থাজবা কয়া খৎন-চৈনবগী পুন্সীগী শকফম অমসুং মতীক লৈরবা সভ্যতা অমা পোক্লক্কদবা মশক ওইনা নোংচুপকী সমালোচকশিংনা মত পীরি। ইবমকসু জাতি মচা অদুমক্তা ইবনি। হোমর লৈরমই লৈরমদে ফাওবা মরৈ তৌনবা লেপত্রি। মতম অদুগী অশৈবশিংনা শক্করম্বা ৱারী শীংবুল ফাওবা মরৈ তৌনবা লেপত্রি। মতম অদুগী অশৈবশিংনা শক্করম্বা ৱারী শীংবুল কয়াদু মহাকবি হোমরনা খোমজিন তাশিন্দুনা চাওথোকহন্দুনা অমসুং মশক ফাওবা হোংহনদনা মহাকাব্য অনি অসিদা শাগৎলকপনি। ভাবোকনা তানবা অমসুং ৱারী লীনবা শৈশক্কী মওংদা থনম্বনি। লৌখৎপা থৌদোকসু মতাং অমমমতনি। ইলিয়াদতা ট্রোইগী লাল লোইনমক উত্তে। নায়ক ওইরিবা একিলিসকী পুন্সী মপুং ভত্তে। মহাক্কী শাউবগী তাংকক অমতনি। অদুবু য়েক্লিবা লাইগী কেনভাসতি পাকল্লে। স্বর্গ মর্ত্ত অনিমক শম্নহল্লি। লাইগা মীগা শরৈ — চাংলেম্লবা ষ্টাইল (ইংরাজীদা গ্রান্দ ষ্টাইল) দা ইরম্বনি। মদুনা গ্রীক জাতিগী অপাম্বা অমসুং অনীংবা পূম্নমক ফোঙদোক্লবা হোৎনবনি।

ভারতকী রামায়ণ অমসুং মহাভারতসু অসিগুম্বনি। অদুবু কোনসিল্লিবদি পূম্নমকপুনি। মহাভারততা য়াওদ্রবদুদি ভারততা লৈত্রে হায়নরি। বেদগী মতমদগী চৎথরক্লবা মঙালগা অমম্বগা, লাইগা হিংচাবগী শানফম অদু মীওইপোক্তা ধর্ম্মগী শকফম লৌদুনা শাংলবা ৱারী ওইনা চৎথরকপনি। অসিনা অনিমকপু ইতিহাস হায়না শীংথানরি। অনিমক্তা য়াওদবা লৈত্রে — ধর্ম্মনীতি রাজনীতি নীতিশাস্ত্র (কূটনীতি ফাওবা য়াওবা) অর্থশাস্ত্র অসিনচিংবা জাতি অমগী নীংবা অমসুং অপাম্বা পূম্নমক য়াওরে। মহাভারতনা মসিগী শ্লোক লাখ অমদা শাগৎপা মথোল কয়াগী দলানগী মশক্কি। রামায়ননা খরা চীক্লা লেম্না পাক্লবা কেনভাসতা য়েকপা লাইনি। মহাউ মান্নদে। গ্রীক অমসুং লাটিনগী মহাকাব্যশিংগা চাংদম্নবদদি ভারতকী মহাকাব্য অনিসিনা ৱাখলগী লুশিনবদা অমসুং আত্মাগী য়ৌশিনবা মশক ফোঙদোকপদা অমসুং ভারত জাতিগী মশক তাকপদা য়াম্নমক হেন্না পাকপা অমসুং য়ৌশিনবা হেল্লি। মহাভারত সিমকসু যুগ কয়া চঙনা শাগৎলকপনি। অহানবা ফোঙবা শ্লোক ৮০০০ তনি — মদুবু 'জয়' কৌই। অনিশুবদা শ্লোক ২৪০০০ য়ৌরকই — মদুবু 'ভারত' কৌই। অহুমশুবদা শ্লোক লাখ অমা য়ৌই — মদুবুনি হৌজিক্কি 'মহাভারত' হায়না

খঙনরিবনি। ভারতমকতদসু ইন্টরনেসনেল সেমিনার তৌদুনা (মহাকাব্য অনীমক্কী) ৱাফম অসি কন্না নৈনখ্রবনি। মত চপ মান্নবদি ওইথোক্তে।

হান্নদা খরা শক্করম্লবসু খম্বা থোইবী শৈরেং অমসুং মোইরাং কাংলৈরোন শকপগী হৌরকপদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী (১৮৫০-১৮৮৬) মতমদগীনি। জিলাদরবারদগী হল্লকপদা ইহান হানবা ওইনা ওঝা চনম্বা, পাওম্বা অমদি ৱাংভুগী লোইতোংবম কাওবা পেনা শকপা ওঝা অহুম অসিনা শিন্ন শিন্ননা মহারাজগী গৌগল তৌখি। ওঝা চনম্বগী সেবক তোন্দোন (চুংখা হৌদোং — হৌদোং খোংবা মানবদগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা থোনবিরম্ব) না পোকপা ওঝা মনিক (চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা) তগী মহাকবি অঙাংহলনা তাজহৌবনি। শম্না হায়রবদা খৃঃ গী ১৯ শুবা শতাব্দীদা হান্নগী ৱারী মতাং খরদা মোইরাং কাংলৈরোন শাগৎলকপনি। চহী ৮০০ মুক্কী মমাঙদা থোকখি হায়না থাজনরিবা খম্বা-থোইবীগী ৱারীদু ১৯ শুবা শতাব্দীগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মঙালদা অনৌবা মপোক অমা পোকহল্লকপনি।

অদুবু খম্বা-থোইবী শৈরেংবু অঙাংহলনা ওঝা মনিকতগী তারবা অমসুং খোৎচিনহৌবা কয়াদু মহাক্কী প্রতিভাগী মঙালদা মাত্রা ৭/৭ কী পয়ার ছন্দদা নৌহৌনা অমুক পুথোরকপনি। ওঝা মনিকক্কী ৱাহৈশিংদু টেপ রেকোর্দ তৌরগা থাদোকপা নত্তে। কবি মশানসু হায়জে — "ওঝা ইবুঙোগী ৱাহৈ, শৈরেংগী মপৈ শ্রীমুখদগী চেম্থোরকপা পূম্বা মপূং ফানা লৌশিনবা ঙমদদুনা ৱাখরে। পোলাংগুম্বা থম্মোইনিনা হাপউবা মণি পুম্বা ওঝাগী মাংগোনদা অদুম তাহৌই।" (অঙাংহল ঃ খম্বা-থোইবী শৈরেং ঃ হৌরকফম) অসিনা তাকপদি কবিনা কল্পনাগী অঙকপা শক্তি শীজিন্নদুনা মাঙদা পেনাগী অশৈবশিংনা শকপগুম্না তাহনবনি। তৌবমক্তি কবি মশানসু হায়জে-খম্বা-থোইবীগী ৱারীদি পলেমগী পুক্কুংদগী তাবা হৌরে। হাপচিনলিবা পূন্নমক ওঝাশিংনা শকপগুম্না তাহল্লি। য়েংলিবা পুন্সি মীয়েং ওঝাশিংগীগা চপ মান্নে। থায়নগী সংস্কৃতিগী যুম্ফমদা শাগৎখিবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনীং লাইশোল অমসুং চৎন-লোনচৎকী অয়ৌবী যুগ ওইবনিনা পূন্নমক অদু পেনাগী ওঝাশিংদা অমসুং অঙাংহলদা চঙখিবনি। ৱাংলবা সভ্যতাগী মূর্ত্তিনি।

কবি হায়বসি অইবা নত্তে অতাবনি হায়বসি ভারতগী সংস্কৃতিদা থাজনবনি। বেদগী ঋষিশিং অতাবনি অসিনা বেদবু শ্রুতি কৌই। বাল্মীকীগী ৱামায়ণ খঙহৌদনা করুণ রসতগী থোকখি। অঙাংহলদসু অদুগুম্বা শক্তি অমনা চঙখিদুনা ইথোকহল্লকপনি। অসিনা কবি

মশামক্লা থাজে - পুন্নমক ভগবানগী লীলানি। মহাত্মা বিষ্ণুপাদ শ্রীযুৎ মধুসূদন গোস্বামীগী কৃপা য়াওই। অসিনা কবিনা থাজরি - শ্রীশ্রীখম্বা মহাপ্রভুদা অমসুং খম্বাংননা শ্রীশ্রীকৃষ্ণদা। কবিনা ইজে - "মীগী শাইওনদা লাইগী মপু ওইরবা শ্রীশ্রীখম্বা থোইবী অনীগী লীলা"। কলপনা অমসুং ভাবকী জগত্তা চঙজদুনা অঙাংহলনা তশেংনমক মহাকাব্য অসি ইখিবনি। ভগবানগী লীলাগী মশক্কি। থাংজিং পাম্বোইবী অমসুং অতৈ লাইশিং লীলা শান্নবদা য়েংলি। য়াওরি। অসিনা ইচম চম্না হৌখিবা মহাকাব্য অসি কবিনা অসুন্না লোইশিল্লি - লুহোংবগী মতাংদা - "থাংজিং লাইনা চিংবনা পুমপেন ওইনা পেনখরে। থাংজিং ঐনা শীনবদি লীলা লংদিং লোইজরে — লাওথোকখরে লাইয়ামদা।"

শমজিন্না হায়রবদা খৃঃ গী ১৯ শুবা ফাওবদা ওইরকইবা অমসুং ওল্লকইবা মণিপুরগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী অয়ৌবা মশক অদু মহাকাব্য অসিদা চরিত্র কয়াগী মতেংনা ফোংদোকপনি। জাতি অসিনা চহী যুগ কয়াসিদা নীংজরক্লিবা মঙ মঙজরিবা অমসুং ওইজগে হোৎনরক্লিবা অচুম্বা অমসুং ফজবগী মশক পুন্নমক পেনাগী অমসুং মতৃংদা খোংজোমপর্ববগী ওঝাশিংনা হাপচিন্দুনা শাগৎলক্লিবা অরোই অথম নাইদবা গঙ্গাগী ঈচেলদা কুনশুবা শতাব্দীদা চাউজরকপা কবিনা অমুক মহাক্কী কল্পনা অমসুং প্রতিভাগী শক্তিনা অনৌবা মপোক অমা পীরক্লবা খম্বা-থোইবী — শৈরেং মহাকাব্যনি। চীন্দদা শক্লরম্বা পেনাগী অশৈবশিংগী মহাকাব্যরসপু অঙাংহলনা অমুক নৌহৌননা অইবা মশক্তা ইরম্বা মহাকাব্যনি। ইবসু জাতি পুম্বনা ইবনি।

মহাকাব্য অসি মহাভারতমক্তা প্রমাণ তৌরুবদি য়াদে। অদুবু রামায়ণগুম্বগী মশক্কি হায়না লৌবসু য়াই। ৱারী মপূং অমতনি। হৌবা লোইবদি হাপতে। অদুবু কোনশিল্লিবা মতাংদি ফন পাক চাউই। থোরকই খূৎশম্ননা মোইরাংগী শায়োন ১ গী শৈশক - মোইরাংগী এপিক সাইকল। হোমরগী ইলিয়াদ নত্তগা ওদেশীগুম্বা থৌদোক অমখক্তং উৎপা নত্তে। লৌখৎলিবা মতাংদি-খম্বা-থোইবী শকখঙনরকপদগীনা লুহোংবা ফাওবনি। মরক্তা লমজেন, লৈলাংবা, কাও ফাবা, শামু খোংয়েৎপা, কবোদা লোই থাবা, কৈ ফাবনচিংবা কয়া হাপচিনখ্রে। 'কাও' হায়বা পন্দুপতা য়াওরিবা খম্বা-খম্নুগা শলকাওগা লোন্দি থোক্লদনা শান্নবা ৱারীদা উৎলিবা পেনাগী ওঝাশিংগী কল্পনাগী শক্তি অমসুং অঙাংহলনা মপূং ফানা ইথোকখিবা মশক - পৃথিবীগী সাহিত্যদা অতাঙবনি। খৃঃ ১৯ শুবা শতাব্দীদগী হৌরগা ২০ শুবা শতাব্দীগী হৌরকপা ফাওবদা ওল্লকইবা মণিপুরী সভ্যতাগী

য়ৌশিনবা মশক খঙগে হায়রবদি মহাকাব্য অসিদা থেংনগনি। ফৈ ফত্তে নৈনগদবা নত্তে। হেঞ্জিল্লি হেনজিনদে হায়গদবা নত্তে। কমদৌনা ওইরকইবনো ওল্লকইবনো হায়বদু য়েংগদবনি। মণিপুরী জাতিগী থম্মোয়দা য়াওরিবা অচুম্বা অমসুং ফজবগী অয়ৌবী মশক্লি। মসিগীদমক্লি খম্বা-থোইবী শৈরেংবু ঐখোয়না মহাকাব্য কৌরিবা। 'মিংচৎ' পু কদায়দা লৈবগে হায়না থিজরম্বা অশৈবসিদা ঐখোয়না হৌজিক মহাকবিগী লুহুপ উপশিল্লি চিংনবা লৈত্তনা।

মহাকাব্য অসি জাতিগী ইতিহাসনি। অদুবু মসিদা খম্বা-থোইবী মতমগী ইতিহাসকী মচাক্তি ইফং ফংলোই। কাউঙমদ্রবা চরিত্র পুন্নমক খম্বা খম্নু, থোইবী, শেনু, মোইরাং নিংথৌ, চিংখুবা, নোংবান, চাউবা, থোংলেন্নচিংবা পুন্নমক কাব্যগী শক্তিনা অনৌবা মপোক অমমম পোকহল্লবনি। হিন্দু ধর্ম্মগী যুম্ফমদা শাগংপা ৱারীনিনা থায়নগী সংস্কৃতিগা বৈষ্ণবকী সংস্কৃতিগা অনিনা য়ানশিন্নদুনা পোক্লকপা শৈশক ওইবা অহোংবা কাউঙমদবা মশক্তি মশানা ওইবা তাবনি। মহাকাব্য অসিদ। খম্বা-থোইবীগী মতমগী মোইরাংগী সংস্কৃতি থিবা ফংলোই। য়াওরমদে হায়না শাউরুবগীসু অর্থ লৈতে। মরমদি মূর্ত্তিশিং অসি খৃঃ গী ১৯ শুবা শতাব্দীগী মণিপুরী সভ্যতাগী মূর্ত্তিনি। ঐখোয়না অমুক থাজরিবদি - মহাকবি অঙাংহলনা খরদুম হেন্না বৈষ্ণবগী জগতত্তা চঙশিন্দুনা খম্বা মহাপ্রভুবু শ্রীকৃষ্ণগী অবতারমক্লি খনখিবা পেনাগী জগত্তগী খরগা হেন্না য়ৌশিননা চঙশিল্লবরা হায়না চিংনবা পোকই। মসিমক ওবাশিংমক্লা হেক শক্লমগদ্রা হায়না হংনিংবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া ভাব কয়া তোয়না থেংনৈ।

মায়কৈ অমরোমদা খম্বা-থোইবী শৈরেং — ২০ শুবা শতাব্দীগী মণিপুরী জাতিগী মহাকাব্যনি হায়রমক্লে য়াই। পেনাগী ওঝাশিংনো ১৯ শুবা শতাব্দীদা ফাওখিবা ৱাখলগী পরিং অদুদগী কৃপা ফংলবা মহাকবিনা মহাক্কী প্রতিভাগী শক্তিনা মূর্ত্তিশিং অদু নৌহৌননা শেমদোকই। মপুং ফাহল্লকই। ৱাংবা হেঙ্গৎলকই। বৈষ্ণবগী থম্মোয়দা নকশিন্না খম্বা-থোইবী ৱারীবু পুশিল্লকই। থায়নগী ৱারীনি হায়না থাপ্পা থমদে। মমানা মচা কোনবদৌনা ৱারী অসিবু বৈষ্ণবগী অবতারগী লীলা অমা ওইনা জাতি অসিনা কোনশিন্নবা হোৎনরকই। অসিনা কবি মশামক্লা হায়জরি — "মহাত্মা বিষ্ণুপাদ শ্রীযুৎ মধুসূদন গোস্বামী অসিনা কৃপা তৌবিদুনা অমম্বা ঐগী থম্মোয়গী অমকপা পুম্বা শেংদোকপীরে।" ৱাফম অসিনা হায়না শাগৎলমইবা খম্বা-থোইবী মহাকাব্যগী অনৌবা মপোক অমা অমুক মহাকবিনা পীরে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। চঙজরুবা ওঝা মনিকনা তাকপিরকপা কয়া 'পোলাংগুম্বা থম্মোইনিনা' ওঝাগী শঙ্গায় মাংগোন্দা তাক্লৈরবসু কৃপা ফংলবা মহাকবিনা কয়ামুক অমুক হাপচিন্দুনা মপুং ফাহল্লবা মহাকাব্য অমা পুথোরক্লে হায়বদা চিংনবা লৈফম থোক্তে। ❑

১৯৯৩ ইং

# খম্বা-থোইবী শৈরেংদা ফোঙদোক্লিবা জাতিগী আশা অমসুং নীংজবা

ৰাহৈ পরেং লিশিং কুন্থ্রামরিমুক ওইবা, খম্বা-থোইবীগী ৱারীদা শন শেনবদগী হৌরগা খম্বা-থোইবী লুহোংবদা লোইবা লাইরিক (বুক) মরি থোক্লা পুথোকপা মাত্রা ৭/৭ কী পয়ার ছন্দদা মপূং ওইনা লেংবা মহাকবি হিজম অঙাংহলগী "খম্বা-থোইবী শৈরেং" কৌবা লাইরিক অসি মহাকাব্য অমনি হায়বসিদি য়ানরবনি। অঙাংহলনা পেনাগী ওঝা চুংখাম মনিকতা মপূং ওইনা চঙজরবসু থোরকইবা মশক অসিদি কবিগী কল্পনাগী মচু শঙলবা, ৰাহৈ-ৰাতা অমসুং প্রমান পাম্বৈদা মশাগী প্রতিভানা য়োমশিল্লবা মশকনি। পেনাগী ওঝাশিংনা হায়রিবা খূদিংমক ইথোকপা ঙম্বগী শক্তিসু অঙাংহলদা লৈতে। ওঝাশিংনা য়ৌদবা কয়াসু মহাক্কী কল্পনানা শাগৎলবনি। মহাক্কী শক্তি হায়ববু মহাকাব্য অসি জর জর পাথবদা পেনাগী অশৈবশিংগী সুর অমসুং ছন্দ চপচানা হাপ্পা ঙম্বা অসিনি। পেনাগী ওঝাগী শাবাননে, ৰাঙাঙনে, খোম্হোকনে, পেনাগী মখোলনে — পূন্নমল্লা অমতা ওইশিনখিদুনা থোরকপা মূর্ত্তি অদুবুদি য়ৌবা ঙম্মা নত্তে। অদুবু মদুগী খোঞ্জেল অমসুং খোম্বাং ফাওবদি লাইরিক অসিদা তাহল্লি।

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হায়রমই — কাব্য মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মীওই অমতগী ওইবা, মহাক্কী কল্পনাগী শক্তিনা পুন্সীগী য়ৌশিনবা মশক কয়া উৎথোকপা ঙম্বা কাব্য। খুদম ওইনা নোংচুপকী কবিশিং — কীটস, শেলী, ৱার্সৱার্থ অমসুং ভারতকী কালিদাস, জয়দেবনচিংবা কবিশিং। অনীশুবা মখলগী কাব্যদনা য়াওই — জাতি অদুগী অপাম্বা অমসুং ফজবগী মশক, নীংজবা অমসুং আশা কয়া, যুগ অদুগী মীওই কাংলুপ অদুগী ফিদম অমসুং চেৎনা থাজরিবা ভেল্যুশিং। অকোনবগী কাব্যগী কাংলুপতনি লৈরিবা নোংচুপকী কবি হোমরগী এলিয়াদ অমসুং ওদেসী, ভারতকী রামায়ণ অমসুং মহাভারত। মণিপুরগীনা অঙাংহলগী খম্বা-থোইবী শৈরেং। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা হায়খিবা অমগা লৈ। রামায়ণগী রাম অমসুং সীতাগী চরিত্রশিং মপূং ফায় ফাদে হায়না নৈনগদবা নত্তে। চহী

যুগ কয়াসি ভারতবাসীশিংনা কমদৌনা রাম, সীতা অমসুং লক্ষ্মণবু য়েংলকইবগে অমসুং আদর্শকী মূর্ত্তি ওইনা উরকইবগে হায়বদু খঙজিনগদবনি। ৱাফম অসি খম্বা-থোইবী শৈরেংগী চরিত্রশিংদসু পুশিনবা য়াই। পূম্নমক ফিদমনফম ওইরবা মীশক ঙাক্তনি। খম্বা-থোইবী-থোংলেন-চাউবা-নোংবান-চীংখুবা-মোইরাং নিংথৌ ফিদমগী মশক ঙাক্তনি। মোইরাং পর্ব্বগী অশৈবশিংগী কল্পনাদসু মৈতৈ জাতিনা পূন্না য়াওশিন্দুনা শেন্নকপা মূর্ত্তিশিং ঙাক্তনি। হান্নগী লৈজরম্বা ইতিহাসকী ওইবা শরু-শয়াংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদগী হৌরদুনা শাগৎলকপা শকফমশিং অদু অমুক তরু তরুনা কবি অঙাংহলনা মহাক্কী শৈরেংদা ইথোরকপনি। তশেংবা হায়রবদি খম্বা-থোইবীগী ৱারী অসি মীওই খরনা ইবা নত্তে। জাতি পুম্বনা ইবনি। ৱারীমকসু খম্বা-থোইবীগী নুংশি ৱারীদা নত্তে। মৈতৈ জাতি পুম্বগী পুন্সী ৱারীনি। পূম্নমক অসি অঙাংহলগী কলমনা খোৎচিল্লম্বদনি। ঐখোয়না রামায়ণবু বাল্মীকি ঙাক্তনা অমসুং মহাভারতপু বেদব্যাস ঙাক্তনা ইবনি হায়না লৌদে। ভারত জাতি পুম্বনা ইবা পূম্নমক্কী ওইবা মহাকাব্য অমসুং ইতিহাসনি হায়না লৌই। ইতিহাসমকসু শোক-তারিখ নাইবা, অহোংবা নাইবা মশক নত্তে। মতম পুম্বদা লৈরগদবা ৱারী অমা ওইনা, ফিদম অমা ওইনা, মূর্ত্তি অমমম ওইনা। "খম্বা-থোইবী শৈরেং" বুসু মসিমক ওইনা লৌরিবনি।

চহী ৭০০/৮০০ দগী চেঙ্থরকইবা মোইরাং কংলৈরোনগী মনুং চনবা খম্বা-থোইবীগী ৱারী অসিনা চহী ২০০ মুকসিগী মনুংদা থায়নগী চৎনরোলগা হিন্দুগী চৎনরোলগা অনীনা গঙ্গা যমুনাগী অপুনবা অকনবা ঈচেলগুম্না চেঙ্থরকপনা হৌজিক্তি লৈকাই লৈকাইদা য়ূমথোং খূদিংদা কাউঙমদ্রবা ৱারী অসি শক্লি পেনাগী অমসুং খোংজোম পর্ব্বগী অশৈবশিংনা। কাউঙমদ্রবা রস কয়ানা তিল্লবা সুর, ছন্দ অমসুং মরোলদা চোংথোরকই মূর্ত্তি পরেং পরেং। মখোয়গী অৱা নুংঙাইদা নূপী নুপা, অহল, অঙাং পূম্নমক কপচরি, নোকচরি — রস চুপচরি। কবি অঙাংহলনা তৌরিবসি মসিমক্নি। কবি হোমরগী মমাংদা গ্রীক কবি কয়ানা মতৎ মতৎ ওইবা মওংদা মহাক্কী ৱারী মপুংগী মচেৎ মচেৎ কয়া শকখ্রবনি। হোমরিক সাইকল হায়দুনা খঙনরি। মহাক্না অহৌবা নত্তে। অরোইবা নত্তে। পূম্নমক অদুদগী খোমজিল্লগা হোমরনা শক্লকপনি ৱারী মতেক অমমম — ইলিয়াদ অমসুং ওদেসী। কবি অঙাংহলনা পেনাগী অশৈবশিংগী লোইনাইদ্রবা মোইরাং কংলৈরোলগী পূক্কেদগী পুথোক্লকপনি — খম্বা-থোইবীগী ৱারী মশক অমতং। মসিদসু য়াওদে-পারী

পুরীগী অমসুং ৱারীগী অহৌবা অমসুং লুহোংবদা লোইবনা অনীগী শিন্নিন্নবা ফাওবা য়াওরমদে। মহাকাব্যদা-রামায়ণ অমসুং মহাভারততা তৌবগুম্না-হৌবদগী লোইবা ফাওবা হাপ্তুবা য়াদে হায়বদি লৈতে। নোংচুপকী মহাকাব্য (এপিক) হায়বসিগী মওংদা খরদুম পাকচাউনা খম্বা-থোইবী শৈরেংবুসু থনম্বনি।

ডাক্তর সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়না অঙাংহলগী খম্বা-থোইবী শৈরেংগী খুৎই অমসুং মসিগী মরমদা ঙমজবা শক্তিনা খঙনবা হোৎনরবগী তুংদা কৌরকই মহাকাব্য অসি — নেসনেল এপিক ওফ লোকেল ইমপোরটেনস। চাংদম্নরকই রাজস্থান লমদমগী অমসুং মরাঠীশিংগী অশৈবশিংগী ৱারীগা, পঞ্জাবকী সোহনী-মহীৱাল অমসুং পুরন ভগত, বঙ্গদেশকী লৌসেন, বেহুলা- লখিন্দরগা কালকেতু-ফুল্লোরগী ৱারীশিংগা। মসিমক্তি খরা পেন্দে। খম্বা-থোইবী শৈরেংদি চূম্নগী নুংশিৱারী নত্তে। বীররসনা মপূং ওইবা নত্ত্রগা মাইকেল মধুসুদন দত্তগী করুণ রসনা মপুং ওইবা মেঘনাদ বধ কাব্যগুম্বা সাহিত্যগী ওইবা মহাকাব্যসু (লিটরেরী এপিক) নত্তে। ফোক এপিক নত্ত্রগা এপিক ওফ গ্রোথ হায়বদুনি।

মণিপুরীশিংগীদমক্তদি খম্বা-থোইবী শৈরেংদি রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী অপুনবনি। মথক্তা চাংদম্নখ্রিবা শৃঙ্গার রসকী ৱারীগী শকফম নত্তে। ৱারী পরীং অমবুদি খম্বা-থোইবীগী নুংশি-ৱারীনি। অদুবু মসিদা তিন্নরিবা সমাজনীতি, ধর্ম্মনীতি অমসুং রসকী ইচেল অসিদি ঈপাক অমগী মশক লৌরবনি। মহাভারততা য়াওদ্রবদি ভারততা লৈত্রবনি হায়নৈ। খম্বা-থোইবীগী শৈরেংদা (অঙাংহলগী অমসুং পেনাগী ওঝাশিংগী হেন্না মপূং ফাবা শৈশক্তা) য়াওদ্রবদি মণিপুরদা লৈত্রে হায়বমক ফাওবা য়াই। ৱারী মপূংদা য়াওরিবা মপূং ওইবা চরিত্র খূদিংমক ফিদম লৌনফমগী মশক ঙাক্তনি। নুপী ওইবগী কেজবা ফজবা, লৌশিং লৈবদা অমসুং সতী ধর্ম্ম ঙাক্লবা হোৎনবদা থোইবী, অচানবী মনাইগী হৈশিংবা অমসুং পাইরক্কী লৌশিংদা শেনু, নিপা ওইবগী কনবদা থৌবদা, শক্তা, পুকচেল চম্বদা অমসুং নুংশিবগীদমক থৱায় থাবা ফাওবা পাম্মুদবদা খম্বা, বুদ্ধি লৌশিং চাউবদা অমসুং রাজনীতিগী দিপ্লোমেসিদা চাউবা, থৌনাফবদা, কনবা থৌবদা অমসুং ফিংবদা থোংলেন, খম্বগী লাম্বা ওইনা ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী থেংগায়নবগী মশক পুরকপদা, তৌবা ঙম্বা, নাপল অমসুং নুপীনা পামদবা অঙোম নোংবান, হৈশিংলবা ভাব তাথ্রবা মনাই শৌরা, পুন্সী চুপ্পা কপতুনা লেনজরবী অমগী অমসুং মমা শকপী মচেগী শকফমদা খম্নু, মচীন-মনাউগী নুংশিরবা থানবা য়াদ্রবা মরীদা অমসুং লৈবাক্কী অচুম চুমদগী বিচারদা নীংথিজনা

পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মোইরাং নিংথৌ অমসুং মনাউ চিংখুবা — পুন্নমক কাউঙমদ্রবা চরিত্র ঙাক্তনি। ফিদমনফমগী মশক্লি। মমা পোক্তবীনা থীনা ওৎপীরবী অমগী শক্তমদা কুঞ্জমালা ফাওবগী ৱারী মতাংদা মিৎতগী পি তানদবা কনাসু য়াওদে। থোইবীগী ফজবা থারকপদা পেনাগী অশৈবশিংগী কল্পনাদা উরি-ফজবগা থোইবীগা তান্নবদা ফজবদু মায়থীহৌরে। মহাকবিগী "কাও" হায়বা পন্দুপতা কাওগা খম্বা-খম্নুগা শানরকপা অমসুং খঙনরকপা ৱারী তাবদা কপ্লোইদবা কনাসু য়াওদে। লোন খঙনদবতনি জীব পানবা পুন্নমক্কী থম্মোয়দি অমতনি হায়বসিমসু য়ৌশিনবা কল্পনাগী মশক্লি। শম্না হায়রবদা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী আশাদা, পামজবদা, নীংজবদা অমসুং অশোনবা মীকুপ্তা, চাউথোকচবদা, ইজৎ ঙারব্বা হোৎনবদা অমসুং অচুম্বগীদমক শিবা কিদবদা, নাপলগী ময়াইবু করিসু লৈতনা খনবদা, মীচম্বু ওৎ-নৈবদা ফোঙদোক্লীংলিবা পুন্নমক খম্বা-থোইবী শৈরেংদা মুর্ত্তি ওইনা চোংথোরকপা ঙাক্তনি। পাপ পুন্যগী মশকসু য়াওরে। ধর্ম্ম-অধর্ম্মগী লানফমসু য়াওরে। লোইশিল্লি অচুম্বগী জয়। ৮

খম্বা-থোইবীগী ৱারীসিদা ধর্ম্মগী, থাজবগী অমসুং লাইনীংগী মরোল কয়া চঙখ্রে হায়দবা ঙমদে। হৌরকপনা ইবুধৌ থাংজিংনা নাওকোল্লিবা মোইরাং লমদমগী খুমন মোইরাং অনীগী তিন্নরকপগী, খৎনরকপগী অমসুং চান্নরকপগী ৱারীনি। শায়োল ৯ গী অরোইবা শায়োন ওইনসু পুথোক্লি। ৱারীগী পরীং অমদি লৈরি — খম্বা-খম্নুগী পীতৎ পাতৎলবা পুন্সী, মোইরাং নিংথৌ অমসুং মনাও নিপা অমসুং মজা ইবেম্মা থোইবী, অঙোম নোংবান, লৈলাংবা, কাওফাবা, লোইথাবা, শামু খোঙয়েৎপা অমসুং কৈ ফাবা। মসিনা ইতিহাসকী য়াংলেনগী শরুনি। পাম্বীগী মরুনি। অদুবু হৌজিক্তি জাতি পুম্বা চঙদুনা শাগৎপদা চাউরবা সনাখোংনাং পাম্বীগী মশক লৌরে। ১৯ শুবা খৃঃ গী কুমজাদগীদি হিন্দু ধর্ম্মগী মপূং ওইনা বৈষ্ণব লাইনীং প্রভাবতগী চঙলকপা লৈহাও অসিদা মশা মরেং ফল্লক্তুনা থায়নগী অমসুং হৌজিক্কী চপচাবা তিন্নফম ওইরে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তককী পেনাগী অশৈবশিংগী অঙকপা কল্পনাদা তারিবা নুপী অঙাং অমসুং অহলশিংগী নাকোংদা চঙবা য়ানববা অরোই অখম লৈতনা ৱারীগী মথংদা ৱারী, রস অমগী মতুংদা রস অমা, মূর্ত্তিগী মথংদা মূর্ত্তি পুথোক্লক্লে। মসিদা য়াওরে ধর্ম্ম-শাস্ত্র অর্থশাস্ত্র, নীতি শাস্ত্র অমসুং রাজনীতি। অরেপ্পা হোংদ্রবা মশক নত্তে। ফীবম ফীবমগা থেংনবদা হোংলকইবা ধর্ম্মগী মশক্লি। থায়নগী লাই-হিংচাবগী লানফম অদু মতমগী সমাজদা

নাকপাক তানদুনা লান তৌনহল্লে। অফবা, অচুম্বা, নোল্লুকপা অমসুং নুংশিবগী মায়কৈদা লৈরে থোংলেন, চাউবা, খম্বা, থোইবী, মোইরাং নিংথৌ — মসিনা ধর্ম্মগী মায়কৈনি। নাকল অমরোমদা লৈরে নাপল, ইজৎ, য়েংথীনবা, কল্লকপা অমসুং শাওবগী মায়কৈদা-চিংখুবা, নোংবাল অমসুং লোয়নবশিং কয়া। মসিনা অধর্ম্মগী মায়কৈনি। কল্লবা চাংয়েং পরীক্ষানি মোইরাং লমদমদা অমসুং অকোয়বা তূমূগী লমদমদা শোক্লরিবা। কাউঙমদ্রবা চরিত্র ঙাক্তনি। অসিগুম্বা লানফম অসিগী চঙশিল্লকইবা খোঙচৎতা জাতি অসিনা কপলি, নোকলি অমসুং পেনজরি। অদুগা পুম্নীবু মশক খণ্ডজনবা যুগ কয়া অসি হোৎনরক্লি। পূম্নমকসু য়াওরে-অকন অথৌ, শিবা কিদবা, চীংয়া তময়াগী পাৎয়াগী নুংশিবা, লমহাংগী অপেনবা, মীগা খেন্নদ্রবা কাও অমসুং পাম্বা কৈগী শকফমশিং। পূম্নমক্কী মথক্তা লাইয়ামশিংসু কুম্মৈ য়েংবা য়াওরি। থাংজিং, পাম্থোইবী, অয়াং লৈমা, কৈথেল লাইরেম্মা লীলাদা থোক্তুনা শরুক য়ারি। খরদং পীকতক তৌবা খুৎয়েক্তা ভারতগী মহাভারত অমসুং রামায়ণ অনীমক য়াওরবনি। অকনবগী খমথেংবা মশক, ভক্তিগী নোল্লুকপগী অয়ৌবা মশক, অখাঙ কনবগী শক্তি, হায়দোকখ্রবা ৱা ঙাকপগী থৌনা, রাজব্যবহার অমসুং শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাংগী নীংথিজরবা হৌনলোনচৎ পূম্নমক ৱারী অসিদা পেনাগী অশৈবশিং না হাপচিল্লে। শকপা, তাবা অমসুং কল্পনাগী মূর্ত্তিদা অমুক মোইরাং পর্ব্ব (অরিবা, অনৌবা) অতৎপা লৈতনা লীলা শান্নরক্তুনা লেঙদ্রবা অচেৎপা মশক অমগী শক্তম লৌরে।

কবি অঙাংহল মশামক্সু শেংনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজরগা খম্বা মহাপ্রভুগী মুর্ত্তি অসি শাগৎচবনি হায়না নোল্লুকচৈ। মহাত্মা বিষ্ণুপাদ শ্রীযুৎ মধুসুদন গোস্বামীগী আর্শীর্বাদপু কোকথক্তা হাপকৎচৈ। গুরুদেব (চুংখাম মনিক) গোলোক বৃন্দাবন, মধ্য বৃন্দাবনদা ভক্তি কৎচরগা ইজবনি। ৱারীমকসু অহৌবা অরোইবা খায়দে-শণ শেনবদগী হৌরগা খম্বা-থোইবী লুহোংবদা লোইশিল্লি। অহৌবা অমসুং লোইশিনবদি ভাবোক্লা হাননা খঙলবনি হায়বগী ভাবতনি। মতাং অসিদদি নোংচুপকী হোমরগী মহাকাব্যগী শক্তম লৌই। ৱারীনা চাউমন পাকমনবদগী ওইবসু য়াই। কবিনসু নোল্লুক্লা হায়জরি — "অপংবা অঙাং ঐনা, লৈরাং ওইনা খন্দুনা। নাচোম-নি তুকনিংবাশা নাচোম ওইনা পুনবনি। জাতি, জাতি খুদিংগী মাগী মাগী ওইববু। মতীক চাবা মন্দির শানদুনা লৈনরে।" অমুক্সু হায়জরি — "অমম্বদা ইমানা অমৈ খুত্তা মচেৎ অমা। নমখাংনা মফম'মা, কোক্কী লুহুপ্পা'মদা। মচোই মচোই লৈরকপা, ফম অমতদদি। ইমাই চোরোন উজগে ফংখিদবা অদুদা। ইমাই শাওং অমতং লিংখৎপনি

ঐহাক্লা। তুংদা লাকপা ইনাওনা পলেম মশক খংনবা" (খম্বা-থোইবী শৈরেং ঃ মরিশুবা লাইরিক ঃ কোনুংদা হল্লকপা)। শীংথানরবা আলোচক অমনা মত পীরি — খম্বা-থোইবী শৈরেংদি সমাজ অনীগী — খম্বা-থোইবীগী সমাজগী অমসুং অঙাংহলগী সমাজগী অনীগী অপূনবা খুৎশেমনি। অচুম্বনি। অদুবু চহী ৭০০ মুক্কী মমাংদা ওইরম্বা মোইরাংগী সমাজবু চহী ৬০০ কী মতুংগী অশৈবশিংনা মতাং অসিদা অঙাংহলনা, মশক খঙলে, হায়রবদি হায়মনগনি। উৎলিবা থায়নগী মশক অসিসু মপুংদি কল্পনাগী খুৎশেমনি। চপ চানা পুথোকপগীদি অকনবা রিসার্চ চঙই। অরিবা পূয়া কয়াদা থিরুবা তাই। ঐখোয়না কাউরোইদবা হায়ববু খৃঃ গী ১৯ শুবা কুমজাদা থোরকপা পেনাগী অশৈবশিংগী শৈশক্লি। ব্বারী মপুম মচা অমগী নত্তনা অতৈ ইরম্বা থেংনদে। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চুংশিল্লবা পুঙ্গীগী ফজবা মশক কয়াবু খঙলবা অমসুং শৈথাবা হৈবা মৈতৈগী অশৈবশিংগী কল্পনাদা জাতি মচা অসিমগা তোংশিল্লগা থোরকপা খম্বা-থোইবী শৈরেংনি। অঙাংহলগী চরিত্রশিং শোল্লি, লাল্লি, মপুংফাদে হায়রুবগী দরকার লৈতে। কমদৌনা জাতি অসিনা যুগ কয়াসি মহাকাব্য অসিবু য়েংলকইবগে, শাগৎলকইবগে অমসুং মসিগীদমক্তা চাউথোকচরবিগে হায়বদুনি য়েংগদৌবা। পেনাগী ওঝাশিংনা খাজিল্লিবা অদুগী মনুংদগী নীংতম্লা শান্নজবা, লৈরাং নাচোম শেমজবা মহাক্কী তোপ তোপ্পা প্রতিভাদি লৈতে হায়বা য়ারোই। অদুনা মহাকপু কৌরিবনি - মহাকবি।

মহাকাব্যগী তোপ তোপ্পা মশক হায়ববু ইতিহাস ওইনা হৌজিকসু লৈরি। চরিত্রশিং অসি হৌজিক ফাওবা লেঙদনা লৈরি — জাতিগী থম্মোয়দা, ব্বাখলদা অমসুং পুঙ্গীদা। অসিনা পেনাগী ওঝা অমনা থোইবীগী মশক তাকপদা শকখি "চহী ৬০০ পুঙ্গীদুনসু নোংমতা ইবেন কৌদবী"। হৌজিকসু ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরি খম্বা, থোইবী, নোংবান, থোংলেন, চাউবা, চীংখুবা শকফম হোংদনা। অশেংবা খম্বদুমক্তি মগুণ পুন্নমক অসি চেল্লমদবসু য়াই। ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরিবা খম্বদি মগুণ অমতা ব্বাৎতনা লেঙদনা লৈরি। নোংবানসু লৈরি — ইজৎ, নাপল, কল্লকপগী মূর্ত্তি ওইনা অমসুং পিথাদোইগী শক্তমদা। ধর্ম্মগী যুম্ফমদা শাগৎখিবা ব্বারী ওইবনা খম্ব-থোইবী অনীগী শিমিন্নবগী পোলোই অসি পেনাগী ওঝাশিংনা তোয়না শক্লদে। অঙাংহলসু লৌখৎলমদে। ব্বারীদদি য়াওই হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। হাওদিজাম্বা চৈতন্যনা বাংলা ময়েক্তা ইথোক্লম্বা খম্বা-থোইবীগী অশম্বা ব্বারীদা, ইংরাজী লেখক, টি, সি, হডসনগী "দি মৈতৈজ" হায়বা লাইরিক্তা ইরমলিবা

ৱারিদসু পোলোই অসি শেংনা পল্লি। নুংঙাইবনা লোইশিনবা ধর্ম্মনা জয় ওইবগী মীৎয়েং দদি মরোইসন অসি কয়াদি চানদবনি। অদুবু ফজবা অমবুদি লৈরমই।

মরোইসন অসি নিংথৌখোংজম তোম্বীগী খম্বা-থোইবীগী মরমদা ইবা লামায় ৪৭০ পানবা ইংরাজী লাইরিক্তা নীংথিজনা পল্লি। খম্বা-থোইবী শায়োন ঙাক্তনি। ইবুধৌ থাংজিংনা লীলা শান্ননবা থারকপনি। মীওইপোক্কী লীলা লোইরে। অসিনা শিগদবা হয়েংনি হায়বদুগী মওদা থাংজিংনা থোইবীদা য়াথং পীরকই — নবানী লীলা মপুং ফারে। নখোয় অনীমক হল্লক্লো। থোইবীনা হংজে — খরদং পম্বা য়াররোইদ্রা। থাংজিং শাউবনা মমায় ঙাঙই অমসুং হায়রকই — য়ারোই। নোংঙাল্লকপদা থোইবী মশা ঙমদে হায়শিন্নে অমসুং খম্বদা তকচৈ — ঙসিদি চৎথোকপিগ্ননু। খম্বদা চিংনবা পোকখিদে। অদুবু খঙহৌদনা শক্তি অমা ইনশিল্লকই মরুপশিংগা অমম্বদা চৎথোক্লুবদা ঙসিদি ফাগী মচা অমতং তৌগে। করেম্নরকই। সতিদা লংজবা ওইথোক্তে। খম্বা থৱায় মাঙখি। থোইবীসু তুংইনখি। মায়গৈ অসোমদগী য়েংলবদি পোলোই অসিমসু ফজদবা নত্তে। জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণ ফাওবদা লীলা লোইশিল্লবদা শাদানবগী তেন্না পান্দুনা শিখি। বাল্মীকিগী রামায়ণদা জানকী সীতাবু লৈপাকলৈমনা কোনশিনখিবা, খম্বা-থোইবী অনীবু অতোপ্পা লীলা অমা শান্নহন্নবগী থাংজিংনা লৌশিনখিবা — ফজদবা নত্তে। অদুবু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লুপশিনজরবা পেনাগী অশৈবশিংগী মফমদদি থোইদোক্লসু মহাকবি অঙাংহলগী মফমদদি খাংঙমদবা চৈনাখোল ওইনা থোক্লম্বসু য়াই।

মহাকবি অঙাংহলগী খম্বা-থোইবী শৈরেং মৈতৈ জাতিগী রামায়ণনি। মহাভারতনি। ইতিহাসনি। অনীংবগী-ফজবগী অয়ৌবীনি। জাতিগী পুন্সীগী তীর্থ যাত্রানি। অঙাংহলনা অসিগুম্বা পুন্সীগী লাইয়েকপনি-লাইশাবনি। ❑

১৯৯৩ ইং

## তান্নজখিবা লাইরিকশিং ঃ

১। হিজম অঙাংহল সিংহ ঃ খম্বা-থোইবী শৈরেং ঃ অনিগুবা খূৎনম - ১৯৮৬

২। হোমর ঃ ইলিয়াদ (আসামী দা অনুবাদ) ঃ অসম প্রকাশন পরিষদ - ১৯৮৮

৩। Homer : The Odyssy (Translation : E.V.Fien) Greenwich House - 1982, New York.

৪। Sri Aurobindo : The Foundations of Indian Culture : Collected Work Volume XIV - 1972

৫। এলাংবম দীনমনি ঃ অঙাংহল ঃ সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি - ১৯৯২

৬। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ঃ প্রাচীন সাহিত্য (বাংলা) ঃ রবীন্দ্র রচনাবলী ঃ ভোল্যুম ৩ শুবা ঃ বিশ্বভারতী - ১৯৮৭

৭। T.C. Hodson : The Meitheis (1980) : Low Price Publication, Delhi - 1989.

৮। বুদ্ধদেব বসু ঃ মহাভারতের কথা ঃ এম, সি, সরকার কলিকাতা - ১৯৮৫

৯। N. Tombi Singh : Khamba and Thoibi, Chitra-Biren-Tombichand Khorjei Rup Imphal - 1976.

১০। এলাংবম নীলকান্ত ঃ সংস্কৃতিগী শক্লোন ঃ রাইটরস ফোরম - ১৯৯১

# কবি চাউবগী পুন্সিগী মীৎয়েং

মণিপুরীশিংগী লিরবা সাহিত্য লৈজরবসু খৃষ্টগী কুনশুবা শতাব্দীদগি নৌহৌনা খ্বায়না খঙনরিবা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য হায়বসি হৌরকখি। বাংলা তম্বগী মথক্তা ইংরাজী শিক্ষানসু শাফু কন্না চঙশিল্লকপা মতম ওইবনা লোন্দা, ৱাখলদা অমসুং মফোংদোক্তা পুমনৌ নৌবা অমা লাক্তুবা য়াখিদে। জাতিগী ওইনসু অনৌবা মীকপ থোরকপগী (রেনেশাঁস) মশক লৌখি। মমারোল অমসুং সাহিত্যবু নৌহৌনা নুংশিরকখি। মীরোলনা মমারোল ওইবা য়ারোই, খঙলকই। অসিনা থোরকই চেফোং কয়া — জাগরন, য়াকাইরোল, ললিত মঞ্জরী পত্রিকা অসিনচিংবা। মতম অসিগী ৱাখল, আশা, লাংতক্লবা অমসুং নীংজবা কয়ানা পুনশিন্দুনা ফোংদোক্লবা সাহিত্যগী মীওই থিরকখি। থোরকখি খোঞ্জেল অদু কুনশুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা মীওই কয়াগী কলমদগী — অঙাংহল, চাউবা, কমল, নবদ্বীপচন্দ্র, মীনকেতন, ইরাবত, দরেন্দ্রজিৎনচিংবা কয়াগী। থোরকই অনৌবা সাহিত্যগী শক্লোন কয়া — গীতিকাব্য, উপন্যাস, নাটক, ৱারেং অমসুং ৱারীমচানচিংবা কয়া ব্যাকরন থোরকই। স্কুলদা অঙাংশিংগীদমক ওইবা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী টেক্সবুক কয়া লেংনরকই। মণিপুরগী লোকসাহিত্যসু অমসুং অরিবা সাহিত্যগী শেংফাত্তবা মশক্কা তিন্নরৈ ত্রিবেনী সঙ্গমগুম্না — সংস্কৃত, বাংলা অমসুং ইংরাজী সাহিত্যশিং। মণিপুরী লোনগী মতমগী ওইবা সাহিত্য চপচানা লৈবা হৌরক্লে। অসিগুম্বা সাহিত্যগী লময়ানবা শাথৌবশিংগী মনুংদা কবি খ্বাইরাকপম চাউবসু শীংথানবা য়াবা অমনি।

চাউবমকসু অমতা নত্ত্রে য়ামখ্রে। শৈরেংগী চাউবা, উপন্যাসকী চাউবা, ৱারেংগী চাউবা অমসুং নাটককী চাউবা। পূন্নমক্কী মথক্তা ময়ান্নদি কাউনরক্লবা থেংনহৌবশিংনদি নীংশিংনরিবা ফাগী তৌদুনা করেম্নগনবা (ইংরাজী ৱাহৈ সাটয়ারগী) চাউবা। চাউবা ময়াম অসিগী মনুংদা শিংলীগী ঈচেলগুম্না চেল্লিবা, পূন্নমক্কী ওইবা চাউবা অমা পুথোকপা হোৎনবদি য়াই। অরায়বা থবক্তি নত্তে। মরমদি চাউবা ময়ামসি খোঞ্জেল, খোনথাং অমসুং শৈশক তিন্নদে। তিন্নবা য়াবা অমতং খনসি হায়রবদি — মরৈবাক, মজাতি অমসুং

মমারোনগী সেবাদা পুন্সি কৎথোকখ্রবা চাউবা হায়রবদি খরদুম চান্নবা য়াই। অদুবু মহাক্কুম্বা অতৈসু লৈবনা মতোমতগী ওইবা মগুনদি ওইরোই।

লোনগী ঈচেলগী মথক্তা ৱাখলগী ঈরোং কয়াসু চাউবদা চেনশিল্লকই। মসিদুম হান্না খঙদোকপদা দরকার ওই। ইংরাজী ৱাহৈদা "মিল্যু" হায়বা অসি খঙদোকপদা চাউবসু চপচানা শকখঙবা অচৌবা মতেং ওইগনি। মসিমক্তা সাহিত্যকার অসিবু মশক তাকপদি ঙমলোই। অদুবু অচৌবা মতেংদি ওইগনি। বৈষ্ণবকী ৱাখল অমসুং থম্মোই চেনবা চাউবনি — নোল্লুকপগী শান্তিগী মূর্ত্তিনি। অরিবা সাহিত্যবুদি ময়েক্লচিংবা খঙনদবন লাম্বা ফংনদ্রিবা মতম ওইবনা লোকসাহিত্যদদি য়াম্নমক থাজবা পোকখি। মমারোলবু লায়রৈ হায়বা য়ানীংখিদে। মীতৈ কবি লাকখিনি হায়বগী লাইফাও তারমই। পেনা তাদে হায়বদি য়ারোই। তোনু লাইজিং লেম্বীগী নুংশিবগা কায়নবগী মতাংগী শৈরেং মতেক অমা ইরমই। খম্বা থোইবীগী নুংগী অর্থ নৈনরকই। সংস্কৃত সাহিত্য শন্নে। অদুবু দরেন্দ্রজিৎ, মীনকেতনদৌনা মনুং হুঞ্জিন্না চঙলুবদি নত্তে। বাংলাগী কালীপ্রসন্ন ঘোষ (নিশীথ চিন্তা, নিভৃত চিন্তা ইবা) নৈনৈ হায়বদু মশানা য়াঝে। থনমবা ৱাখল চঙলবা ৱারেংগী লাইরিকশিং — ফিদম, ৱাখল অমসুং ৱাখলগী ঈচেলগী ৱাখল পরীং অসিদা বাংলাগী লেখক অসিগী মফোংদোক অমসুং নুংগী ওইবা কয়াগী প্রভাব থেংনৈ। বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাসশিং পাই। অইবগী লবঙ্গ লতা উপন্যাসতা দুর্গেশনন্দিনীগী মনম ফাওই। দ্রামাদি ৫/৬ মুক ইরম্বগী মনুংদা অমখক্তংদি (নব-মালিকা-কোন্নথংদা জাপান লান) শোয়দ্রে হায়বা খঙই। মণিপুরী গদ্যবু কুপশিল্লবা ৱাখলগী নীংথিজবা শাদোং ওইনবা লময়ানবা ওইনা শেন্নম্বা অসিমদি মণিপুরী সাহিত্যদা তৌরম্বা কাউঙমদ্রবা চাউবগী দাননি।

শৈরেংগীদমক্তদি চাউবনা ইংরাজী কবিশিংদা মপুং ওইনা চঙজে। রবীন্দ্রনাথ অমসুং কালিদাসকা কন্না শন্নবগী প্রমান ফংদে। ১৮ শুবা শতাব্দীগী ইরাজী কবি গ্রে (মহাক্কী ইলেজী হায়বদু শমজিন্না অনুবাদকী মওংদা "অৱাবা ঈশৈ" হায়দুন থনমই) অমসুং কবি ৱার্ডসৱার্থকী পুক্লীং ইহুলগা নকশিন্নবা থেংনৈ। বাংলাগী শৈরেং খরগসু লোয়নমিন্নে। ঐখোয়গী লাইবক থীবদি খুৎইগী লাইরিক কয়া মাঙখ্রে। ইরমই হায়না থাজনরিবা দ্রামা ভোল্যুম কয়া অমসুং ফাগীনা মপুং ওইবা অঙ্ক অমগী লীলানচিংবা অমত্তা থিবা খঙদ্রে। পুন্নমক্কী মথক্তা সাহিত্যগী সংস্থান (মপুং ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ১৯৩৫ দা লিংখৎপা) শিংদা তিন্নখিবা অমসুং শকখঙনবা কবি অমসুং সাহিত্যিক কয়াগী অইবা

কয়াগসু শম্নদে হায়বা য়ারোই। মশামকসু মীতৈরোলদা রাস, খুবাকইশৈ অমসুং শয়নগী ঈশৈ লেংখি।

মথক্তা পঞ্জখ্রে — চাউবা চপচাবী বৈষ্ণবনি। বৈষ্ণবকী অঙৈংবা অতপ্পা অমসুং ফজবা মশক পূন্নমক চাউবগী ৱাখলদা চঙখি। মহাক্কী পুন্সিমক্তদসু ফোংদোকখি। ৱাফম অসি মহাক্কী লবঙ্গলতা উপন্যাসকী লোইশল্লকপদা নবীননা রামায়ণ লীবদা লতাসনাদা ফাওরকপা পুন্সি চুপ্পা ৱাজরবী সীতাগী চরিত্রগী মঙাল অদুনা প্রমান তৌই। মোইরাংগী খম্বাথোইবীগী ৱারীদা ধর্ম্মনা জয় ওই হায়বসি অইবনা উৎনবা লাকনৈ। মীৎয়েং অসিমক্তি পেনাগী অশৈবশিংনা লৌরিবসি। ফোংদোকখ্রবা রচনা কয়াদা হিন্দু ধর্ম্মগা কোন্নবা পুন্সিগী অর্থবু খঙনবা হোৎনবা — ঈশ্বর, ভক্তি, কবি, শিবা, লাইবক অমসুং থবক, মিনুংশি অসিনচিংবা ৱারেংশিংদা ধর্ম্মগী মীৎয়েং অসি থেংনৈ। গদ্যগী ষ্টাইলদি কালীপ্রসন্ন ঘোষকীগা নকশিন্নরবসু ফোংদোক্লিবা পুন্সি মীৎয়েং অসিদি মতম অদুগী বৈষ্ণব সমাজনা পোকহল্লকপা মীতৈগী থায়নগী তোপ তোপ্পা করিনো হায়বা কন্না থিগৎত্রিঙৈগী মতমগী ৱাখল পরাং অদুনি। সমাজ সংস্কারগী শাফু কনদে। য়ানীংদবগী খোঞ্জেল শোল্লি। শিনফমনসু সরকারগী স্কুলগী ওঝা ওইনা লেনখিবসিনা অদুক হাক্কা লাউবা খোংবগী শক্তি লৈতবদুসু নত্তনা তৌসু তৌনীংখিদে। ওঝা চাউবা হায়দুনা ময়াম্না অদুম খঙনখি। অমতং তোপ তোপ্পা হায়ববু ফোংদোকপগী ফজবদি খ্বায়দগী শীংথানবা য়ারবা মণিপুরী ৱারেং হায়বদু ওইরকই। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাক্কী সাহিত্যগী গুণবু শীংথারকপদা মঙোন্দা "কবিরত্ন" পীদদুনা (অঙাংহল কমলদদি পীরগা) "সাহিত্য রত্ন" হায়না পীখিবসি মরম অসিনা ওইবা য়াই। শৈরেংদা নত্তনা ৱারেংগী মশক কয়াসু শীংথানীংদুনা তৌবা তাই। অদুবু কবিতাদি মতীক চানা ইরমই। শৈরেংগী মরমদসু চেকশিন্না নৈনরমই। কবি চাউবা হায়দবদি য়ারোই। চুম্নগী কবি ওইবতা নত্তনা লময়ানবা তোপ তোপ্পা মগুম চেনবা কবিনি। তুংদা লাকখিবা কবিশিংনা মঙোন্দগী উৎসাহ, লোন্দা লাক্তা অমসুং ৱাখল পরাং লৌরকইবনি। মণিপুরী লোনগী নহারোল কবিশিংগী ওঝানি — কবি গুরুনি।

মশা মরেং ফল্লবা সাহিত্যগী চপচাবা লৱাই লেনফুদি শৈরেংনি হায়বা তাই। মসিমক ভারতকী সাহিত্যগী পরম্পরানি। রসাত্মকং বাক্যং কাব্যম (রসনা থৱায়গী মশক ওইবা ৱাহৈদু কাব্যনি) হায়বসিদা পুখৎলিবসি কবিনি। দ্রামা ইবা কালিদাসপুসু কৌনরি — মহাকবি। ৱারেং ইবা ঋষিশিংবুসু হায়নরি — কবি, অউবা (দ্রষ্টা)। মণিপুরদসু

কৌনরি অশৈবা (শক্কদবা তাগদবা অমসুং থীগদবা শৈরেংনি। ৱারেংনা ফজখৎলক্রবদি কাব্যগী শকফম লৌই)। ফোংদোকপগী য়ৌশিনবা মশকসি শৈরেংনি। অসিনা ইংরাজী সমালোচক মেথিয়ু আর্নোল্ডনা হায়রমই — শৈরেং হায়বসি খ্বায়দগী মপুং ফারবা ফোংদোকপদগী তাবা নত্তে। অচুম্বদু ফোংদোকপদা খ্বায়দগী নকশিন্না ঙম্বসি কাব্যনি। অমুকসু আর্নোল্ডনা শমথৈ — কাব্যগা দর্শনগা চাংদম্নবদা তশেংনা অচুম্বা ওইরিবদি শৈরেংনি। দর্শননা মপানথোংগীনি। (পোয়েট্রি ইজ রিয়েলিটি — ফিলোজোফি ইজ ইলুসন-মেথিয়ু আর্নোল্ড)। অসিনা চাউবগী পুন্সি মীয়েং থিরকপদা উপন্যাস, দ্রামা, রচনানচিংবা কয়াদগী শুপচিন্না লৌশিনবগী মহুক্তা মহাক্কী থনম্বা শৈরেংশিংদা চঙবনদুম হেন্না মপুং ফানা খঙফম থোকই। উপন্যাস, দ্রামা হায়বসিদি মতম মতমগী ওল্লকইবা সমাজগী শকতমদা কবিগী মীৎয়েংনা য়েংলুবদা চঙশিন্দুনা জগোয় শামিন্নরুবগুম্বনি। নোকপা কপ্পা য়াওগনি। চুনবা দৃশ্য কয়াসু পুথোক্কনি পুন্না নুঙাইমিন্নবা নোকমিন্নবা নত্ত্রগা কপমিন্নবা। শৈরেংদদি নুংগী ওইবা-মপান্দা ফোংদোক্তবা, লেংদবা চীক্লা তাশিন্নদুনা লৈবা মশক অমা য়াওরি।

ঐহাক্না কবি চাউববু ৱার্ডসৱার্থকা চাংদমনীংই। অনিগী শক্তম মান্নবা কয়া থেংনৈ। নোংচুপকী কবিনদি হাল্লবসু মঙোন্দগী চাউবনা লৌথোকপনি হায়বদি হায়নীংদে। প্রভাব তাবদি য়াই রোমান্টিক যুগকী প্রভাবনি। শৈরেংগী ভোল্যুম কয়া থনম্লবা ক্রিটিক মেথিয়ু আর্নোল্ডনা শেক্সপিয়ার অমসুং মিলটনগী হেক মথংদা ফমফম থারিবা কবি ৱার্ডসৱার্থকা চাউবমক্কা চাংদম্নবদি ওইথোক্তবনি। মণিপুরী কবিনা থনম্বদি শৈরেং খরদনি। মসিমকপু পুন্সি ময়ায় চল্লকপদা ইবা (থাইনগী লৈরাং) অমসুং লোইরমদাইদা ইবা হায়না অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই। কবি অনিমক্কী মীৎয়েংদা মান্নবা লৈ হায়রুবতনি। কবিনা নোংচুপকী রোমান্টিক কবি অতৈসু পারমগনি। অদুবু চাউবগা বাইরোন, শেলী, কিটসকা নকশিন্নে হায়রুবদি য়াদে। বাংলা সাহিত্যদা য়েংলুরবদি ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রগী মহাক্কী ৱারেং উপন্যাস অমসুং শৈরেংগী চাউরাকপা মশক অমা লৌই হায়নীংই। আসামী সাহিত্যদনা অনৌবা যুগকী লময়ানখিবা সাহিত্যরথী, রসরাজ লক্ষীনাথ বেজবরুয়াগা চাংদম্নবা য়াই। আসামী সাহিত্যদি চাউবনা পারমদবা য়াই। ফাগী হৈবা বেজবরুয়ানি। ফাগী তৌগনবা চাউবনি ৱাঙাংদা, লীলামচাশিংদা।

ৱার্ডসৱার্থপু নেচর পোয়েট হায়না খঙনৈ। মহৌশা লাইরেম্বীবু কবিসিনা ওম্থোক্লা

শেংনা চন্না থম্মোয়দা য়েকখ্রে অদুগা লাইরেম্বী অসিমকসু ওম্ভোকনা চমখ্রে শেংখ্রে। অসিনা আর্নোল্ডনা হায়রমই — প্রকৃতি মশামক্তা কবিদগী কলম লৌথোক্তুনা পায়রগা মহাক্কী অঙকপা শক্তিগা লোয়ননা ইবীরমই। যোগী শ্রীঅরবিন্দমক্তসু হায়রমই — ৱার্ডসৱার্থতি প্রকৃতিবু উরমই অমসুং মীবু প্রকৃতিগা নকশিন্নরা উরমই। তশেংবদি কবিদি মরন্নাইগী বুদ্ধি অমসুং কল্পনানা ইবনি হায়না লৌনদে। মঙোন্দা চংশিল্লকইবা ভিজন অদুগী অমসুং মদুবু ফোংদোকপগী শক্তিদুনা মশামক্কী নত্তবা মশক অদু ফোংদোকপগী পাম্বৈ (মিডিয়ম) ওইবনি। অসিনা কবিবু কৌরি — ঋষি (অউবা) অমসুং অতাবা (শ্রোতা)। ফোংদোকলিবসু চুম্নগী সত্য নত্তে। কাব্যনা য়োমশিল্লবা অচুম্বদুনি (পোয়টিক ট্রুথ)। কবি ৱার্ডসৱার্থকী তোপ তোপ্পা অমনা — হাথু হাথু হায়দোকপদু শৈরেং নত্তে। য়াম্নমক ইংনা নমথহল্লবা নীংশিংলকপা ভাবশিং অদু ফোঙদোকপনি (ইমোসন রিকোলেকটেদ ইন ত্রানক্কিলিটি)। ধ্যান তৌরগা থোরকপা নুংগী ওইবা, ৱাখলনা মপুং ওইবা ফোঙদোকপদু কবি ৱার্ডসৱার্থকী শৈরেংগী মশকনি।

নোংচুপকী কবি ৱার্ডসৱার্থকী কাব্যগী শকফম অসি কবি চাউবগী শৈরেংদসু পানশিনবা য়াই। কবিনা য়েংই — ৱাকচীংগী গুলাপনা শাৎপদা, পি থাদোইদা, ইঙেললৈদা, লমগী চেক্লা অমদা, থম্বালদা, লোক্তাক্তা অমসুং মণিপুরগী চীংয়া তময়াদা। মপানগী মশক্তা ঙাওদে। মনুংগী মশক অমা উরকই, পুম্নমক্কী মরোল তাবগুম তৌই। পুনসিগী অর্থ খঙলকই। পুম্নমক্কী মথক্তা নুঙাইবা অমা ফাওই — আনন্দগী মশক ওইবা রস, কবি ৱার্ডসৱার্থকী লোন্দাদা হায়রগা খ্বায়দগী পাক্লা শন্দোকখ্রবা পুম্নমক্কী ওইবা নুংঙাইবা ("ওফ জোই ইন ৱাইদেষ্ট কোমোনেলটি স্প্রেদ")। কবি চাউবগী লোন্দাদা হায়রগা "ধ্যান তৌরিবা মুনি অমসুং লাইতোংলবা মাইবী" দা ফাওরকপা মশক। পি থাদোইগী খোঞ্জেলদা কবিনা মহাকপু উই প্রকৃতিনা থারকপা — "তম্বীনবা বিশ্বপ্রেম। ফোঙদোক্তবা নুংশিবা। থম্মোইদদি তমলিবা। নুঙাইবগী ঈরাতনা খিকথবিরে মালেম থুংনা। ইংহনবীরে মীপুম তিংনা। ফংহল্লে থাদোইগী নুংশিবা।" মতাং অসি ৱার্ডসৱার্থকী স্কাইলার্ক অমসুং কোকিলদা ইবা শৈরেংগা চাংদম্নবা য়াই। অদুবু পি থাদোইদি মণিপুরীশিংতগী ওইবা উচেকনি। সন্ধ্যা য়াচংবদা লমগী চেক্লা অমনা তুলশিবোংদা পাইদুনা জগোয় শারমই। কবিনা তুমথবগী উইরোন উইরোন তৌবা মতমদা লাইগী জগোয় শাবীনা চেক্লা অদুবু কায়দোংফম পীবদা চেক্লাদুনা পাউদমলি — "পঙনা পাল্লি তাইবং-ও। মপুগী লৈবাক নুংসিদা। হীরম থৌদোক

খুদিংদা। কনানা লমজিংবিবগে? হয়েংসু শোয়দনা মরাক্কে ঙসিদৌনা পাইরক্কে। মপুগী গুণবু তম্নগে।" (লমগী চেক্লা অমদা)।

ৱার্ডসৱার্থকী পুন্সী লোইরমদাইদা লমতাকনীংবা (মোরেলিষ্ট) কবিগী শরুক্কা অশৈবা কবিগী মশক্তু মাঙহনখ্রে হায়না শ্রীঅরবিন্দনা নুংনাঙই। কবি চাউবদসু ওঝাগী পুন্সীনা, তম্বী তাকপীনিংবগী শাফুনা মহাক্কী অশৈবগী সুর অদু মাঙহনখিবগুম তৌই। অসিনা কবিনা ইরকই . . . "খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে। ঐগী অচম্বা খুৎখৎসিদদি।" ফজবা শৈরেংদি অদুম ওইরি। চুম্নগী মমাদা ৱাকৎচবনি। ভক্তি রোমদা য়াম্না চংশিল্লকই। শৈরেংনা প্রার্থনাগী মশক লৌরকই। শকলকই — "য়েংজনীংদে অতে ফজবা নীংথিবা। উহনবীয়ু অরোইবদা নংগী নুংশিবা শকফমদো।" হায়জরকই — "ঐগী অচীকপা বাঁশী। খোংজবা থম্মোয়নুংদা। শিনথনি মিৎলুদা ঈরা। নংদা লৈবীয়ু নাক্তা।" মমা লমদমবুসু কাউদে — "ইমানা তম্বীবা নাৱাগী খোঞ্জেন্না। শকচগে মপুগী কোলোয়।" বিশ্ব কবি রবিন্দ্রনাথকী "গীতাঞ্জলি" নচিংবা মতমগী সুর থেংনরকই। ইংরাজী শিক্ষাগী য়ুমফমদা নোংচুপকী রোমান্টিক কবিশিং (মপূং ওইনা ৱিলিয়ম ৱার্ডসৱার্থ) শিংগী মীৎয়েংদা মমা লমদমগী ফজবা, পোম্বী চেক্লা, হৈরাং লৈরাং, চীং পাৎ কয়াবু নুংগী শকফমদা উজরম্বা কবি পুন্সী য়াচংবগী অদুৱাইদদি বৈষ্ণবকী ভক্তগী মতৌগুম্না প্রার্থনাগী মশক ওইবা শৈরেং ইরক্লে। শেম্বীবা মপুদা চঙজরক্লে। অদুবু ইথোরকপদি ফজরি। ফীঙৌ মতেক অম্না হকচাংদা কুপতুনা লাইমাংদা শাংদ্রোং শাংনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌবগী মশক্নি।

কবিতাবু য়াম্নমক ৱাংনা থাংগৎপা কবি চাউবনি। মথক্তা কবিদি ধ্যান তৌরিবা মুনি নত্ত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগী মশকনি হায়বদু পনজখ্রে। অমুকসু ইরি — "থাঙ্গৈশেংবা কাব্য হায়বা অসিদি বিষ্ণুগী পাদদগী চেম্থরকপা লুরবা মন্দাকিনীগী ঈচেন্নি অমসুং অশেংবা কবিতানা স্বর্গগী অমৃতগী ঈরা থক্তুনা লান্নরিবনি। ইরিবা অদুতদি মপুগী য়াম্না শেংদ্রবা মনিল নত্ত্রগা শেংদ্রবা মঙান মরীক নত্তনা করিসু ফংবা নত্ত্রগা উবা ঙমদে।" (কবি অমসুং কাব্য)। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরসু ওইদবা অমতবু লৈতে — কবি, উপন্যাস কার অমসুং ৱারীমচা ইবা নাট্যকার আলোচক অমসুং ৱারেং ইবা ঈশৈ শকপা অমসুং লাইয়েকপা, সমাজ সংস্কার তৌবা, শিক্ষাগী অনৌবা মশক পুথোকপা। মহাক্না শোকতববু লৈতে। খণ্ডহন্দববু লৈতে। অদুবু মশানা লাউজরকই — ঐহাক্তি কবিনি। অসুম্না চাউববুসু ঐখোয়না হায়বা য়াই — চাউবদি কবিনি। মশামক্লদি য়াজদবা য়াই — নোল্লুক্লা হায়রমই — "মৈতে

কবি লাকখিনি।" শৈরেংমকসু য়াম্না ইরমদুনা থনস্বা নত্তে। মহাকবি অঙাংহলদৌনা। অদুবু থনম্লিবা শৈরেং মচা খরসিনদি মহাকপু লময়ানবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী কবিনি হায়দবা ঙমদে। মহাক্কী চপচাবা দর্শন (ফিলোজোফি) হায়না পল্লুদ্রবসু পুন্সি মীৎয়েং অমদি থানবা য়াদবনি। অচৌবা কবি পূন্নমক শৈরেং ইবগা কোন্ননা নুংগী ওইবা মশক্তসু চঙশিল্লি। নোংচুপ কবি শেলী স্কাইলার্কপু কৌবদা নত্তনা ব্রহ্মাগী মরমদা শৈরেং ইরমই। চাউবসু ইরমই — মীওইবগী পুন্সীদা অমসুং ঈশ্বরদা চঙজবগী। পুন্সীগা মহৌশাগা নকশিন্ননা য়েংখি অমসুং উখি — "নোংচুপকী কবি ৱার্ডসৱার্থকুমনা। রোমান্টিক ওইবা কল্পনানা হৌরগা পুন্সীগী লোইরমদাইগী শরুক্তা নরোত্তমদাস ঠাকুরগী লাইনীংদা মায় ওনশিনলকই। চুম্নগী কবিদগী ওইরকই বৈষ্ণব ভক্তকবি। জগোয় রাস মীতৈরোন্দা শান্নহন্দুনা কৎচরম্বা চাউবনি। বাংলাগী সাহিত্যনা মপুং ওইনা নৈনরম্বদগী চঙলকই মহাকবি কালিদাসতা অমসুং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরদা। অদুবু তেনখিবা পুন্সীনিনা মপুংফানা ফোংদোক্লবগী তাঞ্জাদি ফংখিদ্রে। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগুম্না চহী ৮০ ফাওবা পুন্সীরম্লবদি হেন্না চাউবা কবি অমসুং সাহিত্যকার অমা থেংনরম্বসু য়াই।

চাউবগী মীৎয়েংদি কবিগী মীৎয়েংনি। ধর্ম্মগী পরম্পরাদা চৎথরকইবা যোগী ঋষিগী মীৎয়েংনি। মমারোন অমসুং মরমদমবু নৌহৌনা শকখঙজবগী শকতাকচবগী অমসুং মদুদা নুংঙাইজবগী মীৎয়েংনি। হৌখ্রবা মতমবু নীংশিংই। ওইরিবা চরাংনরবা মতমবুসু কোনশিন্দুনা ৱামিন্নে। নুংঙাইমিন্নে। লাক্কদৌবা মতমগীসু আশা তৌই। শেম্বীবা মপুদুগী লীলানি। ঐখোয়না করিসু হোংদোক্লুবা ঙম্বা নত্তে। অদুবু হোৎনবদি লেপ্পা য়াদে। পুন্সীগী য়াচংলকপা মতমদা তুরেননা ঈশিং ঈপাক্তা তিল্লবদৌনা কবিগী আত্মানা অথোইবা আত্মা মপূদা তিনজনবা, নাক্তা লৈজনবা, সেবা তৌজনবা লাংতক্কে। মমা নীংবা কবি বৈষ্ণবভক্ত ওনখি। ❑

*১৯৯৪ ইং*

## তান্নজখিবা লাইরিকশিং ঃ

১। খ্বাইরাকপম চাউবগী লাইরিকশিং — থায়নগী লৈরাং, লবঙ্গ লতা, ৱাখলগী ঈচেল অসিনচিংবা।

২। মণিপুরী ৱারেং — দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩। | কবি তর্পন, সম্পাদক | — | প্রমোদিনী। |
| ৪। | পালগ্রেভস গোলদন ট্রেজরী | — | ওক্সফোর্দ ইউনিভরসিটি প্রেস। |
| ৫। | এসেজ ইন ক্রিতিসিজম | — | মেথিয়ু আর্নোল্ড, মেকমিলন। |
| ৬। | দি ফ্যুচর পোয়েট্রি | — | শ্রীঅরবিন্দ ৯ শুবা ভোল্যুম (কলেকটেদ এদিসন, শ্রীঅরবিন্দ আশ্রম) |
| ৭। | সাম্প্রতিক (বাংলা) | — | অমিয় চক্রবর্তী নাভানা, কলিকতা। |
| ৮। | রবীন্দ্রনাথ (ইংরাজী) | — | অমিয় চক্রবর্তী নচিংবা - ১৯৪৪। |

# কবি খ্বাইরাকপম চাউবা ঃ চহী চাম শুবদা

কবি চাউবনা মহাক্কী পুন্সীগী অরোইবা মীকুপ্তা করি খল্লমগদগে করি হায়রমগদগে হায়বদুগী পাউখুম ঐখোয় ফংবা ঙমদ্রে। করম্না মমা লমদমদা নীবা বিদায়গী মীকুপ ওইরমগদে? কবি মীনকেতনগুম্না "পলেম ইমা নুংশিবী" হায়না চোং চোংদুনা অরোইবা শৈরেং ইরমগদ্রা? নত্ত্রগা ৱারবা পুন্সীদগী নানথোকনীংবগী মীকুপ্তা পুন্সীগী হিনাউ শাবদা ঈংনা তপ্না ওনশিল্লমগদ্রা? নত্ত্রগা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগুম্না মাঙশিল্লক্লবা মীওইবগী ইজৎপু থৌশারক্তুবা নোংচুপকী সভ্যতাদা নীংবা কায়বগী নুংশা খ্বর হোল্লমগদ্রা? ঐখোয়না পাউখুম ফংদ্রে।

অদুবু কবিগী চহী ১০০ শুবগী চথরিবা চহী অমগী কুমওন পালন অসিদি মণিপুরী জাতি পুম্বনা মঙোন্দা শ্রাদ্ধাঞ্জলি কৎলি। তৌবীমল খঙবগা লোয়ননা নীংশিংলি। মহাক্কী লাইরিকশিংবু নৌহৌনা পানরি, নৈনরি থিনরি — মমশিল্লক্লবা সমাজ অসিদা করিগুম্বা মঙাল মরিক ফংবা ঙমজগদ্রা হায়দুনা। নোংচুপকী কবি এজরা পাউণ্ডনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মতাংদা পনখি — মহাক্না বঙ্গদেশপু ঈশৈ ওইনা জাতি অমা শকখি ("Tagore sang Bengal into a nation" — Ezra Pound)। মণিপুরগীসু ঐখোয়না হায়বা য়াই-কুনশুবা শতাব্দীগী লময়ানবা কবি সাহিত্যকার অমসুং পণ্ডিতশিংনা ইমা লমদমবু জাতি অমা শকখি। কবি চাউবসু মখোয়দুগী মরক্তা অমনি।

ঐখোয়না মতম অসিগী কবি অমসুং সাহিত্যদা কাংলুপপু মীকপ থোক্লকপগী অইবশিংনি (য়াকাইরোল শকপশিং) হায়না শীংথারি। মসিগী অর্থ লৈ। ১৯ শুবা ইং কুমজাগী লোইশিল্লমদাই অমসুং কুনশুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা ঐখোয়গী-ইমারোলগী সাহিত্য মাঙখ্রে। থায়নগী লনগৈ শো লোনশিন্দুনা থমখ্রে। বৈষ্ণব ধর্ম্ম গী অনৌবা য়াহৌদা বাংলা লোনবু ঈশৈদা লীলাদা লাইশোন্দা মমারোনদৌনা শীজিন্নবা তম্বীরে। মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যসি চীংদা ঙাংনবা মীরোলদৌনা ঈরে লৈত্রবোই নীংহনবা যুগ অমনি। ইংরাজী শিক্ষাগী চাউরাকপা মশক্তা মীৎমায় খর খর পাঙনরক্লবা মমারোল অমসুং মজাতিবু

নৌহৌনা নীংশিংজরকপা মতমগী মীওইশিংনি। মপানগী সাহিত্যগী ফজবা অনৌবা কয়া উরক্লে। মরমদমগী সংস্কৃতিগী মগুণসু খর খর উবা খঙবা হৌরক্লে। মদুবু পুথোকপদি ঙমদ্রি। মীগী মরোলনা ফন য়াম্না খঙলুদুনা মমারোল ওইবা য়ারোই হায়বসিমসু তশেংনা খঙলে। মজাতিগী আশা অপাম্বা অমসুং নীংবা থুংদবা কয়াবু ফোংদোককে হায়রবদি মমালোন নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈতে। অসিগুম্বা অমম-অঙান শিন্নবা মতম — চীংখৈ ফীদুপ হুন্নকপা মতাংগী মণিপুরী জাতিগী অশৈবশিংনি মমারোনগী সেবাগীদমক চোংথোরকপা।

অসিনা উরিপোক্কী "মিত্রসমিতি" দা ৱারেং শৈরেং পাথোক্লদুনা তানৈ। মণিপুরী শৈরেং অমসুং ৱারেং নৌহৌনা পুথোকপা তাই। অঙাংশিংগী মমারোনদা তম্নবা সাহিত্য লাইরিক ইবা তাই। সাহিত্যগী ফজববু লোনগী নীংথিববু নৌহৌনা মখোঙদগী শেমগৎলকখি। অসিনা কবি অমসুং সাহিত্যগী লময়ানবা খরগা লোয়ননা ওইরকই — শৈরেং ইবা চাউবা, ৱারেং ইবা চাউবা, আলোচক চাউবা। চাউবা কয়া চোংথোরকই। থোরকই লাইরিক মথং মথং — ছাত্রমচা (১৯২৩), কান্নবা ৱা (১৯২৪), থায়নগী লৈরাং (১৯২৪), সাহিত্য অহানবা (১৯৩৬), ৱাখল (১৯২৭), ফিদম (১৯২৫), ৱাখলগী ঈচেল (১৯২৮), লবঙ্গলতা (১৯৩৪)। অসি নত্তনা ড্রামাশিং (অশাংবা, অতেনবা) রাস লীলাগী বাসককী ঈশৈনচিংবা। জাপান লান্দা য়ূম্ফম ওইবা — "নব মালিকা" এম. ডি. ইউ. হোলদা ('জাপান লান') মিংথোন্দুনা শেমদোক্লগা শান্নখি।

কাউরোইদবা অমনা মতম অসিগী সাহিত্যগী নুংশিৎ অসি নোংচুপতগী শীৎলক্লুনা বঙ্গদেশ য়ৌরকপদা ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রগী খূত্তা রোমান্টিক যুগ ওল্লকই। মসিমক বঙ্কিম অমসুং লোইনবশিংগী সাহিত্যবু শকখঙলবা মণিপুরী অইবশিংদা মনম কন্না ফাওজিল্লকই। কোকঙমদ্রবা মচু অমসুং মনমনি। অসিনা ইংলণ্ডগী রোমান্টিক কবিশিং — ৱার্ডসৱার্থ, শেলী, গ্রে, কীটস নচিংবগী শৈরেংগী লৈনম মণিপুরী অইবশিংদা ফাওবদি মশানা তাবনি। অসিদসু নত্তনা কবি চাউবগীদি — বাংলা সাহিত্যগী মতম অদুগী ৱারেং ইবা রমেন্দ্রসুন্দর ত্রিবেদী, রবীন্দ্রনাথ অমসুং কালী প্রসন্ন ঘোষকী লাইরিকশিং (নিভৃত চিন্তা, নিশীথ চিন্তানচিংবা) গী প্রভাবসু মঙোন্দা তাবদি মশামক্লসু য়াজরিবনি। লবঙ্গলতা উপন্যাস পায়খৎপদা বঙ্কিমচন্দ্রগী "দূর্গেশ নন্দিনী" নচিংবা উপন্যাস শোয়দনা নীংশিংগনি। মমি তাবা খেংনগনি।

মসিবু কনাগুম্বনা চোপ্নবগুম্না লৌনবা য়াওই। মমি তাদবা অইববু কনানো? মহাকবি

হোমর ফাওবা মহাক্কী মহাকাব্য অনিদু হান্নবা শক্করবা ঈশৈ কয়াদগী খোমজিন্দুনা ফজহল্লকপনি হায়রি। রবীন্দ্রনাথ নোংচুপ সাহিত্য চপ চানা খঙই অমসুং নৈনৈ। নোংচুপকী ফাওরবা মহাকবি হাইনরিক হাইনেনা হায়খিবা অমা লৈ — "কবিগী শৈরেংদা মপানগী প্রভাব চঙদ্রবা — ওরিজিনেলিটি থিরিবদু মিরাংবু থিবনি, মিতনা মচীন্দগী ওথোরকপা মতীননা চপচানা ওরিজিনাল ওইবা মিরাং শাজে। অদুবু ঐদি পামজে — খোইহী। খঙজে — খোইরাদা চঙলক্লিবা পূন্নমক লৈরাং কয়াদগী হুরাল্লকপা লৈহীগী মরীক ঙাক্তনি" য়াম্নমক চুমখ্রবা ৱাফমনি।

ঐখোয়না য়েংগদবদি চুম্নগী হুরানপোৎ খরা বোরাখাউদা পৈশিল্লগা মাগীনি হায়না মীয়ামদা তাকপ্রা? অদু ওইরবদি মদু অরানবনি। চোপনিংঙাইনি। কবি চাউবগীদি অদু নত্তে। মপান্দগী পুশিল্লকপা লৈহীশিংদু মণিপুরগী চীংয়া তময়াদগী ঈংনা পানজরিবা পুঙ্গী শকতম কয়াদগী শেম্নকপা খোইরাদা অনৌবা মপোক অমা পোকহল্লগা অনৌবা শকফমদা শৈরেং অমসুং ৱারেং পুথোকপনি। মনমবুদি ফাওই। মশক্তি মান্নদে। চাউবগী মীৎয়েং কয়ানি — বৈষ্ণবকী জগত্তা লাইরিক থীবা-হায়বা, খোংজোম পর্ব অমসুং পেনাগী অশৈবশিংদা, মণিপুরগী ফোকলোরদা, বাংলাগী সংস্কৃতকী অমসুং ইংরাজী সাহিত্যদা। পূন্নমক্কী মথক্তা হৌজিক হৌজিক্কী ওইরিবা মণিপুরীশিংগী পুঙ্গী শকতমদা। পূন্নমক অসিনা পুনশিল্লগা, মসিদা ওৎখায়রগা নৈখায়বগা থোরকপনি — অনৌবা মশক অমা, মহাউ অমা, তোপ তোপ্পা মওং অমা। মসিনি চাউবগী প্রতিভা।

খুদম অমনিদং লৌখৎপা য়াই। লবঙ্গলতা উপন্যাসতা দুর্গেশনন্দিনীগী শগোল তোংবা পাখং য়াওরি। চুমই। অদুবু লতাম্নাগী অরোইবা ৱাখললোন য়াওদে। মাইবী মরোল থেংনদে। কয়াদসু নুংশিনা তাখ্রবা — "নশুংলাংগীদমক লৈবাক কায়রনিকো সনাহল"। ইন্দুরেখাগী অরোনবা নুংশিগী শকফম লমদম অসিগীনি। পূন্নমক চাউবগী খুৎশেমনি। মচাক্তি মফম কয়াদগী খোইমুগী মতৌগুম্না লৌরুবা তাবনি। কবি মশামক্লা অনুবাদনি হায়জরিবা — "অৱাবা ঈশৈ" গা ইংরাজী কবি গ্রেগী ইলেজিগা ৱাখল মফোংদোক্তা খরদি মান্নরবসু ৱাহৈ-ৱাতা অসুং ৱাখলগী পরীংদদি খেন্নবা কয়া উবা ফংই। "ফুঙ্গা খামরেন থাররোই, লৈমগী সেবা ঙাইররোই। পারী ইমোম কয়ানা চুম্নগী মিহৌ তাল্লরোই" হায়বসিগী ফজবা গ্রেগী ৱারেংদা থেংনদে।

মহৌশা লাইরেম্বীবু নুংশিজবদা, ৱাখল ঈংনা চীক্লা খনবদা অমসুং পূন্নমক মনুংদা

উদবা শক্তি অমনা পুরি হায়না থাজবদা শৈরেংশিংগী লোন্দাগী চপ-চাবা মমিশিংদি থেংনদ্রবসু চাউবগী ৱাখলগী অমসুং মীৎয়েংগী জগৎতি নোংচুপকী কবি ৱার্ডসৱার্থগা মান্নে হায়বসি ঐহাক্কী থাজবনি। নোংচুপকী কবিগী — মীওইবগী অঙ্গৈংবা অৱাবা ঈশৈ (still sad music of humanity) হায়বদু চাউবগী শৈরেংশিংদা তোয়না থেংনৈ। রোমান্টিক যুগকী লাংতক্লবা, খৌরাংবগী থানবা য়াদ্রবা মশকতু চাউবগী শৈরেংদা অৱাবা, মাঙখিগদবগী পাম্মুবা সুর অমদা ওন্থোরকই। গীতাগী অরেপ্পা নাইদ্রবা অৱাবগী মশক ওইবা জগৎ (অনিত্যম্ অসুখং লোকম্) হায়বদু নীংশিংহল্লি। থম্নাদা পকপা ঈশিংগুম্বা পুন্সীনি হায়বসি চাউবগী ৱাখলদা তত্তনা লোয়নবগুম তৌই। অসিনা থেংনৈ কায়নবগী মশক — থম্বাল শাৎপা উবদা, চীংগী লৈরাংগী মশক্তা, পি-থাদোইগী মখোলদা। কুইনা উজনিংলবা লোক্তাক পাৎপু নুংঙাইনা উজবদা কপ্পা ঙমই অসুম্না — "কুইনা নিংলবা পুক্নীংগী অপাম্বা/ঙসিদি থুংবা তারেদো।/হিথক্তা তোংদুনা ইপাক্তা তৌবগুম/নৌগী জগোইবু শাজগে।/নিংজবা থুংদুনা মিৎলুগী নাপোমদা/তরংগী লাইজবু শিন্থগে।" (লোক্তাক মপান্দা) রোমান্টিক যুগকী ৱাখলগা, বৈষ্ণবকী উনবা-কায়নবগী থাদোকঙমদ্রবা রসকা নাইতোম তারবা মীনা শকখঙবীদ্রিবা কাংলুপ মচা অসিগী নুংশাশোরগা অমতা ওইনা পূনশিনখিদুনা কবি চাউবনা শৈরেং ইরকপনি।

ইরকপগী ষ্টাইলসু "ৱাখলগী ঈচেল" গী ফাজিল্লবা, চেকশিল্লবা মশক্তগী অসুম অসুম ওন্থোরক্লুনা পুন্সী লোইরমদাইগী নৈনবা কয়া ইরকপদদি থোরকই (লবঙ্গলতাগী খুৎই ফাওবদসু) — অচম্বা চীন্দগী থোরকপা মরোল, অরি অনৌ শম্নবা ৱাহৈ চরোং অমসুং ৱারী শানবগী সুরদা চেন্থরকপা মশক। অসিমক অচৌবা অহোংবা অমনি। বাংলাগী সাহিত্যদা সাধুভাষাদগী চলিতভাষা হায়দুনা চঙশিল্লকপদা লানফম কয়া থেংনবা তাখি। কবি চাউবগী ইচম চম্না ভাব তানা মোংহাদনা লিরি লিরি চেনশিল্লকপা ঈচেলগী মশক লৌখি।

লায়রনা হৌরকপা কবিগী পুন্সীনি। লায়রনসু লোমখি। অদুবু ৱাখলদি মতম পুম্বদা মমা লমদমবু শেমগৎনবা হোৎনবদা মমারোল অমসুং সাহিত্যগী পোত্থাবা নাইদ্রবা সেবাদা কৎথোকখি। ইংরাজী ৱাহৈগী — চম্না হিংবা, ৱাংনা খনবা (Plain living and high thinking) হায়বদু চাউবদা চপচানা পানশিনবা য়াই। মচাইবেম্মা নুংশিতোম্বীনা অসিগুম্বা পুন্সী অসিবু ওন্থোক্না নুংশিনা নীংশিংলি — "অহলগী মতম ওইরবা ফাওবদা লংচাক

চাকপা, ফি শাবা, ফৌ-শু লংনবা ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওরে। নোংফাদোকস্যু খুলোকপী শানবা, য়ুমশাবী, পুল শান্নবদস্যু য়াওরে। অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুল চৎলমদাইদা য়েঙ্থৌ মরক্তা শাবা উচেক্কী মকোল য়েংশিনবা বাবুগী তোকপা য়াদ্রবা মথৌনি। শেন্দ্রাং মচা শিরগা শোরাৎ শোনবা, ক্বাক চোঙা মচাগী মখোং পুৎথদনবা মকোল শেমজীনবা হৈনবীনি। অহল মতম ওইরব ফাওবদা কাউবা ঙমদবমাক্লে ইখি — "বাসন্তী ডিবেটিং ক্লব"। হিরমদি কলেজ শাবগী মরমদা উচেক ময়ামগী মীটিং তৌবনি।" (কবি চাউবগী মরমদা নীংশিংবা খরা : ঋতু : ৯৫)

কবি চাউবদি ঐহাক্কীসু ওঝানি। জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাসত ফাইভতগী এইট হৌগৎলকপা ফাওবগী (১৯৪২ গী মে ১০ দা জাপানগী বোম তারকপদা লেপখিবা) ইংরাজী ব্যাকরণ অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী ওঝানি। ক্লাসতা অমুক্তা শাউদুনা চৈবা থেংনদে। তশেংনমক পেন্দ্রগসু নাকোইননা করেম্নবগুম্বা তৌদুনা অরানবা তৌবা ছাত্রদু নোকহল্লি। লম্বী ময়ায়দা চৎপা থেংনদে। উরিপোক্কী লম্বীগী চিদাইদা মতম অয়াম্বদা লু-লূক্কা তপ্না চৎপা মূর্ত্তি অসিমদি ঐহাক্কী কাউঙমদ্রবা মশক্নি। ওঝা চাউবা হায়রকপদা শকফম অসি থোরকই। অসিমা ঐহাক্না ওঝাবু মতাং অমদা মিংথোনজখি — অহিংসাগী মূর্ত্তি।

পুন্সীগী লমন অমদি মতম পুম্বদা তোনশিনজরে। সরকারগী স্কুলদা বাংলা তমদ্রবা মতমনি। ঐহাক্না নহা ওইরিঙৈদা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু মমিংদা তাবদা ঙাওখিদুনা মহাক্কী শৈরেংবু বাংলা লোন্দা পাজনিংবদগী হৌরকখি — ডাকঘরদা পোৎ য়োমলকপগী খবর শেগায়বা মচেৎ অমদা ৱাহৈ খরা অন্দরলাইন তৌজদুনা ক্লাস হেক লোইবদা চঙজে — ওঝা, অর্থ করিনো? মিনিট ২/৩ মুক্কী মতমদং ফংজে। মঙা-তরুকলক তৌশিল্লক্লবদা হংবীরকই — নহাক্না পাম্লিবসি করিনো? শেংনা খুমজে — ৱাংলা হৈনীংই। তাকপীরকই — মদুনদি হৈবা ঙমলোই। ব্যাকরন মচা মচাদগী মথং মথং হৌরকউ। কাউঙমদ্রবা পাউতাকনি। মতম অদুদা ঐঙোন্দা থৌনা হাপ্পীরমদ্রবদি বাংলা সাহিত্যনা পাঙহনবীরিবা মীৎ অসি মতম কুইনগীদমক মমদুনা লৈরম্বা য়াবনি। মসিগীদমক ঐহাক ওঝাবু খক কাউজদে।

ৱাফম অমতংনা লোইশিনজগে। হৌজিক্কী মতমদা কবি চাউবগী সাহিত্যবু হিংলিবরা? নৌহৌনা পুথোকপগী কান্নবা করিনো? ৱাহং অসিগী পাউখুম খুমদবা য়াদে। করিগুম্বা

সাহিত্যগী পোৎথোক অমত্না হৌজিক্কী মতমগী হংলিবা ৱাহং অসিদা শরুক য়াদ্রবদি মদুগী অর্থ লৈতে।

ঐহাক্না থাজে — কবি চাউবগী শৈরেংদি মতম কুইনা লৈখিগনি। মহাক্কী উপন্যাস — "লবঙ্গলতা" না মতম অদুগী মণিপুরী সমাজ অমসুং কবিগী মতমদুগী সমাজ তাকপগী মায়কৈদা অনৌবা ৱাহংসু থোরকপা য়াই। হন্দক্কী চহী চামশুবগী উপলক্ষদা লাইরিক অসিবু নৌহৌনা পানবদা ৱাহং অমা থোরক্লে — মসিবু চপ-চাবা ঐতিহাসিক উপন্যাস হায়বদুরা নত্ত্রগা ঐতিহাসিক রোমান্স হায়বদুরা? বঙ্কিম চন্দ্রগী মতমদদি ৱাহং অসি কন্না নৈনখ্রবনি। মণিপুরী সাহিত্যগী সমালোচনাদা ৱাহং অসি নৌহৌনা চঙলক্লি। মসিমক সাহিত্যগী মীৎয়েং পাকথোরকপা অমসং মনুং হুনজিন্না য়েংশিল্লকপগী খুদমনি। পাউখুমদি অরায়বনি। মপূং ওইরিবদি — হংলকইবা ৱাহংসিনি। উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা লতাস্নাগী চরিত্রদা নৌহৌনা থিগৎপা হৌনরক্লে। অসিনা লাইরিক অসিগী অনৌবা অর্থ অমুক মতম অসিদা থোরক্লে।

য়াকাইরোল শকপগী মতমদা থোরকখিবা মন্ত্র অমদি — "লায়ররবী ঈরোলনি/খঙদবনা হায়বনি/মৈতৈ কবি লাকখিনি" হায়বসিনি। মসি হৌজিক্তি অনৌবা অর্থ থোরক্লে। ময়াম্না শকখঙবীদনা উশিত্তনা নৈহৎতুনা থম্বীরম্বা ইমারোলগী ফজবা অমসুং অরিবা সাহিত্যগী পুক্কে কবি অসিনা উখি। অদুগা তশেংনমক থাজবগা লোয়ননা চাউথোকচখি। খোঞ্জেল অসিনা লমজীংদুনা চহী ৩০ মুক অসি মণিপুরী লোনবু ভারতকী সংবিধাননা শকখঙগদবনি হায়বগী খোল্লাউ মপূং অমসু ফারক্তুনা ইং কুম ১৯৯২ গী সেপ্টেম্বর থাদা ভারতকী সংবিধাননা শকখঙবা নেসনেল লেংগোইজ হায়বদুগী মনুং চলহনখি। চাউবগুম্না মৈতৈ কবি কয়া লাকপদা নত্তনা হৌজিক্কী মতমদা থায়নগী সাহিত্যগী পূক্কে হাংদোক্লকপদা অমসুং সাহিত্য একাদেমীনা শকখঙলবা লোন অমসুং সাহিত্য ওইদুনা চহী ২৩ মুক চথরকপদা — লায়ররবী ঈরোলনি হায়বদু খঙদবনা হায়বনি হায়বদুগী চপচাবা প্রমাণ ফংলে। মসিবু তুংগী থোরক্কদবা খঙবা কবিগী মীৎয়েং (prophetic vision) কৌবা য়াই।

অসিদসু নত্তনা হৌজিকমক কন্না চথরিবা ইমারোনদা সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ শকপগী ঈহৌ অসি চহী ৫০/৬০ গী মমাংদা কবি চাউবনা উদুনা ইমারোনগী (অনুবাদ নত্তবদা) নিত্যরাস লীলা, বাসক খুবাক ঈশৈনচিংবা কয়া লিংখৎপীরমই। হৌজিক নৌহৌনা ঈশৈ

ময়েকশিং অদু পারুবদা কপনীংবা পোকই।

কবি চাউবনা অরি-অনৌ ফজনা য়ান্নবা লোনগী মশক অমা মহাক্কী শৈরেং অমসুং ৱারেংদা পুথোকপীরমই। তাবদা য়ান্নমক নুংশি। চীন্দগীসু হায়দোরকপা মাল্লি। হৌজিক মণিপুরী সাহিত্যদা করম্বা লোন্দা শীজিন্নগদগে — বাংলা সংস্কৃত অমসুং অতে লোন কয়া য়াম্না য়াওহনগদগে নত্ত্রগা লৌথোক্কদগে হায়বগী ৱাহং লাক্লি। মতাং অসিদা কবি অসিগী সাহিত্য নৈনবদা, চপ-চাবা পাউখুম ফংদ্রবসু মগুাল খরদি থেংনগনি নিংই। খুদম অমতং পীজগে। কবিনা ইখি — "থম্মোইগী অহাঙবা চীক্লবা কুঞ্জদা।/করম্বা থুপ্লবা লৈনম ফংদুনা/লৈকংলাগী ঈরা থিবা শজিগুম/ৱাখন্না ঙাওরি মাইকৈ খঙদনা/ঙাওসনু — পামজবননি।" মসিদা উৎলিবা ৱাহৈগী অর্থ, ছন্দ, খল্লিবা ৱাহৈ নাচোমশিং (মায়া মরীচিকা হায়দদুনা লৈকংলাগী ঈরা শীজিন্নবা) অঙকপা ফংনা ফজৈ হায়বা তাই। হৌজিক্কী মথোং মরম খঙদনা হোংলকইবা সমাজগী মশক্তা কণ্ডাউনবগী খোঞ্জেল অদু কবিনা মখাগী অসুম্না ফোংদোকপীরমই — 'ঈশিংথলিবা তাদ-ও/নয়ুম তম্নদুম হোৎহৌরো/কুমগী ঈরাসু হৌরক্লে অঙাং নুবীনা লাউরক্লে/নোং-ও চুরো, লাংজিং মতোন থুমহৎলো/পাশোই নুরাবী তেকখৎলো, হনুবা হনুবী তাউথরো" (ঈশিংপা নিপা অমগী অৱাবা) ৱাহং অসি হৌজিকসু হংলি। কবিগী মতমগী ফীবম (context) গা হৌজিক্কী মতমগীগা মান্নবদি নত্তে। অদুবু ফোংদোক্লিবা অসিদি হৌজিকসু অনৌবা অর্থ থোরক্লি। কবি কমলগী শৈরেংগী লোন্দা থোৎলি অদুবু বাংলা লোনগী চাং খরা হেল্লি। মহাকবি অঙাংহলগীনা পেনাগী অশৈবশিংগী লোন্দানি। কবি চাউবগীদনা অরী-অনৌ শন্ননা থায়ন-হৌজিক্ তিন্ননা নাকোংদা তাবদা নুংশিবা সুর অমসুং ছন্দ অমা থোকহল্লকই। শৈরেংশিংসি হৌজিক পারবসু অদুম ফজরি — তাবদা নুংঙাইরি। চরাংনরবা পুন্সীদা ঈংলবা ছন্দ অমা পুশিনবীরক্লি। কবিগী শৈরেংশিংবু ঐখোয়না নৌহৌনা কুপশিন্না পাবা দরকার ওই।

জাতি অসিবু লমজীংবীরম্বা মরৈবাক নুংশিবগী যজ্ঞদা পুন্সী কথোকখ্রবশিংসিগী চহী চাম শুবগী কুমওন পালন্দা সরকারনা অমসুং প্রজানা হৌদুনা পালন তৌনরি। ১৯৯২-৯৩ দা পাঙথোকখিবা মহাকবি অঙাংহলগী কুমওন পালন চহী অমা চত্থবদা ভারত সরকারগী তেংবাংগা লোয়ননা — সেমিনার নৈনবা কয়াগী মথক্তা নৈনবা ৱারেংগী লাইরিক অমতং পুথোকপা তাখি। খম্বা থোইবী শৈরেংনচিংবা ফোঙবদি মচা-মগুশিংগী দাই ওইখি। চত্থরিবা কবি চাউবগী চহী চাম শুবগী চহী অমা চুপ্পা চত্থবগী

পালনদা মণিপুর সরকারগী সংস্কৃতি বিভাগনা সেমিনার অমা পাঙথোকপগা লোয়ননা নীংশিং চেফোং অমা পুথোকপগী পান্দম থল্লি। কবিগী মজা ইস্মেনা মরনাই ওইনা অপুনবা ভোল্যুম অমা ফোংনবা হোৎনরি। অসোমদদি — খুদম অমতং লৌরবদা অসম প্রকাশন বিভাগনা ডাক্তর বানীকান্ত কাকাতিগী চহী চামশুবগী পালনদা লুপা ১২০ পীবা পণ্ডিত অসিগী মরমদা অমসুং অতৈ হীরমদা নৈনবা ইংরাজী লাইরিক অমা, ডাক্তর কাকতি না আসামীদা ইরম্বা পুন্নমক্কী খোমজিনবা অমা ১৯৯৪ দা পুথোকখি। লুপা লাখ কয়াগী খরচনি।

লায়রবা লমদম ওইবগী অবাৎপা খরসি লৈনা লৈনা জাতি অসিনা লময়ানবা কবি গুরু (মশামক কবিনি। ঐখোয় অয়াম্বগী গুরুনি — ওঝানি) অসিদা ঙমজবা শ্রদ্ধাঞ্জলি খরদি কৎচরি। মণিপুরী সাহিত্যনা লৈরিবমখৈ কবিগী মীংচৎতি অমাঙবা লৈররোই। ❑

১৯৯৫ ইং

# মাইকেলগী 'মেঘনাদ বধ' কাব্য অমসুং কবি নবদ্বীপচন্দ্রগী মণিপুরী অনুবাদ

১৯ শুবা শতাব্দী মতমদা চঙলকপা বাংলাগী নবজাগরণ (রেনেসাঁস) গী ঈহৌদা ফাওরকপা মাইকেল মধুসুদন দত্ত (১৮২৮- ১৮৭৩) বু অয়াম্বনা খঙনরি — মহাকবি, বিদ্রোহী কবি অমসুং বাংলা কবিতাদা অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুশিল্লকলম্বা অইবা। পুন্সীমকসু য়াম্লমক ওইখি — দ্রামাটিক অমসুং ট্রাজিক। মহাক্কী খ্বায়দগী ফাওবা লাইরিক্তি সর্গ ৯ য়াওবা (পরেং ৬৩০৭) অলঙ্কার শাস্ত্রগী মতুং ইন্না মহাকাব্য কৌবা য়াররবা — 'মেঘনাদ বধ' কাব্যনি। বাল্মীকি অমসুং কৃত্তিবাসকী রামায়ণগী য়ুম্ফমদা নোংচুপকী গ্রীক সাহিত্যগী নচিংবগী মহাকাব্যশিং দান্তে মিলটনগী মীৎয়েংগা পুনশিন্নরগা থোরকপা পূমনৌ নৌবা অকনবা শক্তি চেল্লবা খুৎশেমনি। রামায়ণগী ৱারী পরীংদা বীরবাহু তুবদগী হৌরগা লঙ্কাগী লানফমদা মেঘনাদ (ইন্দ্রবু ঙম্বা) তুবা ফাওবগী ৱারী মতাংনি।

অনৌবা খোঞ্জেল অমনি — অনৌবা খোল্লাউ, মুক্তিগী দাবী, ফাজিল্লম্বা পুন্সীল্লম্বা ৱাখলগী থৌরী ময়াম্বু থৌনা ফনা থদৎলকপগী শকফমনি। ঈচেল তপ্পবী বাংলা কাব্যদা নোং খাকপা লাউবগী ঈশিং চাইবীগী শকফম অমসুং শউম হাপচিল্লকপনি। অসিনা রামায়ণগী মেঘনাদকী ৱারীনা ওইরকই যুগ অদুগী খোল্লাউ। রাবণ অমসুং মজাইবুঙো মেঘনাদকী পুন্সীগী ট্রাজাদিগী শকফমদা উৎলকই — নীংতম্বা মাঙখ্রবা, মীখাপোল্লবা অমসুং মিংচৎ মাঙখ্রবা ভারত ইমাগী শিঙ্গরকপা পিরাংগী শক্তম। অসিনা রামায়ণগী চরিত্রশিংগী অনৌবা মশক ওল্লকই। মীৎয়েং খেন্নরকই। কবি মশানসু য়াজে — ঐদি রাক্ষস (রাবণ ইন্দ্রজিৎ অসিনচিংবা) শিংগী মীচংনি। রাম অমসুং মহাক্কী সঙ্গ (লক্ষণ, হনুমান, বিভিষণ, সুগ্রীব অসিনচিংবা) বুদি তুক্কচৈ। রাবণবুদি য়াম্লমক পামজনা কৌজে অচৌবা মীওই (গ্রান্দ ফেলো)।

রামায়ণগী ৱারী মতেকসিগী শাগৎলক্লিবা করুণ রসকী মশক অসি অসুন্না তাকপা য়াই। হৌরকই বীরবাহু তুবদগী রাবণগী তেংথাবনা। বীররসকী শরুক মচেৎ অমা লানগী

খোল্লাউনচিংবদদি য়াওই। অদুবু মপুংদি করুণ রসনি। বীরবাহুনা তুবদা রাবণ অমসুং মহাক্কী নুপী চিত্রাঙ্গদানা তেংথাবা, ইন্দ্রজিৎনা তুবদা রাবণ অমসুং মন্দোদরীগী থম্মোয় শোক্লবা তেংথোখোল, সীতা অমসুং সরমাগী চীক্লা ৱারী শানবা, শক্তিশেলনা পাল্লবা লক্ষ্মণগী চৈনাখোলদা রামগী তেংথাবা পূন্নমক অসিনা করুন রসপু শাগৎলি। লোইশিনবদা মেঘনাদ তুবদা প্রমীলানা শিবদা তুং ইনবা অমসুং রাবণগী কপচবা — তশেংনমক মায়থীবগী করুণ রসনা লাইরিক অসিগী মপুং ওইবা মরুনি। অসিনা রবীন্দ্রনাথনা কৌই — পুমনৌ নৌবা খুৎশেম। অহানবদদি বিশ্বকবিনা সমালোচনা তৌরমই, অদুবু মতুংদদি কৌরকই — নুংগী ওইবা মশক্তা বাংলাগী কৃত্তিবাসকী ওইবা মীৎয়েংগী মতেংনা নোংচুপকী মিলটন অমসুং হোমরগী প্রতিভাবু তরাম্না ওকচবা। স্বামী বিবেকানন্দমক্তা হায়খি — কাব্য অসিদি হিমালয় চীংজাউগুম্না লেপ্তুনা লৈগনি অতিয়া পক্লা।

মাইকেলগী মীৎয়েংদদি রাবণদি এনটি-হেরোনি-লেমখ্রবা, থৌনা ফখ্রবা, শিবা কিদবা, চপচাবা নায়ক অমগী শক্তি চেনবা। মেঘনাদকী মগুণসু রাবণদগী তাদে। রামবুদি ব্যবহার মতৌই। থীনদি হায়দে। অদুবু রাবণদগীদি হেন্দে। লক্ষ্মণবুদি থীনা য়েকই — পাগুদবনি, মেঘনাদনা পুজা তৌরিঙৈদা লোন্না চগুদুনা থুগায়রুই অমসুং হাৎলুই। বিভিষণনা মরৈবাক্কী মায়োক্তা লৈবা দেশদ্রোহীনি — য়েক্লবগী মীচংদা লেপখিবা। হনুমান অমসুং সুগ্রীব রাবণগী তেঞ্জে লক্তা কিদুনা মথৱায় হিংনবা চেল্লি। মখোয় পূন্নমক অসিদি রাবণগা লাম্বা পাবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। পূন্নমকসিগী মথক্তা রামগী মীচংদা লেপ্পা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা কয়া য়াওরি। মখোয়না চখরিবা অন্যায়সিগী হেনজিনবা ওইনা বাল্মীকি অমসুং কৃত্তিবাসকী রামায়ণদা য়াওদবা মায়া দেবী হায়বা অমা ফাওবা য়াওহন্দুনা রাক্ষসশিংগী মায়থীবদা তেংবাংই। মসি মানবতাবাদ (হুমেনিজম) কী মীৎয়েংনি। প্রোফেসর অমলেন্দু বোসনদি অসি ফাওবা হায় — মাইকেলনা মাদ্রাজ (তামিল নাদু) দা লৈরুবনা দক্ষিণ ভারতকী কাংলুপশিংবু য়োং অমসুং হিংচাবগুম্না য়েংবসি য়ানিংদবা ফোংদোকপনি। মীওইবগী পাদমদগী রামায়ণগী চরিত্রশিংবু বিচার তৌবনি। মসিসু কায়ববুদি নত্তে। তৌনরি।

ওল্লকইবা যুগকী মীৎয়েংদা মধুসূদন দত্তবু য়ানীংদবা বাংলাগী সমালোচক লৈতববুদি নত্তে। বাংলাগী মমিং চৎলবা বুদ্ধদেব বসুনদি মাইকেলবু বিদ্রোহী হায়বসি য়াদে। রবীন্দ্রনাথসু অহানবদদি য়ারমদে। মহাক্তা চপচানা আধুনিক্কী মশক পুরকই হায়বসি মখোয়না য়াদে। মপান্দদি য়ান্নমক হোংবা মাল্লগা মনুংদদি কৃত্তিবাসকী মপুং ওইবা মীৎয়েংদগী মাইকেলনা

নাম্থোকপা ঙমদে। মতমদুগী চৎনরম্বা সমাজগী অথবা মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈবা ঙমদে। মতমগী মীৎয়েংদা রামায়ণগী অনৌবা মপোক পীবা ঙমদে। মসিদা ঙমলিবদি রবীন্দ্রনাথনি, মাইকেল নত্তে। মচীন্দদি হায়জে — রামবু তুক্কচৈ। অদুবু মপুক্নীংগী ফীবমদি রাম-সীতাগী মগুণদা ঙাওজে। রাবণবুসু লমচৎ নাইদবনি হায়রি। রাবণমকসু রামগী মখুত্তা শিগনি খঙজে — রাম ভক্ত ওইনা মুক্তিগী লম্বী থিরি। বুদ্ধদেব বসুনা হায়রি — অনৌবা মীৎয়েংগী মতুং ইন্নগদি রাবণদি সীতাবু নুংশিবনি। সীতা হুবদা রাবণগী নুংঙাইবা লৈখিদে — সীতাবু মতোমতা অশোক বন্দা থমখি। মহাক্কী নুংঙাইববু কদায়দনো? অসিনা চপচাবা বীর অমা ওইনা রাবণদা চোংথোকপা ঙমদনা পঙলাউ লাউবগুম্বদা তেংথা নাওইবদা অশোনবা মীগুন্না মতম লেনখি। কবি সুধীন্দ্রনাথ দত্তনদি চহী ৪/৫ দা থোরকখিবা থেঙলবা কাব্যগী শক্তমনিনা মাইকেল মমারোলবু চপচানা মশক খঙবা ঙমখিদে হায়খি। মাইকেল মশামক্লসু হায়জখি — সংস্কৃতনচিংবা খরা য়ান্না চাইশিন্দ্রবদি চুম্নগী বাংলাদি ঙায়োনবশিংগী মরোলনি। মায়কৈ অসোমদগী মাইকেলগী মহাকাব্যসি মতমগী অনৌবা য়াওন অমসুং নোংচুপকা শম্নবা পুক্নী মীৎয়েং পুশিল্লকপনি হায়বসি য়ানীংদে।

অসিমকপু খ্বায়না লৌনরিবা মীৎয়েংদগীদি মাইকেলনা মহাক্কী কাব্য অসিদা মতমদুগী বাংলা লমায়দা লানহৌবগী শকফম লৌবা নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনসু পুশিল্লকপা য়ং বেঙ্গোল হায়বনচিংবগী ৱাখলগী অওনবা শরুক্তা অনৌবা পদ্য ছন্দদা রামায়ণগী ৱারীবু পুশিল্লকই হায়না লৌবদা অকায়বা থোইনা লৈতে। মীৎয়েং অসোমদগীদি মধুসূদন বিদ্রোহী কবিনি; মহাকবিনি।

মণিপুরগী লময়ানবা কবি নবদ্বীপচন্দ্রনা বাংলাগী লাইরিক অসিবু থেংনরুবগী মতাংদা পণ্ডিত চিংঙাখম পিশক সিংহনা অসুন্না ইরি — "অথাপ্পা ঈগী মরি থোক্লদবা মীওইশিংগী লন ময়াম খংথেং থেংনরুরে। মীগী ময়ূমদা থানবা থাউমৈ মঙান্দো ইশুমাংদা ফাওনা ঙাল্লরে। লনগী লৌথোক লৌশিন বেরা লৈনদবনা সর্ব্বজনীন ওইবী মচারিৎকী পোৎশক ওইবনা ঐথোয়সু পাম্মুরে লন অদো।" (মেঘনাদ তুবা কাব্য ঃ শকখঙ-মাইখঙনবা ৱাহে অনীতং) কবি নবদ্বীপচন্দ্রনা মাইকেলগা পূক্নীং ৱাখল মান্নরুদনা তৌরকপা অনুবাদ নত্তে। নবদ্বীপচন্দ্রদি বিদ্রোহী নত্তে। মাইকেলদৌনা ৱাখলগী মূক্তি পাম্বসু নত্তে। চৎনরিবা ভেল্যু-সিস্টেমগী মায়োক্তা লৈবসু নত্তে। চুম্নগী বাংলা সাহিত্যগী ফজরবা মশক অমা ইমারোন্দা পুশিন্নিংলুবতনি।

অদুবু পুশিল্লকইবা অসিদি (অনুবাদতি-সর্গ ৫ ফাওবতনি) ফজরবা মশক অমনি। চুম্নগী অনুবাদ নত্তে, অপাবগী থম্মোয় য়ৌবা য়ানবা অরি অনৌ য়ান্নবা লোন্দাদা মতমগী নাকোংদসু চঙবা য়ানবা মথেল অমনি। মধুসূদননা পুথোরকইবা মশক্কা নবদ্বীপচন্দ্রগী খুৎশেমগা মায়কৈ কয়াদগী চাংদম্নবা য়াই। করিগুম্বা মতাংদদি অনুবাদ অসিনদুম হেন্না লোন অসিদা চুশিনবরা হায়নীংই। মপূং ওইবা খেন্নরিবসু পুন্সী মীৎয়েংদনি। বাংলাগী কবিগী পুন্সীদা মতম পূম্বদা থেংনখি — তপথদ্রবা-নীংবা কায়বা অমসুং মীনায় ওইরিবা জাতিগী পুন্সীদা মায়থীরবা পুন্সীগী চৈনাখোল। নবদ্বীপচন্দ্রগী পুন্সীদদি উখি — অনৌবা মমা লমদমগী সাহিত্য শেমগৎপগী শান্তিগী মঙ্গলগী অমসুং আনন্দগী মশেক মঙাল — চরাংনরবা জগৎ অসিদা। অসিনা অতৈ শৈরেং খরদা মমি তাখি — বৈষ্ণব কবিশিংগী রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী অমসুং থায়নগী মৈতৈ অশৈবশিংগী য়াবাশিং। অসিগুম্বা 'মেঘনাদ তুবা কাব্য' হায়না হন্দোক্লিবা মশক অসি কবি মাইকেলগীগা মখাগী অসুন্না মতাং খরদা চামদম্নবা য়াই।

**(ক) অমিত্রাক্ষর ছন্দ ঃ** ইংরাজী শৈরেংগী ব্লেঙ্ক ভার্স হায়বদুগী ছাচাদা শৈরেং ইনবা হোৎনবা ভারতকী (এশিয়াগী) অহানবা কবি মধুসূদন দত্তনি। তাংকক নাইনা মাত্র ৭/৭ তা (৪ + ৩) চেল্লিবা পয়ার ছন্দনি। ছন্দগী পল্লেপফমগা (যতি) অর্থগী লেপফম (ছেদ) গা অনি অসি লেংগোন্নদুনা চৎমিন্নবনি। মাইকেলনা অনি অসি পুন্না থমদদুনা তোখাই তাহল্লকই; অসিনা অতৎপা লৈতনা চেন্থবগুম্বা ছন্দগী মশক অমা থোরকই। অরোইবগী না-পু তাবগী মান্নহনবা মথৌ তাদে। পয়ারগী ছন্দ্ নাইনা পাবা শকপনচিংবনা পোকহল্লম্বা হঞ্জিল হঞ্জিল হায়বগী মশক অদু থুগায়দুনা লেপ্তবা ঈচেল ওইহল্লরুবগী মহোৎনদা কবিনা মায় পাকখি। কাব্যগী অহৌবগী মশক অসি য়েংবীয়ু —

সম্মুখ সমরে পড়ি, বীর-চূড়ামণি
বীরবাহু, চলি যবে গেলা যমপুরে
অকালে, কহ, হেদেবি অমৃতভা ষিনি,
কোনবীরবরে বরি সেনাপতি পদে,
পাঠাইলরে পুন ঃ রক্ষঃ কুলনিধি
রাঘববারি? কি কৌশলে, রাক্ষসভরসা
ইন্দ্রজিৎ মেঘনাদে — অজেয়জগতে —

উর্মিলা বিলাসী নাশি, ইন্দ্রেনি ঃ শঙ্কিলা?" (সর্গ অহানবা)

কবি নবদ্বীপচন্দ্রদি চপচাবা ছন্দ অসিদা অনুবাদ তৌনবা হোৎনদে। লোনগী হান্নগী লৈজরিবা পয়ার ছন্দগী নীংথিববু মাঙহননিংদে। মতাং অমনিদা থেংনরবসু মদু শীংথানীংঙাই ওইদে। অসিনা মথক্কী অসি অসুম্না অর্থ হল্লি —

মায়োক্লবা লানফমদা, অকনবগী লুচিংবা
শিবা মতম চাদনা, বীরবাহু তুপ্পগা,
হায়য়ু ইমা ভারতি, ৱাঙাং-খোইহী-তৈরবী,
হিংচা-শাগৈ য়াই-ওইবা, রাঘব তাথি অথোইবা
সেনাপতি হাপ্তুনা লান্দা কনা থাখিবা?
করি লৌশিং তৌদুনা, হিংচা-পুক্লিং-লুম্নবা
ইন্দ্র ঙম্বা মেঘনাদ — ঙমফদ্রবা তাইবংনা
ইন্দ্রচিংনা কোকহনবা মাংহন্দুনা লক্ষ্মণনা?

মণিপুরীগী হান্নগী পুক্নীং শুম্নাৎলবা ছন্দগী খোঙচত্তু য়ারিবমখৈ কায়হন্দনবা নবদ্বীপচন্দ্রনা হোৎনৈ। মাইকেলগী মতৌ তমদে। "হায়য়ু ইমা দেবী, ৱাঙাং অমৃত চেনবী" হায়না হন্দোকপা য়াবদু হেন্না ফজনা — "হায়য়ু ইমা ভারতি ৱাঙাং খোইহি তৈরবী" হায়না হন্দোরকপদা ফজবা অমা পোকহল্লি। মতাং চানা — 'হিংচা শাগৈ য়াইওইবা, রাঘব তাথি অথোইবা' — হায়বগী অনুবাদ অসি মৈতৈগী নাকোংদা ওঙ্ঘোক্লা নুংশিনা তাখ্রে। শম্না হায়রবদা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মতৌ নবদ্বীপচন্দ্রনা লোনগী নীংথিবা মশক মাঙখিনি চিংনবদগী লৌশিন্দে।

**(খ) হান্নগীগা অনুবাদকী লোন্দাগা চাংদম্নবা ঃ** কাব্যগী অহানবা সর্গগী হৌরকপগী মতাংদা থেংনৈ — 'ইন্দ্রজিৎ মেঘনাদে — অজেয় জগতে। উর্মিলা বিলাসী নাশি, ইন্দ্রেনিঃ শঙ্কিলা"। অনুবাদতা — "ইন্দ্রঙম্বা মেঘনাদ ঙমফদ্রবা তাইবংনা। ইন্দ্রচিংনা কোকহনবা মাংহন্দুনা লক্ষ্মণনা।" মতেক অনিগী ফজবসি চাংদম্নবা য়াই। উর্মিলা বিলাসীগী অনুবাদ লক্ষ্মণ হায়না হল্লি। হায়দোরকপদসু নীংথিজে। অমুকসু 'মৃত্যুঞ্জয় যথা মৃত্যুঞ্জয় উমাপতি" হায়বসিনা অহানবগী মৃত্যুঞ্জয় অসিনা অশিববু জয় তৌবা হায়বনি। অনিশুবগী সিনা মহাদেব মশাগী মমিংনি। মসিগী অনুবাদতা — "শিবা কোকখ্রে তাইবংদা শিবা কোকপা

শিবগুম।" মথংগী অসিমগা য়েংবীয়ু — "হায়সুপর্নখা কি কুক্ষনে বেখে ছিলি, তুই রে অভাগা। কাল পঞ্চবটিবনে, কালুকূটে ভবা। এভূজগে? কিকু ক্ষনে"। অনুবাদকী মশক্তা — "সুপর্নখা ওনথোকই লাইবকথীবী নহাক্না কাল পঞ্চবতীদা, কালকুটনা থল্লবা। কাল তাংজ অসিবু করি কালদা উরম্বা"। হান্নগীদা "ভূজগে" তা মহায়বা অসিবু কাল-তাংজ হায়না অর্থ হন্দুনা অঙকপা কাল ঙাক্তগী পরীং অমা শাগৎলকই। অপাবগী থম্মোয়দা ফাওহল্লি। অসুম্না হন্দোকপগী মতাং কয়াদা হান্নগী লৈজরম্বা ৱাহৈ পরেংগী ফজবদু মাঙহনবদি লায়রদুনা হেন্নদুম ফজহনবা মান্না মৈতৈগী নাকোংদা থোকহনবগী লেপ্তুবা মহোৎন অমদি অনুবাদসিগী মতাং মতাংদা থেংনৈ। অনিমক ফজে হায়নীংই।

**(গ) লোন অনিগী চাংদম্নবা ঃ** মাইকেলগী লোন্দাদি বাংলা সাহিত্যদা মতীক চাবা সনমান ফংদে। কাব্য অসিদা সংস্কৃত য়াম্না হাপচিনমনখ্রদুনা (সংস্কৃতিজিম) বাংলা লোনবু মশক চপ চানা খঙদ্রে হায়ন অখঙ অহৈশিংনা সমালোচনা তৌরি। রবীন্দ্রনাথ ফাওবনা মহাক্তি সংস্কৃত অভিধান অমা মাঙদা থমদুনা ফাক্তোক্লগা য়াবমখৈ মহাকী শৈরেংদা হাপচিনবনি হায়না ফাগী তৌবী। মহাক্কী ষ্টাইলসি তুং ইনবীনবা কনাসু য়াওখিদে। থোরকই কান্নদবদা হঞ্জিল হঞ্জিল হায়বা ছন্দদা হায়বা তাবদা নুংঙাইতবা মতাং কয়া। কবি সমালোচক বুদ্ধদেব বসুনদি অসি ফাওবা য়ৌনা হায় — মহাক বাংলা লোন মশক খঙখিদে। চহী ৪/৫ মুক্কী মনুংদনি মহাক্না বাংলা খঙনবা হোৎনখ্রিবসে। মণিপুরগী কবি নবদ্বীপচন্দ্রগীদদি মদু নত্তে। মাইকেলগী সংস্কৃত ৱাহৈ ময়াম ফনা য়াম্না লৌথোক্লবা হোৎনৈ। চৎনরিবা মতমগী নাকোংদা চঙগনি হায়না থাজবা শরুক মখৈতমক মথমই। মাইকেলগীগুম্না য়াম্নমক চৎনদবা শাশিনবা লোলগী চবুল শীজিন্নদে। মৈতৈগী হান্নগী পয়ারগী ছন্দ তানবা হোৎনবদা সংস্কৃতগী ৱাহৈ কয়াবু থুগাইদুনা শীজিন্নৈ। কাব্যগী লাইরিক অসি পাথবদা ইংনা তপ্না নুংঙাইবা অমা ফাওই। হেনজিনবা ৱাহৈ থেংনদে। ৱাহৈগী অনৌবা মশক শেল্লকপদা মৈতৈগী লোনগী পুক্কৈদগী মপুং ওইনা লৌথোক্নুনা শেমই। অসিনা থোরকই — পাথৌ-থোইবা, নুপা থোইবী, পাথৌ-লুতোন শানিংথৌ, পারি শেৎন-ৱাবা, য়াইবী থম্নুং তালহনবা, পুরেনবী অসিনচিংবা। সংস্কৃত লোনবুসু নবদ্বীপচন্দ্রনা মীরোননি হায়না খন্দে। থায়নগী অরিবা লোন্দাসু মতাং চানা চানা হাপচীন্নবা হোৎনৈ। অসিনা ওইরকইবা লোনগী মশক্তি নীংথিজবা লৈপরেং নত্ত্রগা নাচোমগী মশক্লি। অনুবাদ তৌই হায়বা খঙনা অনুবাদ মালহন্দনবা হোৎনৈ। মতাং অসিদা নবদ্বীপচন্দ্রনা মতাং অমদা ইরম্বা — "মৈতৈলোন

শেমগৎনবগী লম্বীদি শংব্রেনা ফিবান ওইরগা জাতি চমেলী ভায়োলেট মফম চানা লেংশিল্লু।" পাউতাক অসিমক কবি নবদ্বীপচন্দ্রনা চপচানা অনুবাদ অসিদা শীজিন্নখি। তারকইবদি — মাইকেলগী বাংলাদি কয়া মওং তাদবগুম্না সমালোচকশিংনা মত পীরি, ফজবা কয়া য়াওরবসু। নবদ্বীপচন্দ্রগীদদি মদু হায়নীংঙাই লৈতে। মহাক্কী মৈতৈরোনগী ফজবসি অদুম হৌজিক ফাওবা লৈরি। হৌজিকমক পাবদা অদুম নুংঙাইরি। শাজিন্নবা, তৌশিন্নবগী নত্তুগা লোনগী মথৱাই হাপ্তবগী খুদম অমতা উবা ফংদে। মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যদা অচৌবা দান তৌবীরম্বা ওইনা লৌনরি। অসিনা মধুসূদনদি নবদ্বীপচন্দ্রগী মফমদা মতাং অসিদদি মায়থীরে হায়বা তাই।

মশাগী অৱাৎপা কয়া লৈনা অমসুং অশোয়বা কয়াবু খঙজখিবা মরাইবক থীগ্রবা বাংলাগী কবি মধুসূদন দত্তদি লময়ানবা কবি অমদি শোয়দনা ওইরি অমিত্রাক্ষার ছন্দ পুথোক্রম্বগীদমক। উপমাগী জগত্তা, চরিত্রবু শাগৎলকপদা অমসুং লোনগী অঙকপা শক্তিদা মহাকপু হৌজিক নীংশিংলি। মণিপুরগী কবি নবদ্বীচন্দ্রদি হেন্নবু মরাইবক ফৈ। মহাক্কী অনুবাদপু পূম্নমক্কা তরাম্না ওকখি। মপুং ফাদবগী সমালোচনা লৈখিদে। হৌজিক ফাওবা লৈত্রি। লোনগী মাধুর্য্য, ছন্দগী ফজবা নুংঙাইবনা থল্লবা মাত্রা ১৪ কায়দনা পয়ার ছন্দনা ইরিবা কাব্যনি। লাইরিকসিবু মশক তাকখিবা লৈখিদ্রবা সাহিত্যিক চিংঙাখম পিশক সিংহনা অসুম্না লোইশিল্লি — 'কনাগুম্বনা থাবলনা ইপোম হৌরবা অহিংদা তাংথক নাইদনা চেঙ্গরকপা ঈচেল পুংবানা নুঙ্গাই মরক্তা ইরং-ইরং লংনা চোংদুনা চোংদুনা চৎপদো অমসুং খোঞ্জেলতনা পুমচিক চিকপদো — উবিরুবা অমসুং তাবিরুবা য়াওরবদি অমসুং মদুদা ভাবুক অমা ওইনা থম্মোইদা ফাওবা শান্তি অমসুং আনন্দ অদু ফংবিগ্রদি মদুমক ফংবিগনি ঐখোয়গী কবি অসিগী 'মেঘনাদ-তুবা কাব্য' পাবদা (মেঘনাদ-তুবা কাব্য ঃ শকখঙ মায়খঙনবা ৱাহৈ অনীতং)। কাব্য অসি হৌজিকসু অমুক পাবদা লৈখিদ্রবা পণ্ডিতকী মত অসি হোংবগী দরকার লৈতে হায়না লৌরি। লাইরিক অসি হৌজিকসু হন্না হন্না পাবা য়ারি। কবি নবদ্বীপচন্দ্রগী সাহিত্যগী প্রতিভাবু চপচানা মশক তাকপা মাঙলরোইদবা কাব্যনি। ❑

১৯৯৭ ইং

## তান্নজখিবা লাইরিকশিং খরা ঃ

১। মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মেঘনাদ তুবা কাব্য ঃ হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র। অহুমশুবা খুৎনম — মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

২। মাইকেল মধুসূদনের মেঘনাদ বধ কাব্য ঃ সম্পাদক-অধ্যাপক এ, এল, ব্যানার্জি - ১৯৫৪। মোদর্ন বুক এজেন্সী, কলিকতা।

৩। মাইকেল মধুসূদন দত্ত (ইংরাজি) ঃ অমলেন্দু বসু (১৯৮১) সাহিত্য একাদেমী, নয়া দিল্লী।

৪। সংস্কৃতিগী শক্লোন ঃ এলাংবম নীলকান্ত (১৯৯১) রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল।

৫। সাহিত্য চর্চা (বাংলা) ঃ বুদ্ধদেব বসু (১৯৫৪) সিগনেট প্রেস , কলকাতা।

# লোইতোংবম পাচা মীতৈ

পূন্সী হায়বসি অঙকপনি। নোকসু নোক্লিংবনি। পাচা মীতৈ শক খঙলে হায়না চাউথোকচরমই। মহাক্কী লাইরিক পাবদা নত্তনা ৱারী কয়া শান্নখিবা, দিল্লী ফাওবা চৎমিন্নরুবা অমসুং তোয়না লমজাউদা চৎমিন্নবা কয়া য়াওখ্রে। অতৈনসু মহাকপু লম্বীদা ঙাওরি যৈরিনা চৎপা কয়াসু থেংনখ্রবনি। ময়াম্না মহাক্না থেংনবদা হরাউদে হায়বসি মশাসু খঙজে। তশেংবদি মহাক্তি ফনা কুইনা "মীতোপ" ওইখি। অসিনা ইথোরকই — "লম অসিদা ঐহাকপু খঙবা অমতংদি থোরকপা যৈ" হায়বা উপন্যাস মচা (১৯৭৪)। থম্মোয় শোকপা মপাউখোলনি। ইংরাজীগী ফাওরবা উপন্যাস ইবা জেমস জোইস্ (James Joyce) কী মরমদা হায়খিবা অমা লৈ — মঙোন্দদি পুন্সি হায়বসি মপান্দা থাদোকপনি; মপান্দা থাদোকপা হায়বসি পূন্সিনি। মসিমক চপ-চানা পাচাগী লোইরমদাইগী চহী ১০ মুক্তি ওইখি।

নোক্লীংবগী মতাংদি অসিনি। হন্দক মহাক্কী মরমদা খরদং ইগে হায়না হৌগৎলকপদা থেংনরকই — মহাকসি মণিপুরী উপন্যাসতা ৱাখলগী তত্তনা চেন্থবা মশক (ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেস) কী টেক্নিক পুশিল্লকপা অহানবনি। ৱাফম অসি খরা খরা ঙাংনরকপদগী ইংরাজী লেখিকা ভর্জিনিয়া উলফগী আর্টতা রিসার্স তৌদুনা ডোক্তরেট উপাধি ফংলবা মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণি মৈতৈনা ভাষণ অমদা ৱাফম অসি কন্না পুখৎলকই। মসিগীদমক চঙজবা তাখি — , জেমস জোইসতা ভর্জিনিয়া উলফতা অমসুং ফ্রান্সকী লেখিকা নাটালে সারাট (Nathalei Sarraute)। খঙদবগী শরুক অসুম অসুম হেন্সৎলক্লে। থেংনবদা হরাউখিদ্রবা অইবা অসিগীদমক মশক খঙননবা লাইরিক কয়াবু নৌহৌনা পারক্লে। মসিৱাইদনি নোক্লিংলকইবসি। ৮

তশেংবদি ঐখোয়না পাচাবু হৌজিক ফাওব শক খঙদ্রি। চুম্নগী খঙশিন্নবনি। প্রতিভা লৈখ্রবা অইবনি। তশেংবমক ইংরাজী ৱাহৈগী জিনিয়স হায়বমক য়াই।

উপন্যাসতা নত্তে পাচানা ইরমইবা। শৈরেং কয়া ইরমই — শরুক খরা ফোঙখ্রে। কনানসু নৈনদ্রি। ড্রামা খরসু ইদুনা শান্নখ্রে — "লাঙ্গোইনাই" হায়বনচিংবা খরা। তোপ-

তোপ্পা মশক অমনি। মসিমসু কনা অমতনা নৈনদ্রি। উপন্যাসকী শরুক্তনি। ক্রিটিক অমসুং পণ্ডিতশিংনা তম্ভনো নৈনরিবা। মসিমকসু হৌগৎপদা ঙাইহরি। অদুবু, খণ্ডদ খণ্ডদনা মঙোন্দদি পীদবা ঙমখিদে — সাহিত্য একাদেমীগী ইহান-হানবা মনা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগীদমক — ১৯৭৩ দা। মসিনা ইহান-হানবা মনানি। লাইরিক্কী মমিংনা — "ঈম্ফাল অমসুং মাগী ঈশীং নুংশিংকী ফীবম" (১৯৭২)। পূন্নমক্লা তাবদা ঙক্লখি।

দিল্লীদা উপাধি অসি লৌবা পাচাগা মহাক্কী লোইনবীগা ঐখোয়গা চৎমীন্নবগী অমসুং হনমিন্নরকপগী নুংঙাইরবা ৱারী লৈরী। সাহিত্য একাদেমীগী এৱার্ড অসি ফংলবা মঙোন্দা ময়াম্না (প্রেস ফাওবা য়াওনা) তৌরকপা সম্মান অমসুং উৎলকপা শ্রদ্ধাগী মশক্তা মহাকসি পূমঙাও ঙাওখি। মণিপুরদদি থৌওইনা তৌবীরমদবনি। দিল্লীদনা লাইগুম পূজা তৌনরকপনি মণিপুরদা থোরক্লফাওবদা ফনা কুইনা মহাক কল্পনা অমসুং মঙগী জগৎ অমদা তাউখি। স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবা হায়বদু মঙোন্দা থোকখি। নুংঙাইমনবদগী পাখৎখিদুনা — ফংলকপা তাম্রপত্র ফাওবা লম্বীদা মাঙখি। অমুক একাদেমীনা থারকই। অদুবু অৱাবনদি মতম পূম্বদা কোইতান তান্নে মহাকপু। মনা ফংবগী নুংঙাইরবা মীকুপশিংদুদা ময়া পোমদুনা নারকপগী অকনবা চৈনাখোলসু ফংদুনা ৱা ঙাংবদা নুংঙাইতবা ফাওবা থোকখি। অদুবু পূন্নমক মহাক্লা নমহৎখি অখাঙ কনবগী শক্তিনা।

"মণিপুরী উপন্যাস নৈনবা" হায়বা রিসার্চকী বেসিসতা ডাক্তর অরুনা দেবীনা পাচাগী উপন্যাসশিংবু চেকশিন্না নৈনরি। লাইরিক অসিমক্তি ফোঙদ্রি[১]। অরুনা দেবীনা পাচাগী উপন্যাসশিংবু মতাং অহুমথোক্লা খায়দোক্লি।

"হয়াদ বেগম" (১৯৭৬) অমসুং থেঙনদি ফোঙবা "থানিল" (১৯৭৯) ফাওবগী অহানবা উপন্যাসকী মশক অমা। প্লোট য়াওবা ৱারী লীথরকপা রোমান্টিক ওইবা মশক অমসুং পাপ-পূন্যগী অকুপ্পা বিচার-ধর্ম্মগী মীৎয়েংদগী। মপুং ওইনা মুসলিমগী জগৎকী। অনিশুবা মতাংনা "না তাথীবা অহল অমা" (১৯৬৯) দগী হৌরদুনা সাহিত্য একাদেমীগী মনা ফংখ্রবা উপন্যাস ফাওবা ৱারীগী প্লোট য়াওদবা অতৎপা লৈতনা চেষ্টরিবা চেতনাগী শক্লোন কয়ামুক 'ফৎ-ফৎ' চোংথোকহল্লকপগী মশক অমা। শন্না হায়রবদা ইউরোপকী উপন্যাসশিংদা হান্না য়ৌখরবা ষ্ট্রীম ওব কোন্সসনেসকী টেকনিক্কী নীংথিজবা মশক অমা। চহী কয়াগী থৌদোকপু অহিং অমদা ৱারী শাবদা ফোঙদোকপা, ইম্ফালগী অহিং অমদা

১ *হৌজিক্তি ফোংলে — অইবা*

হোটেলগী থৌদোকশিংদু পুন্না "ঐ" হায়বা অমনা উরকপা। উপন্যাস অনি অসিবুদি অরম্বা দেবীনা থাগৎলি। অদুবু, মথং তারকপা "থানিল" "অনৌবা পাউ অমা" (১৯৭৩) "লম অসিদা ঐবু খঙবা অমতংদি থোরকপা ফৈ" (১৯৭৫) অমসুং "পিগী ৱারী" (১৯৭৬) বুদি য়ৌশিনবা ঙমদে হায়দুনা সমালোচনা তৌই। মসিমকসু খন্ননিংঙাইনি। টেকনিক্কীদি হেন্না মপুং ফারবনি। থম্মোয়গী পাউদমসু হেন্না ময়েক শেংলকই। "অনৌবা পাউ অমা" হায়বা উপন্যাসতা নুংগী মতোমদা শোঞ্জবা (ইন্টেরিয়র মোনোলোগ) চপ চানা য়াওরে। "পিগী ৱারী" দা ডাইয়েরীগী মশক্তা উপন্যাস শারে, অয়াম্বনা লেখকতনা খঙজবনি। অপাববুনা খঙনবা হোৎনহনবনি। চপ-চানা খঙবদি ওইথোক্তে। মসিদা ফজরকইবনি। ডাক্তর মনি মৈতৈনা খরদুম হেন্না য়ৌশিন্না খঙলব্রা হায়নিংই। মহাক্কী একাদেমীগী মনা ফংলবা উপন্যাস অসি ষ্ট্রিম ওফ কোন্সসনেসকী মীৎয়েংদগী নৈনরকপদা।

মতাং অসিদা চপ চাবা খঙনীংবা অমা পোক্লকই। পাচাগা তিন্নবশিংদা কৃপথনা হংই — পাচাশিবু হায়রিবা জেমস জোইস, ভর্জিনিয়া উলফনচিংবসিবু পানবা হোৎনব্রা? খুল্লকই পাচানা পারে হায়বগী প্রমাণ ফংদ্রফাওবদা অসিগুম্বা লাইরিক অমনিদি মহাক্তা পায়বা থেংনৈ। চপ চানা মমিং করি কৌবগে হায়বদি খঙবা ঙমদ্রে। ঐঙোন্দসু ঙকখিবা অমা লৈ — ফ্রান্সকী মমিং চৎলবী নাটালে সারাট কী লাইরিক — "দি গোল্ডন ফ্রুটস" হায়বা উপন্যাস অদু মহাক্তা ঐঙোন্দগী লৌখি, পাই খঙদে পাদে খঙদে পীরকউ য়াখিদ্রে। য়ামদ্রবদা পানবা হোৎনরমগনি। ইথা-থাজদনা কবি খালিল জিব্রান পাই। অসিনদি মপানগী সাহিত্যগী মশক খরসিগী প্রভাব খরদি মহাক্কী ৱাখল অসুং থম্মোয়দা তারমগনি হায়বদা চিংনবা লৈতে।

ইকাইখ্রবা থৌদোক অমদুম তমজখিগে। ফ্রান্সকী মথক্তা মিং পঞ্জখ্রবী লেখিকা অসিবু পুন্সিবু কৃপ্না য়েংনবা হোৎনবদা মীওইবগী হায়দোরকপা, চৎথোরকপা অমসুং ইঙ্গিৎশিংদগী চরিত্রবু য়ৌশিননা লাকশিনবদা মমিং চৎলবী জাঁ পাল সার্ট ফাওবনা য়ান্নমক থাগৎনখিবী লেখিকানি। ১৯৭০ গী ঐহাক্কী ইউরোপকী খোঙচত্তা ফ্রান্সকী সরকারনা ঐহাকপু মহাক্তা পুং অনীমুক মহাক্কী পেরিসকী লৈফমদা উনহল্লি। ঐহাক মহাকপু শক খঙদে। হৌবদগী লোইবা ফাওবদু ঐহাক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী, বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মরমদা মঙোন্দা অফাওবা শানা তাকপিদুনা মতম লেনখি (ওঝা ওইশিল্লুবগী ফৎখিদ্রবা লায়না অমনি)। মহাকসু তুমিন্না থৱায় য়াওনা তায়। তৌবমক্তি ঐহাকপু মহাক্তা কৃপ্না ষ্টডি তৌরিবনি।

ঐহাক মায়পাক্কা হোটেলদা হল্লকই। ভারত য়ৌরক্লগা মহাকপু মশক খণ্ডলকপদদি ওঙ্খোক্কা তাঙলবা পুং অনি অদু মাঙহনখিবগী অনুতাপনা ফনা কুইনা তপথহনখিদে।

জেমস জোইসনা হায়খি ঐহাক্কী জাতিগী ফোঙদোকত্রিবা অচুম অরানগী বিচার অদু ঐহাক্কী থৱায়গী লৈরঙদা মৈ ইক্কে হোৎনবনি ("To forge in the crucible of my soul the uncreated conscience of my race" — James Joyce)। মসিমক পাচাগী উপন্যাসশিং-থোইদোক্কসু অরোইবা শরুক্কী পাদমনি। জেমসনা দব্লিন সহরদা জগৎপু উখি। পাচাসু ইম্ফাল সহরদা তাইবংবু থেংনখি। করিদি থেংনখি।

"ঈরৈবাক্কা, অসুম অসুম খোঞ্জেল অসুম থোক্কা কপখৎলকই, অদুগা, ঈরৈবাক্কীদমক্তা ঈরৈবাক্কী য়াইফ-থৌদাংগীদমক্তা ইচং-থৌনা শরুক য়ারগনি খল্লম্বা মীশক ঐহাক্কা করিসু তৌঙমদবা অসুক শাংবা পুঙ্গীগী মতমসি থম্মোয়নুংদতা ওমচাক্লদুনা হৌহনখ্রে। . . . ঐদি না পঙলবনি। ইমা লৈবাক্কা অসুক হৌনা হৌনা কপ লাউববু করিসু তাশিন্নদনা লৈবগুম মতম চুপ্পা তুমিন্নতা লৈরবনি।" (না তাথীবা অহল অমা — লামায় ১৬-১৭) ৮

অমুকসু কবিগী মীৎফমদা মমা লমদম্মু উরকই — "থোংনাউদা, উরে তুমঙমদ্রবা ঐগী মীৎনা ইমা নংগী অতিয়া মকোয়দা লৈতেংলিবা তগুপ্পী থৱানমিচাক্কী মপৈ, থাজসে, ইংলবা নামিবগী শাহুমসে, ইমা নংগী ৱারবদা ৱাদবদা শাবী লুখ্রাবী মীনোক্কী পীশুমলবী চীংশাং পরেংগী অমুবা শক্তম" ("ঈম্ফাল অমসুং মাগী ঈশীং নুংশিৎকী ফীবম" — লামায় ১৬-১৭)

করি থেংনখি — জোইসনা ডব্লিন সহরদা — লমহাংদা থাদোকপিরবগী পুন্সী নাইতোম তাবা অমসুং কনামতনা শক খঙবীখিদবগী। করি থেংনখি কবি টি, এস, এলিয়টনা মতমগী সভ্যতাদা? তম্বুবা, অকিবা অমসুং মীংচৎ ("Boredom and the horror and the glory)। পাচানা থেংনরিবসু মথক্কী অসিমকনি। খেন্নবা অমতং হায়ববু জেমস জোইসকী খুৎইদা য়াওই ফাগি অমসুং করেম্নবগী অকনবা মশক। পাচাগীদদি য়াওবা থেংনদে। এলিয়টনা থেংনখিবা "মীংচৎ" পাচাদদি কন্না ফাওখিদে। তশেংবমক্তি নোংচুপকী উপন্যাস ইবশিংসিগা পাচাগা খরদং কুপ্পা নৈনফম থোকপনি। মসিদগী ডোক্তরেট ফংবা ফাওবা য়াবনি।

অদুবু, ঈশ্বরগী খুৎশেম অঙকপনি। অসুক ৱাখল লৈরবা, মীৎয়েং থৌরবা, মমা লমদমগীদমক্তা অহিং-নুংথিল চুপ্পদা কপচরিবা লেখক অসিগী পুন্সীগী মশক্তি ময়াম্না

হংগোইনিঙাই ওইখি। লাইথুং-থুংলবা মীশক কুন্না শক খঙবীদনা অরোইবা পুন্সীগী শরুক লেনখি। শেল তান্নবগী লম্বী লৈতবনে চরা হেল্লকপগী অরাম-খৌরাংবনে, নীংবা কাযবতনা মরম ওইবা তাই — য়ু থকমন্দুনা মশা পুম্বা মাঙহঞ্জখি। ময়াম্না হায়নবগুম্না - অসুম য়ু থকপা হৈনখিবদগী য়ুনা মহাকপু থকখি। অদুবু মতোমতরা? মদুমক্তি নত্তে কলাকার কয়া অমা (খুদম ওইনা ফিল্মগী জগত্তা ঋটিক ঘাটক, ঈশৈগী জগত্তা কেএল সাইগল) লৈতবা নত্তে, পৃথিবী ফাওরবা কলাকার ভেনগোফ মশামক্কী মনাকোং লেনথৎচখি। কবি শেক্সপিয়ারগী কবি, অঙাওবা অমসুং প্রেমিক (Poet, Lunatic and Lover) থাক অমতদা লৈমিন্নবনি হায়বদু নিংশিংই।

ইম্ফালগী লম্বীদা পাচা তোয়না থেংনৈ। ঐহাকপুসু মহাক্কা নুংশিজবনা নুমিদাং-ৱাইরমদা তোয়না তুং ইল্লকই। অরুবা অরায়বা সাহিত্যগী অমসুং পুন্সীগী মতাংদা ৱারী শানগনি। ঐনা চঙশিল্লমদাইদা হায়রক্কনি — লুপা অনীখক্তা। মরমদি — হনখিবদা রিক্সা তোংখিনর্বনি। ফজবা পাউখুম্নি। অদুবু ঐহাক্তি তশেংনা খঙই — কৈশামথোং খুলদা চঙলগা য়ু থকলুগদৌরিবনি। নুংথিলদসু হাই-হাইদুনা চৎপা মহাকপু তোয়না থেংনখি। অউবনা তিনশিংনগনি। কনানা মহাকপু অনৌবা মণিপুরী উপন্যাসকী লময়ানবা, স্বদেশ ভক্ত অমসুং সাহিত্যদা ঙাওজরবা মমিং চৎলবা লেখক অমনি হায়না শক খঙগদগে?

অদ্বৈত বেতান্তনা হায়রি — উরিবা জগৎসি মিথ্যানি — অরানবনি, লৈতবনি। পাচাগী য়ু ঙাওবগী শকফম উবদা তশেংনমক হায়দবা ঙমলোই — উরিবসি মায়ানি। মহাকপু কনানা শক খঙবীগদগে? মহাক্কী "ঐ" দি খুমজিনখ্রবনি।

তশেংনমক নাইতোম তারবা, কনানসু শক খঙবীখিদ্রবা, মরায়বক থীরবা পাচাগী পুন্সীনি। নীংঙমদবা মৈচাক্কা থনখ্রবনি। নীংবা কায়বগী তেংথাখোনতগা লোয়নখ্রবনি। মাঙশিল্লক্রবা মরমদমগীদমক অতৎপা লৈতনা কপচখ্রবনি। হায়নীংবা কয়া, উৎনীংবা কয়া, ফোঙদোক্নীংবা কয়া লোন্না অদুম মাঙখ্রবনি। চহী নীফুমক হিংলল্লবসু তশেংবমক্তি — অরোইবগী চহী খরদি নেশাদা নমহত্তুনা মশাবু মাঙহঞ্জখ্রবনি। পুন্সীদা উৎনীংখিবা কয়া অদুম ফোঙদোক্তনা মাঙহঞ্জখ্রবনি। নীংশিংলকই — বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথকী "গীতাঞ্জলি" গী পরেং খরা —

"যে ফুল না ফুটিতে

ঝরেছে ধরনীতে
যে নদী মরু পথে হারালো ধারা,
জানি হে জানি, তা-ও হয়নি হারা"

(অসমাপ্ত)

অর্থদি —

শাৎকাইদ্রিবা লৈরাংনা
কেনখিবা লৈমায়থক্তা
মরুগী লমদমদা তুরেলনা
মাঙজখিবা মথন্নতা
খঙইনে মদুসু খঙইনে
মাঙখিবা নত্তে করিসু।

মপুন্সী শাংলক্তবনি পাচাগী। মহাক্কী পুন্সীবু য়েক্লকইবা কলাকারনা মতাং অসিদা তুরিগী খুৎখৎ লেপখিবনি। অদুবু পাচানা য়েক্লমইবা সাহিত্যগী মূর্ত্তি অসিমদি তুংদা লাক্কদৌরিবা মীওইনা মতম কুইনা নৈনরগনি। শিবা নাইদবা পুন্সী হায়ববু মসি নত্ত্রা? ❑

১৯৯০ ইং

## পাচাগী অরোইবা উপন্যাস ঃ
## কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপশু য়াওই কত্তবশু য়াওই

পুক্নীগা মঙগা কদায়দা খেন্নবগে? মীৎ পাঙথোকপদা উরিবা জগৎ অসিনা পুক্নী অসিবু শারবরা? মসিগী ৱাংমদদি — থক্তদি অমসুং খাদদি? পুক্নীনা করিগুম্বা মঙ ওইরম্লবা, অদুগা মঙনা পুক্নী ওইরম্লবা — মদুদি কমদৌবা তাই। ৱাহং অসি নোংচুপকী দার্শনিক অমনা হংখিবনি। ধ্যান তৌরিবা মুনিনা নুংদা মরোল মরোল কুমথবদা। (নত্ত্রগা কাখৎপদা) থেংনরকই মথং মথং — মীৎ পাঙথোকপগী জগৎ, মঙগী জগৎ, মঙ মঙবগী জগৎ অমসুং ইহাঙ হাঙবগী মরিগুবা জগৎ (সংস্কৃত ৱাহৈদা — জাগ্রত, স্বপ্ন, সষুপ্তি অমসু তুরীয়) অরোয়বদা থেংনৈ পরম ব্রহ্ম। গীতাদা হায়রি — ময়াম্না নুংথিল কৌবদু মুনিশিংগীদি অহিংনি — ময়ামগী অহিংনা মখোয়গী নুংথিলনি। মীৎ পাঙথোকপদা থেংনরিবা পুক্নী অসি মঙনি। অসিনা উপনিষদনা লাউরি — হৌগৎলো, মীৎ পাঙলো (জাগ্রত, উত্তিষ্ঠ) ১৯ শুবা শতাব্দীদগী হৌরদুনা নোংচুপকী ফ্রোয়েদ, য়ুং, এডলারনচিংবনা পুক্নীগী মপূং ওইবা মশক্তি খঙদবগী শরুক্তুনি (অনকোনসিয়স) হায়না প্রমাণ তৌরি।

পাচা মীতৈগী অরোয়বা তাংকক্কী উপন্যাসশিংদা অসিগুম্বা মঙগা তাইবংগা শন্নবগী মশক অমদা চঙশিন্নকই। মহাক্কী "না তাথীবা অহল অমা" দগীহৌরদুনা মীওইবগী চেতনাগী ঙমখৈ নাইদবা মশক অমদা চঙশিন্নবা হোৎনবগী চাংয়েং অমা চথরি। এনটি-নোবেলনি। এনটি হেরোনি। ইংরাজী সাহিত্য তৌবা পণ্ডিতশিংনা ভর্জিনিয়া উলফ অমসুং জেমস জোইসকী চেতনাগী ইচেল (ষ্ট্রিম ওফ কোনসিয়সনেস) অমসুং মতোমদা ঙাঙজবা (ইন্টরিয়র মোনোলোগ) অসিনচিংবগী টেকনিক্কী মতেংনা পাচাগী অরোইবা মতমগী উপন্যাসশিংবু নৈনরি। অদুবু টেকনিক্কী শরুক্তনি। জগৎতি তোঙাল্লি। পাচা মশানসু হায়জে — ঐ মখোয়সিবু থাগৎলি অদুবু মখোয়দগী তম্বদি নত্তে। চুমগনি। মহাক্কী শাগৈদি ইংরাজী সাহিত্য ঙাক্তদা নত্তে — ইউরোপকী সাহিত্যদসুনি। রাসিয়াগী ডোষ্টোয়েবসকিগী

চরিত্রগী জগৎতি পাচাগীগা য়াম্না মান্নে — তোল্ল তারবগী, মীয়াম্না নৈখায়বীরবশিংগী চরিত্র ঙাক্তনি। অদুগা হায়রিবা ডোষ্টোয়েবসকিসু লুনা পামজনা তৌবা ফ্রাঙ্গকী মমিং চৎলবী লেখিকা — নাটালে সাঁরাট। উরিবা জগৎকা কল্পনাগী জগৎকা অনীগী ফাওদোক ফাওজিল তৌনহন্দুনা ৱাঙাঙ শাঙাঙ, মীৎয়েং নায়েংশিনা শেমগৎলকপা চরিত্রগী মশকশিংনি। অসিগুম্বা চৎনরিবা উপন্যাসশিংগী ওন্ন-তৈনবা মশক অসিতবু ফ্রাঙ্গকী দার্শনিক জাঁ পাল সাট্রনা উপন্যাসনা মশামক্কী সমস্যাদা নৈনজবনি হায়না শীংথায়। হায়রিবী লেখিকা অসি ঐহাক্কা পেরিসতা (১৯৭০) উনরকই। মহাক্কী উপন্যাস — "দ গোলডন ফ্রুটস" হায়বা ইংরাজী অনুবাদ অদুমক পাচানা ঐঙোন্দগী লৌখ্রগা মহাক্কী ওইখ্রবনি। ঐহাক্সু লাইরিকসিবু মুন্না পাহৌদবনিনা মহাক্কী উপন্যাসশিংদা লাইরিক অদুগী মমি তাব্রা হায়বদুদি পুথোকপা ঙমদে। অদুবু মহাক্কী অতোপ্পা উপন্যাস অমা — "বিটুইন লাইফ এণ্ড দেথ" হায়বা ইংরাজী অনুবাদ অমা পাবদগীদি অইবগী কল্পনাগী অনিগী তোৎশিন্নখিবা মশক অমদদি অনিগী নকশিন্নবা থেংনৈ। তশেংবমক পাচাদি ইংরাজী সাহিত্যগী মশক অমনিগা নৈনবদা ওইরোই। রাশিয়া অমসুং ফ্রাঞ্চকী সাহিত্যগসু নৈনবা তাবনি। শন্না হায়রবদা হৌজিক হৌজিকমক্কী মতমগী সাহিত্যদা শীৎলিবা নুংশিৎ অসি পাচাগী সাহিত্যদদি থেংনৈ। মসি লাইরিক পাবনা ঙাকসু নত্তে (মহাক্কবু কয়া য়াম্না পাদুনা খঙগনি?)। তোপ তোপ্পা পীথোকপা প্রতিভা (ইংরাজী ৱাহৈদা — জিনিয়স) অদুনা অথোইবা মরমনি।

পাচাগী উপন্যাসকী চাংয়েং মখল মখলনি। উপন্যাস অমদা মরুপ অমগা ৱারী শাবদা লোইশিল্লি ("না তাথিবা অহল অমা" ১৯৬৯)। পূং মরিদগী ৱারী ই। ("অনৌবা পাউ অমা" ১৯৭৬)। নিপা অমা ৱা করিমতা ঙাঙদনা উপন্যাস লোইশিল্লি। ("লমদম অসিদা ঐবু খঙবা অমতংদি থোক্লকপা ফৈ" ১৯৭৫)। অয়ূক্তা হোটেলদা চা থক্কুনা পূং অনি অহুম ফম্বদা উপন্যাস অমা লোইসিনবা ("কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু য়াওই কত্তবসু য়াওই" ইবা -১৯৮৩-৮৪ ফোঙবা — ১৯৯১)। অকোনবগী উপন্যাস অসিনা পাচাগী অরোইবা (ইবগী মতমগী) উপন্যাসনি। লোইশিল্লবনি। অফোঙবনা "লোইরবা" হায়দুনা থারমদে হায়দুনা লোইদ্রবোই খনবগুমসু তৌই। ঐখোয়না কাউরোইদবদি মহাক্কী লোইরমদাইগী চাংয়েং উপন্যাসশিংসিদা লোনগী অঙকপা ইকোনোমি শীজিন্নে — য়ারিবমখৈ ৱাহৈ লৌথোকই। শৈরেংগী মশক লৌই। নিপা নুপীগী য়ৌশিনবা মরী পুন্নমক

ফোংদোকই। মদুবু ইঙ্গিৎনা, থোৎখ্রবা নৌখ্রবা ৱাহৈনা (মহাক্কী অশেম্বসু কয়ানি)। অকাম্বা ৱাহৈ খক পাচানা শীজিন্নদে। মশামক্কা হায়জে — উৎলিবসি চুম্নগী নুংশিবা নত্তে, অশেংবা নুংশিবনি — কথোকপদা লৌশিনদবদা, পীথোকপদা শাগৎপা। খুদম — নৈনরিবা লাইরিকসিগী মতাং অমদা থেংনৈ — "ঐহাক নংগীনি। অদুবু ওইবদি য়াদে।"

"ঐ" হায়বা অমনা কালিমাই মমাংগী হোটেলদা ফমদুনা চা থক্লি। (মমিংবুদি কৌশিল্লি — 'বিধু')। অদুবু অহৌবদি কল্পনানি —

"অথেংবা অচিকপা অহিংদা খোংবা করিনো?"

"খংদে —।"

"খোংববু করিনো?"

"খংদে —।"

"উচেক্না?"

"নত্তে —।"

অদুদি করি?

"খংদে —।"

"অদুদি চৎলে —।"

মহাক্কী চান্নবীগা ৱারী শাবনি। কেথনবনি। নুপীদু অমদা লুহোংখিবা তারে। কায়নরমদাইনি। মদুদা নোক্লকই — হা! হা! হা! হা!! মতোমতা খঞ্জে — "হা। হা! হায়বসিদি নোকপনী। নোকপবু কেবা য়াব্রা? থম্মোইগী ৱানি। ঐনা ফমলিবসি হোটেলনি, অদুগা মী ফমলী। অসিদবু হেক নোকপা য়াব্রা?" (লামায় ৩)। চা কপ অমা মাঙদা থম্নদুনা ঐ অসি লম্বীদা অচৎ অওংদা য়েংদুনা লৈ। অদুগা মঙ মঙলি — মঙদ্রং হায়বদুনি। মরক মরক্তা মীকপ থোকই — তাইবংগা শন্নে। অদুদগী চৎথে অমুক — মঙ পরেং। পুখৎলিবা ৱাফমদি — থাজবা হায়বসিবু লৈব্রা? লৈরবদি করিনো? মশম খাকপা, হাওফী ইনবা, মোটোর সাইকল কন্না থৌবা লাইগা শম্নদ্রবা নহাশিংনা কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎলি। অদুগা চন্দোন থিনবা, ঙারী লল্লোনবা অহলদুনা হন্নফাওবা য়েংঙমদনা চৎখি। মসিদি থাজবগী ৱাংমদনি। অদুগা অমুক থাজবগী ৱাংমদা থৌদোক কয়ামুক থোক্লক্লবদি কমদৌবা? থাজবসিদি মাঙলে হায়রোইদ্রা? উপন্যাস অসিগী বিষয় (থিম) গী মতাংদা ৱারী শাবদা পাচানা হায় — "থাজবা মাংবা — থাজরুবগী ৱাংমদা থোকপা ঙাক্তনি।

থাজনিংঙাই ওইদ্রে। অশেংবা লৈত্রে। থাজবা মাংবনি। Truth ? থাজবগী ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তনি।" ("মিংশেল" ৩২/৩৩ শুবা চেফোঙ ১৯৯১, লামায় ৩৯)। অদুদি থাজদবা ঙাক্তনা শাগৎলক্লবদি পুন্সীসিদি কমদৌবা? মসিগী ৱাহংনি হংলিবসি।

ঐ হায়বা নিপাসিনা কনাবুসু ঙাইফম থোক্তবনি। চুম্নগী চা থকপদনি। অদুবু থাজবগী ৱাংমদা মীশক অনিবু ঙাইরি। মাগী মরুপ সুবেদার অমা (কালিমাই ময়াগী মণিপুর রাইফলস উরুবদগী) অমসুং মহাক্না মমাঙৈদা খুঙ্গংদা ওঝা ওইরিঙৈদা কায়নখ্রবী ময়ূম পানখিদুনা লুখ্রা ওইরবী ঙায়োনবী অমা। কালিমাই মমাংগী লাইবক কৎপা কৎতবগী থৌদোক্তুনা মহাকপু  অসুম খন্থহনখিবনি। নিপা অসিনা ময়ূমগী নুপী অমসুং মচা মরিবুদি তোয়না নীংশিংলি — মহাক্না মাঙহনখ্রবা (চরা হেন্দনবা হোৎনবদা) মচাগী মশাগী সনা অমত্তং শাবীসি হায়রকপা অমসুং খরা লৈরগা মচানুপী থাজ য়োনজবগী ৱাফমদা গতি লৈতদুনা মহাক্না তুমিন্না লৈখিবা। মায়থীরবা পুন্সীনি।

ঐ হায়বসিনা উরকই চা থকপা লাকপা নীপা অমা। ৱারী হৌদোকই — মাঙদা ওফিসারশিংগী প্রোসেসন মানবা অমা চৎপদা। দাবী তানবনি। অনিদু নৈনৈ। অমুক উরকই হাফপেন্ট শেৎপা সিফাই অমা মখূত্তা ঙা কৌটা অনগা ময়োম অমা (য়ুগী লিক্লিনি) মঙোন তন্না চঙশল্লকপা অমসুং হংলবা। চুম্নগী মমিত্তা ঐ হায়বসিনা উরম্বা য়াই অদুনা কল্পনা তৌরম্বা য়াই মহাক্কীদমক্লি। সিফাই মচা অদুনা "বিধু" হায়বদুরা হংলগা মখোয়গী সাহেবনা পীরকপনি হায়দুনা পীশিল্লি — লূপা ৫০ সু য়াওই। সিফাইদুগা চা থকমিন্নে। ৱারী হৌদোকই সিফায়দুগী চান্নবী অমা লৈবদু তোয়না উনবা ঙমদবগী। খঙহৌদনা ঐ হায়বসিনা মঙ মঙখি — সিফায়দুগা মহাক্কী চান্নবী অদুগা উনদুনা ৱারী শাবগী মতৌ। হায়দোরকই সিফায়দুদা — ছুটি লৌরগা চৎপসু য়াইদনা। সিফায়দু খংপ্রেক খঙই অদুগা কায়নখি। কল্পনানি।

মথংদা উরক্লে নুপী অমা কেনা নান্না হেণ্ডরেগ পায়রদুন লাই খুরুম্বা চৎপগী ফিজেত্তা। মহাক্কী সখীতোম্বী অদু ওইরমগদ্রা? মহাক্না খল্লকই — লুপা ৫০ অসি মঙোন্দা পীগনি লৈত-লাইর কোক্লবা। অদুগা য়ু লিক্লিদুদি? মহাক্তি য়ু থক্ত্রে মহাক্কী চান্নজখ্রবা সনামচা কায়নবদগী। হায়রিবসি পুন্নমক্না থওইবীদ্রবা মহাক্কদি তোয়না ৱারী শাবা হূইনি। নুপী অদু চঙলক্লে অমসুং হায়রকই — চৎলসি। কমদৌনা ফিজোলসিদা অদুগা মরূপ অফিসারবু ঙাইরিঙৈসিদা? মহাক হৌগংলে। নুপীদুনা চাক কৌবা চৎপনি হায় খুঙ্গংদা। লুপা ১০০

লাম্বোকই অচাপোৎ লৈনবা। চনি অমসু পীশিল্লি ঐ হায়বা ঠিকা মচানচিংবা তৌদুনা লৈরিবা অসিদা (লায়ররে হায়বা খঙলদুনা)। অদুদগীদি মবানি রিক্সা তোংদুনা চৎমিন্নখ্রে। অতৎপা লৈতনা ৱারী শানরে — মহাক্কা ওঝা ওইরিঙেদা পাঙদবদগী অমসুং লায়রবা মচা ওইবদগী সখীতোম্বীনা থাদোকপীনু হায়জরফাওবদা য়াখিদদুনা অমদা য়ুম পানখিবা। মথংদা লুখ্রা ওইবা, উপায় লৈতদুনা ঙা য়োনবী ওইরকপা (নোংমসু মানা পোৎফমদা উনরুই। সখীতোম্বীনা ঙা য়োল্লকই।) হৌজিক্কা মপামদা হল্লক্লবা। অদুগা মহাক্কী অথাপ্পা খুঙ্গংদা চাক্কৌবা চৎপা অসিদা লৌবুক লমহাং ফাওরদুনা ৱানা চৎপদা নুমিৎ তাশিল্লকই। মহাক্কী হৌজিক্কী সমস্যাদি — মহাক নুপী অসিগা মীগী য়ুমদুদা লেক্কদ্রা? ময়ুমগী নুপী অমসুং মচাসিং নীংশিংই।

মতাং অসিদা মঙ কায়। মমাংদা তারিবা খবরদু অমত্তা পাজগে হায়না নুংশিনা চা থকপা লাকপা অমনা হায়রকই। মথংদা চঙলকই মহাক্কী ককচিংগী লায়রবা মরূপকী মনাও ইম্ফালদা থবক তৌজরবা অমনা মহাকপু কাউরবরা হায়না কৌরকপা। মচীন মনাউ নুংশিনা চামিন্নরি তাবদা হরাওই। পাউতাক পী — চুঙশিন্দবা য়াদবনি। তঙাইফদবনি। পাচানা মখাগী ৱাহৈ খরসিনা লাইরিক লোইশিল্লি — "চুংশিন্নরবদি, ঐগী ৱাখল মাগী ৱাখলদা। অদুদী নত্তে। ঐনা মাবু থাদোক্কুনা চৎখিবতাই য়ুম অদুগী থোঙ্গাল ফাওবদদি থিনজিল্লমগে।" (কালিমাই মমাংদা . . . লামায় ৮৮)।

উপন্যাস অসিদা উৎলিবসি পুন্সীদা মায়থীরবা নীপা অমগী হিংনিংবগী ময়াইদা থাজবগী ৱাংমদা লৈরবা পুন্সী অমগী শক্লোন কয়াগী কল্পনা তৌবনি। থৌদোক্তি অয়ূক অমতং কালিমাইগী হোটেলদা চা থকপতনি। অদুগা মঙ মঙবনি। মীওইবগী নুংশিবা, মীনুংশি খঙবা, লৈত-লায়র অৱা-অনা কয়াবু শকখঙবা, থম্মোয়গী অকনবা শাফূ থেংনরফাওবদা অচুম্বগী মায়কৈদা চৎনীংবা, চপচানা নুংশিবা হায়বদু করিনো হায়বদু তাকনীংবা — পূম্নমক ঐ হায়রিবা চরিত্র অসিদা য়াওরি। অদুবু কালিমাই মমাংগী লাইবক কৎপগী থৌদোক্কুদগী থাজবগী শরুক্তি মাঙখ্রে। হংলি — থাজবগী ৱাংমদা অচুম্বা (সত্য) হায়বদু লৈরিগদ্রা? মদুসু করম্না হায়গনি — ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তনি। অসিনা তৌরকই কল্পনাগী মথংদা কল্পনা। সিফায় মচা চঙলকই — পৈশা পীরৈ। মহাক্কা কায়নখ্রবা ঙায়োনবী লুখ্রা চঙলকই কেনা নান্না। পৈশা পীশিল্লকই অমসুং চিংদুনা পুখি — কায়নবগী ৱাংমদা, অমতা ওইমিন্নরকপগী জগত্তা। পূম্নমক থাজবগী ৱাংমদনি। অদুবু তাইবংগদি

তোয়না শন্নে।

উপন্যাসকী ঐ অসি পাচাগী পুন্সীগা য়ান্নমক নকশিন্নৈ হায়না লৌবা য়াই। অদুবু চপচাবা পুন্সী ৱারীদি নত্তে। কল্পনানি। চেতনাগী জগত্তা পুন্সীগা মঙগগী খাজিল্লিবা পর্দা অসি হাইদোকহন্দুনা মঙগা তাইবংগা চংথোক চংশিন শান্নহনবনি। অনিগী খেন্নবসু থোইনা লৈতে — অচুম্বগী মফমদদি। থাজবা মাঙখ্রবা পুন্সীদা ওইবা য়াদবা হায়বা অমুক লৈতে। মঙনা পুন্সী ওল্লকপা য়াই। পুন্সীনা মঙ ওইখিবসু য়াই। অদুবু পঙয়াদা য়ারবরা হায়বসু নত্তে। পুন্সীবু পাচানা য়ান্নমক ব্যাবহার তৌই — য়ান্নমক কিন্না, পাপপূন্যগী মীৎয়েংদা অচোপ অরেমগী ৱাখলদা উরিবা থেংনরিবা পুন্নমক য়ান্নমক মিনুংশি খঙনা লোয়নৈ। অসিনা মহাক য়ুম হনবা তাই (য়ান্নমক লৈথোকপা পান্নবসু) উপন্যাস অসিদা য়াওরিবা খুঙ্গংগী চনুসিবু কোম্থোং ফাওবা থিনজিল্লম্নগা। অঙকপা কল্পনাগী শক্তিনি। হূই অমগী পুন্সী ফাওবা অঙকপা কল্পনাদা পুথোকপা ঙমই (পেনাগী অশৈবশিংনা কাওগা খম্বা-খম্নুগগী মরী উৎপদৌনা।) পুন্সীদা থোকপা থোক্তবগী মরক্তা খারিবা পল অসি থুদেক্তুনা, মঙগা তাইবংগা শম্নহনদুনা থাজবা থাজদবগী ৱাংমদা পুন্সীগী অশেংবা শক্লোন কয়াসু লৈরিবরা হায়বদু পাচানা থিরিবনি হায়দবা ঙমদে। মতাং অসিৱাইদদি মহাক্কী সাহিত্য অসি মমাঙদা পনজখ্রবা রাশিয়ান অমসুং ফ্রেঞ্চকী সাহিত্যগী জগৎতা শম্নবা হৌরক্লে। উপন্যাস অসিমক মহাক্কী মাষ্টারপিস কৌবদা কায়দে।

উপন্যাস অসিগী তোপ তোপ্পা ফজবা অমদি লেখককী ওম্থোক্লা চেৎনা ফাজিল্লবা, য়াবমখৈ ৱাহৈশিংবু লৌথোকখ্রবা, কাব্যগী শক্তম লৌবা ৱাহৈগী নাচোমশিংসিনি। খুদম অমতং য়েংসি (সখীতোম্বীগা মহাক্কা লৌবুক শম্বদা থেঙজিল্লকপগী মতাংনি।) —

"কোরৌহনবা মাগী খোংচৎ খোংচৎ তঙখায়নরে —। নোংচুপ চীংয়া মাঙগদৌরে। মতমসিবু চারিবরা? লৈন শাৎপগী অদুগা খোইমুনা পাইরকপগী —। চাদে। মসিদা পকচবদী — চেক্লাশিংনা নাইতোম নাইতোম পাইজরক্তুনা অতিয়া মালেমকোয়দা মহুম তম্না পাইনবদুনি। মকোন মকোন তম্নরদুনা। মান্নিকোরৌ হনবদি মমী শান্নে। লৈখা তারে।

কুচুনা তঙাংলে —।

মমি হঞ্জনবগী মতম্নী —।

মা ঐগী চহীগী মতাঙ-তাঙফমসু নোম্বগী তাঙফম্নী —।

থম্মোয় লাকশল্লু —। (কলিমাই মমাংদা . . . লমায় ৭২)

পাচানা ৱারী শাবা অমদা হায়খি — নুংশিবা হায়বসি pure love ওইগদবনি। হৌজিক্কী পুন্সীদা অশেংবা নুংশিবা লৈ — "pure love হায়বসি — মাবু কাউদবা, মাবু অদুম নুংশিদুনা লৈবা, মাগী মনাক্তা লৈজনীংবা। কান্নবা ফংদ্রবসু মাবু খনবা। Pure love — থুংনবা য়াই, থুংনদবসু য়াই।" (মিংশেল চেফোঙ — লামায় ৪২)

পূন্নমক্কী মথক্তা উপন্যাস অসি মহাক্কী pure love অসি ফোংদোকপনি। ❑

১৯৯১ ইং

## তান্নজখিবা লাইরিক খরা ঃ


কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু য়াওই কত্তবসু য়াওই — পাচা। দি পাস পব্লিকেসন, ইম্ফাল - ১৯৯১।

Situations by Jean-Paul Sartre : Fawcett world library : 1984.

Between life and Death — Nathalie Sarraute : Calder & Boyars; Ltd., London : 1976.

Crime and Punishment — Fyodor Dostoyevsky : Moscow : 1985.

The Pelican Guide to English literature — Vol. 7 Ed. Boris Ford; Penguin : 1970

# কবি মালার্মে

হৌজিক্কী মতমগী কবিতা মশক খঙগে হায়রবদি খঙদবা য়াদ্রবা কবি অহুমখক লৈরি — নোংচুপকী আইরিশ কবি উলিয়ম বটলার য়েট্স (নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা), ইটালীগী ইংরাজী কবি এজরা পাউণ্ড (অথোইবা লাইরিক — পিসান কান্টোজ) অমসুং নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা ইংরাজী কবি টি, এস, এলিয়ট (অথোইবা লাইরিক্তি — ৱেষ্ট ল্যান্দ অমসুং ফোর কার্টেটস)। ভারতকী বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথসু গীতাঞ্জলিগীদমক হাপচিনবা য়াই। খরা অমুক ঙনখৎপা তারগনা লৈরি — ফৰাসী কবি বোদলেয়ারদগী হৌরগা কবি ষ্টিফেন মালার্মে, মহাক্কী মরুপ ভেরলেইন অমসুং সেবক পোল ভেরেলী। লৈববুদি অম'নিসু লৈরি — কবি মেটরলিঙ্ক জার্মন কবি ৱিলকেনচিংবা। মখোয়গী শৈরেংশিং খরা নৈনদ্রবদি মতমগী শৈরেং শকখঙবদা ৱানা থোক্কনি।

ফরাসী কবি মালার্মে (১৮৪২-১৮৯৮) ফরাসীগী কাব্যজগৎকী কবি গুরুনি। কাব্যগী জগত্তা প্রতীকবাদী আন্দোলন (সিমবোলিষ্ট মুভমেন্ট), হৌদোক্নুনা ১৮ শুবা শতাব্দীগী ফরাসী রিভোল্যুসনগুম্না অচৌবা বিপ্লব অমা পুশিল্লক্লম্বনি। লাটিন জাতিগী শেংলবা নুংশা মঙানগী জগত্তা জর্মন অমসুং স্লাভ জাতিগী লৈচীন নোংফাইগী মশক হাপচিল্লম্বা কবিনি। জগৎ অসিগী ৱাংমদা লৈরিবা জগৎ অমগী মঙাল মশক কয়া পুশিল্লম্বনি। বুদ্ধিগা বুদ্ধিগী ৱাংমগা অনির্গী থোং শারম্বা প্রতীকবাদী আন্দোলননি। হৌবগীদি বোদলেয়ারগী চাকথেকলবা মৈশাগী পঙথহনবা শৈরেংগী মশক্তগীনি। মসিদা হাপচিল্লি রাইমবোডকী মৈহৌরবা তমথীবগী মশক কাব্যগী।

মালার্মেগী কবিতা খঙবা অরায়বা ওইদে। অয়াম্বনা হায়নৈ — য়াম্নমক চমন্নহল্লি (ইংরাজী ৱাহৈদা — obscure)। ফাগীগুম্বা ৱারী অমসু লৈ। ছাত্র অমনা ক্লাসতা নোট তৌরিঙৈদা মালার্মেনা হায়খি — নহাক্কী অদু পীরকউ। চমন্নবা খরগা হাপচিনগে। হেন্না ফজরবা ৱারী অমগসু লৈরি। খরা লূই হায়না খনবা শৈরেং অমা পাথোকপদা অতাবা ভাবোক অমনা খুমখি — লোয়নমক ভাব তারে। খুল্লকই কবিনা — ঐহাক্না চহী ৩০

চঙনা খনবদা ভাব তাবা ঙমদ্রবা মতাং অসিবু চহী ২০ দা শুরিবা নহাক্না মীকুপ খরদা খঙবা। ওম্ভোকনা প্রতিভা (জিনিয়স) লৈরেদা নহাকসি । ফাওরবা ফারাসী লাইয়েকপা দেগাসনা নোংমা মালার্মেদা হায়খি। ঐঙোন্দা ভাবতি ফনা মরাঙ কায়না লৈরে। শৈরেং দি থোরকউ য়াদে। খুমলকই কবিনা — কবিতাদি ৱাখলনা ইগদবা নত্তে। ৱাহৈনো ইগদবনি। অসিগুম্বা ৱাহৈগী শক্লোন কয়া পুথোকপসিনি মালার্মেগী পুন্সী চুপ্পগী সাধনা। থোকখি অশেংবা কবিতা (পিওর পোয়েত্রি) গী আন্দোলন। শন্দোকখি ইউরোপ শীনবা থুংনা।

মালার্মেগী কবিতাদা পোৎচং অহুম মপূং ওইনা য়াওরি। মখোয়দুদি — চিত্রকলাগী জগৎকী ইমপ্রেসনিজম, কাব্যগী অনৌবা আন্দোলন সিম্বোলিজম অমসুং অতোপ্পা অমগা রহস্যবাদ (মিষ্টিসিজম)। যুগ অমমমগী মমি অসি শৈরেং, অয়েকপা লাই অমসুং ঈশৈ জগোয়দা তোঙান তোঙান্না মমি তাই। অসিনা ১৮ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা থোরকই ইমপ্রেসনিজমগী চিত্রকার ফ্রাঙ্গতা মোনে, দেগাস অসিনচিংবা। অসিগুম্বা লাই খুৎয়েক্তা লৈরি — অশেংবা মঙাল অমসুং তরু-তরুবা মশক। কুপশিনবা লাই খুৎয়েক্কী মহুক্তা পৌরপ তৌনা মফম খরদা থিন্দুনা তাক্লগা অপূনবা মশক ঈঙ্গিংনা তাকপনি। খুত্তাশিংদুদি চপচাবা তাই। ঈচেনগী মশক লৌবা ঙাইহাক্কী মশক অমতং উৎপনা ইমপ্রেসনিজমগী মপূং ওইবা টেকনিকনি। লন্নাইগী তোপ-তোপ্পা মীংয়েংনি। মচুগী মঙালগী জগোয়নি। মসিদি হোংফদে হায়বা বুদ্ধিগী পোৎলুম থমদে। পূন্নমক শেংই অমসুং লংই।

অসিগুম্বা টেকনিক শীজিন্নদনা কবিনা পুথোরকই মহাক্কী তোপ তোপ্পা সিম্বোলিস্ট শৈরেং। মূর্ত্তিগী মচেৎ মচেৎ থোকহল্লি। শন্নহন্দে। মনুংগী লাংদাইফম ফোঙদোক্তে। অদুবু তাইশিন্নহল্লি। মহাক্কী তোপ তোপ্পা অপুনবা মূর্ত্তি অমা ফোঙদোক্নবা। মূর্ত্তিতমক চোংথোকহল্লি। চাংদম্নবদি য়াওদে, অপাবদা চমন্নহল্লি। অর্থ থিহল্লি — প্রমাণগী মথংদা প্রমাণগী মূর্ত্তিশিংদা। কবি মশানসু হায়জৈ — পোৎশক অমবু মমিং থোনবা অসিমক শৈরেংগী ফজবগী অয়াম্বা শরুক্তি মাঙহল্লবনি। অসিনা ময়ামদা শীংনৈ — করি হায়রিবনো পুথোকউ। ঐহাক্তি হায়দোক্লরোই। শৈরেংগী মথৌ হায়ববু ইঙ্গিংনা খঙহনবতনি (ইংরাজী ৱাহৈদা ইভোকেসন)। মসিদা অমুক চংশিল্লকই বুদ্ধিগী ৱাংমগী জগৎ অমগী পাউদম। গ্রীক দার্শনিক প্লেটোনা হায়রম্বা — পৃথিবীগী ৱাংমদা ফজবগী নত্ত্রগা অফবগী জগৎ অমা লৈরি। মদুগী যৌফাত্তবা মমিদু জগৎ অসিদা মপূং ফাদনা তাবনি হায়বসি

কবি অসিনা থাজে। অসিনা লৈরি মঙোন্দা মতম পূম্বদা — দি ইটরনেল অমসুং দি এবজোল্যুট। রহস্যবাদকী মওংনি। অদুবু লাইদা থাজবা ঙমখিদ্রবা কবিদদি ঈশ্বরগী মশক্তি নত্তে। ঈশ্বরগী লীলাদা শান্নজবসু নত্তে। অদুবু লৈরি অমদি পূন্নমক্কী ৱাংমদা। মহাক্কী মমিনি তারিবসি জগত্তা। অসিনা কবিনা তোয়না লাউখি — হে শংবান্নবা, হে অরোই অখম নাইদ্রবা, হে মপূং ফারবা। ধর্ম্মগী খোল্লাউ নত্তে। প্রার্থনা নত্তে। মুক্তিগী ইঙ্গিৎ তাকপনি। মঙালগী লমদা খোঙদানবা হোৎনবনি। কবি মশামকসু লমদম অসিগা শন্নবনি। শন্নবদা নত্তনা মতম খরদি লৈরুবনি।

হিন্দুশিংনা থাজনরি — ৱাহৈদগী জগৎ অসি শেমলকপনি। বাইবলদসু হায়রি — হৌরকপদদি লৈরম্মই ৱাহৈ (লোগোস)। মালার্মেনা পুথোরকলিবসু ৱাহৈনি। ৱাহৈগী শক্তোন কয়ানি। অর্থদি নত্তে। ঋষিশিংনা সত্যবু উই — অসিন ওইরকই কবি। মালার্মেসু যোগীগী মশক্তি। মহাক্না ৱাহৈবু উখি। অদুগা ঈশৈসু তাখি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী ক্লাশিকেল শৈহেকপা ভাগনারগী অর্থ চেন্দবা, অর্থদি পোকহনবা খৃষ্ট অমসুং বুদ্ধগী পুনশিনবা শৈশক্না কবিবু পোথাহনখিদে। হায়দোকপা ঙমদবা ৱাহৈদি য়াওদবা সুরগী মশক্না কবিবু ঙাওহনখি। খনজখি — ৱাহৈ শীজিন্নবা তাবা শৈরেংদা ক্লাশিকেল সঙ্গীতকী (থোইদোক্লসু ভাগনারগী) ঙাওহনবগী শক্তি অসিবু কমদৌনা হাপকদগে? অসিনা থোরকই অর্থ ফোঙদোকপা বৃদ্ধিগী ওইবা ৱারেং (রিপোর্টাজ) গী ৱাংমদা ইঙ্গিৎ অমা মতৌবা কাব্যগী শক্তম — শৈরেংগী মশক নত্ত্রগা ৱারেং শৈরেংগী শকফম। অসিনা কবিনা হায়জখি — শৈরেংনা ফোঙদোক্কদবা অদুদি ৱারেংদা ইরবস্য শৈরেংগীদমক লাংতক্লে। কাব্যগী মথৌ করিনো? খুমখি কবি ভেরলেইনা — ঈশৈদগী কাব্যগী ফংফম থোকপা দাবী তৌবা অমসুং ফংবা। অসিনা কবিগী শৈরেংদি শকফম লৌরকই — সঙ্গীতকী লেপ্তুবা তপথদবা মশক্কী। তশেংবদি ৱাফম অসি মালার্মেমক্না হৌদোকপদি নত্তে। হৌরকলবনি বোদলেয়ারদগী। মহাক্কী মরুপ কবি ভেরলেইনগী ৱাহৈদা — পূন্নমক্কী মথক্তা ঈশৈ মতম পূম্বগী (Music for ever above all things — Verlaine)। অদুবু কবিগী ঈশৈগী হৌফমদি কদাইদগীনো? জগৎ অসিদগী নত্তে। ৱাখলদগী নত্তে। ৱাখলগী ৱাংমগী লমদমদগী অচীকপদগী। অসিনা মালার্মেবু খঙহনখি অয়াম্বনা — অচীকপগী ঈশৈ শকপা (ম্যুজিসিয়ান ওফ সাইলেন্স)। পূন্নমক্কী হৌফম অচীকপনি। চুম্নগী তুমিন লৈবা নত্তে।

অসিগুম্বা সঙ্গীতকার ভেরলেইনগা (ৱাহৈগী ঈঙ্গিৎতা, খোঙ্গোকতা, অর্থদা

শীংথানীংঙাই ওইখ্রবা) মালার্মেগা খেন্নরিবসি কদাইদনো? অসুম্না হায়নৈ মালার্মেদি ঈশৈ শকপদা নত্তে; লাই শাবসু অমনি। কল্পবা মশক মওং নাইদ্রবা নুংপাকতগী থোৎলবা নৌরবা মূর্ত্তি পুথোকপনি। ছিদ্র লৈবা য়াদে; অহৌ অরাক থমদে। শোম্বুবা মীকূপ থমদে। কল্পনাগী শাখপতা পাইথোকহন্দে। ঈংলবা চীক্লবা ফজরবা নুংগী মূর্ত্তি। নুংঙৌগী মন্দির শাগৎপনি। ৱাহৈগী মশক্কী নুংগী শকফম পুথোক্তুনা সুরদা, ছন্দদা তোপ তোপ্না জগোই অমা শাহনবনি ৱাহৈগী মথৌদি — পাউতাক পীবা নত্তে ধর্ম্মগী, চৎনরোলগী, সমাজগী চৎনরোল নৈনবসু নত্তে। মশাগী অর্থদা লুপচবনি; ঙাওজবনি। মপূং ওইরিবদি — খোম্থোকনি, সুরনি ছন্দনি লয়নি। অসিনা থোরকই আন্দোলন মচা অমা — কলাগীদমক কলা (আর্টস ফোর আর্টস সেক)। শন্দোরকই ইংলেণ্ডগী ওসকার ৱাইলড অমসং ৱালটর পেটরনা — খঙফাত্তুনা, শেরান্নবা অমসুং মমৈথংদা অর্থ য়াওহন্দনা। মসিমক্তি মালার্মেগী কাব্যগী শকফম নত্তে। কবিগী মফমদা ৱাহৈগী পান্দমদি কনামতনা ওইঙমদবা অথোইবা মঙাল অদুবু ফোঙদোকহল্লকপনি। (The Supreme flash from which is aroused that shape which no one is)। কবিনা তান্নরিবদি ৱাহৈনা মন্ত্রগী মশক লৌরকপনি। কবিনা ঋষি ওইরকপনি। ঙমখৈ নাইদ্রবা লমদমগী পাউজেল শন্দোকপনি।

হৌজিক্তি কবিগী শৈরেং অমা নৈনবা য়ারে। অদুবু লুরিবদি অনুবাদতা ফরাসীগী শৈরেং নৈনবা চুমদবনি। ঈশৈগী মশক লৌরবা মালার্মেগী কাব্যবু (মহাক্কী শৈরেং অমদি সঙ্গীতকার দেবুসীনা সুর পান্দুনা শকখি) ইংরাজীদা খজিক্তুং ওইবা য়াই। ইংরাজীদগী হন্দোকপা মণিপুরী লোন্দদি শৈরেংগী ফজবা পুম্না মাঙলগনি। অদুবু কমদৌনি — উপায়দি লৈতে। ইংরাজীদগী হন্দোকপা মণিপুরীদগী খুদম অমা অনি পীজগে। কবিগী মমিং চৎলবা শৈরেং — "কাংঙ" (ফরাসীদা Le 'cygne ইংরাজীদা The Swan) হায়বদুগী য়াম্নমক মপূং ফাদবা অনুবাদ (কবি কে, ডি, সেথনাগী ইংরাজী অনুবাদতগী) অমতং তাবীসি।

শেংলবা ঙাল্লিবা ফজরবা নুমিৎসে ঙসি —
মহাক্কী ঙাওরবা শাখপনা থেংবদা ঙমগদ্রা থুগায়বা
নাইতোম তারবা ঈপাকসে ফমজীল্লবা, লাকশীল্লবা উনখাদগী ভূতনা
পাইখিদ্রবা শাখপশিংগী উনগী ঈপাকশিং তরু তরুবা
হৌখ্রবা মতমগী কাংঙনা নীংশিংলি হৌজিক মশামকপু

উপায় লৈজদ্রবা

পাইজরম্মী মহাকসি নীংতম্না অদুবু নাম্বোকপদি ওইথোক্তে হৌজিক্তি
মরমদি মহাক্না শকখিদে চঙজফম পুন্সীগী লমদমবু
অখুংবী নীংথম ঋতুগী লংলবা ঈপাক্কী ৱাংমদা।
মঙকশন্না মশাগী খপতোক্কনি অঙৌবা চৈনাখোল
নম্বুরকলবা মঙোন্দা মালংবদগী মহাক্না য়াখিদ্রবা
অদুবু নমথখি মশাশিংদি মালেমগী তমথীরবা অকিবনা।
অশিবগী লংলবা ভুতকুম্না লৈতারি মহাক মফমসিদা
তপ্না তপ্না লেংহনখিদ্রে ঈংলবা উশিত্তবা মঙলান্দা
কৃপশিনখ্রবা কাংঙবু কান্নবা লৈত্রবা তাম্বোকপনা।

মহাক্কী কাংঙনা খঙনরিবসি করিনো মপানগী অর্থবুদি ঈচম চমই। নীংথম ঋতু চঙলকপদা মমান্নবদৌনা পাইথোকহৌদ্রবা নাইতোম তাহৌরিবা কাংঙ অমগী উনপাক্কী বন্দীগী মশক্কি। উনখাবুদি মঙকশন্না কনথোকপসু য়াই। অদুবু ফাজিনখ্রবা উনপাক্তগী নাম্বোক্লবদি উপায় লৈখিদে। অসিনা থেংনখি অশিবগা — তপ্না তপ্না। মশানদি য়াম্না উশিত্তনা।

অর্থ অসিদদি অয়াম্বনা পেন্নরোই। অসিনা থোরকই ঈঙ্গিৎনা তাক্লকপা অর্থ কয়ামুক। অহানবদা কাংঙসিদি কবি মশামক্কি। জগৎসিবু মহাক্না হৈনদবনি — উশিত্তবনি। অসিনা নাইতোম তারবা উপায় লৈত্রবা বন্দী ওইরিবনি। অতোপ্পা অর্থদনা — কবিগী শৈরেংগী উৎসাহ ৱাংলকপনি। কবি মশামক পুন্সীদা শৈরেং ৬০ মুক্তা ইখি। কল্পনাগী শক্তি শোম্বুরকপদা কবিনা মায়থীবনি। অহুমশুবা অর্থদনা — মীওইবগী নুংগী ওইবা থৱায়নি কাংঙনা খঙহল্লিবসি। মতম ফরিঙৈদা পাইথোক্তুনা মুক্তিগী লম্বী থিহৌদ্রে। কাইনথংদা জ্ঞান তারক্লে। অদুবু মতমদি থেঙখ্রে পুন্সীদা। অসুম্না মলটিপ্লেন পোয়েত্রী হায়দুনা অর্থ কয়া থোক্না হনবা য়াবা শৈরেংনি। ফরাসীগী শৈরেংদদি ৱাহৈগী খোম্বোক্না ছন্দনা অঈংবগী উন তাথরকপগী মশক পূন্নমক ফোঙদোকহল্লি হায়না অপাবনা হায়। পরেং খুদিংগী অর্থগী অর্থ অমুক পুথোক্লরি।

শ্রীঅরবিন্দনদি অহানবা ষ্টাঞ্জাগী অরোইবা পরেং — "পাইখিদ্রবা শাখপশিংগী উনগী ঈপাকশিং তরু তরুরবা" (ইংরাজীদা — The transparent glacier of flights unflown) হায়বসি ফরাসী ৱাহৈদদি অঙকপা ফংনা ফজে (Magnificient) হায়দুনা

থাগৎলি। ফরাসীগী কাব্যদা শাফু কনবা শক্তিনি হায়না ফোঙদোকই। ইংরাজীনদি য়ৌবা ঙমদবা য়াই — ফনা কন্না হোৎনরবসু।

শৈরেংগী (মরু ওইনা মালার্মেগী) অর্থ হনবা ওইথোক্তে। ইংরাজী ব্রাহৈনসু মপুং ফাবা ওইদে। মণিপুরীদনা অমুক্কা হেন্না মথোং চারোই। মন্ত্রগী মশক লৌনবা হোৎনরিবা ব্রাহৈগী মশকশিংনি। অর্থ ঙাক্তনা চৎনবা য়ারক্তে। সোনেটকী মশকসু য়াওনা কবিগী শৈরেং মচাশিংসিগী চাউরাকপা মমিংশিংদি — বসন্ত, লাংতক্লবা, কালেনগী অৱাবা, হেলোই, নুংশাস্বর, মীহুৎথোং, লৈশিং, অখাবা, পোত্থাবগী তম্বুরকপা, শংবান্নবা, সমদ্রুগী নুংশিৎ, বসন্ত শৈরেংগী খুদোল, কিন্নরগী নুংথিলগী মঙলান অসিনচিংবা অসিনি। শৈরেংশিং অয়াম্বা ফজৈ — অদুবু অরুবা ফজবা (difficult beauty) হায়বদুনি। চম্না লেম্না ফজবদু নত্তে। মতাং অসিদা কবি চাউবনা কবিগী মশক তাকপদা — "ধ্যান তৌরিবা মুণি নত্ত্রগা লাই তোংলবা মাইবী" হায়বদু নীংশিংই। তশেংনা যোগীশিংগী মীৎয়েংদা উরিবা তশেংবা বুদ্ধিগী ব্রাংমগী জগৎকী মশক আধ্যাত্মিকতা শেংলবা য়ানশিন্নদ্রবা মশক রহস্যবাদীগী চপ চাবা ফিরেপ অদুমকসু নত্তে। মরক্কীনি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী লাই থাজদবা, ধর্ম্মগী দরকার লৈরক্তবা, জগৎসিনা মরোইরে হায়বদুমসু মালার্মেনা খক থাদোক্তে। অসিনা মহাক্কা মরূপ অমদা পীবা চিঠিদা অসুন্না হায়খি — ঐহাক ঙসিদি নঙোন্দা ইদ্রে, মরমদি ঐঙোন্দা ওৎলকপা, খ্বাইদগী ফজবা ওইরবসু, হায়বসি হৈনদে। অদুগা আত্মাগী খ্বাইদগী তপ্পা অচীকপগী মশকতু ঐঙোন্দা দরকার লৈ। শকখঙদবা অকাউবা অমগীসু। মসিনা ঐহাক্কা তাগনি — ঐঙোন্দা শক্তুনা লৈরিবা শকখঙদবা সুর কয়া। অচম্বা মতমগী কবি নত্তে — মালার্মে তশেংবমক কবি গুরুনি।

ঐখোয়না কাউরোইদবা অমনা মালার্মে অমসুং কাংবুনা ফরাসীগী কাব্যগী হৌদোরকপা মশক অসি হৌজিক্তি আধুনিক কবিতাগী অচৌবা ঈচেল অমা ওইনা চেল্লকলে। মথক্তা পনখ্রবা লময়ানবশিংদা অমেরিকাগী কবি ৱালট হুইটমেনসু য়াওহনবা তাই। মথংদা ইংরাজীগী কবিশিংদা তোঙান তোঙানবা মশক্তা প্রতীকবাদী কাব্যগী ঈচেল অসি চেন্থরকলি। মমিং খরদং লৌখৎলবদা পনবা য়াই সেসিল দেলুইস, জর্জ বারকার, স্টিফেন স্পেন্দর, ওদেন, পিটর য়েটস ৱালটার এলেন, এদিথ সিটৱেল, দেবিদ গেস কোইন চাদৱিক নত্ত্রগা আর্জব (শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমগী) কে, দি, সেথনা, সিগফ্রিদ সেগ সেসন, হার্বাটরীদ অসিনচিংবনি। পুন্নমক অসিগী কাব্যগী ঈচেলদা য়াওরি — নূংগী মনুংদা খাগী

ওইবা খঙদবা, সবলিমিনেল ওইবা শকউদবা উনগী চীংজাউগী পাউজেল, অমুক থক্কী ওইবা বুদ্ধিগী ৱাংমগী লমদমগী, প্লেটোনিক ওইবা অফবা অমসুং ফজবগী ইঙ্গিৎ। শন্না হায়রবদা অসুম সিম্বোলদা চঙশিল্লক্তুনা য়াম্নমক সবজেকটিভ ওইবা, শেংনা মনুংগী ওইবা লমদমদা অসুম অসুম চঙশিল্লকই। মীৎয়েং হোংলে। পোৎশক্কী মশক ওল্লে। অঙকপগী মশক ওইবা লমদমদা চঙশিনবা হৌরে। মীৎনা য়ৌঙমদ্রবা জগৎ অমগী মৱা মপাউ য়াম্নমক মতমগী শৈরেংদা য়াওনরক্লে। ৱাফম অসি শ্রীঅরবিন্দনা মতমগী শৈরেংগী খোঙচৎ নৈনবদা থেংনখিবনি।

অদুবু পম্বুংফমদি কদাইদনো? বুদ্ধিগী ৱাংমগী অতিমানসকী (সুপ্রা মেন্টেল ওইবা) লমদমগী শকফমদা মীওইবগী ৱাখল, বুদ্ধি অমসং পুক্সীদা কুমথরক্তুনা অহোংবা অমা পুরকপনি। ওল্লকইবা অসিগী মপূং ফাবা কাব্যগী শক্তমদি উৎলি — শ্রীঅরবিন্দগী পরেং লিশিং কুনমরিয়োম য়ৌবা "সাবিত্রী" কৌবা মহাকাব্যদা। মীওইবগী থক্তা কবিগী থিংঙমদবা খোঙচত্তা নুংগী ওইবা জগত্তা চঙশিনবা হৌরক্লে। লময়ানলিবদি কবিনি। মখোয়না অসুম অসুম চঙশিল্লকপদা থেংনরক্কনি তশেংনা অচুম্বগী মশক। সত্যগী শকফম — ঋষিশিংনা থেংনখিবা। থাক থাক কাখৎলক্কনি। লাম্থোরক্কনি পূক্নীংগী শক্লোন কয়া। অরোইবদা চপ চানা মায়গা মায়গা ওনশিন্নরগনি মীওইবনা — সত্যগা, আনন্দগী মশক্কা। কবিনা যোগী ওইরক্কনি। মসিগী তীর্থ যাত্রাগী ৱারবা, লেপনাইদ্রবা, পোত্থাফম খঙদবা খোঙচৎনি — নোংপোক নোংচুপকী মতমগী কবিনা চৎলিবসি। হিন্দুশিংনা হায়নবা সূর্য্যলোক (নুমিৎকী লমদম) তনি চঙশিল্লিবসি।

অসিগুম্বা খোঙচত্তনি ১৯ শুবা শতাব্দীগী লোইশিনলমদাইদা লময়ানবা অশৈবা, কবি গুরু মালার্মেনা যাত্রা তৌখিবদু। মহাক্তি চৎখ্রে। খোঙচৎ অসিদি লেপত্রি। মীওইবগী সভ্যতাগা কোন্নবা খোঙচৎনি। লাম্থোরকই চীংদোন অমগী চীংদোন অমদা। মীওইবগী মীৎয়েংদদি — লোইনাইদবা খোঙচৎনি। ❑

১৯৯১ ইং

## তান্নজখিবা লাইরিক খরা ঃ

The Obscure and the Mysterious By : K.D. Sethna, 1987; Sri Aurobindo International Centre of

| | |
|---|---|
| | Education, Pondichery. |
| Sri Aurobindo's Savitri : An approach and a study | By : A.B. Purain, 1970; Sri Aurobindo Society, Pondichery. |
| রচনাবলী (শ্রীনলিনী কান্ত গুপ্ত) | (বাংলা) ভোল্যুম অনিশুবা, ১৯৭৬ শ্রীঅরবিন্দ আশ্রম ট্রষ্ট, পণ্ডিচেরী |
| সাম্প্রতিক (বাংলা) | অমিয় চক্রবর্তী, ১৯৬৩ নাভানা কলকাতা। |

# ভারতকী সমালোচনা সাহিত্যদা অভিনবগুপ্ত

আচার্য্য অভিনবগুপ্তগী মীংচৎ মায়কৈ অনিদনি। কাশ্মীরগী অদ্বৈতবাদ হায়না খঙনবা শৈব সিদ্ধান্ত পুথোকপদা মহাক্কী ৱানা অরোইবনি। মসিগা মরী লৈনবা সংস্কৃতগী সমালোচনা সাহিত্যদসু রস অমসুং ধ্বনিবু মশক তাকপদা মহাক্কা হায়বনা হৌজিক ফাওবা য়ানরি। কাশ্মীরগী মফম অমদা খৃষ্টগী কুম ৯৫০ অমসুং ৯৬০ গী মনুংদা পোকখি হায়না থাজনরি। মপা অফাওবা পণ্ডিতনি। মমাসু য়াম্নমক ধর্ম্ম চেনবীনি। মহাক্কী পুন্সীদা ইরম্বা লাইরিক ৪০ মুক্কী মনুংদা কাশ্মীরগী শৈব সিদ্ধান্তগী ওইনা খ্বায়দগী মমিং চৎপা লাইরিক খরদি — তন্ত্রলোক, তন্ত্রসার, ঈশ্বর প্রত্যভিজ্ঞা বিপ্ররর্যিনী অসিনচিংবা। সাহিত্যগী মায়কৈদনা ভরত মুণিগী নাট্য শাস্ত্রগী মনুং চনবা রস বিচারবু নৈনবা "অভিনব ভারতী" অমসুং আনন্দ বর্ধন (৯ শুবা চা খৃষ্টকুম) গী ধ্বন্যালোকক্কী টিকা ধ্বন্যালোক লোচন অসিনি। য়াম্না নোল্লুক্লা টিকা ওইনা থনম্বদনি। মহাক্কা পুথোক্লম্বা রস অমসুং ধবনিগী ব্যাখাদগী হেন্না ৱাংবা অমা ভারতকী কাব্য শাস্ত্রদা পুথোকপা ঙমদ্রি।

ভারতকী অরিবা সমালোচনা সাহিত্য অসি অরি অনৌ কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোকপা চৎনরি। রসকী থৱায় করিনো হায়বসিগী পাউখুমদা ব্যাকরণ অমসুং অলঙ্কার শাস্ত্রগী মীৎয়েংদগী মখল কয়া থোক্লা অরোইবা ওইনা তাক্লরমই — অলঙ্কারনি গুণনি, রীতিনি, বক্রোক্তিনি, বৃত্তিনি ধবনিনি, অনুমাননি অসিনচিংবা। মীং পনবা য়াবা মীওই খরদি ভামহ ("কাব্যালঙ্কার" ইবা ৭ শুবা শতাব্দী), বামন ("কাব্য দর্শন" ইবা ৭ শুবা শতাব্দী)। মথক্তা পল্লিবা আলঙ্কারিক কাংবু অসিনা শব্দগী অমসুং অর্থগী লৈতেংগী শরুক্তা য়াম্নমক মপুং ওইনা কাব্যগী মশক তাকই। লৈতেংগী ৱাদা নত্তনা কাব্যগী থৱায়নি হায়না মশক তাক্লমই। অসিনা থোরকই অলঙ্কারবাদ, রীতিবাদ অসিনচিংবা।

খৃষ্টগী ৯ শুবা শতাব্দীদগীদি আনন্দবর্ধননা মহাক্কী "ধবন্যালোক" কৌবা লাইরিক্তা কাব্যগী থৱায়দি মপানদা লৈফম থোক্তে মনুংদা নীংথিজবা শকফমদা "ধবনি" গী মশক লৌগদবনি (ইংরাজী ৱাহৈদা সজেসন, ওব্লিকুইটি) হায়না পুথোরকপদগীদি অনৌবা স্কুল

অমা চঙশিনবা হৌরক্লে। পোৎ অমসুং ফীভম খঙহনবা য়াই। অলঙ্কার খঙনবসু য়াই। অলঙ্কারসিনা আনন্দবর্ধন্না হায়রমই — কাব্যগী আত্মাদি ৱাহৈদি নত্তে। মসিগী মমি খরসু ভামহগী "বক্রোক্তি" নচিংবা ৱাহৈদা য়াওরি। অদুবু অয়াম্বনা খরদি খঙনরবসু ফোঙদোকপদা ৱাবদগী অর্থগী মনুংচন্না, লক্ষননচিংবদা হায়রম্বদু আনন্দবর্ধননা ইহান হান্না মতিক চাবা প্রমাণ তৌদুনা ব্যঞ্জনা নত্ত্রগা ধবনি হায়বসি পূমতোপ তোপ্না নৈনগদবনি হায়খি। অভিনব গুপ্তনা মহাক্কী "লোচন" দা চপচাবা মওং তানা ধবনিবাদপু য়াখি অমসুং হেন্না মপুং ফাবা মওংদা মহাক্কী ওইনা লৌবসু ঙমখি। মসিগা লোয়ননা রসকী বিচার তৌবদা আচার্য্যশিংগী মতপু নৈনরবা মতুংদা মথক্কী অরোইবা ৱাফমদা (অভিব্যক্তিবাদ) তাশিনখি। আচার্য্যশিং অদুদি ভট্টলোল্লট (উৎপত্তিবাদ) মথংদা ভট্টনাশঙ্কুক (অনুমিতিবাদ), ভট্টনায়ক (ভুক্তিবাদ) অমসুং মগুন হাপ্লা ওইনা মতুংদসু পরেং অমা লাকখি ১৭ শুবা শতাব্দীদা মম্মট ("কাব্য প্রকাশ" ইবা - ১১ শুবা খৃষ্ট কুমজা) শারদাতনয় (লাইরিক — "ভাবপ্রকাশ" -১২-১৩ শুবা শতাব্দী), বিশ্বনাথ কবিরাজ (সাহিত্য দর্পণ — ১৪ শুবা শতাব্দী)। পরীং অসিদগী খজিক্তং থৈথখিবা হায়ববু ভক্তিবু অথোইবা রস অমনি হায়না বৈষ্ণব ধর্ম্মগা শাগোন্ননা তাকখিবা কয়াগী মনুংদা অথোইবা অমদি-রূপগোস্বামী (১৬ শুবা শতাব্দী "ভক্তিরসা মৃত সিন্ধু অমসুং উজজ্বলনী লমণি")।

ভরতমুনিগী নাট্যশাস্ত্রদা (খৃঃ ১ বা ২ বা চা) রসবু অসুন্না মশক তাক্লি "বিভাবা নুভাব্ব্যভ চারিসংযোগাদ রসনিষ্পত্তি'। অর্থদি বিভাব, ধবনিনি (ধবনিরাতমা কাব্যস্য)। অভিনব গুপ্তগী মত মতুং ইন্নদি ধবনি হায়বসি পূমনৌ নৌবা অনুভাব অমসুং ব্যভিচারি তিন্নবদগী রস থোরকই। অচম্বা সুত্র মাল্লি। অদুবু তৌনরকপা অর্থদদি মথক্তা পনজখিবা পণ্ডিত মরিমক অমতা মান্নদে। পূন্নমক্কী মথক্তা "স্থায়িভাব" হায়বসিমা ভরতমুনিনা পল্লমদে।। তিন্নবা (সংযোগ) হায়বসিগী চপচাবা অর্থসু ভরতমুনিনা পীরমদে। নিষ্পতি (থোরকপা) হায়বসিগী অশেংবা অর্থসু খঙদে। অসিনা তোঙান তোঙান্না অর্থ তৌনরকই মথং মথং ভট্টলোল্লট, শকুঁক, ভট্টনায়ক অমসুং অভিনবগুপ্ত। বিভাব হায়বদি কারক (মরম) হায়বনি। রস অদু পোকহল্লক্কদৌবগী থম্মোয়গী মশক। মসিবুসু অমুক আলম্বন (তাংজরিবা পোৎশক) অমসুং উদ্দিপন (থৌগৎহল্লকপা, অকোয়বগী মশক) হায়দুনা খায়দোক্লি। শকুন্তলা নাটকতা কনবমুণিগী আশ্রমদা শকুন্তলাবু দুষ্যন্তনা নুংশিরকপদা শকুন্তলানা আলম্বন বিভাব অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা আশ্রমগী কায়াৎ কয়াদুনা, লোয়নবী

শিংদুনা পোকহল্লকপনা উদ্দিপন বিভাবনি। অনুভাব হায়না খঙনবনা থম্মোয়দা হকচাংদ হোংলকপশিং অদুনি। ভাব হায়বনা ওইরকপা পুক্নীংগী ফীবম অদুনি-হোংদবা মপুং ওইবনা স্থায়িভাব অদুগা পুক্নীংগী অমসুং থম্মোইগী অচেনবা ভাব কয়ানা মথং মথং থোরকপবুনা ব্যভিচারী নত্ত্রগা সঞ্চারী ভাব হায়না খঙনৈ। অয়াম্বনা য়ানরিবদি স্থায়ি ভাব অসিনা অতৈগা তিন্নরবা মতুংদা মচল কয়ানা শাগৎলকপা হাউরবা মহাউ অমগুম্না রসকী মশক লৌরকই। ভাবনা রস ওইরকই।

খন্নগদৌরিবা ৱাফমদি রস কদায়দা লৈবগে? রামলীলা শান্নবদা নট (একটর) অমনা রামগী অভিনয় তৌরি। ভট্টলোল্লটনা হায়রি রসতি অশেংবা রামদা লৈগনি মপুং ওইনা। মম্মি মশা ওইনা নট অদুদা মহাক্না রাম শানবা হোৎনবদুদা লৈগনি। রাম নত্ত্রগা দুষ্যন্তগী থম্মোয়দা হান্না লৈরমদবা রসতু পোক্লকপনি। ভরত মুনিগী "সংযোগ" হায়বগী অর্থদি সম্বন্ধ মরী লৈনবা হায়বনি। লৈরমদববু লৈহল্লকপা. ইংরাজীগী প্রদকসন থিওরী (সাহিত্য নৈনবশিংনা কৌই উৎপত্তিদবাদ) হায়বদুনি। মসিদা অপাবা অয়েংবা ভাবোক্তা রস পোকহল্লকপগা মরী লৈনদে। রামগা রাম শাবগা অমতগুম্না উহন্দুনা তোপ তোপ্পা মশক (অলৌকিক) অমা পোকহল্লিবদু রসনি। ভট্টাশকুঁকনা মসিবু য়ানিংদে। মহাক্না হায়রি-একটরনা মতৌ তমদুনা কদৌঙৈদসু রস পোকহনবা য়ারোই। পোকলিবা ভাব (সহৃদয়) অদু স্থায়িভাব অদুবু অনুমান তৌরকপদু রসনি (অনুমিতিবাদ)। ভরতমুনিগী "নিষ্পত্তি" গী অর্থদি অনুমান (ইংরাজী গী ইনফরেন্স) হায়বনি। বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারিভাবনা পোকহল্লকপনি। দুষ্যন্ত শারিবা নট অদুদদি দুষ্যন্তমক্তা পোকখিবা ভাবশিং পোক্লমদবসু য়াই। অদুবু অলৌকিক ওইবা শক্তি অমনা মহাক্না মতৌ তম্বদা ওইরবোই নীংদুনা খেন্নবা থমদনা থাজহনবনি। আর্ট হায়বসিদি মতৌ তম্বনি। ভাবোক্না চুম্নতগী য়েংবনি-স্থায়িভাবকা মরী লৈনদনা। মথক্কী ৱাহন্দোক অনিমক ভট্টনায়কনা য়ানীংদে। মহাক্কী মত মতুং ইন্নদি য়েংলিবা মীশক অমসুং উরিবা পোৎশক অনিমক তোখাই তানহনবগী ৱাংমদা লৈগনি। চরাংনরবা ভাবশিং অদুনা নমহৎপগী ৱাংমদা নুংগী ওইবা নুংঙাইবা ফাওহনগনি। মসিবু রস কৌই। মীওইববু লাক্নরিবা গুন অহুম সত্ত্বরজতম ঃ অহুমগী মনুংদা সত্ত্বগুননা মপুং ওইরক্তুনা য়াম্নমক নুংঙাইবা (আনন্দ) অমা ভাবোক্তা ফাওগনি। মসিবু সাধারনীকরন (ইউনিভার্সেলাইজেসন) অমসুং ভোগ কৌগনি। পোকহল্লক্কনি ভাবকত্ব অমসু ভোজকত্ব। লন্নাইগী ওইবা ঐ-নং-মাগী ৱাংমদা লৈবা রসানুভুতি অমা ফাওরক্কনি। অসিনা ভট্টনায়কনা

রসকী মহাউবু ব্রহ্ম ফংবগী মহাউগা মচীন মনাউনি (ব্রহ্মাস্বাদ) হায়না হায়রমই।

অভিনবগুপ্তনা ফনয়াম্নদি ভট্টনায়কপু য়ানীংলবসু মহাক্না "ভাবকত্ব", "ভোজকত্ব" হায়দুনা অতোপ্পা শক্তি অমা পুশিনবা য়ানীংদে। অদ্বৈত শৈবধর্ম্মগী মতুংইন্না মহাক্না রসপু শক্তিগী থাক্তা থমই — আত্মাবু শক খঙজবনি মশানা অপনবা অমতা থোরক্তবা মপুং ওইবা স্থায়ি ভাব অদুবু মহাক্না কৌই চমৎকার (আনন্দ)। রস হায়বসী অসিমক্নি। সাধারনীকরন অসিমকসু অতোপ্পা শক্তিগী মতেং লৌদনা মহাক্কী আভাসবাদকী দার্শনিক মত মতুং ইন্না মফম অমসুং মতমগী ৱাংমদা লৈবা থাক অমদা অয়েংবা অপাববু পুখৎলি। মদুদি জগৎকী ওইদে-মফম মতমগী মখা পোনবা। রসকী মশক লৌথ্রে। অভিনবগুপ্তগী মত মতুংইন্না রসকী ভাবনা অসি থাক থাক কাখৎলক্তুনা (অউবা, কল্পনা, ভাবনা, মুক্তি অমসুং অলৌকিক) পুমলোই লোইবদদি ব্রহ্মানন্দগী মচীনমনাউ ওইবা রস হায়বদু ওইরকই (ব্রহ্মানন্দ সহোদর ঃ)।

অসিগুম্বা রসপু চুপ্পদি তোপ তোপ্পা সহৃদয় হায়বা অমা চঙই। পুম্নমক্না ঙমদে। মিংশেলগুম্না থম্মোয় তরু তরুবা, উৎলিবা অদুগা অমতা ওইশিনবা ঙম্বা অমসুং অরোইবদা কবিগী থম্মোয়দা ফাওরিবা ভাব অদুমক ফাওহনবা ঙম্বা মীশক ওইবা তাই। ভাবনাগী শক্তিসু (জ্ঞানদগী পোক্লকপা) মঙোন্দা লৈবা তাই। মসিবু শনগী শগুপ শায়বগী প্রমানদা "চর্বন" কৌই। মহাক্না উরিবদি করিনো? ভাব, অনুভাব, ব্যভিচারি ভাবনা শাগৎলকপা মশক অমনি। মায়াসু নত্তে। অদুগা মিৎনা উবা পোৎশক অমসু নত্তে। মহাক্না অশেংবা রামবু উবা নত্তে। অশেংবদি জগৎসিগী মনুং চন্দবা (অলৌকিক) মশক অমনি। রসকী অতোপ্পা জগৎ অমগী মনুংদনি। অসিনা মচাকশিংদুবু কৌই বিভাব। কারন হায়দে। শাগৎলিবা কাব্যগী জগৎ অদু লৈরিবমখৈ বিভাব লৈগনি। চুম্নগী পুন্সীদা বিভাব লৈতে। অসিনা হায়রি নাট্যদদা রস লৈ জগৎ অসিদা লৈতে (নাট্য এব রস নতু লোকে)। য়েংলিবা ভাবোক্কী মশাবু কাউথোকচবা অদুগা উৎলিবা নটকী নুংদগী ফোংদোকলিবা মশক অদুগা অনিনা অমত্তা ওইশিল্লবা কান্দা-অমত্তা ওইশিনখিবা (তনময়তা নত্ত্রগা তদাম্যতা) হায়বা মওং অমা। মসিদগী রসকী খোঙচৎ হৌরক্লে। অসিনা কল্পনাগী শাগৎলিবা মূর্ত্তি অদু মায়কৈ কয়াদগী থোকহল্লিবা অদুনা হেন্না মপুং ফাহল্লকই। খুদম অমত্তং য়েংসি মহাকবি কালিদাসকী শকুন্তলা নাটকতগী। ভাবোক্কী মাংদা থোরক্লে। সুত্রধার-নুপী অমসুং পার্টিগা লোয়ননা। ঈশৈ শকই। হায়রকই সুত্রধারনা-নহাক্কী ঈশৈ তাবদা ঐহাক্কী

পুরূষীংসি শুমহৎলি নিংথৌ দুষ্যন্তবু অচেনবা শজিনা পুথোকখিবদৌনা। খুদক অসিদা মপানগী জগত্তুগী কালিদাসনা শাগৎলক্লিবা রসকী জগৎ অমদা ভাবোকপু পুশিনখ্রে। অসিগুম্বা ফীবমসিদা থোরকইবা নট (একটর) অদু নট ওইনা উরক্রে। অশেংবা নিংথৌ হৌথ্রবা দুষ্যন্ত ওইনসু উদে। মফম মতমনা অয়েৎপা পীরম্বা পূন্নমক মাঙহনখ্রে — আতর গুলাপকী ফজবা উবদা তিংখং পাল্লিবা উহনবগুম্না। মাঙদা উরিবা পোৎশক অদুমতা মউরে। অসিগুম্বা ভাবোক্কী পূক্লিংগী ফীবমবু আচার্য্য অভিনবগুপ্তনা থোল্লি — সাধারণী করন (ইউনিভার্সেলাইজেসন)। অয়েংবনা মশামকপু কাউজরে অমসুং উরিবা অদুগা অমত্তা ওইসিল্লে। থাক অসিবুনা কৌই — তন্ময়তা নত্ত্রগা তদাত্ম্য (আইদেনটিফিকেসন)। ভাবোক্না নিংথৌ দুষ্যন্ত ওইখ্রে। ফীভম অসিগী অয়ৌবী য়ৌরকপদা কবি, নায়ক অমসুং ভাবোক অহুমমক্কী থম্মোই অমতা ওইখ্রে। খেন্নবা কাউখ্রে। ষ্টেজদা উৎলিবা অদুনা চুম্নগী মিদিয়ম অমা ওইনা খুৎ থিন্দুনা তাকপগী মশক লৌরে। মসিবু অভিনবগুপ্তনা কৌই — প্রতীয়মানার্থ (ইংরাজী ৱাহৈদা — কাথারসিস)। মসিবু চপচানা রস পোকপা কৌরে।

**অসিগুম্বা** থবক অসিবু খ্বায়না খঙনরিবা স্থায়ি ভাবকী মপানথোংগী শকফম ওইনা অভিনবগুপ্তনা লৌদে। ফাজিনবা পূন্নমক নাম্থোকহনখ্রবা, ভাবোক্না অমত্ত ওইশিল্লুরবা অৱা অনা নুংঙাইবা (বাসনা সংস্কার) অদুদগী মুক্তি ফংলবা আত্মাগী ফীবমনি। ভাবতি কৌবসু য়াই — অদুবু স্থায়িনা খঙনরিবা অকি অখং অৱাবগী ভাবশিংগী ৱাংমদনি। রস অসি স্থায়ি ভাবতগীসু তোঙাল্লি (স্থায়িবিলক্ষ নোরস্য)। অসিনা ওইবা তাই ভরত মুনিগী মথক্কী সুত্রদা স্থায়িভ্যাব পল্লমদবা। অভিনবগুপ্তগী গুরু ভট্টতৌতনা হায় তাঞ্জা অসিদা কবি, নায়ক অমসুং ভাবোক অহুমক্কী থম্মোয় অমত্তা ওইশিনখ্রে। ভাবসু চপমান্নখ্রে। মসিবু কৌই হৃদয় সংবাদ (সংবাদকী অর্থদি অমতা ওইশিনবা (হার্মোনি) হায়বনি)। কবিদা ফাওরিবা উৎলিবা অদুনা ভাবক্কী থম্মোয়দা ফাওহনবনি। অদুনা নাট্যগী লোন্দাদা উৎলিবা মশক অমসুং চরিত্রশিংবু পাত্র (উপায় নত্ত্রগা মিদিয়ম) হায়না খঙনৈ। থৌদোক অমসুং মীশক ওইনা লৌনদে। অসুম্না সাধারণী ওইরবা (ইয়ুনিভার্সেলাইজদ) কবিগী থম্মোইগী মশক্তু অমুক সাধারণী ওইরবা ভাবোক্কী থম্মোয়দা চপচাবা মমি তাহল্লকপনা মরুগী মশক ওইরগা অসুম অসুম পাম্বীদু চাউখৎলক্তুনা মশা মরেং ফল্লক্তুনা মপান শাত্তুনা য়াল্লকপা মহৈ অদুবুনি খঙনরিবসি — ভাবোকী থম্মোইদা রস পোকপা। মসিদি আনন্দগী মশক্নি। ৱাফম অসিনা উপনিষদশিংনা তঙ্গা পল্লিবা-মহাত্তি রসনি (রসো বৈসঃ) হায়বদু নীংশিংহল্লি। রসনা

পোকহল্লকপা আনন্দগা ব্রহ্মগী আনন্দগা অমতনি হায়বমক্তি নত্তে। মচীন মনাউনি হায়।

আচার্য্য অভিনবগুপ্তনা মহাক্কী নাট্যশাস্ত্রগী ভাষা — "অভিনবভারতী" দা রসবু অর্থ অনী থোক্লা লৌই। অলৌকিক ওইবা ফীবমগী অহানবা থাক্তা পূন্নমক্কী ওইরবা পোৎশক অমবু পূন্নমক্কী ওইরবা মীশক অমনা চুপ্পবু রস কৌই (রসয়তে ইতি রসঃ)। মপুং ওইরিবা পূক্নীংগী ফীবম অদুবু খঙনবনি। মসিবু রস কৌই। অনিশুবা থাক্তা অসিগুম্বা পূক্নীংগী ফীবম অসি লুপথখ্রে অমসুং আনন্দগী মশক্লা মহুৎ শিল্লক্লে। থাক অসিদনা পোৎশক মাঙখ্রে। চুন্নগী রস চুপ্পগী নুংঙাইবতবু খঙনরে (রস নম্ রসঃ)। মসিবুনি আনন্দগী মশকনি হায়না খঙনরিবা অরোইবা থাক্কী মশকসি। থাক অসিদনি রস পোকহল্লকপা পোৎশক অমগুম্না থোরক্লে। পোৎশক অদু মাঙখিদুনা ওইরিবা পূক্নীংগী ফীবম অদুদগী রস ওইনা থোরকপনি। ভাব বিভাবনচিংবদুদা পোকহল্লকপা নত্তে। মদুদগী থোরকপনি। মসিনি মহাক্কী নাট্যশাস্ত্রগী সুত্রদা থোরকপা (নিস্পত্তি) হায়রিবদু। ওইহল্লকপা নত্তে। থোরকপনি।

সাহিত্যগী জগত্তদি অসুম্নসু হায়র্নরি -- রসকী থৱায়না ধবনিনি। ধবনিনা কাব্যগী থরায়নি। রস বিচারগা ধবনি বিচারগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা মরী লৈনৈ। ৱাফম অসি আচার্য্য আনন্দবর্ধন্না মহাক্কী "ধবন্যালোক" কৌবা লাইরিক্তা য়াম্না কুপনা নৈনরকপদগী সাহিত্যবু নৈনধগী জগত্তা অচৌবা অহোংবা অমা পুরকই। মসিবু অমুক য়াম্নমক কুপশিন্না অভিনবগুপ্তনা "ধবন্যালোক লোচনদা" নৈনরি। অরিবা অলঙ্কারিকশিংনা অসুম্না লৌরি — ৱাহৈগী অর্থ অহুম থোকই। চুন্নগী চপচাবা অর্থ (অভিধা) মথংদা মদুনা খঙহনবা অতোপ্পা অর্থ (লক্ষনা)। ইংরাজী ৱাহৈদা ফিগরেটিফ সেন্স। অহুশুবদা অনিমক অসি নত্তবা অতোপ্পা অর্থ অমা (ব্যঞ্জনা)। মসিবু ধবনি হায়না খঙনৈ। ৱাহৈগী অর্থনা ঈথক হৌবগী মতৌগুমনা পাকথোকখিদুনা পুরকপা অর্থ অদুবুনি। মসিবু চুন্নগী ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদে। রসপু লৌশিনবা ঙম্বা অপাবগী শক্তিগী মতুং ইন্না ৱাহৈদুগী অর্থ ওইরকই। লোনগী অর্থ খঙবা পণ্ডিত অমনা মসিবু হেক্তা খঙবা ঙমগনি হায়বা লৈতে। হায়রিবা অর্থ অসিবু পুথোকপদা অলঙ্কার ময়াম্না লৈতেংগুম্না তেংবাংই। ৱাহৈদুগী চপচাবা অর্থসু ধবনিদুদা লুপশিনখি। খুদম মচা অমতং লৌসি। মপুরোইবনা কুইনা লংফৈ চৎলমদাইদা নৌরিবী নুপী অমনা অসুম্না হায়জে "ঐহাক লন থুমদগীদি পুন্সীবুনা হেন্না নুংশিজে। চৎকদ্রা চৎলোইদ্রা হায়বদু নহাক্লা লেপ্পীয়ু। ঐহাক্লা খল্লিবসি নঙোন্দা হায়রিবসিনি"। মসিদা ধবনিগী অর্থনা তাক্লিবদি নীপাদুনা কুইনা লংফৈদা চৎখ্রবদি কায়ন-মৈচাক্লা মহাক শিরগনি

হায়বসিনি। অসিগুম্বা ধ্বনিবু ফোংদোকপা ঙম্বা শক্তিগী মতুং ইন্না কাব্যগী মশক লেপই।

আনন্দবর্ধননা শন্দোক্লা তাক্লিবা ব্যঙ্গার্থ (নত্ত্রগা ধ্বনি) গী মশক অহুমগী মনুংদা বস্তুধ্বনি অমসুং অলঙ্কার ধ্বনিদি লৌকিকনি অনেম্বা থাক্কীনি। অলৌকিক ওইরিবা ধ্বনিদি রসধ্বনি নত্ত্রগা রসাদি ধ্বনিনি। অভিনবগুপ্তনা অকোনবগী অসিনা মপুং ওইবা চপচাবা ধ্বনিনি হায়না মহাক্কী লোচনদা ব্যাখা তৌরি। লৌকিক ওইবা ধ্বনি অনিমক অকোনবগী অসিদা অরোইবদা তিনশিনখি। অচৌবা কবিশিংগী অসিগুম্বা ধ্বনিকাব্য পাবদা অসুম অসুম ওল্লকপা পুক্লীংগী ফীবমবু অভিনবগুপ্তনা রসকী মশক্কা মান্ননা তাকই। ঋাহৈশিংগী চুম্নগী অর্থনা পুরকপা ঙমদে। অলৌকিক ওইবা রস চর্বন তৌরবা মতুংদতা ওইরকই। অসিগুম্বা ধ্বনিগী পাম্বৈনা রসপু পুশিল্লকই। অসিনা আনন্দবর্ধননা কবিশিংদা পাউতাক পীরকই — মখোয়গী কাব্যনা শোয়দনা পুরক্কদবসি রসনি। অভিনব গুপ্তনা অসিগুম্বা আনন্দবর্ধনগী ধ্বনিবাদপু য়াম্না শন্দোক্লা মনুং থীৎনা নৈনদুনা অরোইবা মশক ওইনা পুখৎলম্মই। খুদম অমতং নৈনসি —

"কুঞ্জগী খাংপোকশিং অদু কমদৌরিবগে,
মরূপ যমুনা তুরেল মপান্দা —
গোপীশিংগী শান্নবগী মতাশিং ওইরিবা
রাধাগী প্রেমগী সাক্ষীনি হায়রিবা ?
হৌজিক্তি হেক্ত্রবনিনা কনানসু নৌনা
শেম্বীনবা মখোয়বু প্রেমগী শয্যা
নুংশা থীজৈ ঐহাক্লা অশংবা উনাশিংদু
মাঙখ্রগনি অশংবা ওইখ্রগনি অরিবা।"

আনন্দবর্ধন্না মহাক্কী শৈরেং মতেক অসিবু লৌখৎপদা অসিখক্তা হায়রম্মই। মথৱাই পান্দবা পোৎশিংবু থৱায় হাপচিল্লকপদা ধ্বনি কাব্যগী মশক লৌরকই। রসনা মপুং ওইরকই। চুম্নগী রসবাদ অলঙ্কার হায়বদু ওইদে। অভিনব গুপ্তনা মহাক্কী লোচনদা মসিবু লৌখৎলগা মনুংগী ওইবা মপুং ওইবা রসপু অসুম্না পুথোকই। ঋাহৈশিংসি দ্বারকাদা কৃষ্ণনা বৃন্দাবনগী সখাবু হেক উবদা কৃষ্ণনা নীংশিংই কুঞ্জগী খাংপোকশিং, গোপবধুশিং অমসুং শান্নখিবা যমুনা তুরেলগী মপান। রাধাবু নীংশিংবা অমসুং ওইরকইবা ফীবমনা আলম্বন অমসুং উদ্দিপন বিভাবনি। কৃষ্ণদা লোত্তুনা লৈরম্বা নুংশিববু নীংশিহল্লি (রতি-বাসনা-

সংস্কার)। মতোমতা হায়জে হৌজিক্তি বৃন্দাবন্দা লৈত্রবনিনা মনা থদৎপীদ্রবা হৈপাল উপালগী মনাশিংদো লোইনমক খুইথরল্লগনি। মহাক্না বৃন্দাবনবু খৌরাংলকপা অসিনা ব্যভিচারী ভাবনি। অদুগা শৈরেং মতেক অসিনা ফোংদোক্লিবনা কায়নবগী নুংশিবনি (প্রোষিত বিপ্রলম্ভ)। অসুম্না অভিনবগুপ্তনা কুপশিন্না আনন্দবর্ধনগী কাব্যধবনি বিচারবু য়েংশিন্দুনা মপুং ফাহল্লি। আনন্দবর্ধন্না রস নত্রগা ভাব কয়া য়াওদবা চিত্রকাব্যবু খ্বায়দগী অনেম্বা থাক্তা থল্লমই। অভিনবগুপ্তনা চিত্রকাব্যবু কাব্যনি হায়নীংদে। অসিনা মহাক্না কাব্য মখল অনি খক্তং য়ারমই ধবনি (কাব্য) অমসুং গুণীভুত (কাব্য)। ধবনিবু য়ারবনিনা মসিগা লোয়ননা অলঙ্কার গুন অমসুং সংঘতননচিংবা পূম্নমকপুসু মফম চানা থনমই। নীংথিজবা পাকথোকপা মঙাল হায়বনচিংবা গুনশিং অসিনা রসপু পোকহনবা নত্তে। রসবু খঙহন্নবা খুৎলায়নি। অসুম্না রীতি, গুণ অমসং অলঙ্কারসু রসপু ফোংদোকপদা চঙবা মচাক ওইনা লৌরি। পূম্নমক্কী আত্মা ওইরিবা পম্বুংফমদি রসনি। শব্দগী অর্থনা হকচাংনি। অসিগুম্বা রস অসি পোকহনবদা অকায়বা পীবশিংদুনা চুনবা থ্বাৎপদগী (উচিত্য) দোষকী মশক ওইরকই। চুনবশিংদুনা গুণ ওইরি। সাহিত্যগী মপুং ওইরিবা তত্ত্বদি রসধবনিনি। অলঙ্কারনা মতুং ইনগদবনি। অশেংবা অলংকারদি কবিগী নুংগী ওইবা ফোংদোকপগী মশক্কি (অন্তরঙ্গ)। শব্দগা অর্থগা অমতা ওইখিবা অলঙ্কারগী মশক্কি।

অসুম্না রসনা আনন্দগী মশক লৌদুনা থম্মোইদা ঙাম্বোইবগী মশক লৌরবদি ভরতমুনিগী নাট্যশাস্ত্রগী রস সুত্রগা লৈনরিবা মরীসি কদাইদনো? রসদি স্থায়িভাবনা ওল্লকপা নত্তে। চৈতন্যগী মশক্কি। অভিনবগুপ্তনা পাউখুমই অসুম্না। আত্মা চৈতন্যগী মশক ওইরবা আনন্দগী নুংদা ফাওবনা রসবু চুপ্পা হায়বদুনি। অদু ওইরবসু স্থায়ি ভাবনচিংবা অসিনা আনন্দগী নুংদা ফাওববু শক্লোন কয়াদা ফোংদোকই। রতি, শোক, ক্রোধনচিংবা স্থায়ি ভাবশিংগী কান্নবা হায়ববু মখল মথেল ফোংদোকপশিংনি। চৈতন্যদি অমতনি। আনন্দগী মশকসু অনি থোক্তে। অদুবু শৃঙ্গার, করুণ, রৌদ্র অসিনচিংবা রস কয়া ওইনা সহৃদয়গী থম্মোইদা ফাওহল্লি। তোঙান তোঙানবা মশক্না অমতা ওইরবসু খেন্নবা উহল্লি। আনন্দগী মশক ওইবা রসনা মপুং ওইবা মণিগী মশক ওইরগা শন্দোরকপা মঙালশিং অদুনা চুমথাংগী মশক ওইনা তোঙান তোঙানবা রস কয়ামুক পোকহল্লকপনি। আচার্য্য অভিনবগুপ্তগী মীৎয়েং অসিদগীদি তোঙান তোঙানবা স্থায়ি ভাবশিং অসিগা তিন্নবদগী অমতা ওইবা রস অসিসু তোঙান তোঙান্না উহল্লকই। নুংগী ওইবা মীৎয়েংদগীদি রস

পূন্নমক অসি আনন্দগী মশক ওইনা চৈতন্যগী ফোংদোকপা ঙাক্তনি। পূন্নমক মহারস অসিগী তোঙান তোঙানবা মশক্কি হায়না লৌবা তাই।

অভিনবগুপ্তনা রসকী মতাংদা নাট্যশাস্ত্রগী অনিথোকপা ৱাফম পুশিল্লকই। লাইরিক অমদনা রস ৮ নি। অতোপ্পা অমগী মততনা শান্তরস য়াওরগা ৯ নি। ৮ গী কাংলুপনা অকোনবগী শান্তরসসি কোন্না হাপচিল্লকপনি হায়না লৌই। রস ৯ অদুদি — শৃঙ্গার (নুংশিবা), হাস্য (থৌনা ফবা), করুণ (অৱাবা), রৌদ্র (অকনবা), বীর (থৌনা ফবা), ভয়ানক (অকিবা), বীভৎস (তুক্কচবা) অদ্ভুত (অঙকপা) অমসুং শান্ত (অঈংবা) অসিনি। অভিনবগুপ্তনা শান্তরসপু য়াম্নমক ৱাংনা থাংগৎলি। রস অতৈগী হৌফমনি হায়বা য়ৌনা পুখৎলি। মহাক্কী অভিনব-ভারতী লাইরিক্তা নাট্যশাস্ত্রগী অরিবা চেনা খরদা শান্ত রসপু শৃঙ্গার রস ফাওবা নৈনদ্রিঙৈগী মমাংদা নৈনরম্বনা রস পূন্নমক্কী মমাগী (প্রকৃতি) মশক্কি হায়না শীংথাই।

মথক্তা পীজখিবা রস অমসুং ধবনিগী বিচার অসি তুংদা লাকপা ১৭ শুবা খৃঃগী শতাব্দী ফাওবগী পণ্ডিতশিংনা খুদম-মম্মট (১১ শুবা শতাব্দী), বিশ্বনাথ (১৪ শুবা শতাব্দী) অমসুং জগন্নাথ (১৭ শুবা শতাব্দী) অসিনচিংবনা মপূং ওইনা অহোংবা পুরকপা ঙমদে। উপালগী মশা মরেং খরা থাবদৌনা পুথোরকই। অসিনা ভারতকী সাহিত্য-মীমাংসা নত্ত্রগা কাব্যবু নৈনবদা অভিনবগুপ্তনা মপুং ফানা পুখৎলম্বা রস অমসুং ধবনিগী বিচার অসিনা হৌজিক ফাওবদা লেংদবা ওইনা লৈরি। মসিনা অরোইবা ৱাফমনি। ❑

১৯৯৩ ইং

## তান্নজখিবা লাইরিক খরা ঃ


১। অভিনবগুপ্ত জি. টি. দেশপান্দে ঃ সাহিত্য একাদেমী, ১৯৮৯

২। সাহিত্য মীমাংসা (বাংলা) ঃ বিষ্ণুপদ ভটাচার্য ঃ বিশ্বভারতী, ১৯৭৫

৩। রচনাবলী (বাংলা) ভোল্যুম ২ (শিল্পকথা) নলিনী কান্ত গুপ্ত ঃ শৃন্বস্ত, কলিকতা, ১৯৭৬

৪। ষ্টডিস ইন ইন্দিয়ান এসথেটিক থিওরী (অভিনবগুপ্ত টু জগন্নাথঃ ডাঃ কে কৃষ্ণমুর্ত্তিঃ গোপীনাথ কবিরাজগী মরমদা নেসনেল সেমিনার ঃ সাহিত্য একাদমী, কলিকতা, ১৯৮৬)

# পৃথিবীগী জগোয়বু শকখঙবগী খোঙচত্তা

আর্টকী জগত্তা ইতোমতনা হায়জবা ক্রিটিক অমা ওইনা ঙাওজরকপসি চহী ৪০ হেল্লবনি। পামজবনা সাহিত্যনি। ওঝাগী শিনফমনা দর্শণনি। অদুবু নোংলৈ নুংশিংনা হুম্বদৌনা চহী ৪০ মুক অসিদি ঈশৈ, জগোয়, লাইয়েকপা অমসুং থিয়েটরগা থাদোক্নবা য়াদনা শন্নরক্নি। মীনা খ্বায়দগী নুংশিখিদ্রবা শিনফম — "ক্রিটিক" হায়বদু নমদুনা ওইরে। চহী খরগী মমাংদদি ভারতকী নেসনেল একাদেমী অহুমগা কুইনা শন্নজরকই। ১৯৭০ দদি ইউরোপ ফাওবা চত্তুনা (হঙ্গেরী, জিডিআর অমসং ফ্রান্স) পূন্নমকপু নৈনজবগী খুদোং চাবা কয়া ফংজখি। মতুংদা ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী ওইনা, সরকারগী আর্টস এণ্ড কলচর ডাইরেক্টর ওইনা অমুক্কা কলাকার কয়াগা (মনুংগী অমসুং মপানগী) নকশিন্নজবগী খুদোং চাবা ফংখি। হৌজিকমক্তি পোথারবগুম্বনি।

অদুবু নোংমদি বার্ত্তন ফংই সঙ্গীত নাটক একাদেমীগী সেক্রেটরীদগী পোথারবা শ্রীকেশব কোথারীদগী। ১৯৯০ গী ডিসেম্বরগী তাং ১১ দগী ১৪ ফাওবা পাঙথোক্কদৌরিবা ইন্টর্নেসনেল ডান্স সিম্পোসিয়মদা শরুক য়ারনবা। হরাউনা বার্ত্তণ লৌশিল্লি। হান্নসু পাউ তারবনি — ইন্টর্নেসনেল ডান্স ফেষ্টিভেল অমা তৌগদৌরি হায়না (ডিসেম্বরগী তাং ৮ দগী ২৫ ফাওবা)। চহী ২৫ মুক্কী মমাংদা দিল্লীদা শীনখিবা (ভারতীয় নাট্য সঙ্ঘ) ইষ্ট-ৱেষ্ট থিয়েটর সেমিনার (লাইবক ফদুনা মদুদসু য়াওজরুই) গী মতুংদা হন্দক্কী অসিনা অহানবা জাতি পূম্বগী ওইবা জগোয়গী ফেষ্টিভেলনি। শীনবনা ইন্দিয়ান কাউন্সিল ফোর কলচরেল রিলেসনসনা সঙ্গীত নাটক একাদেমীগা খুৎশন্নরগা (আর্টিষ্টিক ডাইরেক্টর — কে, এস, কোথারী) শীনবনি। ফেষ্টিবেল অসিদা মপানগী লৈবাক ২৩ য়াওই (ভারত থারগা এশিয়াদগী ৮, ইউরোপতগী ৯, আমেরিকাশিংদগী ৫ অমসুং আফ্রিকাদগী ১)। ভারতকী মনুংদগী ওইনা অরিবা অনৌবা জগোয় কাংলুপশিং ২৬ (মণিপুরী জগোয়গীনা মণিপুরগী জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী অমসুং দিল্লীগী ত্রিবেনী কলা সঙ্গম) বার্ত্তণ তৌই। এসিয়াগী লমদমদনা হান্নগী ক্লাশিকেল জগোয়না মপুং ওই। ইউরোপ

অমসুং আমেরিকাগীদি ক্লাশিকেল বেলেগা কোন্ননা অনৌবা মোর্ডন ডান্স অমসুং চাংয়েং জগোয়গী মমিং চৎলবা কাঙলুপ কয়াবু য়াওহল্লি। অমুক হনবদা চহী কয়ামরুম চঙখিগনি।

ফেষ্টিভেল অসিগা কোন্ননা শীল্লিবা সিমপোসিয়ম অসিগী বিষয়না "জগোয়-শাথেক্কী শক্লোন কয়া" (Dance & plural vocabulary of movement) হায়বসিনি। মসিদা শরুক য়ানবা ভারত্তকী কলাকার অমসুং পন্দিত ৭৫ অমসুং মপান্দগীনা মীওই ৩০ মুক বার্ত্তণ তৌই। তোঙান তোঙানবা বিষয়না — মফম অমসুং মতম নৈনবা, বারী, টেক্স ম্যুজিক অমসুং ছন্দগা জগোয়গা লৈনবা মরি তম্বীবগী মওং অমসুং ফোঙদোকপগী মওংশিংনি। চেয়ার পার্সননা ভারতকী মমিং চৎলবী (মণিপুরী জগোয়গীসু মরুপ) ডাক্তর কপিলা বাটস্যায়ণনা ওইখি।

মথক্কী অনি অসিগা মরী লৈননা অমুক ত্রিবেনী থিয়েটরদা ডিসেম্বরগী তাং ৩ দগী ২২ ফাওবা জগোয়গী ৱার্কসোপ অমসু শীনখি। বিষয়না — ইয়া য়াবা টেকনিক্কী মায়কৈদা (Towards an open technique)। মমিং চৎলবা আমেরিকাগী চার্লস রেইনহার্ট অমসুং মহাক্কী আমেরিকান ডান্স ফেষ্টিভেলগী ষ্টাফনা তম্বীখিবা ৱার্কশোপ অসিদা ভারত পুম্বগী ওইনা মীওই ৮০ (মণিপুরগীসু অনি অহুম য়াওখি) মুক্লা শরুক য়াখি। নোংপোক নোংচুপকী শন্ননবা হোৎনরকখি। য়াম্নমক নুংশিবা অমনা ফেষ্টিভেল হৌদোকখিবা নুমিৎ (ডিসেম্বরগী ৮) অসি ভারততা মমিং চৎলবা উদয় শঙ্করগী চহী ৯০ শুবগী মপোক নুমিৎকী পালনগা মরী লৈনহনখি। মণিপুরগী রাজকুমার প্রিয়োগোপালস্নাগুম্বনি।

ঐহাক্কী হন্দক্কী খোঙচৎ অসি — লমকোয়বগী অনৌবা য়েংনিংবগী দিল্লীবু মশক খঙবগী খোঙচৎতি নত্ত্রে। ঐঙোন্দদি চৎমন্দুনা মীৎ উইশিনবদা (শ্রীমতী রাধিকানা মিৎ উইশিনবদা শ্রীকৃষ্ণ উবদৌনা) দিল্লী উরে। হঞ্জন-হঞ্জন উরবা মৈতৈ জগোয় অসি অমুক্তা হেন্না উশিনবা ঙম্নবগী খোঙচৎনি। পৃথিবী পুম্বগী জগোয়শিংগী মরক্তা মান্নবা কয়া খেন্নবা কয়া শোয়দনা থেংনগনি। চুম্না উবদা পাক হেক শকখঙবা নত্তে। খেন্নবা খঙবদগীসু শক খঙলকপা য়াই। ঐহাকসু তাং ১১ দগীনা ১৬ ফাওবদা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খায়দনা য়েংলকপা নৈনরকপা অমসুং উরকপশিং অসিনা মৈতৈ জগোয়বু খরদি হেন্না শক খঙলবোই নীংই। পরম্পরাগী হৌফম থেংনরবোই নীংই। অদুবু শোয়দ্রে হায়বদি কনানা হায়গনি? খঙবগী লোইবা নাইদবা উরিবা খুদিংগী অনৌ অনৌবা অর্থ থেংনবা আর্টকী মশকনি। ঐগীসিনা মরোইরে হায়বা লৈফম থোক্তে। খূৎশেমগী ফজববু মহৌশাগী

নীংথিববু পুথোক্পগী লোইবা নাইবা হৌনব্রা? পুন্নমক তাইশিন্নবা য়াই। চুংশিন্নবা য়াই। পুন্নমক অসিগী বাংমদসু অতোপ্পা অমা লৈরম্বা য়াই।

ডিসেম্বরগী তাং ১০ গী এরোপ্লেনদা দিল্লীগী যাত্রা য়াম্নমক নুংঙাইবদি থোকখিদে। থেঙনা প্লেন থাখি। লৈফমসু ঐহাক্কী পান্দমদি মণিপুর হাউস নত্তে। অদুবু শীন্নরকপা পৈশাশিংনা য়াম্মনখ্রদুনা মণিপুর হাউস চঙদবা য়াদ্রদুনা চঙলুবদা তান অমা চানরমদুনা সিট অমা ফংবতনি। অথেঙবদা প্রোফেসর এন, তোম্বী, এম, পিনা টেলিফোন তৌরকই — লাক্ত্রবদি কৈদৌরে? ঐহাক্না খুমখি — অসুম য়ারনি। ভাব তাহৌদবা হায়বদুনি। নুমিদাং অদুমকসু জগোয় মফম অমা অনি লৈরমই। অদুবু নাহ্লোকখ্রে। মণিপুর হাউসতা ডান্স একাদেমীগী ডাইরেক্টর খুমহ্নেম প্রকাশ থেংনৈ। পাউ তমই — হৌদোকপা নুমিৎকী সিরি ফোর্টকী চাউখ্রবা ওদিটোরিয়মদা মণিপুরগী বসন্ত রাস, জাপানগী "নো" থিয়েটর অমসুং কুমুদিনী লেখিয়াগী "কদম্ব" গ্রুপকী কথক জগোয় শাখি। মণিপুরী জগোয়দা উৎপা অচৌবা সন্মান অমনি। নেহরু ডান্স একাদেমীগী কলাকারশিংবু খল্লিবা অসিমক চপ চাই। মতুংদদি প্রকাশকা ইবানি খোংবু ওইদুনা চৎমিন্নরে।

তাং ১১ দগীদি চপচাবা ডিউটি পায়খৎলে — অয়ূক নুংথিল নুমিদাং থাদোকত্রে। সিম্পোসিয়ম য়াওবগা জগোয় য়েংবা চেনবগদা তাং ১৫ ফাওবদি ইশং শংদ্রে হায়বা ফাওবা য়াই। তাং ১১ গী অয়ূক্তা সঙ্গীত নাটক একাদেমীগী কাংবুগা উন্নবা লোয়রগা চেপ্লে কমানি ওডিটোরিয়মদা। হন্দক্কী ফেষ্টিভেলগী জগোয় তৌফমসি মফম ৫ নি দিল্লীগী সেন্টরদা, কমানি, ফিকচি, ত্রিবেনী অমসুং শ্রীরাম সেন্টর। ফনা য়াম্না থাপ্না চৎলগা এশিয়াদ পাঙথোকখিবা মফম — চাউরবা সিরি ফোর্ট ওডিটোরিয়ম। মফম অসিদা মপান্দগী লাকপা অচৌবা গ্রুপকী জগোয় উৎলি। নুংঙাইত্রিবদি — মতম অমতদা জগোয় ফাংনবা তোয়না য়াওই। অসিনা জগোয় খনবা তায়। লোনয়নমক য়েংবা হায়বদু ওইথোক্তে। ঐহাক্কী অমুক লাইবক থীরিবনা ফনা য়াম্না চেন্দুনা তাং ১৬ দা য়েংবগী থবক লোইশিনবা তাই। কমানি হোলগী প্রোগ্রামদা লৈরমই — ভারত নাট্যম অমসুং উড়িষী। বোম্বেগী রাজরাজেশ্বরী কলা মন্দিরগী কল্যান সুন্দরম পিলাইগী মমিং চৎলবী ছাত্রী — মালবিকা সরুকাই (বর্ণম, পদম, তিল্লানা)। উড়িষীগী শরুক্তা — পদ্মশ্রী (১৯৯০) না লৈতেংলবী মাধবী মুদগল (গুরু কেলুচরণ মহাপত্রগী ছাত্রী) অমসুং ভারত নাট্যমগী শরুক্তা সোনাল মানসিং (পদ্মশ্রী) গী নীংথিজরবা আইতেমশিং (সংস্কৃতি, শ্লোক অমসুং জ্ঞান)। থায়নগী জগোয়গী মশক্তা

চাংয়েং ওইনা মতেক খরসু থেৎচিন্দবা নত্তে। অদুবু য়েংবদদি ফজখি। মালবিকানা হান্নগী অচেৎপা মশক্ত অমসুং লীলা সেমসননা মাদ্রাজগী কলাক্ষেত্রগী নীংথিজবা পুথোক্লবা মওংগী ভারত নাট্যমনি। অনিমক মশক মান্নদে। মাধবী মুদগলগী উড়িষীসু গুরু কেলুচরণগী অনৌবা খরসু হাপচিন্দুনা নীংথিজবা মশক ওইহনবনি। অয়ুক্কী পুং ১০ দা তৌবনা অখন্নবা ভাবোক্লা টিকেট লৌদুনা য়েংবা তাখি। অদুদগী প্রকাশকা ইবানি সিম্পোসিয়মগী মফম ফিকচিদা লঞ্চকীদমক অমুক চেল্লকই। মফম অসিদা ভারত অমসুং মপানগী ফাওরবা কলাকার, গুরু অমসুং স্কোলারশিংগা শকখঙনবা, ৱারীশাবা হৌরে। ঐখোয়না লম মচানিনা মীচং খোম্বগী ৱাফমসু নীংশিংলক্তবা ঙমদে। মণিপুরী জগোয়গী মীচংদা লাকখি — ত্রিবেনীগী রাজকুমার সিংহজিৎ, শ্রীমতি চারুশিজ, বোম্বেগী দর্শনা ঝাবেরী, কলিকাতাগী মঞ্জুশ্রী চাকী (লাই হরাওবগী লাই ঈকৌবা লাইরেন মথেক-থাবল চোংবীনচিংবগী ফীভমগী অয়েকপা ময়ামদা য়েঙ্থোকই)। অমসুং সিম্পোসিয়ম অসিমক্কী সভাপতি — ডাক্তর কপিলা বাটস্যায়ন। খরদং তিন্নবা অমতং হাপ্পা তারগনা — ডাক্তর সুনীল কোথারী। মীচং কনবা নত্তে। অসিমক্লা মরম ওইদুনা হায়জবা শোলহৌবগা — মৈতৈ জগোয়গী ডিমোনস্ট্রেসন অমা ফাওবা উৎপা ঙমহৌদে। মসিমতংদি হন্দক্কী ফেষ্টিভেলগী নীংবা কায়বা অমনি। উনখি হান্নগী মরূপশিং — মায়ারাও, শেরোন লোরেন অমসুং অসামগী শ্রীমতি ইন্দিরা বোরা।

নুংথিল পুং ২.৩০ দা সিম্পোসিয়ম হৌদোকপগী ওকপা লাকপগী হৌনবী তৌরে। কপিলা বাটষ্যায়ননা সভাগী উদ্দেশ্য পুথোকপগা লোয়ননা নোংপোক নোংচুপকী তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা জগোয়গী লোন অসিবু কন্নদৌনা হায়দোকপগে হায়বদু খঙননবা য়েৎনবনি হায়না ময়েক শেংনা পল্লে। মীওইবগী চেতনা অমসুং আত্মাগী ৱাফমদি খঙদবদি য়াদে। অদুবু খঙবদি অরায়বা নত্তে — নোংচুপকী কলাকারশিংগীদমক্তি। মতমগী ওল্লকইবা মোর্ডন ডান্সতা ইউনাইটেড ষ্টেটসকী পৃথিবী ফাওরবা কলাকার অনি — নিকোলাই অমসুং মুরে লুইনা নোংচুপকী জগোয়গী চাংয়েংগী মরমদা পল্লি। সেসন অসিগী খন্নগদবনা — জগোয়গী টাইম (মতম) অমসুং স্পেস (মফম) হায়বনি। মত ফোঙদোক্লরকই — মফম হায়বসি জগোয় শাফমদবু নত্তে — অকোয়বা, মথকসুনি। ভাবোকসু মফমগী মনুং চল্লি। জগোয় শানা শানা কলাকারনা মফম পুথোরকই। ৱাফম অসি ফোংদোকই — ভারতকী কথক জগোয়দা মমিং চৎলবী আমেদাবাদকী কদম্ব হায়বদুগী মকোক — শ্রীমতি কুমুদিনী

লেখিয়া। নাইতোম জগোয়গা গ্রুপকী জগোয়গা খেন্নৈ। নাইতোম অহুম মরি পুল্লগা গ্রুপ জগোয় হেক্তো ওইবা নত্তে। কলিকাতাগী মঞ্জু শ্রীচাকীনা মণিপুরগী লাই হরাউবগী মশানা মপূংফাজরবা রিচুয়েলশিংগী ৱাফম হৌদোকই। খরা থেঙনা হৌবনিনা, হৌদোকপা নুমিৎকসু ওইবনিনা খরা খন্নরবা মতুংদা সভা লোইশিনখি।

নুমিদাং পূং ৬.৩০ নংনবা শ্রীরাম সেন্টরদা চেনবদা লৈরমলে অঙকপা জগোয় অমা। স্বীদেনগী গ্রেটা লিনধম (ঈশৈ তৌবী — জগোয়না ঈশৈ ওইবী)। আইতেম অনি উৎলি "ড্রোন" অমসুং "ম্যুজিকেল আই" (ঈশৈগী মীৎ)। অহানবগী জগোয়দা মীওই অহুম মরিগী হকচাংবু যন্ত্র ওইনা শীজিন্নৈ — মশামক্তা কৌজৈ ডান্স কোনসার্ট। ঈশৈদি য়াওদে। অনিশুবগী অসিনা নাইতোম জগোয়নি। হকচাংগী শরুক্তা, তুমিন লৈবনা খোঙদোল অমতনা ছন্দবু ফোঙদোক্লবা লাক্লবা অঙকপা অকিবা চাংয়েং অমনি। ভারতকী হঠযোগীশিং বু নীংশিহল্লি। স্বীদেনগী আর্ট ক্রিটিক অমনা মহাক্কী জগোয়বু ফোঙদোকই — "Her performance both bewitches and enchants, the law of gravitation has ceased to exist in her dancing"। কয়াদা কনখ্রবা জগোয়গী সাধনানো!

নিনি চনবগী সেসন (তাং ১২) অসিনা জগোয়দা ৱারী লীবগী মশক নৈনবনি। অয়ুক পূং ১০ দগী হৌই। ডান্স থিয়েটর হায়না মিংথোল্লকপা হংগেরী লমদমগী "বেলে ওফ গ্যোর" কৌবা গ্রুপকী ডাইরেক্টর আইবান মাকোনা ভাষণ পীরকই। হায়রকই — জগোয় হায়বসি ঐঙোন্দদি পূর্ণনি। ছন্দসু পুর্ণমক্নি। ইউরোপতা চুম্নগী ভাবনা মপূং ওইদবা জগোয় (মারাথা গ্রাহাম জর্জ বেলেনসিন) গা ভাবকা মপূং ওইবা জগোয় (মোরিস বেজার্ট) গা খৎনরিবসি ঐঙোন্দদি অর্থ লৈতে — চপমান্ননা লৌনীংই। ভাষনগা কোন্ননা "স্বীশু সন ওফ মেন" হায়বা ভিডিও ফিলম মচা অমগা উৎলি। আইবান মাকোগী জগোয়গী মশক্তি জর্মনগী বের্টোলদ ব্রেকৰী এলিনিয়েসন ইফেক হায়দুনা য়াম্লমক ষ্টাইলাইজদ ওইরবা নোংপোক লমদমগী থিয়েটরগী মশক্নি। মথংদী কম্বোদিয়াগী কাংলুপ্না রামায়ণগী মতেক অমা ডিমোনষ্ট্রেসন ওইনা উৎলি। ওঙ্গোক্তা ঈংনা লেম্না ফজখ্রে। হনুমাননা চোংবনচিংবা অথুবা নোকনীংবা শাজৎসু য়াওদবদি নত্তে। অদুবু মৈতৈ জগোয়দা শাগদৌবমখৈ শারুরগা চালি তালদা লোইশিল্লকপদা বেলেন্স অমা কায়দনা থম্বগুমই। মথংগী ডেমোনষ্ট্রেসনদা কোরিয়াগী জগোয় উবদদি ফজমনখ্রদুনা জ্ঞান মাঙবা হায়বদু য়ৌই। "তুমিন লৈবা ঈশিংনা মনুংদা চেল্লি" হায়বা ইংরাজী পাউরৌ অদুগা চাংফু ডান্স

কম্পেনিগী কোরিয়াগী জগোয় মশক অসি শীংথানবা য়াই। বৌদ্ধগী দর্শণগসু মরী লৈনহল্লি। খুদক্তা খনজে — ঐখোয়গী শাগৈদি অসিদা লৈরেদনা। ওষ্ঠোক্লা তপখ্রবা, অচীকপগা অশাবগা অনিমক চীল্লোক্লফম ওইরিবা জগোয় অসিবু মশানা কৌজে — "The movements is hypnotically slow and sinuous and deceptively serene on the surface" হায়না শীংথাজে। মীওইবগা মহৌশা লাইরেম্বীগা অনিগী অপুনবনি হায়না থাজে। অশাবদা নত্তনা ভাবোক ফাওবা ঈংনা তপ্না লৈত্রবদি য়েংবা ভাব তাবা ঙম্লোই হায়বা ফাওবা য়াওরি। নুংথিলগী সেসনদা কেরালাগী পণ্ডিত অমনা দক্ষিণ ভারতকী জগোয়গী মশক তাক্লকপদা পনখি। খ্বাইদগী লিরবা কথাকলিগী মমাংগী কুদিয়াত্তম সংস্কৃতকী লীলা অহুম মপূং ওইনা অহিং অহিংদা শান্নবদা চহী অমা চঙগনি। কয়াদা কূপশিনখ্রবা মশক্লো।

নুমিদাং পূং ৬.৩০ তাবদা কমানি হোলদা থুংই। অহানবদা ত্রিবেনীগী অনৌবা বেলে — "ছায়া পুরুষ" উৎলি। ত্রিবেনীগী হান্নদগী পূমতোন তোঙানবা মশক্লি। লাইট অমসুং সাউন্দগী য়ৌশিনবা মশক্লি। ৱারীদি — মী অমগী মশাদা থানবা লৈতনা মিগী মতৌগুম্না শক্তি অমা য়াওরি। মসিনবু অথিংবা লৈতনা শক্তি পাম্বদা লমজিংখ্রবদি মী অদু মশানা মাঙজে। লাইনুরা অঙৌবী অমনা (চারুশিজ মাথুর) খাম্নবা ফনা হোৎনৈ য়াখিদে। মৈ মমহন্দুনা ভুৎ প্রেত থোকপগুম্বগী পূমচীক চীক্লবা নাহেবগী মখোল হোলগী মায়কৈ মরিদগী মথক্তগী ড্রমগী অয়াকপা মখোল থাং-তা চোলোমগী জগোয়গী মশক — পূম্নমক বেলে অসিদা য়াওই। হান্ননা মমিং চৎলবা ক্রিটিক কয়ানা অনৌবা ফজবা খুৎশেমনি হায়না থাগৎনখ্রবনি। ঐঙোন্দদি — য়াকমন্না হৌমন্না থোকখি। থোইদোক্লসু স্বীদিশকী জগোয়নচিংবদু য়েংলুরবা মতুংদদি। লীলাগীদি অনৌবা মথেল অমনি রাজকুমার সিংহজিৎকী। মথংদা উৎলকই মাদ্রাজগী কুচিপুড়ী আর্ট একাদেমীগী কুচিপুড়ী জগোয়। অন্ধ্র প্রদেশকী কুচিপুড়ী হায়বা লমদমদগী হৌরকপা নৃত্যনাট্যনি। গুরুদি জগোয় মতেক ৩০ দগী হেন্না পুথোক্লবা বেমপতি চিন্নসত্যম হায়দুনি। আইতেম খরগী মতুংদা খ্বায়দগী নুংঙাইবা মতেকতি "শ্রীকৃষ্ণপারিজাতম" হায়বদুনি। (ঐখোয়না পরিজাত হরণ কৌবসু য়াই)। সত্যভামা রুক্মিনী অনীগী কল্লক্লবগী কাউঙমদ্রবা ৱারীনি। তশেংনমক নুংঙাই। গ্রুপকী আইতেম ঙাক্তনি। ত্রিবেনীগী বেলেগা অকোনবগী নৃত্য-নাট্য অসিগা মপূংদা পূংখেন খেন্নে।

হুম্নি চনবগী (তাং ১৩) বিষয়না টেক্সকা ঈশৈ অমসুং তালগা জগোয় শাথেক্কা লৈনবা মরীগী মতাংদনি। নৈনবসি ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্লে। আফ্রিকাগী জাইরে হায়বা লমদমদুগী ওষ্থোক্লা কল্লবা ছন্দগী জগোয় উৎপা হৌরকই। পুংখোলগী ছন্দ অমসুং হকচাংগী ঙাওনা শারকপা মশক্লি। ক্লাসিকেলগী অফা অপুন লোইনা থাদোরকই। মতাং অসিদা কুচীপুড়ীগী গুরুনা উড়িষী জগোয় সত্যভামাগী জগোয় মতেক উত্তুনা ঈশৈগী তালগদি শুকথা থানরোইদৌবনি হায়না প্রমান তৌরকই। মথংদা লাকই থাইলেণ্ডগী কথাকলিগী অভিনয় লৌবা জগোয়গী মশককী ডেমোনষ্ট্রেসন। পল্লকই চতুরঙ্গ মন্ত্রশাস্ত্র মণিপ্রবাল। শৈরেং থী। জগোয়গী মশক য়াম্নমক কুপই। অদুবু নুংঙাইবদি উৎলিবা কলাকারশিং অদু খুদৈ শেৎলকই। খঙহৌদনা নীংশিংই মৈতৈগী ঈপা ইপু — খুদৈ শেৎপশিং। নাট্যশাস্ত্রগী যূম্ফমদা "মোহিনী আট্টম" বু নৌহৌনা পুখৎলকপা ডাক্তর কনক রেলে (বোম্বেগী নালন্দ রিসার্স সেন্টরগী ডাইরেক্তর) না মোহিনী আট্টম জগোয়গী মশক তাক্লকই। মহাক্কী লোন্দাদা "বোডি কাইনেটিকস" কৌই। অয়েংববু পেলহল্লি। অদুদগীদি অঙকপা কুম্মৈ অমা তৌরক্লে আফ্রিকাগী ডেলিগেট অদুনা। মখোয়গী পুংজাওদু অথুবা তালদা লেপ্তুনা থীল্লগা লাক্লিবা কলাকার পূম্নমক চোংথোক্তুনা জগোয় শাহল্লে। অমমমতা ওইনা কলাকার পূম্নমক চোং চোংদুনা মাগী মাগী ষ্টাইলদা উৎনরক্লে। মণিপুরীগী সিংহজিৎসু পালা চোলোমগী অথুবা শাথেক্তা শাগৎলকই। মসিদা মনাক্তা চেনশিন্দুনা ডাক্তর কপিলা বাটস্যায়নসু চালীগী জগোয়দা থেকথরকই। ঐহাক্কী ৱাহংগী পাউখুমনি হায়না লৌই। ঐনা সভাদা হংখি — অথুবা তালদা অতপ্পা জগোয় শাবা য়াত্রা? মসিনা পাউখুমনি জগোয়গী মরোলদা।

মথংদা চঙলকই কথক জগোয়গী হৌজিক্কী সম্রাট বির্জু মহারাজ। ইংরাজী মতেক অমতনা হৌরম্লগা হিন্দীদা ওষ্থোরকই। চঙশিনদুনা কপিলানা ইংরাজীদা হন্দোকই। হায়রকই — কলাকারনা মূর্ত্তি শাগৎলি। মন্ত্র মূর্ত্তিনি। মফম হায়বসিনা লাইয়েকপগী কেনভাসনি। মরোল মরোল লৈরি — কালচক্র লেপত্রি। ভাবনা হায়বসিগী লোইনাইদ্রবা অর্থ লৈ। তবলা বেলেগী মতাংদা গোপুচ্ছ গতি (শনগী মমৈ শাবা) তাকই। ডেমোনষ্ট্রেসনগী শরুক্তনা মমিং চৎলবী সাশ্বতী সেননা কথক জগোয়দা উৎলি। য়াম্নমক চীলেম্না উৎখিবা মশক্লি।

নুংথিলগী সেসনদসু মথক্কী ৱাহং পাউখুম চথখি। ভারত নাট্যমগী জগোয়দা অনৌবা কয়া পুথোরক্লিবী অহল ওইরক্লবী চিত্রলেখানা মশাগী মত ফোংদোকই। ঐহাক ইশাগী

হকচাংবু শক খঙজনবগী সাধনাদা চখরি। গুরু কয়াদগী তম্নকপদু অমুক্কা কাউথোক্লবা কন্না হোৎনরি। জগোয়সি নৌহৌনা য়েংবা লাক্লরি। চিত্রলেখাগী অইবা চে অমসু য়েম্থোকই। মমিংনা পুন্না য়েংশিনবগী দরকার ওইবা (হোলিসটিক এপ্রোচ টু ডান্স)। ৱাফম অসি ট্রেনিং মেথোদোলোজিদা লাক্লে। হকচাংবু মচেৎ মচেৎ থোক্লা শীজিন্নবা চুমদে — পুন্নপনি। বিন্দুনি। মমিদগী থোরককনি মগুনগী মথংদা মগুন পুন্নমক পাকথোরক্কনি। ঙানথোরক্কনি। থায়নগী আর্টতদি খুঙ্গংদদি মসি কায়দনা চখরি। মপোক্লা পূমঙৌ ঙৌরবী নুপী অসিগী পাউজেল পূন্নমক্কা চেকশিন্না তায়। চিলি লমদমগী প্রতিনিধিসু তেংবাংশিল্লি — হকচাং অসিতনি ঐখোয়না জগোয়দা শীজিন্নরিবা। মসিবু মতম পুম্বদা মীৎনা শিংনা থমগদবনি। তৌশিন্নবা য়ারোই। ৱাফমসি ভিডিও দেমোনষ্ট্রেসন তৌদুনা উৎলি। মেকসিকো লমদমগী দেলিগেটনা হায়রকই — হকচাং য়াওদনা আত্মা লৈতে। অসিনা ঐহাক্লা থিরি — হকচাংদা শক্তি (এনর্জি) গী লৈফম — সেন্টর। অসিগুম্বা সেন্টর অসিনা হকচাংগী আত্মাগী মশক তাক্কনি। বেনুজুয়েলাগী প্রতিনিধি নুপী অদুনা (সেসন অসিগী চেয়ার পার্সন) হায়রকই। ঐহাক করিগী হিংবা পাল্লিবনো? ইশাগী খোঞ্জেল শেমজবা তাই। হকচাংবু মশক খঙজবা তাই। পুশিল্লকই — ভিদিও ফিল্মগা কোন্ননা ভারততা চৎনরিবা গুরু-শিষ্য পরমপরাগী মশক কয়া জগোয় মখল কয়াগী। অষ্ট্রিয়াগী প্রতিনিধি অদুনা উৎলকই — হৌজিক্তি গুরু ঙাক্তদা তাইনবা য়াদ্রে। ইশানা থেংগায়নজবা তাই। ম্যুজিক্কী মফম অসিসু অসুম অসুম চাউরক্লে। জগোয়গা থানবা য়াদে হায়ববুদি নত্তে। জগোয়গী অকোয়বদা ম্যুজিকনা লৈতবদি য়াদ্রে। হকচাং পন্নরকপদুদা ঐহাকসু ভারতকী প্রতিনিধি ওইরুরবনিনা পল্লকই — পঞ্চকোষকী ৱাফম। অন্নময় প্রাণময়, মনোময়, বিজ্ঞাণময় অমসুং আনন্দময় কোয। গুরুগী অর্থ হল্লকই। দক্ষিণ ভারতকী পণ্ডিত অরৌদ্রনা তেংবাংশিল্লকই। নোংচুপকী প্রতিনিধিশিং অদুদি পূমপং পঙথরম্লগনি। মায়কৈ অমরোমদা মখোয়দি ঙরাংতগী অঙাংনি। মদুগী খুদম মথংগী সেসনদা থেংনৈ।

নুমিদাং পূং ৬.৩০ তাবদা চেল্লি কমানি হোলদা। লৈরমই উড়িষী রিসার্চ সেন্টরগী (ভুবনেশ্বর) উড়িষীগী অনৌবা আইতেম খরা। গুরু কেলুচরণ মহাপাত্রগী লমজীং মখাদা মমিং চৎলবী কলাকার (সেন্টরগী ডাইরেক্টর) কুমকুম মোহান্তীগী গ্রুপনা শাবনি। শারকই মথং মথং — মঙ্গলাচরণ দশাবতার, বিচিত্ররামায়ণ (সীতানা অশোক বন্দা হনুমানগা উনবগী মতাংনি)। উড়িষ্যা সরকারনা লিংখৎপা গুরু কয়াগী মতেংনা জগোয় অসি

পাকথোক্লবা শন্দোক্লবা হোৎনবা রিসার্চকী মফমনি। টেপ অমসুং ভিডিও রেকোর্ডিংগী মতেংনা অরিবগী মশক কয়াবুসু মাঙদনবা হোৎনরি। ৱাহং অমা লাকই — মণিপুরদদি অসিগুম্বা অমতং লৈবা য়াদ্রা? জগোয়গী মশকশিং অসি অরি অনৌ য়ান্নবনা ফজে। মথংদা থোরকই। দিল্লীগী মমিং চৎলবা শ্রীরাম ভারতীয় কলা কেন্দ্রগী বেলে — "ত্রিপুরান্তক"। ব্রহ্মানা হিংচাবা অহুমদা বর পীথোক্লুবদগী অশুম্না ময়দানবকী মতেংনা অপাইবা সনা লুপাগী সহর অহুম শাহনবা অমসুং লাইশিংনা ওৎপী নৈবীবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা শিবদা চঙজবদা শিবনা তেনজৈ অমনা সহর অহুম্মক থুগায়খিবনি। চীংজাওনা তেন ওইবা, বাসুকি লীননা মরী ওইবা, বিষ্ণুনা তেনজৈ ওইবা অগ্নিদেবনা তেন মতোন্দা তোংদুনা খুৎকাপ অমতদা হিংচাবা অহুম লোইশিনখিবনি। ছৌ জগোয়গী ষ্টাইলদা পুথোকপনি। ১৯৫২ দা লিংখৎখিবা শ্রীরাম ভারতীয় কলা কেন্দ্রনি। রামায়ণ শান্নবগীদমক মমিং চৎলি। কুপখ্রবা নোংচুপকী জগোয় য়েংলুবদগীদি অসিগুম্বা জগোয়সি খরা নোপমন্না উরক্লে। থৱায়না তাজবা হায়বদু থোকলক্লে। য়াম্নমক অকন অথৌগী ওইনা তৌবা ভারততা ষ্টাইল অহুম থোক্লা লৈরিবা (বঙ্গদেশ অমসুং বিহারগী) "ছৌ" হায়রিবা জগোয়গী চপচাবা প্রোগ্রামমক্তি উহৌদ্রে। অদুবু "ছৌ" গী ষ্টাইলদা পুথোকপা জগোয় অসিমদি উরে।

মথংগী অয়ুক্তি (তাং ১৪) সিম্পোসিয়মগী অরোইবা নুমিৎ ওইবনা মতম চপচানা থুংনবা হোৎনরে। খন্নগদবদি অরোইবা বিষয় — সমালোচনানি। আমেরিকাগী মমিং লৈরবী ডান্স ক্রিটিক এলিজাবেথ জীম্মার হায়বদুনা চেয়ার পার্সন ওই। জাতি জাতিগী কোন্নবা জগোয় (এথনিক ডান্স) হায়বসি হৌজিক্তি আমেরিকাদা বেলেদগীবু হেন্না চাওখৎলে। ক্রিটিক ফাওবা টিকেট লৈনরক্লে। মহাক্কী ৱাফমসিদা পাংশিল্লকপা ওইনা আমেরিকাগী রাইন হার্টনা ফোঙদোকই — জগোয় য়েংলগা পোক্লকপদু ফোঙদোক্তবা ঙমদবনি। প্রোফেসনেল ডান্স ক্রিটিক হায়বদুদি ৱাহে শীজিন্নবা তাবনি। ঐখোয় পূন্নমক ক্রিটিক ঙাক্তনি। হেন্না ফজহন্নবা হোৎনবা তাবনি। তোঙান তোঙানবা কলচরগী মশক (কলচরেল প্লুরালিজম) উবসি ঐঙোন্দদি নুংঙাইখ্রবা অমনি। ঙরাংগী তৌনখিবদু নিংশিংলক্তনা অসিমসু মহাক্না হায়রকই — আত্মা পরমাত্মা হায়বদুদি ঐখোয়দি শুকখঙ খঙবা ঙমদে। মতাং অসিদা মেক্সিকোগী আর্টিষ্ট অমনা থেৎচিল্লকই। সমালোচনা হায়বসি ধ্যান তৌরগা হৈগদবনি। ঐহাক্না খঙবা ক্রিটিক ৪ গী মনুংদা অনিদি জগোয় মুন্না খঙই — ৱার্ক

এক্সপিরিয়েন্স লৈ। অনিদি চুম্নগী জগোয় য়েংবা চৎপনি। ফজনা ইরগা বার্ত্তণ তোয়্না ফংই। খৎনরগা থীনা ই। অদুবু প্রজানদি মখোয়না ঐবু য়াম্নমক চেকশিন্না লৌই। করিদি তৌগনি? প্রতিনিধি অমনা লাউরকই — সমালোচনা অমসুং ৱারী শাবা হায়বসি লৈতবা ইয়া য়াদবনি। অষ্ট্রীয়াগী দেলিগেট অমনা মত পীরকই — ঐহাক্তি য়াম্না য়েৎনগনবা ক্রিটিক অমনি। ঐনা নুংগী ওইবা অপাম্বদু ইবদা অকিবা লৈতে! খরা নিয়ম তুয়োম য়েংশিনবা অমসুং এনালিসিস তৌবগী দরকার ইরৈ লৈতবদি নত্তে। অদুবু কোরিওগ্রাফার হায়বসিমদি সমালোচনাদা লূপশিল্লোইদবনি। মপূং ওইবা পান্দমদি — নুংদগী ফুদোরকপনি। মতাং অসিদা য়েৎনবগী চোকথনরকপনরা কৈনো খণ্ডদে। জি, ডি, আরগী আর্টিষ্ট অমনা হৌদোরক্কুনা পূম্নমকসি লেপখৎমিন্নদুনা ঙাইহাক্তং জগোয় শামিন্নে। য়াম্না নুংঙাইবা মতৌনি। মতুংদা ভারতকী নরেন্দ্র শর্ম্মনা মতেক খরা ঙাঙই — জগোয় শাবগা ক্রিটিকক্না অয়াম্বনা পাউ ফাওনদে। আর্টিষ্টনা থেংনরিবা অৱাবা কয়াদু ক্রিটিকনা খঙবা ৱাৎলি। ইরিবা খরদুসু অয়াম্বনা ইয়াং য়াংবা ঙাক্তনি। ৱাহং অমসু হংলকই — ঐখোয়গী মরীক চুম্নবা পরম্পরা অসিবু অঙাংদসু খরা শিন্নবা য়ারোইদ্রা? অঙাংগী থিয়েটর শেম্ফম থোক্ত্রা। অঙাংনা খঙনবা নাট্য শাস্ত্র ইথোকপীগদবনি। অঙাংবু থৌশামন্দ্রে।

মতাং অসিদা ভারতকী ডাক্তর সুনীল কোথারীনা মহাক্কী হান্না য়েঙ্গোক্লবা সমালোচনাগী পেপর অদু সভাদা শন্নপনা পুথোকই। মহাক্কী চে অদুগী মরুওইবা ৱাফমদি জগোয়গী সমালোচনাবু লায়না লৌথোকপা চুমদে হায়বসিনি। জগোয়গী সমালোচনা হায়বসি ভারততদি অনৌবনি। ক্রিটিকশিংগী নৈনফম পূনফম লৈতে। হন্না হন্না য়েংবা নত্তনা অতৈ তমথনবগী উপায় লৈতে। অদুবু ক্রিটিক অমা ওইবদা চঙলিবসিদি য়ামখ্রে — নাট্যশাস্ত্র খঙবা তাই। ঈশৈ অমসুং কোন্নবা আর্ট অতৈসু খঙবা তাই। ঙন্নগদি জগোয় শাবা ফাওবা ঙমগদবনি। চুম্নগী খবরদা খরা খরা খোৎচিন্নবা অদুগী মতমদি হেল্লে। মতাং অসিদা মমিং চৎলবা দিল্লীগী ক্রিটিক কে, এস, শ্রীনিবাসননা পাংশিল্লকই। সমালোচনা নত্তে। ক্রিটিকেল এপ্রেসিয়েসননি জগোয় অসি পামই — তশেংনা হায়বা ঙমগদবনি। অদুবু খঙদ্রবদি মসি হায়বা ঙমলোই। হায়রিবা ভেল্যু সিসটেম অসিগা সমালোচকক্কী নুংগী ওইবা মশক্কা শন্নরিবনি। য়াম্নমক দরকার ওইরিব্সি — ইন্টেগ্রেটি হায়বসিনি। আর্টকী সমালোচনা হায়বসি অঙাংগী মীৎয়েংগুম্না লৈগদবনি — অঙকপা মীৎয়েংদা। য়াম্নমক ফজনা ঙাঙথোকখি।

মতাং অসিদা ক্রিটিক অমা ওইনা ঐহাকসু পাংশিল্লি। হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবদি — ফিজিক্সকা (নোংচুপকী) মেটাফিজিক্সকা (ভারতকী) তিন্নহনবনি। জগোয় হায়বসিগী অমতা ওইবা লোন লৈফম থোকপ্রা হায়না নীংই। নোংচুপকী জগোয়গী হৌজিক্কী মশকতা হুকচাংগী ওইবা মশকতা ছন্দ (ভাইব্রেসন) এনার্জিগী পোইন্ট থিবনচিংবগী চখরিবসি থাগৎনীংঙাইনি। মসিমক ভারতকী অরিবা পরমপরাদা য়াওরিবনি। হৌজিক্তি নোংপোক নোংচুপ অনীমক্কী তিন্নফম অমা লৈরক্লব্রা নীংই। অতৈ ঙাঙখিবা প্রতিনিধিশিংগী মনুংদা রাজকুমার সিংহজিৎসু মণিপুরী জগোয়গী মতাংদা ঙাঙখি।

নুংথিলদি অরোইবা বিদায়গী সভা ওইরে। ডাক্তর কপিলা বাটস্যায়ননা পূন্নমকপু মিনিট মখায় মুক ৱা ঙাঙদনা তুমিন্না ধ্যান তৌহল্লি। ভারতকী সংস্কৃতিগী মশক্লি — ৱা ঙাঙবদগীদি তুমিন লৈবনা হেন্না শক্তি লৈ। হায়রকই — হৌজিক্তি মীওইবা পূম্বগী ওইবা পরম্পরাগী ৱাফম খন্নবা মতম ওইরে। নোংপোক নোংচুপ অমতা ওইরক্লে। পরম্পরাগা পরম্পরাগা ৱারী শানরক্লে। শকখঙনবা হেল্লকলে। পূন্নমক থিবগী খোঙচৎতনি। চপ মান্ননসু থুংমিন্নগদৌরিবনি। য়াম্নমক নিংথিজনা লোইশিনবা ভাষণনি। প্রতিনিধিশিংগী তরফতগী ইউরোপকী অমনা হায়রকই। ওহোক্লা মপূং ফাগ্রবা নৈনবা হায়বদু ওইরে। ঐখোয় পূন্নমক মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈগদৌরি।

নুংথিল পূং ৩ তাবদা ইন্দিরা গান্ধী সেন্টরনা পুথোকপা "মতম" (কাল) হায়বা একজিবিসন অমা চেন্দুনা য়েংলুই। মদুমসু অঙকপনি। ঋগবেদগী ছন্দগা কোন্ননা মনুংদা ঈশিং চেন্থহন্দুনা অমম্বা মরক্তা ফাওদুনা ঐখোয়বু পুশিনবী — মতমগী গর্ভনুংদা। চহী যুগ কয়াগী খোঙচৎনি। কালগা মহাকালগগী শম্নবগী মশক্লি। অরোইবদা ঙানথোরকই থোরকপদা গুহা মনুংদগী। ভারতকী সংস্কৃতিগী চপচাবী মশক উৎপনি — সেক্রেটরী ডাক্তর কপিলা বাটস্যায়ননা। নুমিদাং পূং ৬.৩০ দা অমুক কমানিহোলদা চেল্লি জগোয়গীদমক। উৎলকই — "অন্তিম অধ্যায়" (অরোইবা পন্দুপ) উদয় শঙ্করগী অথোইবা সেবক "ভুমিকা" (দিল্লী) গী ডাইরেক্টর — নরেন্দ্র শর্ম্মগী। ঈংনা চীক্লা অশিবগা মায়োক্লহনবনি। রবীন্দ্রনাথকী "শেষ লেখা" হায়বদুগী "মাঙদা লৈরে শান্তিগী। ঈপাক। হোল্লো হিহোনবা হিসি" হায়বা অদু বেলেদা পুথোকপনি। য়াম্নমক অনৌবদি নত্তে। ভাবতি নীংথিজে। মথংদা শান্নরকই ডান্সরস গিল্ড (কলিকাতা) গী বেলে — "অরন্য অমৃত"। রাজস্থানগী নুপীশিংনা উমংবু পূজা তৌজবগী ৱারীনি — উগা মীগা খেন্নবা লৈতে

অমতনি হায়বসি ভারতকী সংস্কৃতিনা তম্বীবনি। অদুবু উমং য়াম্হোকপা হায়বগী হুকুম পুরদুনা নিংথৌগী অঙম্বশিং য়ৌরক্লে। হায়জবা কপচবা তাবীদ্রে! চেৎনা চেৎনা উজাউশিংবু কোঞ্জরিবীশিংদু উ য়ানবগা কোন্ননা হাৎতোক্লে। অহানবা শহীদতি অমৃত হায়বীসিনি। উমং তুমখ্রে। অদুবু উমং য়াওদনদি মীওইবনা হিংগদ্রা? ভারত নাট্যম উড়িষী অমসুং মণিপুরী (গুরু অতোম্বগী ছাত্রী) কলিকাতাগী মঞ্জুশ্রী চাকী সরকারগী পরিচালনা মখাদা পুথোকপনি ষ্টাইল কয়া য়ানশিন্নবা বেলেসি। লাইট অমসুং ম্যুজিক ফজে। অনৌবা মখলগী নৃত্য নাট্য অমনি (বেলে মশানা কৌজদে।)

তাং ১৫ অসিদি ডান্স সিম্পোসিয়ম লোইশ্লবনিনা — তশেংবদি ছুটি পাম্লবনি। ফনসু চেনবদা ৱারে। নুমিদাং অসিসু তোয়না হল্লক্লবনিনা ঐখোয়বু শকখঙবীবা, চানবীবা ওটো রিক্সা থৌবা য়াওরক্লে। ঙরাং অসিমকসু ত্রিবেনী থিয়েটরদা নুংথিল পুং ৪.৩০ তাবদা কথক অমসুং মোহিনী অট্টম য়েংখি। কথক জগোয়দা ভারততা নত্তনা মপান্দসু মমিং লৈরবী জয়পুর ঘরানাগী গুরু কুন্দললাল গঙ্গানিগী ছাত্রী প্রেরনা শ্রীমালী অমসুং পণ্ডিত বির্জু মহারাজগী ছাত্রী ভেরোনিক আজাননা অনৌবা জগোয়গী মশক্তা পুথোক্লুনা ভাবোকপু পেলহনখি। মথংদা থোরকই — ভারতী শিবাজী (মণিপুরগী ভাগ্যচন্দ্র ফেষ্টিবেলদা শাগ্লবী) গী মোহিনী অট্টম। আইতেম অনিখক মিনিট ৪৫ মুক্তা শারকই — মুখাচলম অমসুং পদম। পৃথিবীগী মফম কয়াদা জগোয় শারুরবীনি। মোহিনি অট্টমবু নৌহৌনা পুখৎলকপদা ক্রক ক্রক য়েংনরিবসি মীওই অনিনি সংস্থানগা কোন্নবা — বোম্বেগী ডাক্তর কানক রেলে অমসুং ভারত শিবাজী (দি আর্ট ওফ মোহিনী অট্টম হায়বা ইংরাজীগী লাইরিকসু ফোঙলে)।

তাং ১৫ গী অয়ুক অসিদি মণিপুরগী এম, পি, মরূপ প্রোফেসর এন, তোম্বীগীদা কোয়রুরে। প্রকাশ, ষ্টেট কলা একাদেমীগী সেক্রেটরী প্রোফেসার এল দামোদর য়াওরে। জগোয়, ঈশৈ, রাজনীতি অমসুং মণিপুরগী ৱারী পূন্নমক অমতা চীখদনা শারে। মথংগী নুমিত্তি পূন্না লঞ্চ চামিন্নবা ফাওবা য়ৌনা ৱারেপ লৌরে। নুংথিলদা কৈথেলনচিংবসু খরা কারুরে। ছাত্রনা ছুটি থাবদা হরাউজবমুক ৱাইশংলে। অদুবু জগোয় য়েংবদি লেপ্পা য়াদ্রি।

ঙসিদি চেল্লে — সিরি ফোর্টকী ওদিটোরিয়মদা। উৎকদৌরিবনা (নুংথিল পুং ৬.৩০ দা) কম্বোডিয়াগী রামায়ণ বেলেনি। মচেৎ মচেৎনি। রাবননা মরিচবু সনাগী শজি ওলহনদুনা থারকপা মশামক্তা মুণি শাদুনা রাম, সীতা অমসুংলক্ষণগী লৈফমদা লাকপা, হনুমানবু খুদোপ

পুহন্দুনা থাখিবা অমসুং রাবণ হাৎলগা অযোধ্যাদা হল্লকপগী সীন খরনি। ফীজেৎ লাকচেৎ নীংথিজে। অরং অরাক য়াম্না কাপই। কোকথোন ফাওবা কৃষ্ণগী চুড়া মাল্লি। শক্তা ফাওবা নকশিন্নে। হান্নবা খুদৈ শেৎপগী মতাং পনজখ্রে। লীলামক্কীদি নুংঙাইবা ৱাৎলি হায়বতাই। অসিবু থোইনা নুংঙাইবা লাকখিগদৌরি। জগোয় খুৎশাদি মণিপুরগা ওন্থোক্না নকশিন্নখ্রে। শাস্ত্রগী ৱাদি খণ্ডদে। ঈংন তপ্না লেম্না শাই। ঈশৈ অমা পূমতোং তোঙানখ্রে। ঐখোয়গী তালগী অকৃপ্না মশক য়াওদে। পেনাগী মখোলদা মখোয়না যন্ত্র খরগা হাপচিন্দুনা তৌবা তাই। মীশিংসি য়াম্না ৱাং চাউ শাংদে। ঐখোয়দৌনা তৌই। তশেংনমক শাগৈবু ওইরমগদ্রা?

দিল্লীদা লৈবগী অরোইবা নুমিৎ — তাং ১৬ তি তশেংনা পোথানিংলে। অদুবু খন্ন-নৈনবগী সভা মচা অমদি পাঙথোকই। চা কপ অমমম চুপ্পরদুনা। মফম্না ত্রিবেনী কলা সঙ্গমগী বেলে ইউনিটকী ডাইরেক্টর রাজকুমার সিংহজিৎ (পদ্মশ্রী) গী কা মনুংদা। পূন্নমক য়ানৈ — হন্দক্কী অসি পঙনা থোক্লরোইদবা মনুংঙাই অমনি। অদুবু নুংঙাইতবা অমদি কন্না ফাওরে। মণিপুরী জগোয়গী দিমোনষ্ট্রেসন অমা ফাওবা উৎপা ঙমখিদবসিনি। সিংহজিৎনা ঙম্লমই কন্না হায়জরবদি। মহাকসু মখোয়না হায়রকপা ঙাইরমব্রা? অদুবু মীচংদি কদায়? অপীকপা কাংলুপ্তা তিল্লুবগী মতম পূম্বগী ওইবা সমস্যা হায়ববু অসিনি। তশেংনমক নীংবা থুংহৌদে।

চপচাবা পাউ ফংলে। সিরি ফোর্টতা পুং ১১ তাবদা টাই (নক্ত্রগা খায়) রামায়ণ তৌরগনি। ঐখোয় পূন্নমক মতম চানা থুংলে ওন্থোক্না য়ামখ্রবা ভাবোক্না লোয়নননা ওন্থোক্না চাউনা শিল্লমলে। থাইলেণ্ডগী বোয়ার টাই ক্লাশিকেল ডান্স গ্রুপনি। ম্যুজিক অমসুং জগোয়গী কলাকার পুন্না ৫০ গী মথক ওইগনি। থাইলেণ্ডগী মিনিষ্ট্রি ওফ ইডুকেসন, ফাইন আর্টস দিপার্টমেন্টনা চলাইরিবা ট্রুপনি। জগোয় শারিবা অমসুং যন্ত্র পায়রিবা পূন্নমক আর্টস গ্রেজুয়েট ঙাক্তনি। ম্যুজিক অমসুং জগোয় শাবগা পুন্না কলাকার ৭০০ মুক দিপার্টমেন্ট অসিদা য়োক্তুনা থমলি। শান্নগদৌরিবা লীলানা রামায়ণগী মতাং খরনি — মরোলদা "রাম কিয়েং" কৌই। বাল্মীকিগী রামায়ণগা খেন্নবা কয়া হাপই (মপুংদদি মান্নরবসু) বৌদ্ধশিংগী ৱারীশিংদগী শরুক খরা অমসুং শ্রীবিজয়দগী লাকপশিং অদু নিংথৌরেল রাম অহানবা হায়বদুনা খোমজিল্লগা পুথোক্লম্বনি। রামায়ণগী সীন মঙা উৎলি। উমংগী সীন্দা মারিচ থোরকই সনাগী সজি ওন্দুনা। সীতাবু পুক্লীং চিংশিল্লি। অনিশুবদা রামগী আশ্রমদা রামনা শজি তান্নে অমসুং রাবণনা সীতাবু ফাদুনা পুথি। অহুমশুবদা জটায়ু

(সদায় হায়) না থিংনবা লাক্লে। মহাক্তি অমরনি, রামগী খুদোপ্তনা মহাকপু হাৎপা ঙমগনি। রাবণনা খঙদুনা সীতাদগী খুদোপ মুল্লি অমসুং জটায়ুদা লংশিন্দুনা জটায়ু হাৎলি। মরিগুবা সীন্দা হনুমানগা তান্নদুনা য়োংগী তেঙ্গোল শাগৎলি। অরোইবদা রাম রাবণ লান শোক্লে, ঙম্নদে। পোম্থাবা চৎনখি।

খোঞ্জেল অমসুং যন্ত্র ময়ামগী (কলাকারশিং ষ্টেজদা শকউনা ফমই) নুংশিত্রবা ম্যুজিকনি। তালগী অকুপ্পা মশক ওইদে। জগোয়গীদি — করি হায়গনি। ঈংনা তপ্না লেম্না — হকচাং পূম্বনা, ষ্টেজদা লৈরিবা কেরেক্টর পূম্বনা জগোয় শাই। হনুমানগী চোংবা ফনবা ফাগী য়াওই। অদুবু পূম্নমক ঈংনা লোইশিল্লি। ৱারী নীংথিজনা বেকগ্রাউণ্ডদগী শানহল্লি। মরোলদি  খঙদে। অদুবু মণিপুরী খোংজাইশিংনা কেনা ৱারী শান্নবদৌই। চহী কয়াগী মমাংদা ইন্দোনেশিয়াগী রামায়ণ উখি। অউবা পূম্ববু শুম্লৎখি। কাউবা ঙমখিদে। হন্দক্কী অসিনা টাই রামায়ণনা দিল্লী ভাবোক পূম্নমকপু মন্ত্রনা শুম্লৎপদৌনা থোকখি। ফীজেৎ পূম্নমক রাসকী পোলোইগুম্না অরং অরাক কয়ানা লংহল্লি। চপচানা মান্নববুদি নত্তে। খম্বা থোইবীগী জগোয়দা অকেবা অরেম্বা অমা য়াওরিবা, রাসকী ভঙ্গী পরেং শাগৎলকপদা থোৎখ্রবা নৌথ্রবা মশক অমা য়াওরিবদু হায়রিবা টাই রামায়ণগী কলাকারশিং অসিগী খুৎথেক শাথেক্তা উই।

ঐহাক খন্দবা ঙমদে। ভারতকী তাল শাস্ত্রনা মৈতৈ জগোয়দা চঙলক্ত্রিঙৈদা পেনা অমসুং অচৌবা পুংজাওতনা জগোয় তুংইল্লিঙৈদা অসিগুম্বা মশক অসি মণিপুরী জগোয়গী ওইরমগদ্রা? তাল শাস্ত্র চঙলক্লুনা পুং অমসুং ঢোলোক চঙলকপদগীদি জগোয়গী মশক অসি হোংদবা য়ারোই। তাল চানা জগোয় শাবা হায়বা অমা লাক্কনি। থুজিনবা তপ্পা নাইরক্কনি। অদুবু অঙকপা গুরুশিংগী মগুণনা তাল মখল কয়া চঙলক্লফাওবদা অরিবা জগোয়গী মশক অসি রাস অমসুং সংকীর্ত্তণগী জগোয়গী মশকসু কায়দনবা থনম্বা ঙমই। মসিনি মণিপুরগী গুরুশিংগী অঙকপা প্রতিভা হায়রিবসি।

উৎসব চাবদা ঐখোয়না হায়নবা অমা লৈ। মধূরেন সমা পয়েৎ। অথুম্বনা লোইশিনগদবনি। মৈতৈথুমনা নত্তে। ইকোন কোনবগী টাই রামায়ণগী মশক অসিদি উৎসবতা রসগুলা চারগা (নত্ত্রগা শঙ্গোম ক্ষীরনা) লোইশিনবনি। মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা জগোয় লাক্কনি হায়বা থাজদে। তাং ১৭ তা ইম্ফাল য়ৌরকই।

অদুবু  মৈতৈ থুমনা লোইশিনবগী চৎনবীদি হোংবা য়াদ্রি। সমালোচনানি। নীতি

চেফোং অমদা থিয়েটরগী পণ্ডিত ডাক্তর সুরেস অবষ্ঠিনা থীনা ইরকই। অরেম্বদা পৈশা মাঙহল্লি। সিম্পোসিয়মগী বিষয়সু মচেৎ অমতং তৌরগা মপুং ফাগদবনি। মীরৈবাক্কী ট্রুপতমক — বোম্বে, ত্রিবান্দ্রম, মাদ্রাজ, বঙ্গালোর, মহীশুর, জয়পুর, কলিকাতা অমসুং হরিদ্বারদা উৎহনবগী অর্থ করিনো? ভারতকী ট্রুপশিংবুদি চৎহনবা য়াদ্রা — নেশনেল ইন্টিগ্রেসনগীদমক। মমিং চৎলবী কুচীপুড়ীগী কলাকার স্বপ্নসুন্দরীনা সঙ্গীত নাটক একাদেমীবু (মপুং ওইনা আর্টিষ্টিক ডাইরেক্টর, কেশব কোথারীবু) মীচং মীখায় নাই — য়েংশিনগদবনি হায়না প্রতিবাদ তৌই। যামিনী কৃষ্ণমূর্ত্তিনা সমর্থণ তৌই। লাম্বাদা থোরকই কুমুদিনী লেখিয়া। পূন্নমক পৃথিবী জয় তৌরবী ঙাক্তনি। অচুম্বদি অমতা ওইবা য়াই। শক্লোন্দি য়ামই। ❑

১৯৯১ ইং

# মণিপুরী জগোয় রাসকী হৌরকপদগী মথং মথং চত্থরক্লিবা মশক

**ৱাহৌদোক ঃ** মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী যুম্ফমদা শাগৎপা মণিপুরী জগোয় রাসনি। নট সংকীর্ত্তন য়াওদনা রাস কৎপা য়াদে। "কীর্ত্তন চিন্তামনি" হৈবা রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামীনা তাকপীরমই গৌরলীলাদা কৃষ্ণ লীলা তিল্লরবতদা মাধুর্য্য ওইরকই (গৌরলীলাতে কৃষ্ণলীলা মিলনেতে মাধুর্য্য হয়)। অহানবা বৈষ্ণবকী শ্রীগুরু — গৌরাঙ্গদা চঙজদবা য়াদে। সংকীর্ত্তনগী রাগ অচৌবদগী হৌবদুনা শ্রীঅঙ্গ নিরূপন তৌবা হৌই সাধক দেহনা সিদ্ধ দেহ ওইরক্তুনা। মঞ্জরীনা সখীগী শক্তম লৌরকই। অমসুং ভাবকী সাধনাদগী মপুং ফারক্তুনা প্রেম অমসুং রসতা আশ্রয় ওইরক্তুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরন্দা চঙজরকই। ভাবুক্না রসিক ওইরকই। সিদ্ধ দেহ নৎত্রবদি নিত্যধাম বৃন্দাবন্দা চঙবা ঙমদে হায়বসি শাস্ত্রগী ৱানি। অদুগা শ্রীগুরুগী কৃপা নত্তনদি শ্রীবৃন্দাবন ফংবা ঙমদে হায়বসিসু অচুম্বনি।

অসিনা সংকীর্ত্তনগী শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা পূন্নমক প্রেম অমসুং রসকী অয়ৌবী সাধনাদা শ্রীগৌরচন্দ্রগী ভাবী ঙাক্তনি। তন্ত্র সাধনাগী নিয়ম মতুং ইন্না সাধানা নীংজরিবা দেবতা (দেবতাময়) ওইরক্তুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী রসতু চূপচবা ফংবনি। অসিগুমবা লীলাগী রসতা, তশেংবা রসকী সাধনাদা অয়েংবশিংনা ভাবুক অমসুং রসিক ওইরক্তুনা রস চুপচবনি। অসিনা হৌদবা য়াদ্রবা নট সংকীর্ত্তনগী মশক্তা শ্রীগৌরচন্দ্রগী ভাবীদা বৃন্দাবন র্বণন তৌদুনা থনম্লগা জগোয় রাস হৌরকপনি। রস চূপ্লিবদি শ্রীগুরুনি। পালানা সিদ্ধ দেহগী মশক লৌদুনা হকচাংনা শ্রীঅঙ্গগী মূর্ত্তি ওইরক্তুনা মাধুর্য্য রস অমুক নৌহৌনা চুপচবা ফংবনি।

**জগোয় রাসকী মখলশিং ঃ** ইং কুমজা ১৮ শুবা শতাব্দীদগী রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌরকপা জগোয় রাস অসি করম্বনা ইহান হানবনো হায়বসি মত খেন্নরি। শ্রীমদ্ভগবতকী চপচাবা রস হায়রবদি মহারাসনি — রাসপঞ্চধ্যায়মক হেক শান্নবা মহারাসনি। মসিনবু ইহান হাল্লম্বসু য়াই। অদুবু পণ্ডিত খরনদি খর লায়বদগী কুঞ্জরাসনবু

হাল্লমগদ্রা হায়নবসু য়াওই। অদুগা বসন্তরাসসু রাজর্ষিগী মতমদা কৎলম্বা য়াবগী প্রমাণ লৈ। অদুনা রাস মখল অহুম — কুঞ্জরাস, মহারাস অমসু বসন্তরাস ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা কৎপা হৌখিবনি হায়না লৌবা য়াই। মতুংদা ঈশৈ অমসুং জগোয় হাপচিল্লকপনা অমনি গুরু প্রনালী য়েংলবদি ইহান হানবা গুরুদি ভাগ্যচন্দ্রনি হায়গদবনি। মহাকপু তেংবাংখিবা পণ্ডিত অমসুং ওজাশিংগী মনুংদা পন্নরিবা মীওই অহুমদি — খুম্বোং সিদ্ধান্ত চন্দ্রমনিগী মনাউ কবোখুম্বোংবা, রসানন্দ ঠাকুর অমসুং ঙাংবম স্বরুপানন্দনি। ভঙ্গী পরেং অহুমগী মনুংদা ভঙ্গী পরেং অচৌবতং রাজর্ষিগী মতমদা কৎখি। খুরুম্বা ভঙ্গীপরেং অমসুং বৃন্দাবন ভঙ্গী পরেংনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা শেমখিবনি। নিত্যারাসসু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা পুথোকখিবনি। রাস অসিবু শেমখিবা ওজাশিংদি সনাচন্দ্রহাস, থোকচাউ মরিবা অমসুং বামন থৌরানী শাবী অহুম অসিনি। অয়াম্বা ঈশৈনা শ্রীগোবিন্দ লীলামৃতদগী লৌথোকই। মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদা মহারাসগী মনুং চনবা ওইনা লৈবা-গোপী গোপালরাস (এক গোপী এক শ্যাম) পুথোকখি ওজা মরিনা — নিংঙোম্বম গোবিন্দ, কাংজম অমু, নিংঙোম্বম অমু অমসুং নিংঙোম্বম ইবোমচানা। নিংথৌ অসিমক্কী হাক্‌তক্তা কৎখি দিবারাস অখাম ওজা তোম্বনা। অকোনবা রাস অসিদা নরোত্তম দাসকী লালসাগী ঈশৈ মখল কয়া শকই।

**রাস লীলাগী মপুং ওইবা শকফম (ষ্ট্রকচর)ঃ** জগোয় রাসতা রস খরা খরা খেন্নবগী মতুংইন্না লীলাগী তোঙান তোঙানবা মশক লৈরবসু রাস পুম্নমক্তা খরদং অথোই অহেন নাইনা মখাগী কায়াৎশিং অসি য়াওরি। মখোয়দুদি —

(ক) নিপাপালাগী মতুংদা পুংগী রাগ মচা হৌদুনা সুত্রনা রাগ হৌবা অমসুং মদুগী বাহননচিংবা শক্লগা মথং মথং বর্নন ওইনা শক্তুনা গুরুবন্দনা অমসুং বৈষ্ণব বন্দনা তাগনি।

(খ) সুত্রনা গোপী আভিসারনচিংবা শক্লকপদা গোপীশিংসু ঈশৈ শকপা য়াওদুনা রাগ হৌগনি। গোবিন্দগী মহারাস অমসুং কুঞ্জ রাসতদি গোপীনা রাগ হৌদে। অদুগা খুল্লক্কী রাসশিংদদি গোপীগী রাগ য়াওই।

(গ) মথংদা কৃষ্ণ বর্ননগী মতুংদা কৃষ্ণ অভিসার তাগনি অমসুং মুরলীনাদ তৌগনি। গোবিন্দগীদি রাধাকৃষ্ণ মাগুবতা লেংথোকপনা কৃষ্ণ অভিসার, রাধা অভিসার, কৃষ্ণনর্ত্তন অমসুং রাধানর্ত্তনগী শরুক য়াওদে। খুল্লক্কী রাসকীদি য়াওই।

(ঘ) মথংদা গোপী অভিসার লাক্কনি। রস রসকী মতুংইন্না বৃন্দা সখীনা মণ্ডলী শেম্বা তিনতাল মচা দুইতাল অমসুং চালি অফৈবীনচিংবা মতাং অসিদা গোপীনা ঈশৈগা কোন্ননা

শাগনি।

(ঙ) মথংদা ভঙ্গী অচৌবা শাগনি।

(চ) খুল্লকী ওইনা কৃষ্ণ নর্ত্তন, রাধা নর্ত্তন, ললিতা নর্ত্তন অমসুং করিগুম্বদা বিশাখা নর্ত্তন ফাওবা য়ৌনা জগোয় শাগনি।

(ছ) মথংদা লেমহৌরিবা ভঙ্গী অনি নৎত্রগা অমা খুরুম্বা পরেং নৎত্রগা বৃন্দাবন পরেং শাগনি।

(জ) মথংদা প্রার্থনা শক্লগা রাধা কৃষ্ণদা পুস্পাঞ্জলি কৎলগা ললিতানা আরতি কৎতুনা গৃহগমন শক্লগা লোইশিনগনি। গোবিন্দগীদি গৃহগমন শক্তে।

মথক্কী অসিনা চাউরাকপা কায়াৎনি। ঝারী মতাং খেন্নবগী মতুংইন্না হাপচিনবা থৌদোক কয়াসু তোঙান তোঙাননা লাক্কনি। হায়রিবা ময়াম অসিদগী অমুক দিবারাস য়ৌরকপদদি খেন্নবা ফনা য়ান্না লাক্কনি।

**মহারাস ঃ** মপুং ওইবা য়ুম্ফমদি শ্রীমদ্ভগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়নি। অধ্যায় মঙামক্কী মশক পুন্নমক চাউরাক্লা শ্লোকনচিংবা শক্তুনা থীদুনা য়াওহন্নবা হোৎনৈ। সূত্রগী রাগদা মমাংঙৈদা মৌরীনা হৌরম্বদগী হৌজিক্তি কোনুংদা কানড়াদা হৌরে। গোপীগী রাগদি খুল্লক্কী মহারাসতা য়াওই-কেদারনি। মপুং ওইবা রস্তি কৃষ্ণনা মাঙবা (অর্ন্তধান) য়াওই। গোপীশিংগী মফমদগী রাধাদগীসু নাপলগী শরুক মাওহন্নবা। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা হান্নগী নাইতোম ওইনা লৈজরম্বা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী মথক্তা বৃন্দাবন পরেং হাপচিল্লকই।

**কুঞ্জরাস ঃ** পদ্মপুরাণগী পাতাল খণ্ডদগী ঝারী ওইনা লৌথোকই হায়না থাজনৈ। খ্বায়দগী হেন্নসু তেনবা জগোয় রাসনি-ঝারীসু চুন্নগী রাধা কৃষ্ণগী কুঞ্জলীলাতনি-সখিশিংগা লোয়নবা। গোবিন্দগীসু খুল্লক্কীসু দুইতাল মেল, তানচপ, চালীগী জগোয় য়াওই ঈশৈগা কোন্নবা। খুল্লক্কীদা য়াওই-কৃষ্ণনর্ত্তন, রাধানর্ত্তন। ভঙ্গী পরেং অচৌবতমক শাই। গোবিন্দগীনা ব্রাহ্মনপুজারীনা আরতি কৎলি। খুল্লক্কীনা ললিতা সখিনা কৎলি। ঈশৈগী শরুক্তা পদাবলীগী ঈশৈ অমসুং শৈশক কয়াগী মথক্তা গোবিন্দলীলামৃতগী সর্গ ১১ শুবগী শ্লোকচিংবা ফাওবা সূত্রনা ছাড়াদা থীবা য়াওই। মমৈদা ওজা ঝুলনমচাগী ঈশৈনচিংবসু হাপচিল্লকই। পণ্ডিত খরগী মত মতুংইন্না মহারাসনা ভাগবতকী কার্ত্তিকপুর্নিমা (ঝাফুকপা) দা কৎথ্রবদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা কুঞ্জরাস হায়না মিংথোন্দুনা মেরা ঝায়ুংবদা কৎখিবনি থাজনৈ।

**বসন্তরাস ঃ** গোবিন্দগীদা অহানবা ওইনা সৃত্রনা শিশির রাগ হৌগনি। গোপীগী রাগ অসি গোবিন্দগীদদি মহারাস অমসুং কুঞ্জরাসতা য়াওদে। মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদগী হৌজিক্কী শিশিররাগগী মহুত্তা কামোদ রাগনা মহুৎ শিনখ্রে। শক্লিবা পদশিংগী মনুংদা রাজর্ষিগী মিংদা লৈবা পদশিং য়াওই। খুদম ওইনা গোপী অভিসারগী মতাংদা "সখির অনুগা মলিন মানব নরপতি ভাগ্যচন্দ্র এই আশা" হায়বা থেংনৈ। মণ্ডলী শেম্বা লোইরবদা গোপীগী রূপ প্রার্থনাদা ছাড়াদা গোপীশিংনা শকই —

মেধ পুঞ্জ নিন্দিবর্ন বিষ্ণুরাভা বাসক
র্বহাপুচ্ছ চারুচিত্র চূড়চক্র কামুক
ক্রোঞ্চ পংক্তি মঞ্চদিব্য লম্বি জ্যোতি হারক
ত্বাঞ্চ যামি ভাগ্যচন্দ্র প্রাননাথ মাধব।।

অমুকসু রাধা নর্ত্তনগী মতাংদা মখাগী পদশিং অসিসু শকই —

"কতহ্ আনন্দ শ্রীরাধা গোবিন্দ হেরি অনঙ্গ ভুলল
সে রুপমাধুরী হেরি ভাগ্যচন্দ্র (সিংহ) রতহ প্রেম বিভোর।।

বসন্ত রাসতা ফাগু খেল য়াওই। চন্দ্রাবলীগী জগোয় য়াওই। শ্রীমতিরাধাগী মান য়াওই। গীতগোবিন্দগী শ্লোক কয়ামুক থী অমসুং শকই। অদুবু খুল্লক্কী বসন্তরাসতা গীতগোবিন্দগী পদশিং লৌখৎতুনা দুর্জ্জয়মানগী "স্মগরল খণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং" য়ৌনা হাপচিল্লকপসি কাহেনবনি হায়না পণ্ডিত খরনা ফোঙদোকলি। গোবিন্দগী বসন্তরাসতা অসুক য়ৌশিন্না উত্তে।

**গোপী গোপাল রাস (এক গোপী এক শ্যাম) ঃ** চূড়াচান্দ মহারাজগী মতমদা হাপচিল্লম্বা ভাগবতমক্তা হায়রিবা ভাব অদু য়ৌনা মূর্ত্তি পান্দুনা থোরকপগী মওংদা গোপী অমগা কৃষ্ণ অমগা যোগ মায়াগী শক্তিনা শান্নহল্লকপগী মশক্কি। মহারাসমক্কি হায়না লৌগদবনি। মপুং ওইবা শরুকসু মান্নরিবনি। অসিগুম্বা রাস অসি হৌজিক্তি ইশান শান্নখিদ্রে।

**নিত্যরাস ঃ** নিত্যরাসতি গোবিন্দদা কত্তে। চন্দ্রর্কীত্তি মহারাজগী মতমদা গোবিন্দলীলামৃতদগী অয়াম্বা ঈশৈ লৌখত্তুনা হান্নগী লৈরম্লবা রাস হায়বদি কুঞ্জরাস, মহারাস অমসুং বসন্তরাসকী মওং লৌরগা মতম পূন্নমক্তা শান্নবা য়াবা রাস অমা ওইনা কৎখিবনি। শেম্বীখিবা ওজাশিংদি সনা চন্দ্রহাস, থোকচাউ মরৈবা অমসুং বামন থৌরানী

শাবীনচিংবা মতম অদুগী পুং ঈশৈ তৌবা ওজাশিংনি। আদিপুরানদসু নিত্যরাসকী মপুং ওইনা তাকপা থেংনৈ। শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জ য়ৌরগা বৃন্দা শখিগা উনদুনা বৃন্দানা লৈ থিবা, কৃষ্ণনা শয্যা শেম্বা য়াওই। সূত্রনা নিভৃত-নিকুঞ্জবনদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী যুগল প্রাথনা অমদি সখী ৮ গী সেবানচিংবা মথং মথং অওক অথোং তৌদুনা শকমিন্নগনি। মসিদা তিনতাল মচাগা কোন্নবা জগোয়গী মোত য়াওই। মথংদা চালি অফৈবী শারগা মথং তারকপদা তোঙান তোঙানবা তালগী জগোয় ঈশৈ অমুক তাগনি। ললিতা নর্ত্তন য়াওই। বিশাখানচিংবগী ফাওবা নাইতোম জগোয় কৎনৈ। সখী নর্ত্তন লোইরবা তুংদা বৃন্দাবন ভঙ্গী পরেং অমসুং মতুংদা খুরুমবা ভঙ্গী পরেং শাগনি। হৌজিকতি বৃন্দাবন নৎত্রগা খুরুম্বগী পরেংনা মতম ফংনদবগী কৎনরে। নিত্যরাস অসিবু নর্ত্তন রাস হায়না কৌনবসু য়াওই। মসিদা শুক শারী অনিমক্কী অপূনবা জগোয় য়াওই।

**দিবারাস ঃ** নুংথিলগী মতমদা শান্নবা রাস ওইনা অতৈ রাসশিংদগী দিবারাসনা ইতোপ তোপই। ঈশৈগী শরুক অয়াম্বদা নরোত্তম ঠাকুরগী লালসাগী পদাবলী শীজিন্নৈ। রারী মপুংদি গৌরীগী অট্টালিকা দর্শনগী ভাবীদা থোরকপা রাসকী মশক্নি। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সখীশিংগী গোষ্টগী ঈশৈ শকই। রাধাগী কায়ন মৈচাক উৎলি ঈশৈদা। মথংদা কৃষ্ণ অভিসার তৌরগা কৃষ্ণগী অনুরাগ য়াওই। দুতীগী মশক্তা য়াওই তুলসী মঞ্জরী অমসুং বৃন্দা সখী। দিবারাসকী তোপ তোপ্পা অমনা অনঙ্গ মঞ্জরী য়াওই। শ্রীকৃষ্ণনা ময়ায়দা লৈরগা য়েৎথংবদা অনঙ্গ মঞ্জরী ওইরোমদা রাধানা লৈরগা অহুম পুন্না জগোয় শামিন্নৈ। সহজিয়া ভজনগী কিশোর কিশোরী ভাব য়াওই অনঙ্গ মঞ্জরীগা কোন্ননা। অসুম তৌদুনা ঈশৈশক্লা জগোয় শাই — তেহ্‌রা দা অমসুং মেনকুপতা। মফমনা রাধাকুঞ্জগী ময়ায়দা লৈরিবা অনঙ্গাম্বুজদনি। রাধা নর্ত্তনসু য়াওই। মথংদা অনঙ্গমঞ্জরীগী নর্ত্তন অমসুং প্রার্থনা য়াওই। অনঙ্গমঞ্জরীনা সখীগী ভাবতা সাধক ওইনা লৈবা স্বাধীন ভক্তকাগী সেবাদদি চঙই-তুলসী অমসুং অতৈ সখীশিংনা। মথং মথং ওইনা চত্থরকই-কুঞ্জআরতি, ক্ষমার্পন প্রার্থনা অমসুং অরোইবদা পুষ্পাঞ্জলি। গোপীশিংনা থবায় হকচাংগা লোয়ননা পুষ্পাঞ্জলি কৎচবদা অতিয়াগী লাইয়ামশিংসু স্বর্গগী পারিজাত লৈরাংশিং চাইথরকই। কৎচরিবসু পঞ্চপ্রাননা পুষ্পাঞ্জলি ওইদুনা মপোক মপোক খুদিং দাসী ওইজগে হায়না কৎচবনি। রাস অসি মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদা ওজা অখাম তোম্বনা শাগৎপীরম্বা জগোয় রাসনি। সঙ্গীত মাধবতা হায়বগী মতুংইন্না অমসুং শ্রীকৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহদা পনবগুম্না বসন্তগী মতমদা শান্নগদবা

বসন্ত দিবারাসনি।

**ভঙ্গী পরেং অচৌবা ঃ** জগোয় রাসতা কৎনরিবা ভঙ্গী পরেং অহুম্মক অসি ঈশৈগী তুংইন্দুনা শেম্বা নত্তে। পুমতোপ তোপ্পা মপুং ওইবা রস ফোঙদোক্নুনা শেম্বা নৃত্ত প্রবন্ধনি; নৃত্যপ্রন্ধ নত্তে। অসিনা ভঙ্গী পরেং পুথোকপদগী হৌরদুনা ঈশৈ মখল কয়া কয়া ওজাশিংনা হাপ্পদুনা কৎনরি। ইহান হানবা মহারাসকী ভঙ্গী পরেংগী ঈশৈ ময়েক করি ওইরমগদগে চপচানা লেপ্পা ঙমদে। নরসিংহ মহারাজগী মশুইবেম্মা লৈখিদ্রবী লৌরেম্বম ওংবী ইবেমহল দেবীগী মততা মখাগী ঈশৈ অসিনা অহানবা ওইরম্বা য়াই তাকপী —

শ্রীরাধা গোবিন্দ সঙ্গে সখিগন ধন নাচে।।

সুখদ রজনী বনে রাধা মাধব সঙ্গে

নাচত কিঙ্কিনী বাজে।

শৈশক্তি মাঙখ্রে। মথংদা লাকই —

কত কত পদুমিনী পঞ্চম গাওত

মধুকর করু শ্রুতি ভাব।

মধুকর মিলিকত পদুমিনী গাওত

মুগ্ধল গোবিন্দ দাস।।

লৈখিদ্রবা পদ্মশ্রী গুরু অমুবীনা "লফুধন গোবিন্দ তত্রাউ তত্রাউ" হায়বা থায়নগী ঈশৈ অমা শরুরমই হায়বদু মথক্কী "মুগধল গোবিন্দ দাস" হায়বসি ওইগনি। মুগদ্ধলগী মহুক্তা লুবধল হায়না শরুরমই ঈশৈ। অসিমক্তি লৈখিদ্রবী ইবেমহল দেবীনা শক্তুনা ডান্স একাদেমীনা রেকোর্ড তৌদুনা থল্লি। মথংদদি লাক্লে — "নাচতনাগরী নগর সঙ্গে", রসময়ী শ্রীবৃন্দাবন, সুখদ রজনীতা তাথৈয়া (মৃদঙ্গ মুরুর্জবাজে) অমসুং পঙকুই কুইদনা পাদন্য সৈভুর্জবিধু তাভি ঃ (ভাগবতকী শ্লোক)। ভঙ্গী অচৌবগা কোন্নবা ঈশৈ ৭ অসিগী মনুংদদি "তাথৈয়া" নী ঈশৈগা কোন্নবা ভঙ্গী পরেং অচৌবগী ঈশৈ। ❑

*১৯৮৪ ইং*

# মণিপুরী জগোয় রাস অমসুং নট সংকীর্ত্তন

মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন হায়বসি মণিপুরীশিংগী লাই হরাউবা, পাফলনচিংবনা য়ুম্ফম ওইরগা ভরতমুনিগী নাট্য শাস্ত্র, শ্রীমদ্ভগবত অমসুং অতৈ পুরাণশিং অমসুং জগোয় ঈশৈগী শাস্ত্রশিংদগী লৌথোক্তুনা তোপ তোপ্পা শেম্লল্লবা নাট্য মখল অমনি। জগোয় নট সংকীর্ত্তনগী মনুং চনবা শরুক অমনি, অতোপ্পা অমা নত্তে। তৌবত্বু রাসকীদি তোপ তোপ্পা মশক অমদি লৈজে। অনিমক্কী মশক চপচানা খঙদোকপা দরকার ওই। অনিমক রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকপীরম্বনি। মণিপুরগী পণ্ডিতশিং, জগোয় ঈশৈগী ওজাশিং অমসুং শাস্ত্র খঙলবা পণ্ডিতশিংনা কুপ্পা তান্নরগা পুথোকখিবনি। শাস্ত্রনা হায়বা ঙাক্তা তৌবসু নত্তে। শাস্ত্রনা য়ুম্ফম ওইবা ফাওবতনি। অনৌবা খুৎশেম অমমমনি।

ঈশৈ শক্তুনা জগোয় শাদুনা অভিনয় তৌববু নট হায়না খঙনৈ। শ্রীকৃষ্ণবু নট বরনি হায়বদগী অদুম শীজিন্নবা হৌই হায়বা য়ারে। রায় রমানন্দসু শ্রীকৃষ্ণ চৈতৈন্যদা অসুম্না মত পীখি। শব্দগীদমক্তদি পানিনি ব্যাকরণ (খৃষ্টকী মাঙ চহী ৪০০ শুবদা) দা থেংনরবনি অর্থদবু রা ঙাঙদনা মতৌ তম্ববু খঙনবনি হায়না লৌই। মহাভারততসু নট রাহে থেংনৈ-টীকাকার নীলকন্ঠনা শীজিন্নরবনি নট নর্তকা (নটকী জগোয় শাবশিং) হায়দুনা। রাজর্ষিনদি বৈষ্ণবকী শঙ্গীতশাস্ত্রদগী লৌরম্বসু য়াই। অদুবু য়ুম্ফমদি লাই হরাউবদা লৈ। শ্রী সনখ্যা ইবোতোম্বীনা নাট্যকী মথং মথংগী কায়াৎ ৪ মক অধিবাস, পুর্বরঙ্গ, রঙ্গ অমসুং অন্তরঙ্গ মণিপুরগী লাই হরাওবদা লৈ হায়না প্রমাণ তৌরি। নট সংকীর্ত্তনদসু চপ চানা য়াওরি। অধিবাস হায়বসি রঙ্গদেবতা পুজানি — নাট্যগী অহৌবা শরুক্কি।

মপূং ওইবা রাফমদি নট সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ তৌরবদি মৈপূজা (অগ্নিদেবতা) তৌবা তাই। পোৎচৈশিংগা লোয়ননা যজামান য়াওগনি পুরোহিত য়াওদবা য়াদে। মতাং অসি পণ্ডি তরাজ অতোম্বাপুগী "মৈতৈ কীর্ত্তন" কৌবা লাইরিক্তা নীংথিজনা শন্দোক্তুনা তাক্লি। সম্প্রদায়গী আচার মতুং ইন্না য়ুম্বুনা (যজমান) যজ্ঞ তৌবীরিবা পুরোহিতশিংদা ফি কত্তুনা বরিবগী থবক তৌই। লুপা, সনা কৎপা তৌহৈদে হায়দুনা চৎনদে। অমুকসু

গন্ধচন্দননচিংবনা পূজা তৌববু অধিবাস হায়না খঙনৈ। (সংস্কারো গন্ধমাল্যাদ্যৈয়ঃ সাত্তদধিবা সন্ম - অমর) নোংমা ৱাৎলিঙৈগী অধিবাস অদুনা উপবাসকা নকশিন্নে। হয়েং কর্ম্ম তৌগনি হায়রবদি লাৎকদবা ভগবাননা ঙসিনা লাক্তনা যজমান অদুদা লৈরি উপবাস হায়বদি নাক্তা লাকপা হায়বনি। বৈদিক যুগতদি মতম অসিদা হায়বদি নোংমা ৱাৎলিঙৈদা অগ্ন্যাজ্ঞ তৌই মদুদদি য়ুম্মুনা চরা হেল্লি। অসিননি উপবাসনা চরা হেনবগী অর্থদা চৎনরক্লিবসি। অগ্ন্যাজ্ঞ তৌদ্রবদি মৈ হৌবগী মহুত্তা মনম নুংশিহন্দুনা পোৎ কয়ামুক কৎলি মদুবু অধিবাস কৌবনি। নোংমা ৱাৎলিঙৈদা অধিবাস হৌখ্রবসু কীর্ত্তনগী নুমিত্তসু তৌদবা য়াদে। শ্রীসনখ্যা ইবোতোম্বীনা নাট্যগী মশক ওইবা সংকীর্ত্তনদা মতাং মতাংগী মতুংইন্না নাট্যশাস্ত্রগী প্রারম্ভ (রাগ হৌবা) ত্রয়ত্ন (রাগতাবা) প্রস্তিসভাব (মেল) ফলপ্রাপ্তি (তাঞ্চপ) অমসুং ফলযোগ (মেনকূপ) য়াওই হায়না প্রমাণ তৌনবা লাক্লে। মসিসু মীৎয়েং অমনি।

মণিপুরগী সংকীর্ত্তন বিচার ওনথোক্লা কুপখ্রে। মথক্কী অসিনা পৌরপ চৎপনি। কনানা কনানো হায়বসিদা ভাব অমসুং রসতা অঙকপা ফংনা কুপ্না মখল কয়া থোক্লা লৈখ্রে। খরা কুপশিনবা ভাবনা সংকীর্ত্তনগী মূর্ত্তিদি রাধা কৃষ্ণ অনিগী মিলনগী মশক্লি। বার্ত্তন তৌরিবা য়ুম্মুনা শ্রীরাধানি — ফংদুনা লাক্লিবনা (হায়বদি ভাবুক পূম্নমক্না) শ্রীকৃষ্ণনি। খোং হামফমদা অনিমক উনরে অদুনা চঙমিন্নরক্লে। বার্ত্তন তৌদুনা লাক্লিবা পঞ্চতত্বগী মশক ওইবা চৈতন্যসম্প্রদায় (শ্রীচৈতন্য, নিত্যানন্দ, অদ্বৈত শ্রীবাস অমসুং গদাধর) য়ৌরক্লে। মান্দবন শ্রীবৃন্দাবনা ওল্লে। চুম্নগী সাধক দেহনা বৃন্দাবনদা চঙবা য়াদবনা সিদ্ধদেহ ওইনা গোপীভাব লৌদুনা রাগ অচৌবা (নত্ত্রগা মান্নবা রাগশিংদা) হৌবদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিদা চঙজবগী ভাবতা চৎথগদবনি। অমুকসু রাগসঞ্চার, তিন তাল, রাজমেল, তানচপ অমসুং মেনকুপ মঙা অসিনা রাগগী মূর্ত্তি শাগৎপনি হায়না লৌই। শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মনা মহাক্কী "সংকীর্ত্তন বিচার" কৌবা লাইরিক্তা লুখ্রবা কীর্ত্তনগী বিচার অসিদা থায়নগী মৈতৈগী লায়নীংগসু মরী লৈনবগী ৱাফমসু পল্লকই। খুদম ওইনা অমতং লৌরবদা "মৈতৈ নোঙ্গারোনগী মতুং ইন্না খোঙ হামফমদা থোঙঙাক লাইরেম্বী পিবা কোংদিংনু লৈ। মফমসিদা অশি থৱাইনা থোঙঙাক লাইরেম্বীদগী য়াথং লৌরগা খোঙহামপাৎ চত্তুনা লফু শাদোংগনি। (সংকীর্ত্তন বিচার ১৯৮৩ লামায় ১৪) নাট্য শাস্ত্রগী য়ুম্ফমদা নটসংকীর্ত্তননা শাগৎলবসু মমৈ থংদদি বৈষ্ণবগী রস সাধনাগী ঈচৈলদা মণিপুরী সংকীর্ত্তন ওনথোক্লা

কুপশ্রবা যজ্ঞ লাইনীং পরে অমা ওইররে। কনশ্রবা বৈষ্ণব সাধনাগী মশক ওইরে। চুম্নগী টেকনিক কায়াৎ অমসুং শাস্ত্রগী ৱা নত্রে।

নাট্যগী মশক অমা ওইনা জগোয় রাসকী মশক নাট্য শাস্ত্রদা ফংদে। কনাগুম্বনা নাট্যশাস্ত্রগী রুপক মখল অমা ওইনা "নাটিকা" হায়বা অমা থেংনবসি রাসকা নক্নবা ওইগদ্রা থাজনৈ। মদুদি নত্তে খৃঃ গী শতাব্দী ১২ গী অদুৱাইদা চণ্ডলকপা ভোজগী "শৃঙ্গারপ্রকাশ" অমসুং অভিনবগুপতগী টিকা "অভিনবভারতী" দা উপরূপক হায়দুনা জগোয় ঈশৈনা প্রধান ওইবা নাট্যগী মশক অমা পুশিল্লকই।

মতুংদা লাইরিক অনি অহুম্না সমর্থন তৌরকই। বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী য়াওনা উপরূপককী মখলদা পল্লি "রাসক" অমসুং "গোষ্ঠী" মণিপুরী জগোয় রাস অসমুং গোষ্ঠ লীলাগা খরমখৈ নক্কে। অদুবু চপচানা য়েংশিল্লুরবদি খেন্নে। খুদম ওইনা "রাসক" হায়বসিদা পাত্র মণ্ডা, অঙ্ক অমা লৈগনি হায়বগী মশক য়াওই। মণিপুরী রাসতি অদু নত্তে — অশাংবা নাট্যগী মশক্তি। অসিনা চুম্নগী মমিংতা মরৌবা নত্ত্রগা পুমনৌ নৌবা অমা ওইনা সঙ্গীত শাস্ত্রগী য়ূম্ফমদা শাগৎপনি হায়রবসু কায়রোই। তশেংবমকসু মদুনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মীৎয়েং তাবীরম্বা য়াবা আসামগী কৃষ্ণ অভিসার, গোপী অভিসার য়াওবা সত্রীয় নাচতগী মণিপুরী রাস লাকই হায়বা য়াদবগুম্না। ৱাখলগী মীৎয়েংগী নক্নবা খরগী মখৈদি লৈরম্বসু য়াই। মণিপুরী জগোয় রাসতি মণিপুরতগী ওইবা ওজা গুরুশিংগী খুৎশেম অমনি। লাই হরাওবগী য়ূম্ফমদা শাগৎলকপনি। বৈষ্ণবকী সাধনা অমা ওইরকপনি। রাস লীলাগী অথুপ্পা মরমদি করিনো? মসিগীদমক্তি শ্রীমদ্ভাগবততা চণ্ডজবা তাই। রসগী মশক ওইরবা ভগবান কৃষ্ণনা মাধুর্য্য আস্বাদন তৌনীংদুনা হলাদিনী শক্তিগী মশক ওইরবী ব্রজগী গোপীশিংগা শান্নখিবা লীলানি। কমদৌনা? অঙাংনা মশাগী মমিগা শান্নবগুম্না। ভগবত্তা হায়রিবা — "রেমে রমেশো ব্রজসুন্দরীভি যথাভকঃ স্বপ্রতিবিম্ব বিভ্রম ঃ" রাস-মণ্ডলদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপী মণ্ডলীনা কোয়শিন্দুনা মখল মখা অয়াম্বা বিভ্রম ফোঙদোক্তুনা অঙাংনা মহাক্কী প্রতিবিম্বগা (মমিগা) শান্নবগুম্না। ভগবানদি রসময়নি, আনন্দময়নি অসিনা মহাক্না লীলা শান্নবনি। অতোপ্পা মরম অমনা মহাক মথনতনা নুংঙাইতে (সএকাকী ন রমত) অদুনা নীংখি — ময়াম ওইনা ফোংদোক্কে। অদুবু ফোংদোকক্লিবসি হকচাংনি — মমি নত্তে, মিথ্য নত্তে। জড়দেহ অসিমক্তনা আধ্যাত্মিক আনন্দ ফোঙদোকপা য়াই হায়বসি উৎননবা রাস লীলা শান্নবনি। অসিনা শ্রীগোবিন্দনিরুপণ তৌরবদা রাজর্ষিনা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ

লিংখত্তুনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা আত্মাহূতি তৌই। অমুকসু কুঞ্জরাস মহারাস কত্তুনা সংকীর্ত্তন যজ্ঞগী মশক ওইবা আত্মা সমর্পন তৌজে। অসিনা শক্করি হৌজিক ফাওব "জয় জয় শ্রীরাধা গোবিন্দ দেব। শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবরসেব"। কলিযুগকী ধর্ম্মদি সংকীর্ত্তননি। ভক্তনা সংকীর্ত্তন তৌবা মফমদা ভগবাননা লেঙদনা লৈ হায়না নারদ সংহিতানসু হায়রি।

ভগবতকী শ্রীরাস পঞ্চধ্যায়দা অসুন্না হৌরি — "ভগবানপিতা রাত্রী ঃ শরদোৎ — ফল্লমল্লিকা ঃ। বীক্ষ্যরনতং মনসচক্রে যোগময়মুমুপশ্রিতি ৩৪।। ১।।" অর্থদি — "ভগবানসু শরৎ ঋতু ওইরদুনা মল্লিকা নচিংবা লৈ পূন্নমক্লা শাৎপা অহিং ময়াম উরদুনা যোগ মায়াদা থোইদোক্লা চঙদুনা রাস শান্নগে নিংখি।" পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপুনা শান্নখিবা রাস লীলা অসি কলপনা নত্তে, তশেংবনি হায়বদুগী প্রমাণ কয়ামুক পীরি। (শ্রীরাসপঞ্চা ধ্যায় — লামায় ১-১৮)। রাসকী ৱাফম অসি বেদদগীনি — রাসলীলাদি সুক্ষ্মজগত্তা মতম পূম্বদা শান্নদুনা লৈরি — অপ্রকট লীলানি। অদুবু অমুক মদু মতম অমদা ব্রজবৃন্দাবন্দা প্রকট ওইনা শান্নবীরমই। অসিগুম্বা মতম পুম্বগী ওইবা লীলা, ব্রজবৃন্দাবন্দা শাননবীরম্বা অসিবু মহাভারত্তা কেশিনিসূদন (অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়বা) "গোপীপতি" (দ্রৌপদীনা কৃষ্ণবু কৌজবদা) অসিনচিংবা পল্লিবা খরসিনা প্রমান তৌরি। পণ্ডিতরাজগী মত্তা চপচানা প্রমান তৌখিবনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা বৃন্দাবনদা লেঙদুনা প্রভুগী সমাধিদা মফম অসিদা মদুপূম্বদু শান্নরমই হায়না বৃন্দাবন উদ্বার তৌবগা লোয়ননা পুথোকখি। ভাগবতনা হায়বা মতুং ইন্না সুক্ষ্মজগত্তা লেপতনা শান্নরিবা লীলা অসিনা অমুক স্থুল জগৎতা প্রকট ওইবীরম্বনি। অনিমক অচুম্বনি — মিথ্যা নত্তে হায়না লৌগদ্দবনি। সত্যদি মরোল মরোল ওইবা জগৎশিংদা ফোঙদোক্লি। মীৎনা উবা নাকোংনা তাবা ভাক্তনা অচুম্বগী অরোইবা মশক নত্তে।

অসিগুম্বা মহারাস অসি রাজর্ষিনা কার্ত্তিক পুর্নিমাদা কৎখি। মসি ব্রম্ভ-বৈবর্ত্তনচিংবা পুরাণদা য়াবনি। সম্মোহিনী তন্ত্রমক্তদসু "কার্ত্তিক পুর্নিমাদা কৎখি। মসি ব্রহ্মবৈবর্ত্তনচিংবা পুরাণনা য়াবনি মনমোহিনী তন্ত্রক্তদসু "কার্ত্তিকায়ং রাসমন্দলে" হায়না কার্ত্তিকপুর্নিমাবু সমর্থন তৌই। অসিনা রাজর্ষিনা নুমিৎ অসি লৌরম্বনি। অদুবু বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীদনদি ভাগবতকী ব্যাখাদা আশ্বিন পূর্নিমাদা ওইগদবনি হায়না মত পীরি। মসি য়েংদুনসু ওইরম্বা তাই। ভাগ্যচন্দ্রনা আশ্বিন পূর্নিমাদা কুঞ্জরাস কৎখিবদু। অদুবু শান্নবদি কুঞ্জদনি — মহারাসকী মতৌগুম্না যমুনা মপান্দা শান্নবা নত্তে। রাজর্ষিনা অমুক কবি জয়দেবগী গীত গোবিন্দগী রস লৌরদুনা বসন্তরাসসু কৎলমই হায়বা পণ্ডিতরাজনা মত পীরি। রাসলীলাগী

কায়াৎসু নট সংকীর্ত্তনগী মশক লৌবদুনা তিনতাল রাজমেল তানচপ অমসুং মেনকুপ্পা পুন্না শাগৎপনি হায়নসু মত পীরি। ঋাফম অসিনা — দশরূপক নত্ত্রগা শৃঙ্গারপ্রকাশ নচিংবা লাইরিক ফাক্তোক্তুনা সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা পুথোকখিবা নত্তে হায়বসি ময়েক শেংহল্লি। ঋাখল পরীংগী মমি খরবুদি মতাগনি। সাধনাগী মওংসু রাস পঞ্চধ্যায়দা ময়েক শেংনা তাক্রে। অহানবা অধ্যায়দা ভক্তিগী মশক ওইরবী গোপীশিংবু শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশীনা কৌশিল্লগা পরীক্ষা তৌই। মতেক খরদি নানথোকই, অদুবু অমুক অহংকার য়াওরকপদগী গোপীশিংবু থাদোকই। অনীশুবা অধ্যায়দা কায়না মৈচাক্সা ঙাওরবী গোপীশিংনা উরী ঋারীদা মবুংঙোগী খোঙ্গুলবু লীখি — শ্রীকৃষ্ণগী ঋাখলদা পুমঙাও ঙাওনা লুপখ্রে। অহুমশুবা অধ্যায়দা যমুনাগী তোর্ব্বান্দা ফল্লদুনা কপ্প-কপ্পদুনা গোপীশিংনা মবুংঙোবু থিজরি। মরিশুবা অধ্যায়দা গোপীশিংগী অয়ৌবী প্রেম-উরবদা ফোঙদোকপীরকই। অরোইবা অধ্যায়দা রাস লীলা শান্নবনি অমসুং লোইশিনবনি। মহারাস অমসুং অতৈ রাসশিংদা ভগবত্তা য়াওদবা অমতং হায়ববু শ্রীরাধানি — ভগবত্তা গোপী অমগা ভগবানগা চৎমিন্নখি হায়বনি — মহাকপুসু অমুক অহংকার য়াওরক্রবদা থাদোকই। ঋাফমসি ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান, হরিবংশ অমসুং গীতগোবিন্দদগী শাস্ত্রীয় ওইবা মওংদা লৌখত্নুনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবকী সাধনাগী মনুং চন্না রাজর্ষিনা হাপচিল্লম্বনি। জগোয় রাসকী অতৈ অতোপ্পা ভঙ্গি পরেং অচৌবনচিংবগী রস কয়াদু নৈনবদি মতাং অসিদদি ওইথোক্তে।

হৌজিক য়েংগদবদি নটসংকীর্ত্তনগা জগোয় রাসকা করি মরি লৈনবগে? রাসলীলাবু মপূং ওইনা য়েংবা তারগদি অমসুং সংকীর্ত্তনগী মশক ওইনা কৎপা তারগদি নটসংকীর্ত্তন অসি পূর্ব্বরঙ্গগী মশক ওইনা লৌগনি হায়না পণ্ডিতরাজনা মত পীরি। (শ্রীশ্রীরাস পঞ্চাধ্যায় পরিশিষ্ট রাস) মসিসু মীৎয়েং অমদদি চুমই হায়না লৌবসু য়াই। অদুবু নটসংকীর্ত্তনবু চুম্নগী পূর্ব্বরঙ্গ ওইনা লৌবা অসিমদি সংকীর্ত্তনগী চপচাবা মশক্তা অকায়বা খরদি লৈ। রাস লীলাবু সংকীর্ত্তননি হায়না খল্লগদি — অনিমক অমতনি হায়না উবা ঙম্লবদি হৌদবা য়াদবা সংকীর্ত্তননা মশান পূর্ব্বরঙ্গ ওইবা মতাবনী। রাসলীলা মককী পূর্ব্বরঙ্গসু লৈতববুদি নত্তে।

অদুবু গৌড়িয় বৈষ্ণবকী লাইনীং মওংদদি রাস লীলা মতোমতনা সংকীর্ত্তন মপুং ফারে হায়না লৌবদি পেনফাত্তবা খরা লৈগনি। অসিনা গোবিন্দগী মাগুবতা নত্ত্রগা অতৈ মাগুবতসু রাস লীলা কৎপা খুদিংদা নট সংকীর্ত্তননা হৌদোকতবা য়াদে। মরমদি ভাব

অমসুং রসতা রাস লীলা অসি নট সংকীর্ত্তনগী শরুক অমনি। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মিলন ওইরবা তিনবানছা (অনীংবা অহুম) পাঙথোক্লবগীদমক্তা অবতার তৌরক্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদা অহানবা বৈষ্ণব পুন্নমক চঙজবা তাই। অদুনা সংকীর্ত্তন লোইশিনবদা নিত্যাইপদ তাবা তাবর্নি — গৌরনিত্যাই অমতনি হায়বগী ভাবসু য়াওরি। ব্রজলীলা অসিনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ভাবীদা (গৌরচন্দ্রনা রাধা ভাবতা লূপ্পা মতমদা শান্নখিবনি)। অসিগুম্বা ভাবীগী মওংদা মণিপুরগী বৈষ্ণবশিংনা জগোয় রাসপু থম্বনি। ইবুংঙোগী ভাবীদা রাসলীলা শান্নখিবগী রস অদু ভক্তশিংনা চুপচবা ফংজবনি। মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা ষ্টেজগী কুম্মৈগুম্না রাস লীলা য়েংবা নত্তে — কুম্মৈসু নত্তে। রসকী য়ৌথ্রবা সাধনাগী মশকনি - লৈজবা পুম্বা ইবুংঙো ইবেম্মদা, অনীমক্কী অমত্তা ওইবা মশক লৌরবা গৌরচন্দ্রদা কৎথোকচবনি, আত্ম সমর্পন তৌজবা তম্বনি। সাধনাগী মশক অমনি। অসিনা রাস লীলাবু সংকীর্ত্তনদগী থানবা লৈতনা, সংকীর্ত্তনমক্তি হায়নসু খন্দুনা ইবুংঙোগী ভাবীদা ফংলকপা দর্শন অদু রসিক ওইরবা ভাবোক্তা ফংহনবনি হায়না লৌবনা সাধনাগী পরিং চুম্বা ওইগনি হায়না লৌজে।

ভাব অমরোমদদি সংকীর্ত্তনসু রাস লীলানি রাসলীলাসু সংকীর্ত্তননি -খেন্নবা লৈতবনি। অদুবু মফম মতম নাইবা লাইনিং পরিং অমদদি রাসলীলাবু নট সংকীর্ত্তনগী মনুং চনবা অমা ওইনা সাধক ওইরম্বা দেহদগী সিদ্ধ দেহ ওইরক্লবা সংকীর্ত্তনদা য়াওরিবনি অমসুং রসিক ওইরবা ভাবোক্লা ব্রজলীলাবু দৃশ্যকাব্য ওইনা য়েংজবগী খুদোং চাবা অদু ফংজবনি হায়না লৌবনা বৈষ্ণব সাধনাগী পরীংগ হেন্না চুনবা ওইবা য়াই। ❑

*১৯৮৮ ইং*

## তান্নখিবা লাইরিক খরা ঃ


১। মৈতৈ কীর্ত্তন — শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।

২। শ্রীশ্রীরাস পঞ্চাধ্যায় — অন্বয়গা কোন্নবা অনুবাদ, শ্রীঅতোম্বাপু।

৩। দি মণিপুরী রাস (ইংরাজী-ফোঙদ্রিবা) — শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।

৪। মণিপুরদা থিয়েটর অমসুং ড্রামা (১৯৮৭) — শ্রীসনখ্যা ইবোতোম্বী।

৫। মণিপুর সংকীর্ত্তন (১৯৭৬) — শ্রীকোনজেংবম ধোনো সিংহ।

৬। সংকীর্ত্তন বিচার (১৯৮০) — শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

৭। ভারতকী নাট্য-শাস্ত্র (১৯৮৫) — অনুবাদ শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা, অফোঙবা

| | |
|---|---|
| | মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী। |
| ৮। শ্রীশ্রী কৃষ্ণ রাস লীলা (১৯৭৫) | শ্রীঅয়াম কমল সিংহ্। |
| ৯। ভরত নাট্য শাস্ত্র (বাংলা) ভোল্যুম ৩ শুবা | অনুবাদ ডাঃ সুরেশচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়। |
| ১০। সঙ্গীত নাটক একাদেমী ডান্স সেমিনার (১৯৫৮) | মণিপুরী ডান্স (অতোম্বাপু শর্ম্মা অমসুং গুরু অমুবী) উপরূপকস এশু নৃত্য প্রবন্ধস (ডাক্তর ভিঃ রাঘবন) |

# মণিপুরী ক্লাসিকেল নাইতোম জগোয়গী চৎথরিবা চাংয়েংশিং

ক্লাসিকেল হায়বদি শাস্ত্রীয় করিগুম্বা নিয়মখরনা পুনশিল্লবা মশক হায়বনি। ভরত মুনিগী "নাট্যশাস্ত্র" দগী হৌবদুনা (খৃঃ মাং নত্ত্রগা তুং ২০০) মথং মথং লাক্করি মাতঙ্গগী বৃহদদিশী ধবনঞ্জয়গী দশরূপক অভিনবগুপ্তগী অভিনব ভারতী নাট্য (শাস্ত্রগী ব্যাখা) সারঙ্গৎদেবগী সঙ্গীত রত্নতাকর, নন্দি কিশোরগী অভিনয় দর্পননচিংবা। অমুকসু বৈষ্ণব পরমপরাগী ওইবা সঙ্গীত দামোদর সঙ্গীতপারিজাত সঙ্গীতসারসংগ্রহনচিংবা কয়া অমসু লৈরি। নাট্য শাস্ত্র অসিমকসু খোমজিনবনি। অদুবু নাট্য শাস্ত্রদগী হেন্না লিবদি থিবা ফংদ্রে। নাট্য শাস্ত্রমক্তসু লম লমগী ওইবা ষ্টাইল খায়দোক্লি। ঈশৈ জগোয়দা লৈরি মার্গী অমসুং দেশী। অসিগুম্বা শাস্ত্র অমগী য়ুম্ফমদা শাগৎপা, লম লম অদুগী লৈহাওদা থোরকপা (ভারতকী তোঙানবা লোনশিংগুম্না) জাতি অদুগী শৈহেকশৈদা খুৎথেকশাথেক য়াওরবা মশক অদুবু ক্লাশিকেল কৌবা য়াই।

ক্লাসিকেল জগোয়দি চুম্নগী টেকনিকতা নত্তে। খুৎথেক শাথেক চুম্নগা লোইদে। নুংগী ওইবা নুংঙাইবা অমা ফাওহল্লি। ভাব অমসুং রসনা পান্দমনি। মীওইবনা ব্রহ্মাদা ফংজবা নুংঙাইবা অদুগুম্বা অমা ঈশৈ জগোয়দসু লৈ। কৎথোকপগী যজ্ঞগী লম্বীনি। শাংলবা প্রার্থনা অমনি। মুক্তিগী লম্বেলনি। ভাব রস কলাকার অমসুং ভাবোক অনিমক্তা পোকহন্দ্রবদি জগোয় ওইদে। শাস্ত্রীয় ওইবা ভারতকী জগোয় খুদিংমক ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওই। মতৌ তম্বমক ওইরগসু লোক ধর্ম্মী ওইদে। তোপ তোপ্পা মীৎয়েং অমদা নাট্য ধর্ম্মীনি। নুংদা থিবনি। ধ্যানগী মশক্লি। পরম্পরাগা কোন্ননা কলাকার অদুনা ফজবা থেংনবগী মপুথোক অমনি।

হৌজিক ফাওবদা পুন্নমক্না য়ানরিবা ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোয়সি অহুমনি — নট সংকীর্ত্তন, রাসলীলাশিং অমসুং গোষ্ট লীলা। লাই হরাওবগী মাইবী জগোয়না লোকনৃত্য অমসুং শাস্ত্রীয় নৃত গী মরক্তা হৌজিক ফাওবদি লৈরি বঙ্গদেশ অমসুং বিহারগী ছৌ

জগোয়গুম্না, দক্ষিনভারতকী যক্ষগান অমসুং আসামগী দেওদানী নাচকুম্না।

মৈতৈ জগোয়গী চপচাবা অর্থসি খুৎথেক শাথেক্তা মখঙনবা নৃত্ত হায়বদু নত্তে। ঈশৈসু য়াওই। তালসু চঙই। নৃত্য, গীত, বাদ্যনা শাগৎলিবা সঙ্গীত হায়বদুমক্কি। মচাক অহুমমক চঙই। মাগুবতদি ঈশৈনা অমুক প্রধান ওই। বাসক সজ্জিকানায়িকাগী মশক তাকপা বাসক হায়না খঙনবদু য়েংবা হায়নদে। তাবা হায়নৈ। সংকীর্ত্তনদদি চোলোমগী ফজবা হায়বা অমদি লৈরি। অদুবু ফজবা মপূং ফাবা সংকীর্ত্তনদি ঈশৈ নুংঙাই হায়নৈ ঈশৈ শাথেক অমসুং পূংগী অপূনবা ফজবা মশকপু ঐখোয়না খঙনরি জগোয়। অমুকসু জগোয়সি কৌবা য়াই — অভিনয়। মখল মরি লৈরি আঙ্গীক (হকচাংগী কায়াৎশিংনা উৎপা), বাচিক (ঈশৈ শকপা ৱা ঙাঙনবনচিংবা), আহার্য্য (লীককোন ফীজেৎ লৈতেংনা উৎপা) অমসু সাত্বিক (যুম্বীগুম্না চপলেপ্পা, হুমাং কাবা তু চুংবা, হকচাং তনিক তনিকপা অসিনচিংবা) মরিমক্তা পুল্লগা কৌই অভিনয়। মরিমক জগোয়দা চঙই। অসিনা জগোয়দি অভিনয়নি। মৈতৈ ঈশৈদা ৱাহোংনা নোয়বনে হায়বদু অভিনয়গী নয় হায়বদগী থোরকপনি।

ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোয় পূম্নমক নাট্য নি। লীলাগী মশক লৌই। চপচাবা হায়বা তারবদি উপরূপক ঈশৈ জগোয়গী অপূনবা (নৃত্য নাট্য) হায়না কৌবা তাই। হৌফমদি নট সংকীর্ত্তননি। রাস লীলাদি সংকীর্ত্তনদগী শমথরকপনি। ফাওবদি রাসলীলানা পৃথিবী পূম্বদা ফাওখ্রবসু। শনশেনবা লীলানা (গোষ্ট) তাণ্ডবগী ওইবা ক্লাসিকেল জগোয়নি। নিপা পালাসু মণিপুরী তাণ্ডবনি। অসিনা মণিপুরী জগোয়গী পরম্পরা হায়না থিবা তারবদি সংকীর্ত্তনদগী হৌবনি। অসিনা পালাকীর্ত্তননা হৌরগা ভাবী ওইনা মণিপুরগী মাগুপশিংদা রাসলীলা শান্নবা তাই। রাসলীলা সংকীর্ত্তন হৌদনা মতোমদা শান্নবা য়াদে। অমুকসু পরম্পরাদি গ্রূপনি ময়াম পুল্লগা ৱারী অমা লীবা নত্ত্রগা রস অমা শকপনি। নটসংকীর্ত্তনগী ওইরগনা আষ্টকালগা চুশিন্নবা তাই।

ঐখোয়না খঙনরিবা সোলো ডান্স হায়রিবসি অমখক্তা রাসলীলাদা থোক্তুনা কৃষ্ণনা, রাধা নত্ত্রগা বৃন্দাদেবীনা নাইতোম শাবা জগোয়বু নত্তে। মখোয়শিংদুসু নাইতোম জগোয় কৌই। চপচাবা অমদি কলাকার অমনা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা তাংকক ৩/৪ পুথোক্তুনা পূং ১.৩০ মুক্কী মনুংদা জগোয় পরেং (তাণ্ডব লাস্য পুল্লবসু পুন্দ্রবসু) অমা শাববুনি।

অসিগুম্বা সোলো ডান্স হায়রিবসি ষ্টেজনা হৌজিক মপান্দদি মাগুপকী মহুৎ শিল্লক্রবা মতমদা থোরকই। ভরত নাট্যম অমসুং কথক জগোয়দি মপূং ওইনা কলাকার অমতনা

শাবনি। নাইতোমগী হৌবা ময়ায় অমসুং লোইশিনবগী মশক অসিনা ১৮ শুবা খৃঃ গী চাদা ভারত নাট্যমগী গুরুশিংনা চুংশিন্নরগা পুথোকপীরম্মই। কথক অমসুং ভরত নাট্যম নত্ত্রগা চঙলকপা কুইদ্রিবা উড়িষী জগোয়শিংগীদি মাগুব চঙদ্রে। লৈরবসু ষ্টেজগা চপ মান্নরে। মণিপুরগীদি মাগুব লৈরি। সংকীর্ত্তন রাস অমসুং শনশেনবা কৎপা হায়বা অমা সমাজ অসিদা চাউনা লৈরি। মণিপুরী জগোয়না ষ্টেজদা কারকপা মতমদদি পুং ১.৩০ নত্ত্রগা ২ দগী হেনবা য়াদ্রবনা জগোয় মপূং পুখৎপা ওইথোক্তে। অমুকসু চীং-তমগী সংস্কৃতিগী অপূনবা মশক জগোয়গী মথেল কয়া প্রোগ্রাম অমদা য়াওহন্দবা য়াদবগুম্বা অমা লৈবনা জগোয় মকক মকক (য়াম্নবদা মিমিট ১৫-২০ দগী হেন্দনা) পুথোক্তবা ইয়া ময়াদ্রে। অসিগুম্বা ষ্টেজগী ওইবা মখল মথেল য়াম্বা মণিপুরী প্রোগ্রাম শেমলকপদা লৈখিদ্রবা ওজা মৈম্নাম অমুবী অমসুং ওজা য়াইমবীগী দান চাউই। অদুবু পুং ৫ চঙনা শান্নবা রাস লীলাদি শাংলবদা মিনিট ২০ অমসুং নটসংকীর্ত্তনগী পালা নত্ত্রগা পুং চোলোমনা নত্ত্রগা অনিমক্কী অপুনবা মিনিট ১০ গী মনুংদা লোইশিল্লি। পরম্পরাগী জগোয়গী ফজবা কয়াদি মাঙখ্রে। অদুবু লাক্লিবা মতমগী দাবী ওইবনা লৌশিন্দবসু ঙমদ্রে। অসুম্না ওল্লকইবা প্রোগ্রামগী মশক অসি ভারতনা নীং তম্লবা মতুংদগীদি ঈহৌ কন্না চেনথরক্লি।

নাইতোম জগোয়গী লাক্লিবা ঈহৌ অসিনা চহী ১০ মুক অসিগী মনুংদনি। কলাকার অমনা ষ্টেজদা নাইতোম থোক্তুনা পূং ১.৩০ মক্কী প্রোগ্রাম পীবদা অকনবা চাংয়েং চঙই। মতোমতা চোংথোক্তুনা মশাগী হৈশিংবা মগুণশিংনা ভাবোকপু শুমহৎহনবা তাই। ঈশৈ অমসুং পূংনদি তেংবাংগনি। অপূনবা গ্রুপ জগোয়দসু মপুং ওইনা রাধা, কৃষ্ণগুম্বা ভূমিকা থরদি য়াওদবা নত্তে। অদুবু অপুনবা ফজবা মশক্লিনা কোরিয়োগ্রাফীগী শক্তিনা অপুনবগী ফজবা মশক ওইনা পুথোকই। সোলো প্রোগ্রামদদি আর্টিষ্ট অমখক্তনা তাণ্ডব, লাস্য অনিমক উৎনবা শক্তি লৈবা তাই। আইতেম খুদিংমক্তা ভাবোকপু ফাবা ঙম্বা তাই। হায়বদি রস চুপহনবা তাই।

তশেংনমক কনখ্রবা শক্তিগী ব্রাফম অমনি। পূম্নমক্কী মথক্তা অতৈ জগোয়দদি (কথাকলি নত্তনা) ওইথোক্লগা মণিপুরীদদী করিগী ওইথোকলোই মণিপুরী কলাকারনা অতৈদগী তাব্রা হায়বগুম্বা ভাব অমা ফাওনরকপদগীসুনি। অনিশুবা লানজাউ মমাংদগী হৌনা আমেরিকা, ইউরোপ অমসুং জাপাননচিংবা মফমদা সোলো দান্স উৎলুরবা অহানবা কলাকারদি রাজকুমার প্রিয়গোপালস্নানি। পরম্পরা অমসুং কৃয়েটিভ অনিমক্কী পুনবনি।

পঙকুই কুইদ্রিবদা মপানগী কলাকার অমা ওইনা শাখিবীনা বোম্বেগী কুমারী সবিতা মেহতানি (পালা পুং চোলোম ফাওবা য়াওখি)। বোম্বেগী ঝবেরী মচীন মনাউশিংদি গ্রুপ ওইবনা নাইতোম জগোয় কয়া য়াওরবসু অপুনবা জগোয় ওইনা খঙনবনা চুম্বা তাই। চহী খর অসিগীদি পুং অমমমগী ওইবা প্রোগ্রামগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা সোলো ডান্স ফেষ্টিভেল চৎথরক্লি। অদুবু হৌজিক ফাওবা চপচাবা মওং তাদ্রি হায়বা তাই।

কলাকার অমগী নোংমগী ওইবা সোলো প্রোগ্রাম হায়বসি পুং অমমুক্কী মনুংদা জগোয় ৩/৪ শারগা তোকক্দবা নত্তে। চাউরবা দলান অমা, মৈতৈয়ুম্মক উ অমা, মখোং হৌরগা শাগৎপদৌনা শাগৎলকপনি। নুংগী ওইবা ভাব অমসুং রসনা আইতেম পুন্নমক কব্রংগী লংলানা পুনবদৌনা পুনশিনগদবনি। অহৌবা, ময়ায় অমসুং অরোইবা নাইগনি। পুন্নমক্কী মথক্তা রসিক ওইরবা ভাবোক্কী থম্মোয়দা অপেনবা পোকহন্দুনা ফজবা মশক অমা ওইহনগদবনি। ফুগায়না শাৎলকপা থম্বালগুম্না আইতেম পুন্নমক হকচাংগী মিৎ, নাকোং, পাম্বোমনচিংবা কায়াৎশিংগী শক্তম লৌদুনা অপুনবা হকচাংগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা মশকশিং (ওরগেনিক পার্ট) ওইহনগদবনি।

চৎনরিবা ভরতনাট্যমগী জগোয়গী প্রোগ্রাম অমনা চাউরবা লাইশং অমা শাগৎপগী মশক লৌই। অলারিপু-যতিশ্বরম শব্দম-বর্নম-পদম তিল্লানা শ্লোকম হায়দুনা চুম্নগী ছন্দদগী ঈশৈগী রাগ অমসুং তাল, অর্থগা ছন্দগা কোন্নরকপা অমসুং অরোইবদা তাল ফাওবা য়াওদ্রবা প্রার্থনাদা লোইশিনবা। মমিং চৎলবী বালাসরস্বতীনা হায়বদি লাইমাংদগী অসুম অসুম কানশিনখিদুনা ইবুংঙোগী মূর্ত্তিদা অমতা ওইনা তিন্নখিবগী ভাব অমসুং রসনি হায়না ফোঙদোকই। মসিগী মতৌ অসি হৌজিক্তি কথক, উড়িষী অমসুং কুচীপুদী ফাওবনা চাউরাক্লা লৌনরক্লে।

মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগীদি পরীং অসি ওনথোক্লা ফজনা থমখ্রে। ভারতকী অতৈ জগোয় ঈশৈনা য়ৌবা ঙম্বা নত্তে। পুংগী রাগ অচৌবা নত্ত্রগা অদুগা মান্নবা রাগ অমনা ইবুংঙোগী শ্রীমূর্ত্তি শাগৎপনি হায়না লৌই নত্ত্রগা মাগী মশক ওইনা হকচাং অসি প্রবর্ত্তক সাধক সিদ্ধ হায়দুনা সখী ভাব য়ৌরবতদা সিদ্ধদেহনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী সেবা চঙই। অদুদগী ঈশৈগী রাগনা মথং মথং গৌরচন্দ্রিকা য়ৌই। গৌরাঙ্গদা চঙজদবা য়াদে। লৈখিদ্রবা থাংজম ওজা (চাউবা) না তাকপীরমই "রাগ হায়বসি শ্রীঅঙ্গ মূর্ত্তি নিরুপন তৌবনি।" (মৈতৈ নট পালা অমসুং চোলোম — লামায় ৮) রাগ অচৌবগী গুরু ঘাট লোইবদা

মন্দলী ময়ায়দা শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা ঙানথোইরি হায়বগী ভাবদা মাগুব মপু হায়না খঙনরিবা (তিন বানছা) অদুনি। অহুমমক কার্ত্তিকসঞ্চারদা তাশিল্লি। একতালদা রাগ হৌই। তিল তালনা মতুং তারকই। মথংদা দুইতাল রাজমেল — রাধা, কৃষ্ণ গী যুগল মিলন। রাজমেল পুংলোনসু হৌবদগীনা সেতুবাট ফাওবনা সংক্ষিপ্ত (মিলন) সেতুবাট খায়খ্রগা ওল্লকপা পরীংনা সংকীর্ণ (মিলন) মথং পরীং অমনা সম্পন্ন (মিলন) মতাং অসিদা গৌরচন্দ্র প্রভু বানথৈ হায়নরি। মথংদা লাকই তানচপ (বিশ্রামগী ভাব পোৎথাবা)। অরোইবদা মেনকুপ (সমৃদ্ধিমান) কী ভাব বিলাস। অরোইবদা হৈ-লৈ থিবা চঙখিবা সখীশিংনা হনজিল্লক্কুনা তৌরবা স্বাধীন (সখি সেবা) নত্ত্রগা স্বাদীভ্যতা। মথংদদি প্রেম বিলাস কী মওং কয়াদা শান্নবসু য়াই। অরোইবদা নিত্যাইপদ অমসুং জয়ভাই চৈতন্য নিত্যাই। অসিনা সংকীর্ত্তনগী পরিংসি অসুম্না ওইরি রাগ অচৌবা (নত্ত্রগা মান্নবা) ঈশৈগী বাগ গৌরচন্দ্রিকা-তিনতাল-রাজমেল তানচপ মেনকুপ স্বাধীন-নিত্যাইপদ।

জগোয়রাসনা গৌরচন্দ্রগী ভাবীদা ওইবনা সংকীর্ত্তননা হৌরগা রাস লীলাগী পরিং নাইনা শান্নবা ওইনা মথং মথং উৎলকই। উৎলকইবা লীলাদুগী ক্রম মতুং ইন্না চৎলুরগা লোইশিনবদা গোপীশিংনা য়ূম য়ূমদা হল্লকপদা (গৃহাগমন) লোইশিল্লি। অদুবু রাস লীলা মখল খুদিংমক্তদি মথক্কী সংকীর্ত্তনগী ভাবগী পরীং য়াওবা মতাং অমদি থেংনৈ। কুঞ্জরাসতা য়াওরি তিনতাল অচৌবা, রাজমেল অমসুং তানচপ। বসন্তরাসতনা তিনতাল মচানা হৌই।

খন্নগদবা মতাংদি ষ্টেজগী দাবীনা তকশিল্লকইবা নাইতোম জগোয় অসিদা থায়নগী পরম্পরাগী ভাব অমসুং রস য়ারিবমখৈ ঙাক্কুনা থন্নবা হোৎনগদ্রা! নত্ত্রগা হৌবা লোইবদং মওং অমদা থন্নগা অতৈদী গুরুশিংগী কলপনাদা শিন্নথোক্কদ্রা! পরম্পরাদা লৈরি অষ্টকাল লীলা, রস ৬৪ (সমভোগ অমসুং বিপ্রলমভনা শাগৎপা) অমসুং সমভোগনা লোইশিনবা, লোইনাইদ্রবা পদাবলীগী ঈশৈ অমসুং শৈগোন্নবা তাল কয়া, মৈতৈপূংগী রাগ অমসুং সঞ্চার কয়া। তানচপ মেনকুপকী পরেং মক্তনা অরোই অখম নাইদনা লৈরি। ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোয়গীদি নটসংকীর্ত্তননা মপূংনি খমনাইদ্রবা পুক্কেনি। পুম্নমক অসি কমদৌনা পুথোক্কদগে হায়বসি নাইতোম জগোয়গী পুথোক্করিবা মশক কয়াসিদা কুপ্না য়েংশিন্নদ্রি। অসিগুম্বা জগোয়গী মশক অসিদা হংলিবা ৱাহংদি জগোয় ৪/৫ শমজিন্নরগা মানা মানা অপাম্বা মওংদা পুথোক্কসি হায়ব্রা নত্ত্রগা থায়নগী পরম্পরাগী মশক যজ্ঞগী কৎথোকপগী

অমসুং আত্মসমর্পনগী ফীবম অদু য়াবমখৈ ঙাক্তুনা থম্নবা হোৎনসি হায়ব্রা?

চহী অমনিগী মাঙদা নেহরু ডান্স একাদেমী হোলদা ৱাফম অসিমক খন্নবা হৌখি। মদুদা তিনখিবা ওজা গুরু শিংনা চাউরাক্লা য়ানখি মঙ্গলাচরনগী মশক অমনা হৌরগা প্রার্থনা অমনা লোইশিনসি। লাইশিংবুদি কৌশিনবা তাই। অদুগা লীলাগী মতুংদা মিকোল থাগোনবগী মওংদা ইবুংঙোদা চঙজবনা লোইশিনবা চুমই। ৱাফম অসিমদি ঐহাকসু য়াজনীংই। অদুবু হংলিবদি শন্নবা মরক্কী আইতেম ৩/৪ অদু করি ওইফম থোকপগে? নট সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলাগী মওংদি মথক্তা পনজখ্রে। তালনা পুনশিল্লি। একতাল তিনতাল দুইতাল তানচপ মেনকুপনি। রাস লীলাগী মপোপ জগোয়দা তিনতাল দুইতাল (রাজমেল) মেনকুপনি অনৌবা নাইতোম জগোয়দসু ভাব অমসুং রস অসি লৌখৎফম থোকপ্রা?

মৈতৈ জগোয়দগীদি ভাব অমসুং মায়কৈদি পাকখ্রে। গৌরচন্দ্রনা হৌখ্রবদি নিতাইপদনা লোইশিন্দবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণদা পৌতক্লা চঙজখ্রবদি ইবুংঙো ইবেম্মগী প্রার্থনা অমনা লোইশিনবা কায়দে। অদুগা অহৌবা অমসুং লোইশিনবা অনিমক মপুং ওইবা নাইতোম অমমম ওইবনা হেন্না ফজগনি। চুম্নগী ঈশৈগী পরেং অমনিনা হৌবা অমসুং লোইশিনবদি মপুং ফাদে। মরক্তা নায়িকা ভেদ নত্ত্রগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী লীলা বিলাসকী মতাং অমতং পুথোকপনা মরককী আইতেম ৩/৪ গী মশক ওইগদ্রা? মদুদসু সমভোগনা (মিলন) লোইশিনগদবনি - কায়নবদা থম্বা য়াদে। অসুম তৌরবদি পরম্পরা ঙাক্তুনা থম্বা হায়বদু ওইবা য়াই। অষ্টকালগী ভাব রসতি নুমিদাংদা শাবা জগোয়নিনা ঙাকপা ওইথোক্রে।

নট সংকীর্ত্তন পরীংগী নুংগী ভাব অমসুং রসতা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী সম্ভোগকী থাক থাক চেকশিন্না উৎনবা হোৎনরি। মপানগী মশক্তনা অরাংবা চীংদোন কাখৎপদৌনা অসুম অসুম একতাল - তিনতালদগী কাখৎলকপনা মেন থাবদা চীংদোন য়ৌই। অদুদগী পোৎথারগা তপলি তপলি কেনা কুমথরক্তুনা সিদ্ধ দেহনা শ্রীচরনদা চঙজরৈ। তিনতালগী মতাংদা তাল য়ৈনবা যাওই। মেনকুপকী মতুংদসু মতম্না লৈরবদি অতৈ রস অমসুং তালনচিংবা য়ৈনবসু চৎনৈ। রাজমেল তানচপ মেনকুপতদি মরক থৎলুবা য়াদে।

নৌনা পুথোক্লবা হোৎনরিবা নাইতোম জগোয় অসিদা একতাল তিনতাল রাজমেল তালচপ মেনকুপ মক্তি কায়দনা পুথোকপদা খুদোং চাদবা থোক্কনি। রাস লীলাগী মপোপ

জগোয়গা তিনতাল রাজমেল মেনকুপ মকসু খরদং ফাজীন্না থোকপা য়াই। তাণ্ডব ভাক্তনা অমা নত্ত্রগা লাস্যগী মওংদা প্রোগ্রাম অদুমা উৎলবসু কায়দে। অদুগা অচীক অশা খায়না ফীজেৎ হোংদুনা তাণ্ডব লাস্য অনীমক পূলহনবসু কায়দে। মদুনদুম হেন্না অয়েংবদা পুক্নীং শুম্মাংকনি। অসিনা হৌবা লোইশিনবা থাদোকখ্রগা মরককী আইতেম অহুম শুবদুদি ইবুংঙো ইবেম্মগী ভাব অমসুং রসকী পরীং অমা নাইনা তালনচিংবা কয়া য়ৈদুনা নায়িকা ভেদগী মশক পুথোক্তুনা অমসুং য়ামদ্রবদা সম্ভোগতা লোইশিন্দুনা থম্বা অমনা জগোয় পরীং অমা শাবা য়াব্রা হায়বসি ওজা গুরুশিংনা খন্নবা য়াই। ভরতনাট্যমদা বর্ণম হায়বা মতাংদসু পুং অমা ফাওবা চুপ্না শানবা য়াওই। অয়ৌবী থাক য়ৌই। সংকীর্ত্তনদা রাজমেল অমসুং থাবনা অয়ৌবীনি। অসুন্না মরক্কী অসিদসু সম্ভোগকী মশক ওইনা রাজমেলগী মশককুম্বা অমতং হাপচিনবা ফজগদ্রা হায়বসিমক খন্নবা য়াই।

অরোইবদা থমজরিবা সোলো ডান্সকী প্রোগ্রাম (য়াম্লবদা পুং অমা মখায় শাগদবা) গী পরীংসি অসিনি মঙ্গলাচরন লীলা বিলাস মতাং অমগী শাৎকায়বা মশক (আইতেম ও নত্ত্রগা ৪) প্রার্থনা (মীকোন খাগোনবা) লীলাগী মতাংদা অচীক অশা খায়না রাজমেল মক নত্রবসু রাজমেল গুম্বা অমা য়াওহনবা। মঙ্গলাচরন অমসং প্রার্থনা মপুং ওইবা আইতেম অমমম ওইহনবা। বিপ্রলম্ভগী মতাং শকলুরবসু সম্ভোগতা লোইশিনবা। পূন্নমক্কী মথক্তা বৈষ্ণবগী ভাব অমসুং রসকী আত্মসমর্পননা জগোয় পরীংগী মশা পূম্বদা চেলহনবা। লাইনীং অমসুং শাংলবা প্রার্থনা ওইরিবা সংকীর্ত্তনগী মশকনি ষ্টেজদসু পুখৎনবা হোৎনবা। ❑

১৯৯৪ ইং

# হৌজিক্কী মণিপুরী দ্রামাদা মপানগী সাহিত্যগী প্রভাব

ইউনেসকোনা শীনবা মঙাশুবা ৱার্লড থিয়েটর দেদা ডাইরেক্টর জেনরেল (রেনেমাহ্যু) না অসুন্না ওকখি — মতীক মগুণ লৈরবা, পুন্নমক্কী ওইরবা, মতমপুম্বদা নৌদুনতা লৈরগদবা (দি গ্রেটনেস, দি ইউনিভর্সেলিটি এন্দ দি ইটর্নেল য়ুথ ওফ দি থিয়েটর) থিয়েটরদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি। পুন্সী হায়বসি থবকনি। থবক হায়বসি থাজবনি। থিয়েটর হায়বসি য়েংগদবা নত্তে; য়াওমিন্নগদবনি। নত্তবদি করিসু ওইদে। থিয়েটরগী শুম্মাংলাংনা ঐখোয়গী পুন্সীবু শকতাকই। অদুগা শেংদোকহল্লি। নাম্বোকহল্লি। গ্রীকশিংনা মসিবু কৌই — কেথারসিস। ভারতকী সংস্কৃতিদনা খঙনৈ — রস।

দ্রামানা পাম্বীগী মরুনি। থিয়েটরনা মশা মরেং ফন্দোক্লগা য়েংবদা ফজরবা উপাম্বীনি। দ্রামাগা পুন্সীগা থাদোক্নবা য়াদে। অসিনা লৈরি -— ফোক থিয়েটর, ট্রাইবেল থিয়েটর। মণিপুরীশিংগীদি লাই হরাওবনা হৌরগা (কংলৈ, মোইরাং, চকপা, ককচিং) ১৮ শুবা খৃষ্টগী চহী চাদগীদি শাফূ কন্না চঙশিল্লকপা রাস লীলা, পালা (অরিবা অমসুং অনৌবা), শনসেনবা, গৌর লীলা অসিনচিংবা লীলা কয়া কয়া। ২০ শুবা চহী চাগী অঙনবা শরুক্তা ফাওবা চীংয়াদা লমহাংদা শান্নবা" কালীয়দমন" (লৈপাক হৌনা য়েংনখিবা - চূড়াচান্দ মহারাজগী হাক্তক্তা) চৎথরমই। লীলাশিংদদি ময়েকশেংনা বাংলাগী যাত্রাগী প্রভাব তারে (বাংলা লোন্দ ফাওবা শান্নরমই; হৌজিক ফাওবা লেপত্রি)। যাত্রাগা কোন্নবা সাহিত্যসু মশানা চঙবা তাবনি - সঙ্গীত শাস্ত্রগী লাইরিক কয়া সংস্কৃততা ইবা গোবিন্দ লীলামৃত, সঙ্গীত দামোদর, সঙ্গীত পারিজাত, মণিপুরগী ভক্তি সিদ্ধান্তনা সংস্কৃতকী লাইরিক ৩০ মুকতগী লৌথোক্লগা লমদমসিগী ওইনা খোমজিল্লম্বা — শ্রীকৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ (গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা) অসিনচিংবা লাইরিকশিংগী মথক্তা। মতমসিগী কৃপশিনবা রিসার্চতা হৌজিক্তি লাইহরাওবা অমসুং নট সংকীর্ত্তনদা ফাওবা ভরত মুনিগী নাট্যশাস্ত্রগী পুর্ব্বরঙ্গনচিংবগী চপচাবা মশক লৈরে হায়না পুথোক্লরক্লে। ৱাফম অসি পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্ম্মনসু হৌদোকপীরম্মনি। হৌদোকমিন্নরকপা সংস্কৃতিগী মশক্কা ভারতকী সংস্কৃতিগী

অমতা ওইনা তিন্নশিন্দুনা (চুম্নগী পুরুবদা নত্তনা) পুমনৌ নৌবা মণিপুরী সংস্কৃতি অমা চহী চা কয়াসি পুথোকতুনা, চাউখৎহল্লক্তুনা, মশা মরেং ফন্দোকহল্লক্তুনা ওঝা গুরু কয়ানা নিংথৌগী লমজীং মখাদা চৎথহল্লক্লি। ঈচেল অসি হৌজিক ফাওবা লেপত্রি। মসিবু পুথোকপদা সংস্কৃত অমসুং বাংলাগী পদাবলী সাহিত্যনচিংবা কয়াগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা প্রভাব তাখ্রবনি। তৌবতবু থোরকইবসি মতৌ তম্বা নত্তে। পুমনৌ নৌবা মণিপুরগী লৈহাওদা শাৎলকপা লৈরাংশিং ঙাক্তনি। খুদম — বাংলাগী কীর্ত্তনদগী মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন ওইরকপদা কুপত্রবা রস, সাধনাগী মশক অমা লমদম অসিদা পুথোরকই। মতাং অসিদা নিংথৌগী মিং অমসুং ওঝা গুরুশিংগী মিং পল্লুবগী দরকার ওইদে। পৃথিবী পুম্বনা খঙনরবনি। ঙক্লা থেংনরিবনি। মসিগসু লোয়ননা চৎথমিন্নরি লোক নাট্য, শুমাং লীলা, মোইরাং পর্ব্ব (অরিবা অমসুং অনৌবা) ইথোক্তবা দ্রামা য়াওরি।

নোংচুপকী ষ্টেজদা শান্নবা, একটিং স্তাইল, অঙ্ক নাইবা মপুথোক অমসুং দ্রামাগী মশক ফাওবা মণিপুরদা চঙলকপদি ২০ শুবা খৃষ্টগী চা হৌগৎলকপদনি। বাংলাগী থিয়েটরদগী চঙলকপনি। বাংলা লোন্দা ফাওবা চহী খরদি মণিপুরী একটরশিংনা শান্নরমই। গোবিন্দগী মান্দবতা ঈরাং চাউনা বাংলা নাটক প্রবাস মিলন (১৯০২) শান্নখি। বাবু পারাগী বামাচরন মুখোপাধ্যায় বান্ধব নাট্যশালা (১৯০৩) থোরকই। মণিপুরী লোন অমসুং বাংলা ঈশৈগা কোন্ননা মওং কয়া তাফাত্তনা অনুবাদ "পাগলিনী" (১৯০৫) শান্নখি। খরা মওংতানা মণিপুরীদা পুথোকখিবা লীলা অহানবদি (অনুবাদ) "পার্থপরাজয়" নি (১৯১৮)। সামাজিক লীলা অহানবনা অকোইজম অমুবীনা শেমদোক শাদোক্লবা — বিজয়মালতী (অনুবাদ) নি হায়বা তাই। মতম অসি অনুবাদকী ওইবা দ্রামাগী মতমনি। বাংলা অমসুং মণিপুরী লোন্দা বাবুপারাগী ফ্রেন্দস ড্রামাটিক ইউনিয়ন (১৯০৪) না অহানবা ষ্টেজ ওইরগা মান্দবনচিংবা মফম কয়াদা ষ্টেজ শেমদুনা লেপ্তুনা লীলা শান্নবা মতমনি। একটিং ষ্টাইল (খোঙ থীনবা, লোন খোইরপ তৌবা), লীলাগী নীংথিজবা ফিজেৎ অমসুং পুথোকপগী মওং পূন্নমক বাংলা থিয়েটরগী মতৌ তম্বনি। অসিনা ১৯১৫ গী অদুরাইদগী ১৯২৭ ফাওবসি বাংলা অমসুং মণিপুরী অনুবাদকা কোন্ননা নোংচুপকী থিয়েটরগী মশক্তা মীকপ থোরকপা অমনি। নম্বোলদা ফাওবা থিয়েটর অমা (১৯২৩) লিংখৎপগী পাউ ফংই।

খৃষ্টকী কুম ১৯৩১ দা মণিপুর দ্রামাতিক ইউনিয়ন (অহামবদা কৌরমই — মৈতৈ দ্রামাটিক ইউনিয়ন) লিংখৎলকপদগী মণিপুরগী দ্রামাটিষ্টশিংগী মমারোনদা নাটক

ইনিংবগী ঈহৌ অমা মপুংফানা য়ৌরক্লে হায়বা তাই। লময়ানবদি নিংথৌ য়াওনা ওম্ভোক্লা ঝনজ চাউনা শান্নখিবা ইতিহাসিক নাটক লাইরেমনয়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা ইবা নরসিংহ (১৯২৫) নি। মসিদা বাংলাগী দ্বিজেন্দ্রলাল রায় অমসুং অতৈ অইবসিংগী মমি তারে। পুথোকপদা অঙকপা ওইনখি। মতম অসিরাইদগীনা লান (অনিশুবা লানজাও) মমাং ফাওবগী মতেক অমতং নৈনবা য়াই — রাঙাং শাঙাং, ঈশৈ অমসুং মপুথোক মণিপুরীশিংগী সমাজ অমসুং পুন্সীগী য়াম্নমক নকশিন্নবা মওংনি। মপুং ওইবা থিয়েটর হোলনা এম ডি ইউগী মথক্তা এরিয়ান থিয়েটর (১৯৩৫) অমসুং মশাগী লেংদ্রবা হোল লৈজদবা সোসাইটি থিয়েটর (১৯৩৭)। এম ডি ইউদগী চোংথোকখিবা মতম খরা হিংলম্বা "চিত্রঙ্গদা নাট্য মন্দির" সু মমিং পনবা য়াই। হায়রিবা থিয়েটর হোলশিংসিদা মমিং চৎলবা অনুবাদ লীলা কয়াগী মথক্তা লমদম অসিগী ওইবা তোপ তোপ্পা লীলা কয়া পুথোক্লরকই। লীলা অইবশিং কয়াগী মনুংদা হিজম অঙাংহল সিংহ (গৌরাঙ্গ, ইবেম্মা, পোক্তবী ইবা), সোরোকখাইবম ললিত (সতী খোংনাং, অরেপ্পা মরুপ), দরেন্দ্রজিৎ (ভাগ্যচন্দ্র, মোইরাং থোইবী), গীতচন্দ্র তোংব্রা (লীলা ৬০ হেন্না ইরবা তোংব্রাগীমক্তি তোপ তোপ্পা নৈনবা য়াই।) মতম অসিদা তৃংথ-মাংথ ওইনা লিংখৎলকখিবা ইম্ফালগী থিয়েটর হোলশিংদা মমিং পনবা য়াই — ইম্ফাল থিয়েটর (উরিপোক), কোসমোপোলিটান (এলাংবম লৈকাই), নবনাট্য মন্দির, শীংজমৈ ড্রামাটিক ইউনিয়ন অসিনচিংবা। ডাক্তর কমলগী "মাধবী" ড্রামাটাইজ তৌদুনা ইম্ফাল থিয়েটরদা কুইনা শান্নখি। মতম অসিগী লীলাগী ভোল্যুমশিং অসি অয়াম্বনা বাংলা সাহিত্যগী ইথিন ওইরবসু লমদম অসিগী ওইবা শাজৎ লীচৎ, চরিত্রশিং অমসুং রাঙাং শাঙাং কয়া হাপচিল্লকপা মতমনি। নেচরেলিজম নত্ত্রগা যথার্থবাদ (রিয়েলিজম) ওইরকই। সোরোকখাইবম ললিত সিংহদা খরা য়াংতেক তৌনা অমসুং হিজম অঙাংহলদনা খরা হেন্না মপুং ফারকই। দরেন্দ্রজিৎকী "মোইরাং থোইবী" দসু সংস্কৃত সাহিত্যগী প্রভাবতি তারগা মণিপুরীশিংতগী ওইবা মোইরাং পর্ব্বগী রাঙাং খোম্লোক অমসুং মীৎয়েং হাপচিল্লকই। জি. সি. তোংব্রাগী লীলাশিং নত্তনা হায়রিবা লীলাশিং অসিদা নোংচুপ সাহিত্যগী সেক্সপিয়ার অমসুং জজ বার্নাদশোনচিংবগী প্রভাব কন্না লৈতে।

অনিশুবা লানজাউ মনুং ওইনা ১৯৪৩ দা রুপমহল থিয়েটর লিংখত্তুনা এম. ডি. ইউনা মপুং ওইনা পীরম্বা লীলাগী শাফুগী মথক্তা অনৌবা মশক অমা পুশিল্লকই। অহানবা

লীলাদি নেত্রজিৎকী "নিংঙমদবা" নি। ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপান্দা হোল শাদুনা লীলা ৩৩ মুক শান্নরবা তুংদা (হৌজিক ফাওবদা লীলা ১২৫ দগী হেন্না শান্নরে) ১৯৪৮ দা হৌজিক্কী বি.টি. রোদতা চপচাবা থিয়েটর হোল শাদুনা চৎথরকই। মণিপুরগী রাজনীতিগী ঈরাংগা কোন্নন থানবা লৈতনা চৎমিন্নবা রুপমহল থিয়েটরনি। লময়ানবা লীলা ইবশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়াবা খরদি — সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (মোনু থাঙ্গাল, শকখঙদবী, বিপ্লবী, চীংদা শাৎপী, মণিপুর গোবিন্দ), মৈত্রম বীর (নুংশি লমন, বীর টিকেন্দ্রজিৎ), অয়েকপম শ্যামসুন্দর (মাইমু পেমচা, ওসমান থম্বাল, শামু খোংয়েৎপা), লাইশ্রম নেত্রজিৎ (বি. এ. থিবা)। প্রভাবকী মতাংদদি বাংলা নাটক কয়াগী অনুবাদসু তোয়না শান্নবনা প্রভাবতি মশানা তাবা তারবনি। অদুগীসু মথক্তা হরাইবম নীলমনিনচিংবা মীওই খরদি কলিকাতাদা ফাওবা চত্নুনা ষ্টার, মিনার্ভানচিংবদা লীলা য়েংদুনা মমিং চৎলবা কলাকারশিংগা ফাওবা শকখঙনরক্লবনি। অদুবু রাজনীতিগী ইথিনগা ঈরোয়ননা লমদম অসিগী চৎনরোল রাখল্লোন কয়াসু লীলাশিং অসিদা হাপলি। বাংলাগী অনুবাদ "টিপু সুলতান" (১৯৪৫) শান্নরকপগা লোয়ননা স্বদেশ প্রেমগী ঈহৌদা পৃন্নমকপু ঙাওহনখিবা লীলা অমদি মৈত্রম বীর সিংহগী বীর টিকেন্দ্রজিৎ (১৯৪৮) নি। ১৭০ রক শান্নরবা কাউবা ঙমনদ্রিবা লীলানি। অসিনা লমজীং ওইদুনা লীলা ইবা কয়ানা স্বদেশ প্রেমগী লীলা কয়াসু লেপ্তুনা ইনরক্নুনা শান্নরক্লি। কৃষ্ণমোহননা লময়ানবনি।

মণিপুরগী কাউনরক্লবা পেনা শকপা ওঝাশিংনা ঙাক্তুনা থমলিবা মোইরাং কংলৈরোলগী জগৎপু মায়খুম হাংদোকখিবা লীলাদি কবি হিজম অঙাংহলগী রারেং অমসুং শৈরেংদগী দ্রামা ওইনা পুথোকখিবা — য়াইথিংকোনু (১৯৪৮) অমসুং মোইরাং থোইবীনি (১৯৪৮)। মণিপুরী জাতিগী নীংজবা অমসুং অপাম্বগী পনথুংফম ওইরবা মোইরাং শায়োলগী রারীশিংসিনা জাতি অসিগী দ্রামা ইবশিংদা অঙকপা উৎসাহ অমা পীরকই। অসিনা থোরকই ময়াংলম্বম বীরমঙ্গল (এরিয়ান থিয়েটরগী) হাওবম তোম্বা (মৈতৈ নুজা, পিদোন্নু, শাম্বুলেম্বী, পাম্ভোইবী, শায়োন শাফবা) এম ডি ইউ হোলদা শরাংথেম বরমনি (কেগে লমজা, তোনু লাইজিংলেম্বী, হাওরং লৈশং শাফবী অসিনচিংবা)। অসিরাইদদি বাংলা নাটককী প্রভাব কন্না তাদ্রে হায়বা য়ারে। মণিপুরীশিংতগী ওইবা, অরিবা মতমগী ওইবা নীংথিজবা মীৎয়েং, রাঙাঙ খোন্দা অমসুং রাহৈশিং য়ান্নমক মপূং ফারক্লে। মণিপুরগী মফম কয়াদা লীলা ইবা কয়ানা মোইরাং কংলৈরোলগী লীলা কয়াদি হৌজিক ফাওবা

লেপ্তনা পুথোকনরক্লি — থিয়েটর হোল কয়াদা। শুমাংলীলা ওইনসু (মোইরাং পর্ব্ব - অরি অনৌগী মথক্তা) কয়া অমা পুথোক্লরক্লে। অকনবা ঈচেল ওইনা হৌজিক ফাওবা লেপ্তনা চৎথরি। মপুথোকপুদি গ্রীককী ট্রাজেদিনা ইংরাজী নাটকতা চঙলক্লগা শন্দোরকপা মদুদা অমুক বাংলা নাটকনা শমথরকপা, মরকসিদা মণিপুরীতগী ওইবা পেনা অশৈবশিংগী কল্পনাগী জগৎ পূন্নমক অসিনা তিনশিন্নরগা মতমসিগী মণিপুরী দ্রামা ওইরকইবনি। সেক্সপিয়ারগী লীলা অনুবাদতা শান্নরে। রবীন্দ্রনাথকী চহী চাম শুবগী পালন্দা এম. ডি. ইউনা বিসর্জ্জন অমসুং রূপমহলনা রক্ত কবীর অমসুং মতমদুগী মণিপুর ডান্স কলেজনা চিত্রাঙ্গদা নৃত্য নাট্য (অনুবাদ অমসুং বাংলাদা) পুথোকখি — ১৯৬১ দা। পূন্নমক অসিনা লীলা ইবশিংদা করন্নসু প্রভাব তাদনা তোক্কনি। এম. ডি. ইউ দা শরৎচন্দ্রগী লীলা কয়া অনুবাদতা শান্নরে (দেবদাস, রামের সুমতি নচিংবা)। মায়কৈ অসোমদা এম. ডি. ইউগী রামচরন অমসুং খরা চোম্বরগা এলাংবম জয়চন্দ্র লময়ানবা লীলা ইবনি। অসুন্না শীংথানবা য়ারবা সামাজিক, ঐতিহাসিক অমসুং ফোককী তোঙান তোঙানবা লীলাশিং মতীক চানা পুথোক্লরক্তুনা মণিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌনা মপুং ওইবা হোলশিংদা লেপ্তনা শান্নখি। মিং ওইনা পল্লুবগী দরকার লৈতে। অকনবা ঈচাও অমনি। খন্নগদবদি প্রভাবকী মতাংবু থোইনা নত্তে। বাংলা সাহিত্য অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী অপূনবা লৈহাউ অসিদা কমদৌনা মণিপুরীতগী ওইবা মশক অমা লীলা ইবশিংনা পুথোক্লবা লাক্লরকপগে হায়বসিনি। পাউখুমদি অমতনি — ফন্নমক নীংথিজনা মপুং ফানা পুথোকলে। অসিনা ফোবিয়ান বাব্বারস কুম্বা মমিং চৎলবা থিয়েটরগী সমালোচকশিংনা মণিপুরগী লীলাশিং বু উবদা বাংলা সাহিত্যগী মহাউ ওইনা থেংনদ্রে। তোপ তোপ্পা লমদম অসিগী ওইবা প্রতিভাগী পোৎথোক অমা ওইনা উখি। অসিনা খা-নোংপোক ভারতকী থিয়েটরগী পরম্পরাদা শীংথানবা য়াবা অমা ওইরে তাকপীরকই। ঐখোয়নসু মসিবু য়ানীংই।

চহী ৫০ মুক্কী মনুংদা লীলা ৬০ দগী তাদনা ইরক্লবা মণিপুরগী সমাজগী অমসুং রাজনীতিগী অওনবগা, মীচম প্রজাশিংগী অব্বাবা নীংঙমদবা চৈনাবু মশাদা চপচানা ফাওদুনা মণিপুরী সমাজবু শক তাক্লবা অমসুং হোংদোক্লবা হোৎনরিবা কলমগী সিপাহী অমদি হৌজিক ফাওবদা ইবা লেপত্রিবা গীতচন্দ্র তোংব্রানি। নোংচুপ সাহিত্যগী সেক্সপিয়ার, ইবসেন, জর্জ বার্নাড শো য়াম্নমক কুপ্পা পাই অমসুং মশাদা অমসুং মীৎয়েংদা চুপশিল্লি। ১৯৩৭ তা লিংখৎখিবা সোসাইটি থিয়েটর (অহানবদা রিভোলুসনরী থিয়েটর, মথংদা

নেসনেল থিয়েটর, হৌজিক্লা সোসাইটি থিয়েটর) না মহাক্কী লীলাশিংবু লেপ্তুনা শান্নরকপদা নত্তনা রুপমহল থিয়েটরনা ফাওবা মপুং ওইবা লীলা কয়া মিষ্টর দেম কিয়ার (১৯৫৪), লূদা মী চঙবা (১৯৫৫), জেলখানা (১৯৫৬), লৈবাক হৌবা আন্দোলন (মণিপুর সরকারনা থিংখিবা - ১৯৬০), অনিথোক্লা চিংখায়রে থম্মোয় (১৯৬৩), সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে (১৯৯০) শান্নখি মায়পাক্লা। তোংব্রাগী লীলাগী উদেশ্যদি নোকহনবনি, কপহনবনি অমসুং ৱাখল খন্থহনবনি। ওল্লকইবা, মথোং চারক্ত্রিবা সমাজগী অৱা অনা, থোইদোক্লসু লৈত লায়রবা ওৎপীরবা নৈবীরবা কয়াগী থম্মোয় শোকপা মশক ফাগীনা উৎপনি। ইবসেন অমসং জর্জ বার্নাডশোগী প্রভাব য়ান্না কন্না তাই। নুপীসু নুপাদগী তাদে অমসুং চেকশিল্লক্রবদি নিপা ফাওবা নুপীনা লমজীংই হায়বা বার্নাডশোগী মীয়েং অসি চাপচানা তোংব্রাদা চঙই। পুন্নমক্কী মথক্তা বুদ্ধিনা, মরৈনা ময়েক শেংহনগদবনি। অইবনা কপ্পা কপ্পা ইরগা অয়েংববু নোকহনগদবনি। ভাব তারক্লগা কপ্পক্লবা। তোংব্রা মশানা হায়জে — ইবসেনগী নোরা চরিতবু ইম্ফাল থোইবীদা হাপচিনবনি - অদুবু ওল্লু হায়বা ইয়া য়াদে মতমসিগী শানৌশিংনা। তোংব্রাদসু অহোংবা লাকই। কলপনাগী মখল মথেল ফাওরকই। অসিনা বেকেট, আইওনেসকোনচিংবা এবসর্দ থিয়েটরগী লময়ানবশিংগী প্রভাব মহাক্কী হন্দক মরক্তা ইরকপা — "সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে", "ককথ্রবা কোকয়াম" (১৯৯০) "তুরেল অঙাওবগী তোর্বান", "দ্রগকি মঙ" (১৯৯০) অসিনচিংবা লীলাশিংদা থেংনৈ। কাউঙমদ্রবা নিপানা লাকচবা ঙমদবা নুপীগী চরিত্র কয়া পুথোরকই - মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা নুপী (ইংরাজীদা নিয়ু ৱুমেন) হায়বসিগী লময়ানবনি। হৌজিক হৌজিক্কী সমাজগী মিহুলবু কুপ্পা খঙবা মাইবা তোংব্রানি। নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী সাহিত্যগী প্রভাব ফন্না য়ান্না চঙলবসু লেপ্পা নাইদ্রবা মহাক্কী কল্পনাদগী লেপ্তুনা থোরকলি - নোক্লিংবা, অনৌবা মশক কয়া।

লীলা ইবা হায়বসিমক্তবু থিয়েটরগী ঈচেলগা চৎমিন্নবা তাবনি। নীংতম্বগী ঈহৌ অমসুং খম্ব-থোইবীগী ঙক্লা ফজরবা জগৎ থেংনেরকপগী ঈহৌ অমা রুপমহল, এম. ডি. ইউ. এরিয়ান থিয়েটরদা চেষ্টরকপসিসু খরা লৈরগদি তপথরক্রে। লান মতুংদগী ১৯৬০ গী অদুৱাই ফাওবদি মণিপুরী দ্রামা অমসুং থিয়েটরদা সনাগী যুগ হায়বমক য়াই। ৬০ অদুৱাইদগী অমুক শিথরক্রে। ভারততা শীৎলকইবা অনৌবা থিয়েটরগী ঈচেল (দিল্লীদা অলকাজীগী মখাদা নেশনেল স্কুল ওফ দ্রামা অমসুং কলিকাতাগী সম্ভু মিত্র - ত্রিপটি মিত্রগী বহুরুপী) অসি মণিপুরদা য়ৌরক্ত্রি। হান্নগী অদু হঞ্জিন হঞ্জিন উৎপগী মওংদা

চংথরক্লে। তৌবগীদি লীলা ইবা কয়াবুদি লৈরি। মাইবম রামচরনগী ঐতিহাসিক অমসুং সামাজিক লীলা কয়া (শীংথানবা য়াবদি য়াইরিপোক থম্বালনু, নিঙোল চেপ্টর রান।) এলাংবম জয়চন্দ্র, খোংবান্তাবম তোলহল। মখোয় অসিদনা চৎনরিবা বাংলাগী থিয়েটরগী প্রভাব তাই। নাকল অমদনা অরাম্বম সমরেন্দ্র (দশা, জজ সাহেবকী ইমুং) অমসুং অথোকপম তোমচৌগী লীলা কয়াদা রাশিয়াগী চেখভ বার্নাডশো অমসুং ইবসেনগী লীলাগী মমি শেংফাত্তনা তাই। সমরেন্দ্রগী লীলাশিংদা রাখলগী লীলাগী মশক, মরৈ তৌনহনবা, অনৌবা নুপীগী মশক থেংনরকই। অচুম চুমদগী রাখল খলহনবা মতমগী নুংশিংকা চানবা লীলাগী মশক অমা পুথোক্লবা লাক্লরকই। অদুবু য়াম্নমক তোয়না শান্নবা অকনবা ঈচেলদি ওইদে। তোল্লবা মীয়ামগী মীচংদা লেপই।

১৯৭০ হৌরকপদগীদি অমুক মতমগী লীলাগী (কনটেম্পোরেরী থিয়েটর) ঈচেল অমা চেনবা হৌরক্লে। লীলাগী ভোল্যুমদসু, মপুথোক্তসুনি। ঈরোং অনি ফাংনা চেল্লি হায়বা ফাওবা য়াই। শীংথানরবা থিয়েটর হোলশিংদনা হান্নগী হান্নগী লীলাগী পরীংদগী পংহোং হোংদোক্তনা ভাবোক্কা ভাব তাননা চৎমিন্নবা লীলাগী পরিং অমা চখরি। অদুগা থিয়েটর হোল লৈজদবা চাংয়েং লীলা কয়াদি পুথোকচনীংবা থৱায় য়াওরবা অইবা অমসুং ডাইরেক্টর কয়া অমগী (খুদম ওইনা - পুখ্রম্বা শামু, কহ্নাইলাল রতনকুমার থিয়াম) অকনবা ঈহৌ অমদি লাক্লে। অসিমদি লেপ্তুনা শাফু কন্না হৌজিক ফাওবা চেম্থরি। ইনোৎ ওইনা নোংচুপলোমগী এবসর্ড থিয়েটরগী ঈচেল অমসু মপূং ওইনা নোংথোম্বম শ্রীবীরেন (গীতচন্দ্র তোংব্রাদা ফাওবা মচেং ওইনা) না হাপচিল্লকই। লীলা মচা, রান এক্ট প্লেনচিংবা য়াম্নসু ইবা হৌরক্লে। থরা লৈরগদি মিনিট ৪৫ মুক্কী ওইবা লীলা মচাশিংগী ফেষ্টিভেল ফাওবা থিয়েটর সেন্টর, মণিপুরনা চহীগী ওইনা চাং নাইনা চখরক্লে। দিল্লীগী নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী গ্রেজুয়েটশিং থোক্লরক্লে। কলিকাতাগী বাদল সরকারগা তিন্নবদগী কহ্নাইলাল (কলা ক্ষেত্রগী) সু অনৌবা মপোক অমা পোক্লে। রতনকুমার থিয়ামনা (কোরস রিপার্টোরি) অনৌবা লীলা পুথোরকপদা নত্তনা মপুথোক্তা (প্রদকসন) পূমনৌ নৌবা মশক অমা পুশিল্লক্লে। সনখ্যা ইবোতোম্বীগী অভাঁগাদ পুখ্রম্বা শামুগী থিয়েটর মিরর অমসুং অতৈ লীলাগী গ্রুপ কয়াসু অনৌবা চাংয়েংগা লোয়ননা চোংথোক্লরক্লে। তশেংবদি ১৯৭০ দগী ১৯৯২ ফাওবসি হান্নগী লীলাগী ঈচেলসু লেপহন্দনা, অনৌবা চাংয়েং লীলা মখল কয়াগী লোইবা নাইদনা পুথোক্লরকপা যুগ অমা ওইরে হায়বা তাই।

পুন্নমক্কী মথক্তা কহ্নাইলাল অমসুং রতনকুমার দি ভারততদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অতৈদা ফাওবা খঙনরক্লবা লীলা পুথোকপা লমজীং লমতাকপা অমমম ওইনা শীংথানরক্লে। তশেংনা হায়রবদি হৌজিক্কী মণিপুরী থিয়েটরদি অতৈ লমদগীদি তাবা হায়বদুদি ওইদ্রে। ওল্লকইবা মশকশিংসি ড্রামাগী শরুক্তা খরা কুপ্না য়েংশিনবা চঙই। মপুথোক (প্রদকসন) অমসুং ড্রামাগী ভোল্যুমগগী মরীগী মতাংদসু অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌনবা হৌরক্লে। পুন্নমক য়ৌরক্লবনিনা প্রভাবকী মতাংদদি মানা মানা উবা পামজবা মশক্তুনা মশা মশাগী ওইনা পুথোক্লরক্লে।

ড্রামাগী মতাংদদি চেষ্টরিবা ঈচেলসি মপুং ওইনা অনীনি হায়বা তাই। হান্নগী পরম্পরাগী ঈচেল অমনা লেপ্তুনা রুপমহল অমসুং এম. ডি. ইউদা চেষ্টরি। ভাবোক্কা খুৎশম্নদুনা নোকমিন্নবা কপমিন্নবা লীলাগী পরীংনি। পুন্সিদা অৱাবা ৱাহং হংদে। এরিয়ান থিয়েটরদনা চাংয়েং লীলা কয়াসু য়াওনা (খুদম - ১৮৯১ দোকুমেন্টরী থিয়েটর) হান্নগী লীলা, শান্নরি। সনখ্যা ইবোতোম্বীগী আভাঁগাদ নসু হান্নগী লীলাগী মথক্তা বেকেট, আইওনেসকো, বার্টল্ড ব্রেক্ট, বিজয় তেন্দুলকরনচিংবগী লীলাশিং শান্নরক্তুনা অনৌবা মহাউ পীরি। চেখভ, বার্নাডশো অমসুং ইবসেনগী প্রভাবতগী চথরকপা শীংথানবা য়াবা লেখক খরদি (গীতচন্দ্র তোংব্রাগী মথংদা) অরাম্বম সমরেন্দ্র (জর্জ সাহেবকী ইমুং, দশা, মিরাং, হিংনবা হিংবা, কারবার, তাঙাং মহাজননা তুবদা, হয়েংদগী কানতিন বন্দ, য়েন্নীংথাগী ঈশৈ অসিনচিংবা), অথোকপম তোমচৌ (প্রোমোসন, ছুটি, নুংশিবা থীবা, তরেং লৈবী, বস ষ্টোপ অসিনচিংবা), পুখ্রম্বা শামু (অতুম্বা মৈগী চীংনচিংবা লীলা কয়া পান্দম - থিয়েটর ওফ ইন্নর ট্রুথ)। নাইতোম ওইনা লেপ্লিবা অইবা খরনা - ক্ষেত্রী সনাজাউবা, কামিনী, ৱারেপ্পা নব (লীলা কয়া শান্নদুনা পুথোকখ্রবা) অসিনচিংবনি। অসিবুনা পৌরপ্পা অনীশুবা ঈচেল কৌবা য়াই।

ড্রামা হায়বসিতবু পুন্সীগী মীৎয়েং উৎপনি। অসিনা মশক তোঙান তোঙান্না উই। হৌজিক্কী মতমগী পুন্সীগী য়ৌশিনবা মশক অমদি নাইতোম তাবা লম্মাংনবা অমসুং ইশামকপু নৌহৌনা থিজবনি। কাব্যগী শক্তম লৌবা পুন্সী মশক অমসুনি। অসিনা থোরকই নোংচুপতা এবসর্দ থিয়েটর মণিপুরগী শীংথানরবা কবি নোংথোম্বম শ্রীবীরেনদসু য়ৌরকই অসিগুম্বা অকনবা শাফু অমা। সেমুয়েল বেকেট অমসুং আইওনেসকোগী তশেংবা প্রভাব তাই। ইরকই এবসর্দ লীলা অহুম — খোঙচৎ, হল্লকপা অমসুং অনী। "খোঙচৎ" হায়বা

লীলাদা মীওই মরিনা মশা মশাবু চিংনরক্কুনা শকখঙলক্তদুনা মীতোপ অমমম ওইখি। "হল্লকপা" হায়বা লীলাদনা নীপা-নুপী অনিখক্না মশানা মশাবু শকখঙজখিদে। অসুম অসুম পীকশল্লক্কুনা হিংবগী অর্থ মাঙখি। লৈতাফম খঙদ্রবা থবায়গী থিংঙমদ্রবা ৱাকৎনা "অনী" হায়বা লীলাদা উৎলি। শ্রীবীরেনগী এবসর্ড লীলাদি অহুমসিনা লোইরে। ইথরকপা থেংনদ্রে। অদুবু মতমগী মীৎয়েংদা থেংনরকপা লন্নাইগী ওইবা কাব্যগী মূর্ত্তি অহুমদি লীলাশিং অসিদা লৈহৌরে। মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা দান অমনি।

"ঈখৌ লাংবী" লীলাদগী হৌরগা হুমফু তরাগী অহৌবা শরুক্তা বাংলাগী নাট্যকার বাদল সরকারগা মণিপুরদা থেংনহৌবদগী দ্রামাগী সাহিত্যদগী পুথোকপনা হেন্না মপুং ওই হায়না হৈস্নাম কহ্নাইলালনা লেপ্তুনা হায়রি। মহাক্কী লীলা "তম্নলাই" দগী হৌখ্রে। "পেবেৎ", "থম্বালনু", আফ্রিকাগী নীংশিংবা অমসুং থম্বালনচিংবা থারগা পূন্না লীলা কুনমুক পুথোকরকপা অসিদা লীলাগী ভোল্যুমনা মপুং ওইরক্তবা হকচাংগী ওইবা থিয়েটর অমসুং হৌজিক্না নাম্থোকখ্রবা থিয়েটর (থিয়েটর ওফ ট্রানসেনদেন্স) হায়দুনা পুমনৌ নৌবা ষ্টাইলদা লীলা ইবা অমসুং পুথোক্লবা হোৎনরি। মণিপুরীশিংগী ঈদা তোংদা চুদুনা লৈখ্রবা শক্তি শিংবু হকচাংগী লেং ওৎপনা পুথোক্তুনা শান্নে। তুমিন লৈবা অমসুং মতৎ মতৎ ওইবা ৱাঙাঙনা লীলাবু পুখৎলি অমসুং ভাবোকপু শুম্নৎলি। লীলাদা মপূং ওইরিবসি দ্রামাগী ভোল্যুম নত্তে; হকচাংগী পুথোকপা মওংদুনি হায়ন কহ্নাইলালনা হায়রি। মহাক্কী ৱাফম অসি ভারত অমসুং পৃথিবী মফম অতৈদদি য়ানবগুম্না তৌরক্লি। উৎলিবা পুঙ্গীগী মূর্ত্তিদি মায়থীরবা, লম্মাংনরবা, নাইতোম তারবা অমসুং নৈখায়বীরবা মশক্না মপূংনি। কহ্নাইলালদা অখন্নবা মপানগী নাট্যকার অমগী প্রভাব তাই হায়বা ঙমদে। অদুবু যুগসিগী ৱাখলদি শোয়দনা চঙই।

রতনকুমার থিয়ামগী কোরস রিপার্টোরিদা শান্নখ্রবা লীলা কয়াবু মপানগী লীলাগী অনুবাদকী মথক্তা ঈশৈ, জগোয়, সূত্রধার, কোরস, ৱারী লীবগী ষ্টাইল অসিনচিংবা কয়াগী য়ানশিন্নরকপা মশক্না চৎনরিবা রিয়েলিষ্টিক প্লেগী খূৎই থাদোক্তুনা পূমনৌ নৌবা মওং অমদা দ্রামা ইবগী দরকার লৈরে। প্রদকসন ষ্টাইলনা লীলাগী ভোল্যুমগী মশক লেপ্লে। ফিলমগী স্ক্রীপকুম্না তোপ তোপ্পা লীলাগী স্ক্রীপসু ইরক্লে। মসিদি দ্রামাগী সাহিতাগী মপূং ওইরক্তবা য়াংলেনগী শরুগী মশক্তমক ওইবা অমা থোরক্লে। হৌজিকমক্তি নোংপোক নোংচুপকী দ্রামাগী ঈহৌদা টুটেল থিয়েটর হায়বগী খোঙজংদা চঙশিল্লক্লিবা মরম্না লীলাগী

ভোল্যুমনা চুম্নগী লৈখোমতমক ওইরগা শারকপা নীংথিজবা মূর্ত্তিশিং অদুদি মথক্তা পনজখ্রিবা মায়কৈ কয়াগী পাম্বৈনা শাগৎকদবনি হায়বগী খোল্লাউ অসি কহ্নাইলাল অমসুং রতনকুমার থিয়ামনা ময়েক শেংনা উৎলি। খ্নাফম অসিমসু মণিপুরদদা নত্তনা ভারতকী মফম অতৈদসু (সঙ্গীত নাটক একাদেমীগী লমজীং ফাওবা য়াওনা) য়ানরকপগুম্না তৌরি। মপুং ওইরিবদি লীলাগী ভোল্যুম নত্তে। থোরকপা লীলাগী মশক অদুনি। রতনকুমারগী ড্রামাশিংদা নোংপোক নোংচুপকী ড্রামা ইবশিংগী প্রভাব শোয়দনা তাগনি।

ভারতকী মমিং চৎলবা ড্রামা ইবা — মোহন রাকেশনা হায়রমই থিয়েটর হায়বসি ইশাবু শক খঙহনজবগা কোন্ননা কোয়শিল্লিবা সমাজগা ইশাগা লৈনবা মরী পুথোকপনি। পম্মুংফমদি - শেংদোকহনবনি, নুংঙাইহনবনি, রস পোকহনবনি। মসিবু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মখল কয়াগী খুৎলাই শীজিন্নবা তাবনি। যুগ খুদিংগী ওল্লকইবা মশক অসিগা ঈরোয়ননা থিয়েটরসু শান্নবা মখল মখল পুথোরকপা তাবনি। অসিনা থোরক্লি - রিয়েলিষ্টিক থিয়েটর, এবসর্দ থিয়েটর, অতোপ্পা থিয়েটর (দি অদর থিয়েটর), হকচাংগী থিয়েটর নাষ্টোক্লবা থিয়েটর অসিনচিংবা শান্নবা মখল কয়া কয়া ড্রামাগী স্কৃপকী মতেংনা। হোংলকইবা পুন্নমক অসিগা, তৌরকইবা লোইনাইদ্রবা চাংয়েংশিং অসিগা লীলাগী ভোল্যুম (ড্রামা) সু চৎমিন্নবা তাবনি। অসুম্না লীলা ইগদবনি হায়বগী অরেপ্পা লৈবা হৌনদে। অদুগা ড্রামা পুন্নমক ভাবোকনা য়াওশীন্দুনা অউবা মূর্ত্তি (দৃশ্য কাব্য) ওইনা চোংথোকত্রিফাওবদি অইবনা খঙহন্নীংলিবদু উৎপা ঙমদে। সাহিত্যগী মশক ওইবা ড্রামানা লীলাদুগী মরুনি, মথরায়নি, য়াংলেন শরুনি। ❑

১৯৯২ ইং

তান্নজখিবা লাইরিকশিং অমসুং অফোঙবশিং ঃ

১। মণিপুর থিয়েটর ঃ নীংশিং চেফোঙ ১৯৬৮, সম্পাদক ঃ নীলকান্ত, অফোঙবা থিয়েটর সেন্টর, মণিপুর।

২। সঙ্গীত নাটক (থিয়েটর টুদে) ঃ ২২ শুবা মশীং (১৯৭১), অফোঙবা সঙ্গীত নাটক একাদেমী, নয়া দিল্লী।

৩। মীৎয়েং ঃ মাপলশুবা মশীং (১৯৭৪), সম্পাদক ঃ পি. কোকঙাং সিংহ, মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, উরিপোক।

৪। রুপমহল থিয়েটর ঃ অরোইবা নীংতম লানগী নীংশিং চেফোঙ (১৯৯১), রুপমহল থিয়েটর, ইম্ফাল।

৫। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা ঃ অইবা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ (১৯৮৫), ভি. আই. পব্লিকেশন, ইম্ফাল।

৬। মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর ঃ অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ (১৯৮০), মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

৭। দি থিয়েটর ওফ দি এবসর্ড ঃ মার্টিন এসলিন (১৯৬৮), পেনগুইন বুকস লিমিটেদ।

৮। মণিপুরদা থিয়েটর অমসুং ড্রামা ঃ সনখ্যা ইবোতোম্বী (১৯৮৭), নেসনেস থিয়েটর স্টুদিজ পব্লিকেশন, ইম্ফাল।

# হয়েংগী থিয়েটর

২০ শুবা শতাব্দী লোইশিল্লক্তুনা ২১ শুবা ইংরাজী শতাব্দী লানশিল্লমদাই অসিদা থিয়েটরগী জগৎতা চৎথরিবা লানফমগী মওং অসি অমুক্তং য়েংথোকপা য়াই। হৌজিক্কী মশক খঙলগা হয়েংগী মওং লেপকদৌরিবনি। অদুবু অরাইবা পাওখুমদি পীবা ওইথোক্তে। কনাগুম্বা ক্রিটিক অমনা হায় — থিয়েটরদি থৌরী চিংনবনি — ভাবোক্কা ষ্টেজগগী মরক্তা। অর্থ লৈতবা নত্তে। অদুবু তাবদা খরগা হেন্না নুংঙাইবদি — থিয়েটরদি মীওইবগী নুংঙাইবসি হেঙ্গৎহনবনি। ঐখোয় ময়াম্না শান্নবা মশান্ন অমনি। যজ্ঞ মওং অমনি অমসুং ঐখোয় ইশানা শেমজবা দিজাইন অমনি। খরগা হেন্না মরিক চুম্বা অতেনবা পাওখুমদি থিয়েটর হায়বসি পুমশু-শুবা আর্টকী শকফমনি ("A Complete Art Work" — Richard Wagner) সাহিত্যদগী মচাক (স্কৃপ) লৌরে। ললিত, কলা অমসুং আর্কিটেকচরদগী সিনোগ্রাফি অমসুং দিজাইন লৌরে। নোংপোক্কী থিয়েটরদদি ঈশৈ অমসুং জগোয় ফনা নীংথিজনা শাজিন্নৈ। মীৎয়েং কয়াদগী কদায়বু থিয়েটর কৌবগে হায়বগী লোইনাইদবা পাওখুম লাকলি।

ঐখোয়না নীংশিংবা য়াই। খৃষ্টগী চহী হৌরকপদা নোংচুপকী গ্রীক লমদমদা মওং তাবা থিয়েটর থেংনরে। এরিষ্টোটলনা মদুগী চপচাবা মশক তাকলি — মহাক্কী পোয়েটিক্সতা, ভারতকী নাট্যশাস্ত্র লৈরি (ভরতমুনিগী) খৃষ্টগী মাং-তুং চহী ১০০ মুক্কী মতমদা। নাট্যশাস্ত্র অসিমক হান্ননা চৎনরম্লবা কয়াদু নীংশিংবগী মনুংদা মওং তানা খোমজিন্দুনা পুথোক্লম্বনি। নোংচুপকীনা হৌবা, ময়ায়, লোইবা হায়দুনা মনুংঙাই (Catharsis) জাৎ অমদা লোইশিল্লি — মপুং ওইনা ট্রাজেদিনি। নাট্যশাস্ত্রগীনা রস চুপ্পদা লোইশিল্লি — অসুম্না নাকল অনিমক্তা পঙখঙ খঙনদনা তোঙান তোঙানবা পরম্পরাদা ঈচেল অনী থোক্লা চেষ্টদুনা লাকলি। ১৯৪৭ দা ভারতনা নিংতম্বদগীদি ভারতকী একাদমী অহুম লিংখৎলক্তুনা — সাহিত্য, সঙ্গীত নাটক, অমসুং ললিত কলাগী মাইকৈদা অকনবা ঈহৌ — অমা পুশিল্লকই। ১৯৬৬ ইন্টরনেসনেল থিয়েটর ইনষ্টিট্যুৎনা ভারতকী শাখাগা

(থিয়েটর সেন্টর, ইন্দিয়া), খুৎশন্ননা দিল্লীদা পৃথিবী পুম্বগী ওইবা থিয়েটরগী সেমিনার অমা "ইষ্ট-ৱেষ্ট থিয়েটর সেমিনার" হায়না মিংথোন্দুনা শিনখি। পৃথিবীগী লৈবাক ৭৮ দগী প্রতিনিধিশিং য়াওখি। ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা (ডাঃ এসঃ রাধাকৃষ্ণন) সভা হৌদোকখি। নৈনখিবা বিষয়দি — টুটেল থিয়েটর করিনো। মসিমক্তী পুথোকপদা মত খেন্নমনখ্রদুনা পাগনি তৌরম্বা পেপর কয়া হন্দোক্লদুনা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা অকনবা দিবেট তৌনখি। নোংপোক নোংচুপকি থেংগাইনরকপনি। অসিগুম্বা থিয়েটরদা চংলিবা মচাকশিং — স্ক্রপ, অভিনয়, ষ্টেজ দিজাইন, ঈশৈ জগোয়নচিংবা পুন্নমক অমমমদা ওইনা পুথোক্লরগা খন্নখি। লোইশিনবা তারকপদা হৌজিক্কী চৎথরিবা থিয়েটরগী মশক (নোংপোক্তসু অমসুং নোংচুপ্তসু) অসিদা পেন্নদ্রদুনা হেন্না মপুং ফাবা মফোংদোক (a fuller expression) অমা থিরকপনি হায়না লৌনখি। ইন্দোনেশিয়াগী রামায়ন বেলে ফাওবা য়াওনা নোংপোক নোংচুপকী থিয়েটর কয়া উৎনদুনা য়েংনখি। অসুক চাওবা অমসুং নৈনবগী লোইবা নাইদ্রবা সেমিনার অমা হৌজিক ফাওবা ভারত্তা শিনবা ঙমদ্রি। ভারতকী প্রতিনিধিশিংগী লুচিংবনা লৈখিদ্রবা নোংচুপ বঙ্গগী মমিং চৎলবা ডাইরেক্তর শম্ভু মিত্রনি। মসিগী মতুংদা ভারতকী মফম অতৈদা নৈনবা মচা মচা কয়াদি মথং মথং পাঙথোকনরকখি। কলচরেল এক্সচেঞ্জগী প্রোগ্রাম চৎথরকই। অদুবু অমুক ১৯৮৬ তা খরদি পীকশিন্না অখন্নবা নোংপোক নোংচুপকী মমিং চৎলবা মীওইশিংগা লোইননা চৎথরকই — নোংপোক নোংচুপ থেংগায়নবা (East West Encounter) বোম্বেদা। মেক্সমুলর ভবনগী ডাক্তর জিওরস লেসনরনা ডাইরেক্তর ওইরবা এনঃ সিঃ পিঃ এঃ (National Centre for Performing Art) না শিনবনি। মদুদা য়াওবিখি মপান্দগী — দেনমার্কী মমিং চৎলবা ডাইরেক্তর ইউজেনিও বার্বা, জর্ম্মনগী ফ্রিজ বেনিৱিজ, পিটর ব্রুককী লোয়নবা জাক্লার্ডদে বোরিয়ার অমসুং বুলফ্রাম মেহরিং অসিনচিংবা অমসুং মনুংগী ওইনা মণিপুরগী রতন থিয়াম। মতম অসিদদি বার্টল্ড ব্রেক্টতগী হৌরদুনা গ্রোটোস্কি, বারবা, মোরিস বেজার্ট অমসুং পিটর ব্রুক্কনচিংবা কয়ানা ভারত, বালি অমসুং চাইনাদা ফাওবা চত্তুনা তোঙানবা থিয়েটরগী ফোর্মশিং কুপ্পা য়েংশিল্লগা লৌশিনবা হৌরকলে। ভারততসু বাংলাগী শেখর চট্টার্জিনচিংবা কয়ানা জর্ম্মনগী বার্টল্ড ব্রেক্টপু পুশিনবা, শেমদোকপা অমসুং মহাক্কী লীলাশিং শান্নবা হৌরকলে। অসিগুম্বা বোম্বেগী থেংগায়নবা অসিদা লৌশিন্নরিবা মওংসি কদোমদা চৎলিবনো হায়বদু মাগী মাগী মোত ফোংদোক্লদুনা কুপ্পা

নৈনখি। ১৯৬৬ গী দিল্লীগী সেমিনারদুদগী ফনা হেন্না চঙশিল্লবনি। লীলা পুথোক্লদুনা প্রমাণ তৌনৈ।

ভারতকী থিয়েটরগী মতাংদা পুথোক্লখিবা ৱাফমদনা মখাগী অসিনি। অশেংবা ফোককী ত্রেদিসনগা হৌজিক্কী ষ্টেজগা শমজিন্নহনবা (ইন্টর-প্লে) খুদমনা "ঘাসিরাম কোটৱাল" "হয়বদন" "ইনসানকা ঘোরা" অমসুং "চরনদাস চোর"। মথংদা ক্লাসিকেল প্লেবু হৌজিক হৌজিক্কা চুননবা, খুদম — শকুন্তলা ওট্টারন, চক্রব্যূহ (রতন থিয়ামগী) অসিনচিংবা, অহমশুবদা অশেংবা ব্রেক্ট নত্ত্রগা ভাবক্কা চুশিন্নবা ব্রেক্ট ভারততা শান্নগদ্রা? নোংচুপকী থিয়েটরগী সমস্যাশিংনা স্পেসিয়েলাইজেসন হাকমন্দুনা অপুনবা মীৎয়েং মাংখ্রবা মচেৎ তারবা পুম্নীগী মচাক উৎপা থিয়েটরগী মশক্তগী নাম্থোকনবা হোৎনবা অসিনা পুথোরকই — পিটর ব্রূক অমসুং বুলফ্রাম মেহরিং অমসু ইউনেজনিও বার্বানা কলচর ময়াম পুনশিন্নবা থিয়েটর (ডান্স কলচরেল থিয়েটর), পূমশুপ সুপ্পা এক্টর (Total Actor) আর্টকা পুন্সিগা পুনশিনবা, "চৎনরিবা থিয়েটরগী পন ৱাংমদা" ইউরোপকী মমিং চৎলবা দেনমার্ককী ইন্টরনেসনেস স্কুল ওফ থিয়েটর এনথ্রোপোলোজিগী ডাইরেক্টর ইউজেনিও বার্বানা কিরবা ৱাফম অমগা হায়দোরকই — কনা অমত্না অতোপ্পা কলচর অমা খংবা ঙমলোই (No one can understand another culture) নোংপোক্কী থিয়েটরবু য়েংলুবদা নোংচুপকী থিয়েটর লুচিংবশিংনা খংলবোই নিংলুবনি অদুনা মখোয়না খঙলিবদু মখোয়দা ফাওরকপা মশকনি, অশেংবা মশক খংবা ঙমদে। অসিনা ষ্টৈনিলাভসকিনা জাপানগী নো একটর উবদা মেয়ারহোলদনা জাপানগী কুবুকি থিয়েটরবু উবদা আটোনা পেরিসতা বালীগী থিয়েটরবু উবদা, ব্রেক্টনা চাইনাগী আর্টিষ্ট নুপী শাবী মৈলান ফাংবু উবদা — ঙাওখিবদনি। বরবা মশামক ১৯৬৩ দা ভারততা য়ৌরক্লুনা কথাকলি উখি অমসুং শুম্লাৎখি। মতুংদা মহাক্কা কুপ্না য়েংশিনখি — হকচাংদা লৈরিবা শক্তি (এনরজি) দা।

পূন্নমক্কী মথক্তা পোষ্ট-মোদর্নিজম হায়বা (আধুনিকতাগীতুং) মশক অমসু চংশিল্লকলি। Theatre দা পূরকইবা আর্টো (Theatre of cruelty) অমসুং আমেরিকাগী প্রোফেসর সেকনার (The class of performative circumstances) অমসুং অতৈ খরনি। হুমেনিজম (মানব বাদ) ওইরম্বা মোর্দন থিয়েটরদু অসুম চংশিল্লকপদা ওইরকই অরেপ্পা-নাইদবা, অয়েংবা ভাবোক্কা ডাইরেক্টরগা অমতা ওইমীন্নরকপা, ষ্টেজগা ভাবোক্কা

শন্নরকপা, সেন্টর য়ামলকপা চেনেল য়াম্বা (মলটি চেনেল) অরেপ্পা খংদবা চাওরবা শীংনবা অমনি। ষ্টেনিলাভসকি (মেজিক ইফ) ব্রেক্ট (থাপতোকনবা-এলিয়নেসন ইফেক্ট) অনিগী ৱাংমদা চঙশিল্লকইবা নোংচুপকী থিয়েটরগী ঈহৌ অমনি। এবসর্দ থিয়েটরগী ইহৌদি লেপখ্রে। অদুবু মদুগী অমম্বা মশকতি পুমমাঙ মাঙদ্রি।

অসুম্না নোংপোক নোংচুপতা চেল্লকলিবা ঈচেল অসিগী বেকগ্রাউন্দগী মণিপুরী থিয়েটরবুসু মশক খঙনবা হোৎনবা তাই। সভ্যতাগী হৌগৎলকপদা লাই হরাওবনচিংবা লৈরমইবা  ফোক থিয়েটরগী মাইকৈরোমদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগা নকশিন্নবা রাসলীলা, নট সংকীর্ত্তন, গোষ্ট লীলা, গৌরলীলা মান্দবতা অমসুং লম্মাংদা শান্নখিবা পরম্পরাগী ওইবা লীলা কয়ামুক লৈরি। ১৯০২ গী অদুৱাইদগী কলকতাগী থিয়েটরগী মতৌ তমদুনা আধুনিক থিয়েটর থোরকই। ১৯৩০ গী অদুৱাইদগী ফোক, সামাজিক অমসুং পৌরানিক ওইবা অনুবাদ অমসুং ওরিজিনেলদা ইরগা লোইননা চংশিল্লকই। মতম অসিৱাইদগী এম ডি ইউ, এরিয়ান থিয়েটর অমসুং রুপমহল থিয়েটর লীলা কয়া শাননরকই। মণিপুরগী বর্নাদশোনি হায়না খংনরিবা লৈখ্রিদবা জিঃ সিঃ তোংব্রাসু ফাগীনা করেমনদুনা মাংথরক্লিবা ভেলুশিং অসিবু কন্নবা হোৎনরকই। মহাক্না ইবা লীলা, লীলামচানচিংবা চাওরাক্না চামমুক শুরে — ৬০ মুক্তী ফোংলে। ১০০ রক হেন্না শান্নখ্রবা নীংতম্বগী লীলা তোংব্রাগী — ঙবোংখাও চুনরবা ঈশৈগা কোন্ননা কাওঙমদ্রবা মশক্লি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মনুং অমসুং মতুংদগীদি থিয়েতর গ্রুপ কয়া চোংথোরকই। লীলা কয়া ইনরকই।

১৯৭২ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা নোংচুপবঙ্গগী বাদল সরকার অমসুং মহাক্কী গ্রুপ শতাব্দীবু কৌথোক্তুনা হান্নগী লীলাশিং উৎহনবদা নত্তনা নৌহৌননা ফিজিকেল থিয়েটর ওইনা স্পার্টাকস উৎহনখি। মণিপুরগী কহ্নাইলালগা থেংনদুনা মণিপুর থিয়েটরদা অনৌবা য়াওল অমা পুরকখি। অরাম্বম সমরেন্দ্রসু অরি-অনৌগী ভেলুজ শন্নবগী মতাংদা ৱাহং হংবা হৌরকপা জজ সাহেবকী ইমুং (১৯৬৭) এরিয়ান থিয়েটর হোলদা শান্নরকই। নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী গ্রেজুয়েট রতনকুমার থিয়ামসু কোরস রিপোটরি থিয়েটর লিংখৎতুনা উৎলকই সনরেম্বী চাইশ্রা (১৯৭৬) হান্নগী থিয়েটরগী মশক্তগী হোংলকপা চাংয়েং লীলা (একসপেরিমেন্টেল প্লে) অমসুং লময়ানবা থিয়েটর (আভাঁগাদ) কি মশক্লি। এন এস দি গী গ্রেজুয়েট সনখ্যা ইবোতোম্বীসু হান্নগী পরিংদি থুগাইদনা অনৌবা মপুথোক কয়া পুশিল্লকই — ভারতকী বীজয় টেন্দুলকর, মোহোন রাকেশ, সেমুয়েল

বেকেট অসিনচিংবনি। অসিগা লোইননা থিয়েটর ডাইরেক্তর অমসুং অইবা কয়াসু মথং মথং চোংথোরকই তুংথ মাঙথ — পুখ্রম্ব শামু (থিয়েটর ওফ ইন্নর ত্রুথ), অথোকপম তোমচৌ, ক্ষেত্রি সনাজাওবা অসিনচিংবা। ড্রামা ফেষ্টিভেল চাং নাইনা শান্নরকই থিয়েটর সেন্তর মণিপুরসু লীলা মচা তান্নবগী ফেষ্টিভেল শিল্লকই। ষ্টেট কলা একাদেমীগী ললিত সিংহ মেমোরিয়েল লেকচরদা ভারতকী মমিং লৈরবা মীওই কয়া বার্ত্তন তৌবা হৌরকই। থিয়েটর সেমিনার কয়া তৌরকখি। চহী খরগী মমাংদা অরাম্বম লোকেন্দ্রগী লমজীং মখাদা ফোরম ফোর লেবোরেতরী থিয়েটর, ফোর্দ ফাওন্দেসনগী তেংবাংগা লোইননা নহা ওইরিবা থিয়েটর ৱার্কর কয়াদা তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা রিশার্চ তৌহল্লকই। থোরকই — ৱাইঃ রাজেন, এলঃ দোরেন্দ্র, এনঃ প্রেমচান্দ, এলঃ কিশোরজিৎ। কিশোরজিৎতী ইকুই কুইদনা ব্রাজীলগী আগোষ্টা বাওল (থিয়েটর ওফ দি ওপ্রেসদ) গী থিয়েটর ৱার্কশোপতা শরুক য়ারুই। সরকারগী তেংবাংদি ইয়াও য়াওদ্রবসু হৌজিক মণিপুরী থিয়েটরগী থোংজেলদি য়াংলে হায়নিংই। ভারতকী মফম অতৈগা চাংদমনবদা নোপত্রে। অদুবু থিয়েটর হায়বসিদি থবকনি-একসননি। উবনা য়েংবনা খঙবনা থিয়েটরগী চপ চাবা মশক নত্তে। জিওর্গলেসনরনা হায়বগুমনা — ৱাহংদি ষ্টেজগী ৱাংমদা হংবা তারবসু ষ্টেজদা পাওখুম চপ চানা পীবা তাবনি। সেক্সনরগী লোন্দা হঞ্জিল্লকপা শাজৎ (রেসতোর্দ বিহেবিয়র) হায়বদু ওইগনি। হৌজিকমক চেষ্টরিবা মণিপুরি থিয়েটরগী ঈচেলসি চাওরাক্লা অহুম থোক্লা য়েংবা য়াই। তিন্নবা য়াদনা শম্নদনা চেনবদি নত্তে। মপুং ওইবা ফোংদোকপগী শরুক্কা লেপ্লতনি।

অহানবা ঈচেলনা এরিয়ান থিয়েটরনা অরাম্বম লোকেন্দ্রগী ডাইরেকসন মখাদা অমসুং মরক মরক্তা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী লীলাশিংগা লোয়ননা চৎথরিবা পোলিটিকেল থিয়েটরগী মশকনি। বিষয়না পোলিটিকেল ওইবগী ৱাফম ঙাক নত্তে। সিম্বোলিজমগী মতেংনা মণিপুরীশিংগী অসুম অসুম মীওইবগী গুন মাংশিল্লক্লিবা পুক্সিগা লীলাগা শম্নহল্লকপনি। — দিহুমেনাইজেসনগী মশক অমা উংনবা হোৎনবনি। লমদম অসিগী সংস্কৃতিগী মরুগসু শম্নহন্নবা মতাংসু য়াওরি। অসিনা পুথোরকই দিল্লী নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিভেলদা উৎখ্রবা — খুমন চাখা মোইরাংঙম্বা (১৯৮২) অমসুং ফৌওইবী লাংওন (১৯৮৫)। ইরাবতনচিংবা দোকুমেন্তরি থিয়েটর ষ্টাইলসু পুথোরকই। মাইকৈ অসোমদা চংশিন্নবা হোৎনরিবা নহারোলশিংগী মনুংদা এন প্রেমচান্দ্র শিংথানবা য়াই। এরিয়ান থিয়েটরগী ওইনা

লীলা কয়া পরিচালনা তৌরকই — ইমা কৈথেল (১৯৮৭) দগী হৌরগা নোং তারক্রে (১৯৯২) অমসুং হন্দক্তা উৎখ্রবা অন্তিগোনে য়াওনা — লীলাগী ফজবগা পুন্সীগী ফজবগা শন্নহন্দ্রা হায়বসে লোকেন্দ্রগী মপুং ওইবা ৱাকৎনি। হায়বদি হৌজিক্কী অয়াম্বা নহারোল থিয়েটরগী ডাইরেক্তরশিংনা মণিপুরীশিংগী হৌজিক্কী ওইরিবা পুন্সি মশক খংদ্রে হায়বসিনি। থিয়েটর ওফ কম্মিতমেন্ত পুথোকশি হায়বনি। মাইকৈ অসোমদা বার্টল্ড ব্রেক্টকী লীলাশিংগী শকফমগসু শমজন্নরকপা য়াই। অগস্টা বাওলগী নৈহৎপিরবশিংগী থিয়েটর (থিয়েটর ওফ দি ওপ্রেসদ) গী ৱাখল্লোল অমসুং মপুথোক্কসু শমজন্নরকপা য়াই। মণিপুরী সমাজগী খোল্লাউনি।

অনিশুবা ইচেল অমনা রতনকুমার থীয়ামনা লমজিংলিবা ভারততদসু নত্তনা মপান্দসু মতিকচানা খংনরক্কবা লাই য়েকপগী লোন্দাদা হায়রগা এক্সপ্রেসনিজম কৌবা য়াবা পুক্লিং হুনা ফজরবা থিয়েটরগী মশকনি। মণিপুরগী লৈজরিবা জগোয় সংকীর্ত্তন অমসুং থাং অসিনচিংবা কয়াগী খুথেক শাথেক অমসুং লোকগীত অমসুং সংকীর্ত্তনগী মাইকৈদগী ঈশৈনচিংবা খন খন্দুনা করিগুম্বদা বার্টল্ড ব্রেক্টকী পুথোকপগী ষ্টাইলদা মশক নাইনা পুথোকপা খুৎশেম অমমমনি। য়েংবদা মেজিক তৌদুনা শুন্মংলি। নেসনেল দ্রামা ফেষ্টিভেলদা উৎখ্রবা "উচেক লাংমৈদোং" (১৯৭৭), সনরেম্বী চাইশ্রা, মহাভারতকী ৱারী অহুমনচিংবা মথং মথং উৎলক্তুনা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা মহাক্কী লীলাশিং ময়াম্না য়েংনরী। "চক্রব্যূহ" নচিংবা লীলাদা পুন্সিগী ৱাহং খর হংদবদি নত্তে। মণিপুরী সমাজবু মশক খণ্ডদবসু নত্তে। অদুবু থিয়েটর ওফ কমিটমেন্ট হায়বদুদি নত্তে। মীৎ থনবা থিয়েটরনি। (স্পেকটিকুলর থিয়েটর)। মহাক্কা তিন্নরীবা অমসুং মহাক্কী তুং ইনবা এস. কে. মণ্ডানেচিংবসু চৎথরকলি। চপচানমক তুং ইন্দ্রবসু মহাক্কী প্রাদক্সন ষ্টাইলগী প্রভাবতি ফন্না নিংথিজনা মণিপুরগী পুথোরকপা লীলা কয়াদা শন্দোরকলি। ৱাহং অমতংদি হংবা য়াই — রতন থিয়াম্না লৌশিন্দুনা শীজিন্নরকলীবা মওং অসি নোংচুপকী থিয়েটর ডাইরেক্তরশিংনা ভারতকী, বালিগী অমসুং চাইনাগী থিয়েটরগী মশক্তদগী মানা মানা পামজবা মশক্তু শাগৎলকপগী মওংলা নত্রগা হান্নগী পরম্পরাগী চৎনরীবা নুংগী ঈচেল অদু চপচানা কায়হন্দনা থম্নবা হোৎনরিবরা হায়বসিনি। অনিমক অমতা ওইনা উবসু য়াই। নোংচুপকী ডাইরেক্তরশিংনা কৌরি — ইন্টর কলচরেলিজম ইচম চম্না। কাংবু অমনা থেংগায়নবদৌনসু (কোলিসন ওফ কলচরস) উরি — রষ্টম

বরুচানচিংবা থিয়েটর ক্রিটিকশিংনা।

অঙুমশুবা ইচেল অমনা নোংচুপ বঙ্গগী বাদল সরকারগা তিন্নরুবদগী থোরকপা অসুম অসুম মশক হোংলকলিবা হৈস্নাম কন্হাইলালগী থিয়েটরগী মশক অসিনি। পেবেৎ (১৯৭৫) দগী হৌরকপদুনা "লাইগী মচাশিংগা" (নেসনেল দ্রামা ফেষ্টিবেলদা উৎশ্রবা) অমসুং আফ্রিকাগী নীংশিংবা (১৯৮৫) নচিংবা মথং মথং পুথোরকলি। ইউরোপকি ষ্টেনিলেভসকি মেজিক ইফদগী হৌরগা পোলেন্দগী গ্রোটোসকী (পোর থিয়েটর) অমসুং ইউজেনিও বার্বা (প্রোফেসিনেল আইদেনটিতিদা চংশিল্লকলিবা বার্বানা লাউরি — ঐহাক্কি দেসতি ঐহাক্কি হকচাংনি) নুংগী ওইবা শক্তিশিং কয়া থেংনদুনা হকচাং পুম্বদগী থোরকপা ভাইব্রেসনগী মতেংনা পুথোরকপা হকচাংগী লীলানি। টুটেল এক্তর অমা শাগৎপগী মহোংনা অমনি। মসকসু মথং মথং হোংলকলি (অহানবদা বাদল সরকারগী ৱাহৈ লৌদুনা সাইকো ফিসিকেল থিয়েটর কৌরম্বদগী ওল্লকই — ইন্টিমেট থিয়েটর, ট্রানসেনদেন্টল থিয়েটর অসিনচিংবা)। বোদি — মাইন্দ ইন্টরপ্লেনি হায়না মশানা হায়জবা থিয়েটরগী ভাবতকী ট্রেনিং তৌবা তাই। তারকপা ফলনা — হকচাংগা পুক্নিংগা অমতা ওইনা চংশিন্নবনি।

হকচাং পুম্ববু নোকহনবনি কপহনবনি অমসুং ঙাঙহনবনি। পান্দমনা — হকচাংবু মোমোন নোক্লা ফজরবা শৈরেং অমগুম্না পুথোকপনি। কন্হাইলাল মশামক্লা হায়জৈ — "এক্টর" অমগী হকচাং অসি শক্তি অমসুং ফজবগী শক্লোন পুবা লোল অমনি। (এরিয়ান থিয়েটরনা শীনখিবা ডিসেম্বর ১৯৯৬ সেমিনার ওন কনটেম্পররী থিয়েটরদা পাথোকখিবা)। কন্হাইলাল নেহরু ফেলোসিপ ফংদুনা চহী অনি রিসার্চ তৌরবা মতুংদা তারকপা ফল খরা লাইরিক ওইনা পুথোক্কদৌরি। মহাক্কা লোয়নরম্বা অমসুং তুংইনবা থিয়েটর ডাইরেক্তর খরসু থোরক্লে — পান্থোইবী নাট্য মন্দিরগী ৱাই, রাজেন্দ্র অমসুং খগেন্দ্রনচিংবা। ভারতকী মফম কয়াদা মহাক্লা ৱার্কশোপ তৌখ্রে। জাপান অমসুং আফ্রিকাদা লোইনবী কলাকার সাবিত্রিগা লোয়ননা লীলা উৎলুরে। নুংঙাইর্বদি হৌজিক হৌজিকমক ইউরোপ্তা কৃপ্না য়েংনরীবা বারবাগী খোঙচৎকা ভারতকী কন্হাইলালগী চৎথরিবা অসিগা খ্রাবাংননা চৎথরিবা অসিনি। মহাক্কী গ্রুপ কলাক্ষেত্রনা কুরোসাৱাগী ফিলমদগী থিয়েটর ওন্থোকপা রসোমোন কলকত্তা (১৯৮৭) দা উৎলুবদা মমিং চৎলবা ক্রিতিক ডাক্তর ফিলিপ জারিলিনা অঙকপা লাইফাও অমা তাখি কন্হাইলালনা চখরিবা থিয়েটরগী অনৌবা

লোন অসি পুথোকপা লোইশিল্লকপদা হৌজিক্কী ওইরিবা থিয়েটরগী মশক অসি কিনথখিগনী। নুঙাইবদি — অনৌবা লোন অসি পুথোকপা লোইরে। লাইরিক ওইনা ফোংগদৌরে।

তশেংবদি থিয়েটরগী লোন অসি অমখক্তনি। মীৎয়েং খেৎনবগী অমসুং পুথোকপগী শক্তি খেৎনবদগী মশক কয়া থোক্লা উবনি। থম্মোইগী লোন্দি অমত্তনি। মফম মতম খায়খিদুনা তোংঙান্না তাখিবনি। মতমসু অমত্তগুম্না মুনি ঋষিশিংনা উখি — হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং ওইরক্কদবা পূম্নমক লৈদুনা চৎপা অমসুং অমখক্তসু ওইবা (কোসমিক সাইকল অমসুং কোসমিক ইউনিভি) ঙাক্তনি। ফোংদোকপদা নোংপোক নোংচুপ খায়বদনি জাতি বিজাতি খায়দবা থিয়েটরগী লোলনী। অদুবু কলচরদি মান্নদবনিনা চপ মান্ননা য়েংমিন্নবদা তোঙান তোঙানবা উনবনি।

অরোইবদা পুখৎচরি — ২১ শুবা শতাব্দীদা ওইরক্কদবা মণিপুরী থিয়েটরগী মশক করিনো? অমখক্তনি হায়বা য়ারোই। অমখক্ত ওইগনি হায়বসু য়াদে। শক্লোন কয়া লাক্কনি। মদু লমদম অসিগী ওল্লকইবা পুন্সিনা লেপকনি। অনৌবা ডাইরেক্তরশিংগী খনবা ঙম্বা অমসুং উবা ঙম্বগী শক্তিগী মখা পোল্লি। মথক্তা চেষ্টরিবা মপুং ওইবা ঈরোংঅহুমগী মশক উৎচখ্রে। অহুম্মক অসি অমগা অমগসু য়েংনদবা নত্তে। খঙনদবা নত্তে। অদুবু ঈচেলদি তোঙানবত্তনি। মসিগা লোয়ননা হান্নগী মপুং ওইবা পোপুলার থিয়েটরগী ঈচেল শক্লাইরবা তম্পাক্কী হোলশিংদা চেষ্টরিবা ঈচেলসু লেপলোই। মখোয়গীসু মতীকচাবা ভাবোক লৈরি। অদুবু মতমগী ৱাখলনা অমসুং লৈবাক্কী ফিবমনা হোংলকপা মতুং ইন্না মখোয়গী মশকসু হোংলক্কনি। মরমদি থিয়েটর পূম্নমক ক্রিয়েটিভ ওইনা লেপ্তুনা চেনথবা ঈচেল ঙাক্তনি। উসোবকী ইপ্পাং মথেল খুদিংমক তোঙান তোঙানবা মহাও লৈ। পূম্নমক চাবদা হাওই। পুনশিল্লগসু অমুক্কা হেন্না পেল্লি। মণিপুরী থিয়েটরগী তুংগী ওইরক্কদৌবা মশকসু সরকারনা অমসুং প্রজানা শকখঙবীবগী চাংগা লোয়ননা অয়াঙবা, ময়াই ওইবা অমসুং তপথবা খোঙচৎ লাক্কনি। প্রতিভা লৈবা থিয়েটরগী মীওই থোরক্লগা অমসুং ময়াম্নসু শৌগৎপীরগ অকন্নবা খোঙথাংদা চঙশিল্লকপসু য়াই।

য়াম্নমক নুংঙাইজবদি পৃথিবীগী চেনথরিবা খোঙচৎতা মণিপুরী থিয়েটরসু তুং ইনবা ঙমজবসিনি। লমদমনা পীকপনা মীচংনগা শোনবনা শক খঙবীবদা খরদি কুইনা চঙগনি। অদুবু ইন্দোনেশিয়াগী বালিগুম্বা মফমগী আর্টনা ইউরোপপু কাওহনবা ঙমলবদি মণিপুরগী

আর্টনা অমসুং তোপ তোপ্পা থিয়েটরগী মশক্কা চপ চানবু মণ্ডণ লৈরবদি অতৈবুসু কাওহনবা ঙমগনি। মণিপুরী জগোয়দদি হায়রিবসি ওইথোক্লে। কুনমাথোই শুবা খৃষ্টগী শতাব্দীদদি মণিপুরী থিয়েটরনসু অতৈবু কাওহল্লকপ য়াবগী থাজবা লৈ। আমেরিকাগী অদলাই স্তিভেনসনা রিপব্লিকান পার্টিগী মতাংদা হায়খিবদৌনা ঐখোয়সু মণিপুরী থিয়েটরবু নমদুনা, চিংদুনা কাওহনদুনা কপ্পা লাউনদুনা কুনমাথোইশুবা শতাব্দীদা চীংশিন্নবা হোৎনসি। (dragged kicking and screaming into the twentieth Century – Adlai Stevenson). ❑

১৯৯৭ ইং

# পুখ্রম্ব শামু অমসুং নুংগী ওইবা অচুম্বা

"অহিংশে! অৱাবনা থল্লবা অহিংসে!

নুংপান, হকচাং, কায়াৎ ঙম্নমক

অমুক তেকখৎলকপা ঙমদনা চোকথরবা অহিংশে।

ৱাৎলি। নোংঙানগদবদি য়াম্না ৱাৎলি।

চৈনাখোনশিদৈ নাম্হোক্কুনা

পুনসিগী অপেনবনা থল্লবা মীকুপ অদো

করম্বা মতমদা লাক্কবা! কৈদৌঙৈ নোংঙাল্লক্কবা।"

অসুম্না খোঞ্জেল অমনা লোইশিল্লি পুখ্রম্ব শামুনা মহাক্কী লীলা "মীকুপ অমত্তং।" মসিমক মহাক্কী পুন্সীগী মীৎয়েংনি হায়না লৌবা য়াই। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুং ১৯৬০ দগী ১৯৮০ ফাওবগী মনুংদা ওইরম্বা মণিপুরগী ময়ায়গী ওইবা সমাজ অমসুং পুন্সী মশক অদুনা লীলা ইবা, এক্টর অমসুং ডাইরেক্তর — পুখ্রম্ব শামুবু শাগৎখি। চপচাবা মতমগী মীনি (ইংরাজী ৱাহৈদা মোর্দন মেন)। পূম্নমক অমতা ওইবগী চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবগী অমসুং নুংশিনবগী পুন্সী ঈশ্বরদা চেৎনা থাজবা অমগী লংলানা পুল্লম্বদু কায়খ্রে — মচোই মচোই তারক্লে। করপসন, অমনা অমবু হন্না য়েংনদবা, পৈশাত্তনা মপুং ওইবা অমসুং নোংচুপতকী কন্না ফুজিল্লকপা "ঐগীনা হান্না" (ইন্দিবিজুয়েলিজম) হায়বা ৱাখলনা ইমুং মচেৎ তানরক্লে। নুংগা তাইশিন্নবা খণ্ডদ্রবা মশক্লা পান্দা মকা ফন্না ফোংদোরক্লে। পুন্সীগী অর্থ মাঙখ্রে। হিংবগী অর্থসু লৈরক্ত্রে। নাইতোম তারক্লে মীওইবনা — পৃথিবীদগী, সমাজদগী মহাক মশামক্তগী। ঈশ্বর শিখ্রে-লোৎখ্রে। পুন্সী অসিমক ওইরক্লে ৱাহং অমা খুম্নবা হোৎনরিবা মরোল মরোল লোনশিল্লবা পল্লেপফম খণ্ডদবা, মশক্লা-হিংবা। হিংবগা শিবগা ফাওবা খেন্নফম খণ্ডলক্ত্রে। লেমহৌরে পুন্সীদা — অর্থ য়াওদবা, মীওইবগী মাংখ্রবা শক্তম অমসুং মকোক মমৈ ওন্নবা মশক।

অসিগুম্বা মতমগী চৈনাখোল অসি চপচানা ফাওখি পুখ্রম্ব শামুদা। তোপতোপ্পা

মীৎয়েং অমনি। সাহিত্যকারশিংনা উরকই পুন্সীবু মথক মখা ওন্ননা মঙগী শকফমদৌনা — সুরিয়েলিজমদা। অয়েকপা লাই থোরকই। পাব্লো পিকাসোনা উরিবা শকফমগী কান্নদবা মখে লৌথোকখিবদা ওন্নকই লাইখুৎয়েক — ক্যুবিজম। সেম্যুয়েল-বেকেৎগী "ৱেটিং-ফোর গোদো" হায়বা লীলাদা মতম লৌথোকখিদুনা লীলাগী অহৌবা শকফম অদুমক অরোইবদসু কায়দনা থন্নকই। থিয়েটর মিরর ড্রামাটিক সোসাইটি লিংখত্তুনা পুখ্রম্ব শামুসু চাংয়েং লীলা মথং মথং পুথোরকই। তোপতোপ্পা লীলা মওং পুথোরকই — ওইবা ওইদবা, থোকপা থোক্তবগী পল পুন্নমক থুগায়দুনা ভাবোকপু ঙকহন্দুনা নুংঙাইহন্দুনা অমসুং খম্বহন্দুনা লীলা মথং মথং শান্নরকই। মমিং চৎলবা লীলা ইবা, মণিপুরগী বার্নাদশো নি হায়নরিবা জি সি তোংব্রাগুম্না পুখ্রম্ব শামুগীসু তোপ তোপ্পা মীৎয়েং অমসুং লীলা মপুথোক অমা হায়রিবা মতম অসিদা খঙনখ্রবনি। লাইবক থীবদি হৌজিক হৌজিক ফাওবদা খ্বায়না খঙনরবা ফোঙলবা ভোল্যুমদি অহুম খক্তনি — জগোয় শাবী, অতোনবী অমসুং অতৃম্ব মৈগী চীং। অসিনা ড্রামা ইবা অমা ওইনা সাহিত্যগী মতাংদা নৈনবদা খুদোংচাবা ফংখিদে। নুংঙাইবা পাউ অমনা — লেমহৌরিবা ফোংদ্রিবা লীলাশিং অদুদগী ৪ খক্তি ফোংলগনি। "অয়েকপা লাই" (১৯৭২ দা ইখিবা অমসুং কয়ারক হুন্না শান্নখ্রবা — থিয়েটর মিরর অমসুং কোরস রিপার্টোরি থিয়েটরনা) "শক্লাইদবা ৱারী", "মী অমত্তং" অমসুং "অঙম্বগী কা"। লীলা ৪ অসিনা লীলা ৭ মুক অফোঙবা ওইনা লৈরবদি শামুগী ড্রামাগী আর্ট অমসুং পুন্সী মীৎয়েংগী মতাংদা নৈনবগী খুদোং চাবা ফংলগনি। মহাক্না খঞ্জখিবা অমসুং মঙোন্দা ফাওজরিবা পুন্সী লীলাশিং অসিগী চরিত্রশিংনা ফোঙদোকলিবনি। মহাকবি সেক্সপিয়ারগী লীলাশিংগী চরিত্রগুম্না।

পুখ্রম্ব শামুনা য়াম্নমক তোয়না শীজিন্নরম্বা ৱাহৈ অমদি — নুংগী ওইবা অচুম্বা (ইংরাজী ৱাহৈদা ইন্নর ট্রুথ) হায়বসিনি। অচুম্বা করিনো? অরানবা ৱাহং নত্তে। খুম্বমকসু ঙমনদ্রিবনি। অসিমকসু শন্না হায়রবদা — ঐখোয়না চুন্নে হায়না উরিবসি মায়ানি। মসিগী মনুংদা অচুম্বা হায়বদু লৈরি হকচাংগী মীৎ নাকোংনচিংবনা থেংনরিবা অসিনা প্রমাণ তৌনবা লাক্করি। অশেংবদি উরিবা মশক অসি — মাইখুম উপ্পনি, শাশিন্নবনি, মীনম্বনি। অচুম্বদি মনুংদা লৈরি। মপান্দা উরিবদুগী খঙলিবদুগী ওন্ন তৈনবা মশক্কি। নুংগী ওইবা মশকনি লীলা ইবা শামুনা উৎনবা লাক্করিবসি — চুন্নগী মপা মচা, মতৈ মনাউ শকখঙনরক্তবদা নত্তে। মশা মতোমতা ফাওবা খঙজবা ঙম্নক্তে। গ্রীকশিংনা — নশা মশক

খঙঙু (নো দাইসেল্ফ) হায়রম্বদু ইচম চম্বা খোল্লাউ নত্তে। মীওইবনা মশানা মশাবু খঙজবদা কুইনা চঙই। অয়াম্বনা মশক খঙজদনা পুন্সী লোইখি নত্ত্রগা পুন্সীগী অরোইবা মীকুপ্তা মশা মশাবু খঙজরকই।

১৯৭২ দা শান্নখিবা "অতোনবী" কৌবা লীলাদা ময়াম্না শকখঙবীদবা নুপী অতোম্বী অমগী থম্মোয় শোক্লবা মশক উৎপনি। নুপী অহলগী মীচংদা মমা অমসুং ময়াম্না লেপলি - অয়াম্বনা চৎনবদৌনা। অতোম্বীগী মীচংদদি মনেমবোক্তং খঙবোই খঙদবোই তৌদুনা লৈরি। লীলাগী অরোইবা শরুক্তা নুংশিমচা (অতোম্বী) অমসুং শকহেনবী (নুপী অহল) পূন্নমকপু থাদোকপা তাখি — ময়াম্বু কপহন্দুনা থনমই। শামুনা হংলি কমদৌই ঐহাক্কী খুৎশেম ঐহাক্না উরিবা নুপী অতোম্বী অসিদি? ১৯৭৭ তা শান্নখিবা "অতুম্বা মৈগী চীং" গী লীলাদা মহাক্না চান্নরম্বা থম্বালনা ইবোয়াইমগী মতৈম ওইনা লাকই ময়াম্বা ইবোহলদা থাজদুনা। মতমগী নীংতম্বা পাম্বা মনাউ ইবোপিশককা মমা মপাগা পুন্না চামিন্নরিবা অপুনবা ইমুংদা ময়ী চৎলকই। ইবোয়াইমদা ইবোপিশক্না দাবী তৌই - তোখায়না লৈজরগে। ময়াম্বা ইবোহলসু য়াই। অদুবু মতৈমনা খামজিল্লি। মতম অসিগী নীংতমনিংবগী - মরম্নাই ওইনা হিংনিংবগী কল্লবা শাফুবু অইবনা পুশিল্লকই। মপান্দা উরিবা মশক্না মতৈম-মনাউনিপাগী মরীনি। নুংগী অচুম্বনা থাদোক্লবা য়াদ্রবা লংলা অমনা পূনবা তোক্ত্রি। অদুনা মমৈথংদা ওইরকই — মৈগী চীংগী মশক পোকখায়রককদবা।

পুথ্রম্ব শামুগী য়াম্নমক পামজবা বিষয় অমদি — মতৈ মনাউ শকখঙনদবনি। তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী অমসুং সমাজগী থৌইনশিন্দগী নীপানা মহাক্কী নুপীবু শকখঙদে! নুপীনসু নুপা শকখঙবদা লুনা থোকই। অনিগী ফাওনদবসিনি হৌজিক্কী সমাজদা তোয়না থোকলিবা। অদুবু পুন্সীগী খঙহৌদবা মীকুপ অমদদি অনিগী তিন্নফম লাকই। মীকুপ অদুনা নাম্থোকখ্রগা অদুম পুন্সী চুপ্পগী কায়নবা ওইখি। নীংতম্বা পান্নবা মীওইবগী পুন্সীনি। অনিমক ব্যবহার তৌনবা তাই। য়াফম অসি ময়েকলানা উৎলকই — মহাক্কী "মীকুপ অমতং" হায়বা লীলাদা। কাব্যগী মশক লৌবা মীৎয়েংনি। ১৯৭২ দা ইখিবা অমসুং শান্নখিবা "অয়েকপা লাই" হায়বা লীলা অসিদি য়াম্নমক মমিং লৈখিবা লীলানি। অইবনা করি হায়নীংলিবনো হায়বদুদি (লীমামক্তি য়াম্না নুংঙাইনা শান্নরগা) অয়াম্বনা লৌশিনবদা য়ানা থোকখি। লাইয়েকপা অমনা য়াম্নমক নুংশিজরম্বা মহাক্কী নুপীবু (মোদেলবু) অশিবদৌনা উখি — "লাই কয়া য়েকখ্রবা, শৈরেং কয়া ইখ্রবা মতুংদা।

নুপীদুনা মিৎয়েং লানবনি হায়না ৱাকৎলি। মাঙখ্রবা শক্তমবু থিজরুগে লেপ্লবা নুপীদু লাইয়েকপা অদুদগী নাম্থোকপা শুকঙম ঙমদে। নুপীদুনা কপলাউবদগী অহিংবা শক্তম থোরকই। নিপানা য়েক্লবা হোৎনরকই। হায়রকই লেপ্লিবা মোদেলদা মফি মথং মথং লৌথোরক্লবা — "মদুতা নত্তে অমদুশু। অদু মওং — লৌথোকপদা থম্মোইদা লাক্লিবা অচুম্বা শক্তমগী মঙানসে অমুক্না হেন্না ঙাল্লনি।" লোইনমক লৌথোক্লকপদা লাউরকউ — "চপচানা হিংলে। " অদুবু ওইরকই অকিবা মশক! অনিমক কায়নখি — খা মেরু, অৱাং মেরু শুম্না। অইবনা থেংনরিবা অচুম্বসি কদায়দনো? হিংবগা শিবগা খেন্নবসিনা কদায়দনো? ফীরোন পূন্নমক লৌথোকলগা অচুম্বা থেংনগনি অহিংবা উগনি থাজরম্বদুনা অরোইবদা থেংনরকই অশিবা। অচুম্বা কদায়দা লৈবগে হংলি পুখ্রম্ব শামুনা ঃ মূর্ত্তি খরসি ওসকার ৱাইলদগী "পিকচর ওফ দোরিয়ানগ্রে" হায়বা উপন্যাস অদুদা য়াওবা হোংলকপা চরিত্রগী মশক্না অয়েকপা লাইদা চঙশিল্লকপদু নীংশিংহল্লি।

শামুগী "শক্নাইদবা ৱারী" হায়বা লীলা অসিদনা মমা, মপা মচাগী মমল লেপ্পগী য়াম্নমক নোক্লিংনা কুপশিনবা মশক অমা উৎলি। পরম্পরাগা হৌজিক্কী ওইরিবা মশক্কা থেংগায়নবনি-শকখঙ্ডনবনি। পুক্সীগী অরেপ্পা মমল লেপ্নবা হোৎনরকপনি — তিনশিনবা, খাইদোকপা, পুরিবা, য়েন্নবগী পাম্বৈনা। অদুবু ওইথোকখিদ্রে। অদুনা লৈজগে লাক্লিবা মীতোপ অদুনা অরোইবদা হংই — "হৌজিক কমদৌবা তারি?" "ওঃ! ওইথোকপগী ওইথোক্তবা। অহিংবগী অশিবা! শক্নাইবগী শক্নাইদবা! ৱারী। ৱারী!" অইবনা হায়রি — মপানগী চৎনরিবা মশক্কা মশা মশানা থাজরিবা অচুম্বনা নুংগী ওইবা অচুম্বগী মশক তাকপা ওইথোক্তে।

চহী ৩৬ মুক্তা হিংলম্বা (১৯৪৪-১৯৮০) পুখ্রম্ব শামুগী থাজদনা য়াম্না ইরম্বা লীলাশিং (অশাংবা লীলা ৩০ অমসুং অতেনবা লীলা ১০) অসিদা ময়াম্না মপান্দা উবা ঙমদবা নুংগী ওইবা চয়েৎনবা মশক, পাউখুম ফংদ্রবা কয়া অমসুং থায়নগী ভেল্যুজনা মাঙখ্রবদা ওইরকপা নাইতোম তাবগী মশক অমা — মতাং খরদদি এবসর্দ থিয়েটরগী মশক লৌবা - উৎলকই। মসিবু মহাক্না থোল্লি — নুংগী অচুম্বা। মসিদা কাব্যগী মশক্না লৌই। তথক্লবা ছন্দ পুশিল্লক্লবা হোৎনৈ। স্টেজসেটকীদমক অইবনা য়াম্নমক চেকশিল্লি। ফ্লাসবেক শীজিন্নদুনা হৌখ্রবগা হৌজিক্কা শম্নহনবা, মঙগা তাইবংগা পুনশিন্নরকপা মওং কয়া য়াওই। অয়েকপা লাইগা মীগা অমতা ওইবা ফাওবা উৎলকই। চাংয়েং লীলা ওইবনা ঈশৈ হাপতে।

খোঞ্জেলদি (অপুনবা অসুং নাইতোম) থোকহল্লি মতাং মতাংদা। মহাক্না থাজে চুম্নগী কল্পনাগী মতেংনা পাবা অইবা ড্রামানা মহাক্কী নীংলিবসি ফোঙদোকপা ঙমলোই। চপ চাবা ষ্টেজদা পুথোক্তুনা লাইয়েকপনা তৌবগুম্না উৎলবতদা মহাক্কী মূর্ত্তিশিং অসি চোংথোরক্কনি। অহিংবা মশক ওল্লক্কনি।

ৰাহং অমতংদি থোরকই। পুখ্রম্ব শামু মশামক্তি নুংগী ওইবা অচুম্বা হায়বদুদি থেংনখ্রবরা? শোয়দ্রে হায়বগী মঙোন্দা থাজবা পোকখ্রব্রা? নীপা নুপীগী অচুম্বা (সত্য) হায়বদুদি য়াওরবরা? শম্না হায়রবদা মহাক্না পুন্সীবু মশক খঙলে অচুম্বদুউরে হায়বগী দাবী তৌখ্রবরা?

চিংনবা লৈতনা খুম্বা য়াই — উখিদে। মহাক্কী লীলা অয়াম্বা ৰাহং ওইনা লোইশিল্লি। ঈংনা শান্তি ওইনা অরেপ্পনি হায়বগী ঈঙ্গিৎ উৎতে।

মহাক্না হায়জরি — ঐনদি অসুম্না উজরি। ফজবরা চুম্না য়েংবীয়ু। অতোপ্পা মীৎয়েং অমদগী অতোপ্পা মশক কয়া ওইরকপসু য়াই। অসিমনা মচুমলে হায়বা য়াম্না লুই। করিগুম্বদা অচুম্বগা অচুম্বগা মুক্লরকপগী য়াওই শামুগী "অতোনবী" হায়বা লীলাদা। লোইশিল্লকপদা লাঞ্জদবী নুপী অনিমক (অহন অমসুং অতোম্বী) মপুরোইববু থাদোকখি। পূন্নমক চঙরক্না লৈহৌই — মমা, মপা অমসুং মপুরোইবা অদুগা লেঙদ্রবা অচুম্বা (সত্য) হায়বা অমা লৈবরা হায়বদুসু শামুনা চপচানা থাজবা ঙমদে। অসিনা মশাদা ফাওবা ঙমদ্রে শান্তি অমসুং তৃমিন লৈবগী। মসিমদি যুগ অসিদা হিংলুবা মতমগী মী ওইরুবগী মহৈনি। অসিনা "মীকুপ অমত্তং" হায়বা লীলাগী লোইশিল্লকপদা মপুরোইবা অফিসারগা কায়নরবী ইবেয়াইমনা খাঙঙমদনা লাউই — "হে লাই। চীরোল তৌবা, শেনজাবা ইবুংঙো। নহাক্কি ঈচা-মীচা, য়োংলৈ-মেলৈগী ৰাখল অসি করম্বা মতমদা মাঙখিগদগে?" মসিগী পাউখুম ফংদে। লোইবা নাইদ্রবা মতম অসিগী থম্মোয় শোক্লবা ৰাহংনি। ঈংরাজীগী প্রোব্লেম ওব ইভিল হায়বদুনি, ৰাহং অসিমক পুখ্রম্ব শামুনা মহাক্কী লীলা কয়াদা হংলি। ঙাইরি মহাকসু "পুন্সীগী অপেনবনা থল্লবা মীকুপ অদো"।

ঐহাক্না শামুবু ৰাহং হংবা নিপা অমগুম্না উই। মহাক্কী লাইরিক অয়াম্বনা ফোংদ্রিবা ওইবনা হৌজিকমক মহাক্কী আর্টপু নৈনবদি ওইথোক্তে। অদুবু শান্নখিবা লীলা খরদা মহাক্না হংলিবা ৰাহংশিং অদুনদি অয়েংবব্ তপথহন্দে। মমিং চৎলবা ফ্রান্সকী লেখক আন্দ্রেমার্ল হায়বদুনা হায়খিবা অমা লৈ। মীওইবগী পুন্সীগী মতাংদদি ৰাহংগী য়ৌশিনবা মশক্না

মহাককী পাউখুমদগী হেন্না মরু ওই। ("And it is possible that, in the realm of human destiny, the depth of man's questioning is more important than his answer. : Anti- memoirs : Andre Malraux : Penguin : 1961) অয়াম্বদা পাউখুম পীরমদবা পুখ্রম্ব শামুগী লীলাশিংগী য়ৌশিনবা ৱাহংশিংগী মশক খরনদি চুম্নগী পাউখুম থনম্বদগীবু হেন্না ফজবরা হায়নীংই। ৱাহংগী মনুং ৱাহং থনমই।

মণিপুরগী তোমথিন ঙাল্লম্বা নাট্যকার পুখ্রম্ব শামু ঐখোয় কাউবা চুমদে। মহাক্কী লীলাশিং তোয়না শান্নবা চুমই। লাইরিকশিংসু য়াবমখৈ ফোংদোক্লবা সরকার অমসুং প্রজাশিংনা মীৎয়েং চংবীবা চুমই। মহাকপু কাউথোকপদৌনা তৌরবা সাহিত্যগী অমসুং আর্টকী সমালোচকশিংনা নৌহৌনা অমুক মহাকপু শকখঙনবা হোৎনবা চুমই। চহী ৩৬ মুক্তা হিংখিবা পুন্সীদা ড্রামাগী ভোল্যুম ৪০ মুক থনম্বা অসিনা মহাক্কী থিয়েটরগী প্রতিভা অসি শীংথানবা য়ারবা অমনি হায়বসিমদি চপচানা প্রমাণ তৌরে। পুন্সীবু কুপ্না য়েংশিনখিবা, মতমগী ৱাহং কয়া থনম্বা অমসুং অচুম্বা থিবগী খৌরাংবনা পুন্সীবু তপথহনখিদবা লীলা ইবা অমসুং ডাইরেক্তর পুখ্রম্ব শামুনি। ❑

১৯৯৫ ইং

# দেশ ভক্ত অমা ওইনা ইরাবত

জন-নেতা ইরাবত কুনশুবা শতাব্দী হৌরকপদা ওইরকখিবা মণিপুরগী মীকপ থোক্লকপগী লমজিং মৈরা পায়খিবা মীওইশিংগী মনুংদা অথোইবা অমনি। ইংরাজী ৱাহৈদা রেনেসাঁস মেন (নবজাগরনগী মীশক)। মহাক্না শোক্তবা মায়কৈবু ইরৈ লৈরমদে — সমাজ সেবা, শান্নখোৎনবা, থিয়েটর, জগোয় ঈশৈ, ধর্ম্মগী মাঙশিল্লকপা মশক শেংদোকপা, সাহিত্য অমসং রাজনিতি। লমদম অসিগী ৱাখল অমসুং থম্মোই, পুন্সি মীৎয়েং পুন্নমক্কী অহোংবা অমা (ইংরাজী ৱাহৈদা টুটেল রিভোল্যুসন) পুরকপনি। মায়কৈ পুন্নমক্তসু মহাক্না মপুং ফানা লমজীংবনি। শীংথানবা য়াবা দান তৌবীরম্মী। তোঙান তোঙান্না মহাক্কী শকলোনশিংবু নৈনবা য়াই। অদুবু মতাং অসিগীদমক্তী মহাক্কী দেশ ভক্তি অমসুং মদুগীদমক্তা কখোকখ্রিবা পুন্সীগী মীৎয়েং মশক্তু নৈনজরি।

অহানবদা ঐখোয় খঙদোকপা য়াই — করম করম্বা ৱাখল পরীংনা ইৱাৱতকী পুন্সী শাগৎখিবগে। মণিপুরী সংস্কৃতিগী লৈহাওদি হান্নগী লৈজরম্বা কলচরগী মথক্তা মরা চেৎনা লৈরক্লবা তান্ত্রিক সাধনা অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মনি। মপান্দগী কন্না চঙলকপা নুংশিৎনা মহাত্মা গান্ধীগী লমজীং মখাদা ভারত শীনবা থুংনো চত্থরিবা সত্যগ্রহ, মহামুনি কার্ল মার্ক্স না ময়েক শেংহল্লকপা সমাজবাদ, বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী পাক্লবা পুন্সী মীৎয়েং, বঙ্কিমচন্দ্র অমসুংশরৎচন্দ্রনচিংবগী সাহিত্যগী মীৎয়েং। মহাক্কী পীথোরকপা শক্তিনা পুন্নমক অসিবু চুপশিল্লগা তোপ তোপ্পা পুন্সি মীৎয়েং অমা শাগৎলকপগা কোন্ননা অসুম অসুম পাকথোকহল্লমই। বন্দে মাতরমগী মন্ত্রদা দীক্ষা লৌখ্রবা ইরাবতনা পুন্সীগী অরোইৱা শরুক্তা লৌমী শিন্মী রাজগী অমসুং অনৌবা মণিপুর অমগী মঙদা থৱায় থাখি। পুন্সীগী নুংঙাইবা পুন্নমক মমা লমদমগী পুজাদা অমসুং মমা মশক খঙনৱা হোৎনৱদা কৎথোকখিদুনা চপচাবা কবি অমগী পুন্সি লেনখি। মশাগী ওইজবা পুম্বা মমা লৈবাক্কী চরন্দা কৎথোকখি। সমাজবাদগী মশক য়ামখ্রে — আদর্শবাদী, বৈজ্ঞানিক, দেমোক্রেটিক, কম্যুনিষ্ট (রশিয়াগী সমাজবাদকী মশক্তগী হৌরকপা) অসিনচিংৱা। নোংচুপকী পণ্ডিত

অমনা সমাজবাদপু কোক কয়ানা পঙউপতা উপশিন্দুনা মশক মরীন নাইদ্রবা টুপী অমগা প্রমাণ তৌই। মহাত্মা গান্ধী ফাওবা মশামক্তা কম্যুনিষ্ট অমনি হায়না চাউথোকচরিবনি। লৌমী শিন্মীগী লৈত-লায়রবগী অমসুং ওৎপী নৈবিরবশিংগী মীচংদবু লেপ্লরুবদি সমাজবাদকী ৱাখল চংলক্লে হায়না লৌবা য়ারে। ইরাবত ছাত্রগী পুন্সীদগী সমাজবাদী অমা ওইরবনি। ৱাখল অসিনা লমজিংদুনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা (১৯৩৪) হৌবদগী অদুম সমাজবাদকী ৱাখলগা কোন্নরক্লবনি। কংগ্রেসমক্কী ৱাখলোন্দা লৈরবসু বুর্জুয়া বিপ্লবকী মীৎয়েং চেনবা কংগ্রেসকী ৱাখনলোন মহাক্কী নত্তে। ১৯৩৮ দগীদি চপচানা রাজনিতিদা চঙলে। শিলেট জেইলদা (১৯৪১-৪২) ভারতকী কম্যুনিষ্ট পাটিগী নেতাশিংগা থেংনরকপদগী অমসুং থোইদোক্লসু কম্যুনিষ্ট সাহিত্যবু কুপশিন্না পাবদগী ক্লাস ষ্ট্রগল (হাৎনবগী ৱাখন নত্তে) মশক খঙলকপদগী চপ চানা কম্যুনিষ্ট অমা হায়বদু ওইরকপনি। মহাক্লা মণিপুরগী অহানবা কম্যুনিষ্টনি। খাদী শেৎপা অমসুং বিদেশী ফি মৈ থাবা ইহান হান্না হৌদোকপা মহাক্কী। শিলেট জেইলদগী থোরকপদগীদি হান্না ওইরম্লবা সমাজবাদী অদু চপচানা ভারতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা অমগী শকতম লৌরদুনা ১৯৪৩ দগীদি চোংথোরকই। মসিদগী মমায় অদু লৈথোকখিদ্রে।

হংলকপা য়াই — কম্যুনিজমদি ইন্টর্নেসনেললনি, মীওইবা পুম্বগীনি। মসিদা শাগৈ. জাৎ, দেশ, বিদেশ খায়দে। মহাক্কী মমা লমদমদি পৃথিবীগী লৌমী শিন্মীশিং জগৎ পুম্বনি। মতাং অসিদা কমদৌনা স্বদেশ প্রেম চঙলক্কদৌরিবনো?

কমদৌনা মমা ভারত অমসুং মমা মণিপুরবু নুংশিগদৌরিবনো? জননেতা ইরাবততি তশেংনা মানববাদী (হ্যুমেনিষ্ট) নি। রবীন্দ্রনাথ, মহাত্মা গান্ধীনা ওইবগুম্না। মানববাদকা স্বদেশ প্রেমগা পুনবা য়ারোই হায়বা লৈতে। মীওইবসু নুংশিবনা য়ুম্ফম ওইরগা মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা লমদমদুবুসু নুংশিবনি। মহাত্মা গান্ধী নেসনেলিষ্ট অমনি। অদুবু ইন্টর্নেসনেলিষ্ট অমনিসু হায়না মহাক্লা দাবী তৌবা লৈ। পৃথিবী পুম্নমকপু অমতা ওইনা উবা ঙম্নবা, শান্তিনিকেতনদা সংস্কৃতি পুম্নমক্কী অপুনবা ঈচেল চেহ্মিন্নবা হোৎনখিবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর ফাওবা বাংলা দেশপুদি চপচানা নুংশিখি। অসিনা কবিনা শকখি —, বাংলাগী লৈবাক, বাংলাগী ঈশিং, পূন্য ওইহনবীয়ু হে ভগবান।...(বাংলার মাটি, বাংলার জল, পুন্যহেকে, হে ভগবান, - রবীন্দ্রনাথ)। অসিনা কম্যুনিষ্ট ইরাবতনা ভারতপু অমসুং মপুং ওইনা মণিপুরবু নুংশিজবদা অকায়বা লৈতে। অদুগা নেসনেলিজম হায়বসিসু

য়াম্নমক অথুবা মীৎয়েংদগী অমসুং পূম্নমকপু নমথনীংবগী মশক লৌরক্লবদি য়াম্নমক খাঙওমদবা মশক্নি। মসিমক্তা জাপান, ইটালী অমসুং জর্মনীদা তৌখিবগুম্না নাৎসীবাদ অমসুং ফেসিজমগী মশক থোরকই — নাৎসী হায়বদি নেসনেল সোসিয়েলিষ্ট পার্টি হায়বনি। ইরাবত ফেসিজমগী মায়োক্তা লেপখী। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা থোরকখিবা ফেসিজমগী অকীবা মশক্কী মায়োক্তা জননেতানা চপচানা লেপখি। কম্যুনিষ্ট রশিয়ামকসু হিটলরগী জর্মনশিংগা অহানবা মরূপ ওইরম্বদগী মশক চপচানা খঙলকপদগীদি হিটলরগী মায়োক্তা লান চৎথখি। ইরাবত ফেসিজমগী মায়োক্তা লেপখিবা মীওইবগী পুন্সীগী মমল খঙবা কম্যুনিষ্ট অমনি, স্বদেসী ভক্তনি। মমা মণিপুরগী অথোইবা মচানি।

মমা লৈবাক্কীদমক চথখিবা, থোইদোক্নসু ১৯৩৮ দগী নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী লুচিংবা ওইনা, খর লৈরগা প্রজা সম্মেলন (ভারতকী অৃতৈ রাজ্যশিংদনা মিংগৌই — ষ্টেট পিপলস কন্‌ফরেন্স) গী লুচিংবা অমা ওইনা চথখিবা জননেতাগী লানজংসি ভারত পূম্বদা মহাত্মা গান্ধীগী লমজিং মখাদা চথখিবা মশক্তা চাংদম্নব য়াই। ভারতকী লানজংবু ইটালীগী মার্ক্সিস্ট দার্শনিক গ্রামসে না লানতৌবা - লান লেপ্পা - লান তৌবা (ষ্ট্রগল-ট্রুস-ষ্ট্রগল) হায়না নত্ত্রগা ফীবমগী মতুংইন্না তৌবা আন্দোলন কৌই। মসিবু অমুকসু হেজিমোনিষ্টিক লানজং হায়নসু খঙনৈ — প্রজা পুম্বগী ৱাখল অমসুং থম্মোয়বু কুইনা চথরগা খুদুম চনশিন্নবা হোৎনরকপনি। ইরাবতকী লানজংদসু নন কোওপরেসনগী, মশক ওইবা খাজনা থীদবা তেরাপাম্বী য়ানবা, ঙা ফাদোকপা হায়বনচিংবা লানজং মচামচা চঙশিনবনি। বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদকী অমসুং তিন্নরিবা নিংথৌগী শক্তিগী মায়োক্তা শীংনবনি। সাহেব অমসুং নিংথৌদা কোক হাইগৎপা ঙমজদবা, মীচৈ মীনা কয়া খাঙদুনা লৈরম্বা, অকিবগী ভুৎ অদু তানথোকখিনবা পাম্বৈনি। অদুবু অদুম লান্দা তৌদুনা লৈবদি ওইথোক্তে। পোত্থাবা তাই। চোকথরবা হকচাংদা পাঙ্গল অমুক হাপ্পা তাই। মতাং অসিদনা লান লেপতুনা সমাজ সংস্কারগী ওইবা মশক্তা প্রজাশিংবু চথহল্লি। সমাজগী তোখাই তোখাইবা কাংলুপশিংগী থৌনা শেমগৎপা তাই। অসিনা ১৯৪৬ তা কাছাড়দগী থোরক্লগা ইরাবতনা লিংখৎখি — কৃষক সভা, প্রজা সঙঘ, ছাত্রসম্মেলনী, মহিলা সম্মেলনী অসিনচিংবা। হান্ননা মহাক্তি মপান্দা মসিগুম্বা সংস্থানশিংগী নেতা ওইদুনা লাক্লবনি। মণিপুরগী ১৯৩৯ গী ডিসেম্বরগী তাং ১২ দা হৌখিবা নুপী লানসু মায়কৈ অসোমদগী য়েংবা তাবনি। লানজংদি চেংগী ওইবা য়াই। অদুবু মীৎয়েংদি নীংতম্বগী লানফম্নি। শন্না হায়রবদা

প্রজাশিংগী খাখল অমসুং থম্মোয়দা থৌনা হাপ্পগা লোয়ননা অঙম্বশিংগসু লাম্বা তৌদুনা মায়থীবা পীবা ঙমগনি হায়বসিগী থাজবা পোকহনবনি। মসি অরায়বা খ্রাফম নত্তে! মতম শাংনো চখরক্কদৌরিবা ট্রেনিং মখল অমনি। মসিনা ইরাবতনা চখ্খিবা নীংতম্বগী লানগী মশক অসি মথক্তা পনখ্রিবা মতাং অহুম থোক্লা মতম শাংনো চখবা হেজিমোনিস্টিক ষ্ট্রগল অসিগী মীৎয়েংদগী মশক খঙনবা হোৎনবা য়াই। অসুম্না অমুকসু আইনগী খাজিল্লিবা পনগী মনুংদা গান্ধীজিগী কনষ্ট্রকতিভ প্রোগ্রামগী মতৌগুম্না সমাজ সংস্কারদা চঙশিনগনি। তাঞ্জা চারগা আইনবু শীংনদুনা অসহযোগ আন্দোলন চঙশিনগনি। খুংলাইদি লৈতবনিনা অহিংসাগী লান ওইবদি তাবনি — হিংসাগা মায়োক্নরবসু।

অদুবু পুংদোংবমগী ঘটনা অদুগী মতুংদগীদি (সেপ্তেম্বর ২১, ১৯৪৮) ইরাবতকা মরি লৈনবা সংস্থান পূম্নমক আইন্না থিংখ্রবনিনা হিংসাগী লম্বীদা চঙশিল্লকপা তাখি। নাকল অমরোমদা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী বি টি রনদিবে থেসিস ইনবগা লোয়ননা তেলঙ্গানা স্টাইলদা লৌমীশিংগী লালহৌ অমগী পোলিসি চখরকপনা ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা হায়বা অদুমক ওইখি। লানসু তৌদবা য়াদবনি। মরমদি কল্লবা সরকারগী খুৎলাইগী শক্তিসু য়াম্নমক কন্না লান হৌরিবা প্রজাশিংবু নমথনবা হোৎনরকপনা আন্দোলনকারীশিংনা কোয়চেন চেন্দুনা ঙাক লৈবসু ওইথোক্তে। মতাং চানা মায়োক্নবা তাবনি। হিংসা শিজিন্নবা তাবনি। শিলেট জেইলদগী থাদোরক্লবা ইরাবত কম্যুনিষ্ট অমা ওইনা চোংথোরক্নুনা জাতিগী ওইবা কম্যুনিষ্ট কনফরেন্স কয়া য়াওরুরবা তুংদা অমসুং কাছাড়দা ফাওবা আইন সভাগী মীখলদা কম্যুনিষ্ট কেন্দিদেট অমা ওইনা লেপ্লুরবা ইরাবতনা ১৯৪৬ তা মণিপুরদা লৈরকপদগীদি ভারতকী কম্যুনিষ্ট পার্টি ব্রাঞ্চ লিংখৎলো হায়বগী পাউজেল অমসুং য়াথং কয়ারক হন্না থারকই হায়বগী রেকোর্দ লৈ। অদুবু মহাক্না লিংখৎখিদে। ১৯৪৮ গী আগষ্ট তাং ২৩ দা মণিপুরদা জিলাগী থাক্কী শাখা অমা লিংখৎলি। মসিগী মরম লৈ। শম্না হায়রবদা পার্টিগী চৈরাকতগী লমদম অসি মশক খঙনা নুংশিগী লানওংদা হেন্না মহাক্কী মফমদা মরু ওইখিবদগীনি। মসিগীদমক মহাক চৈরাক ফংখি। মতোমতবু লাম্লে হায়জহল্লি (সেল্‌ফ ক্রিটিসিজম)। মহাক্কী পুন্সী ইবা ছত্রধারি সিংহনা হায় — মশামক্নদি য়াম্না য়ানিংদনা। মতাং অসি খরগা কুপ্না নৈনবা চঙগনি। নৈনবা অসিদগী ইরাবত মশামক্না মাসের্ল টিটোগী লাইন (নেসনেলিষ্ট লাইন) চৎলমদুনা লাম্লে হায়রিবসিগী অর্থ থোরক্কনি। ১৯৫০ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১১ দা ব্রহ্মদেশতা

থুংখি — কম্যুনিষ্ট লালহৌবশিংদগী মতেং লৌরুনবা পার্টিগী অয়াবগা লোয়ননা। খৎনরম্বা পার্টি অহুম — কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্মা, বর্মিজ কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং পিপলস কমরেদ পার্টি — তাইশিন্নদুনা মায়পাক্লা মণিপুর লোমদা থোরকপদা সমজোক ময়াদা লৈবা তাংবোদা সেপ্তেম্বর ২৬ তা নাদুনা শিখি। মসিনা ইরাবতকী লাঞ্জংগী চাউরাকপা মশক অমনি।

হৌজিক খন্নগদবা ৱাফমদি — জননেতাগী ইমা হায়বসি ভারতপুরা নৎত্রগা মণিপুরবুরা? ভারতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নেতা ওইরবনিনা, থোইদোকনবু অৱাং নোংপোক (মহাকপু কৌহি - মাইকৈ ঙাকপা সিমান্ত প্রহরী-হেমাঙ্গ বিস্বাসনা) নেতা অমা ওইরিবনিনা ভারতপু মমানি খন্দে হায়বদি য়ারোই। অদুবু মহাত্মা গান্ধী, জৱাহরলাল নেহ্রু অমসুং নেতাজীগুম্না তোপ তোপ্পা প্রদেশ অমগী ঙাক্তা খনদনা বন্দে মাতরমগী ইমাসি ভারতপুনি হায়না খনখিবা অদুমক্তি নত্তে। ইরাবতগী স্বদেশ প্রেম ভারত ঙাক্তগী নত্তে — মণিপুরগী চাউরবা শরুক অমা কল্লি। অপাকপা ভারতকী খোল্লাওদা মণিপুরবু কাউথোকপা ঙমখিদে। ভারতপু নেসন অমা ওইনা লৌরবসু মণিপুরবুসু সব-নেসন নত্রগা অপীকপা নেসনেলিটি অমা ওইনা খল্লম্মী। অসিনা মহাক্কী অপুনবা ভারতকী মঙদা ফেদরেল ওইবা মশক্তা জাতি ময়ামশিংগী অপুনবা ভারত (ইউনাইতেদ ষ্টেটস ওফ ইন্দিয়া) হায়বা অমা য়াওরি। চীং তমগী অপুনব মণিপুরনা কবো তম্পাক ফাওবা য়াওনা থায়নগী মীংচৎকা লোয়ননা নীংতম্নবা ভারতকী থাদোক্লবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইনা মশানা লৈঙাকচবা লমদম অমগী মঙ ইরাবতকী লৈরমই। যুগ অসিগী খোল্লাউ — সেলফ দিতার্মিনেসনগী দাবিবুসু মহাক্না শৌগৎলম্মী। মতাং অসিদা সেলফ-দিতার্মিনেসনগী চপচাবা ৱাহন্থোক য়াম্না দরকার ওই। লমদম অদুদা প্রজাশিংনা মশানা পামজবা মতুংইন্না নীংতম্না সমাজ, অর্থনিতি অমসুং রাজনীতিকগী মশক অমা ওইহনবগী দাবী অদুবুনি। মদুবু শান্তিপুর্ন ওইবা অমসুং গনতান্ত্রিক পথাপকা খুৎশন্নবগী মশক্নি। মখোয়গী পুন্সীগী ৱারেপ পুন্নমক্তা মশানা য়ানা শেমজবা হায়বনি। অসিগুম্বা অধিকার অসি ইন্টর্নেসেনেল কোভনেন্ট ওফ ইকোনোমিক, সোসিএল এন্দ কলচরেল রাইট অনিমক্তা মীওইবগী অধিকার ওইনা হাপ্লি। অদুবু ইউনাইতেদ নেসনস কমিতি ওন হুমেন রাইতসকী ভাইস চেয়ারমেন পি এন ভাগবতিনদি অসিগুম্বা অধিকার অসিনা জাতি অমদগী তোখাইনা তাখিবগী অধিকার পীরি হায়বসি পুল্লান লানবা ৱাহন্থোকনি হায়না মত পীরি। মসি লৈবাকপু মচেৎ তাহন্নিংবশিংনা শেমজিল্লকপা অর্থনি। মরোমদোম

লেপচগে হায়বা মীওইবগী অধিকার লৈতে — ইন্টর্নেসনেল লোদসু য়াওদে। অসিনা জষ্টিস ভাগবতীগী মত মতুং ইন্নদি অধিকার অসিবু মরোমদোম লেপচবগী অধিকার, লৈবাক নত্রগা জাতি অমদগী তোখায়না লৈখ্রগে হায়বগী অধিকার হায়বসি লাল্লি। ইরাবতপু সেলফ-ডিটর্মিনেসনগী অধিকারদা থাজে হায়দুনা মণিপুরনা ভারততগী তোঙান্না সর্বভৌম ওইবা শক্তি অমগী মঙ মঙলমই হায়না লৌবদি অচুম্বা নত্তে। বাফম অসি ঐহাক ইশামক্কী হৌজিক্কী ওইবা মতনি। অদুবু কবি ইরাবতনা মঙদা শাগৎখিবা শক্তমদি ইমা ভারত নত্তে। ইমা মণিপুরনি। মশকসু খঙহৌদে। শকখি কবিনা — হে লাইবক থীব খোমলেন মঙলান্দা/মপোক অসিগী/পলেমদো উরমই-/লোৎখ্রে-লোৎখ্রেনে/মূর্ত্তিদো। (ইমাগী পুজা - লামায় ২) শৈরেং অসিগী অর্থ হন্দোকপদা ডাঃ সোয়াম লোকেন্দ্রজিৎনা হায়রি — ইরাবতনা লাক্কদৌরিবা শতাব্দী কয়া লান্না মমাবু থিনিংই। তাইবংদা মমা কায়নরবা মচাগীদি মঙদা উবা মমাগী শক্তম য়েক্তুনা থম্বনা অহানবা মন্ত্রনি। (ইরাবতগী শৈরেং-সাহিত্য পরিষদ সেমিনার ঃ ১৯৯৬)। বন্দে মাতরম মন্ত্রগী ঋষি বঙ্কিমচন্দ্রগী মমাদি রাত্ত-পাদবনি (সুজলাম, সুফলাম, মলয়জ শীতলাম)। ইরাবতকী মমাদি মঙদা উবদগী হেন্দ্রি। তাইবংদা মঙফাওনদ্রি। ইরাবতনা ইচাদি ইমা লৈরি হায়বগী খোঞ্জেল তাবা ফংখিদে — অসিনা মমাবু থিরি যুগ কয়া লান্না। মঙদা শাগৎখ্রবা মমাগী মূর্ত্তি লাকশিন্দুনা। কবি ইরাবতকী ১৯৪২-৪৩ দা শিলেট জেইলদা ইখিবা ইমাগী পূজা হায়বা লাইরিক্কী (১৯৮৭ তা ফোঙবা, ডিখৌ তোর্ব্বান, কাউমুদো অমসুং কহিমা লম্বীদা হায়বা) শৈরেংশিংনা হৌখ্রবা মণিপুরগী কল্লবা নিথৌরেল — গরীবনিবাজ, ভাগ্যচন্দ্র অমসুং গম্ভীরসিংহনচিংবা থনম্বা খুদম কয়া নীংশিংবগী মতাং পল্লি। মখোয়না মমাগী শক্তম শাগৎপদা তেংবাংলি। অদুবু উরিবা থায়নগী নীংশিংবা ঙাক্তনদি ইমাগী মূর্ত্তি শাগৎতে। মপান্দগী শীৎলকপা নুংশিৎ কয়াসু, শক্তি কয়াগী ফুজিল্লকপসু মায়োক্নবা তাই। মপানগী হৈনৌ মপান্দগী কুহু মন্ত্রসু খোংলক্লি। পূন্নমক অসি কবিগী রাখলদা য়েক্তুনা থমজিল্লি। অসিনা কবিনা হংজরি — রূপ উগদবা করম্বা মতমদনো?/নোংবু চৈহৎলি থিনা/-মতম চাদনা হৌদে কুমগী নোংনা/উরগদ্রা ফজরবী মাতৃভুমী? (ইমাগী পূজা ঃ মাতৃভুমী ঃ লমায় ৩৯)।

বিশ্ব কবি রবিন্দ্রনাথনা মতাং অমদা মমা বঙ্গদেশতা হায়জখি — ইমা, নচাশিংবু চেৎনা কোনশিন্দুনা থম্বীরনু/থাদোকপিরো বন্দীশঙদগী/নচাশিংবু নহাক্তগীরা-জগৎ অসিগী, মালেম অসিগী মপুগী মচাদি নত্তবরা? কবি ইরাবতসু মচা চানবী মৈতে লৈমদা হায়জখি-

, মচা চানবী মৈতৈ লৈমা।/থম্বিরনু নচাশিংবু মৈতৈ ওইনা/মীরক তিনহনবিয়ু থাদোক্কুনা। (মৈতৈ লৈমাঃ লামায় ৬০)। কবিগী মমাগী শকফমসি হৌখ্রবা মতমগী শকফমদা নত্তে। ওইরক্কদৌরিবা মীওইবগী সভাদা ইজৎ লৈনা লেপচবা ঙম্বা মচাশিংগী মমাগী মশক্লি। মঙদা শাগৎপা শকফমনি। তাইবংদা ফাওরক্লি। অসিনা কবিনা মমাবু ঙাইজরি — চেক্লা নোংগৌবীগুম্না, মপাং কায়নরবা ঙানু থঙ্গোংগুম্না, নাতোন নাকচি হুমাং কাংনা অভিসারগী রমনীগুম- "লাপ্না- য়াম্না লাপ্না/অনৌবা দুনিয়াগী মায়কৈদা/অতিয়া মম্না কারিবা/হাইগৎলিবা উফুন উরগা/শিরবা ইংলবা হকচাংদা/চোংলকই আশাদগী মিঙ্গুম্না/খুদোংথীবা অমম্বা অহিংদা/ঙাইরি দিউটি পায়দুনা।" (ঙাইরি ঃ লামায় ২৫)।

জননেতা ইরাবতনা মহাক্কী শৈরেংদা শাগৎখিবা মমাগী শক্তম অসি মহাক্কী পুন্সি লোইরমদাই ফাওবা ময়েক শেংনা লৈখি হায়না থাজে। অসিগুম্বী ইমাগীদমক্তি মহাক্না পুন্সিবু বলিদান তৌখ্রিবা। অসিগুম্বী ইমাবুনি মহাক্না খৌরাংনা ঙাইজখিবা। থায়নগী, হৌজিক্কী অমসুং তুংদা লাক্কদবা ইমাগী মশক্লি। পীক্রবা লমদম মচা অসিগী মপান নাইদ্রবা মঙালগী মশক ওইবা মঙ অমনি। মসিনি মহাক্কী স্বদেশ প্রেমগী মশক। দেশভক্ত অমগী শক্তম। ৮

বিপ্লবীগী শক্তম্নি ইরাবত। বৈষ্ণব অমগী থম্মোয়সুনি। হিংসা অহিংসাগা মরী লৈনদে — মদুদি খুৎলাইদনি। পান্দমদি-কথোকপনি পুন্সি অমা। মহাক্কী রাখল, মহাক্কী থম্মোই, মহাক্কী পুন্সী — পুন্নমক মমা লমদমগী মূর্ত্তি য়েক্লবা হোৎনবদা অমসুং মঙফাওননবা হোৎনবদা কথোকখি। হৌখ্রবা মণিপুরবু কাউখিদে। ওইরিবা মণিপুরগী শরু ময়াম্না লাউরকপা লাইবক থীবা মীনায়গী জাৎকী খোঞ্জেল মহাক্কী নাকোংদা তাদুনা লৈখি। ওইরক্কদৌবা মণিপুরগী লংলবা মশকসু মহাক্না থাদোকখিদে। ইরাবততি লমদম অসিগী মীয়ামগী লময়ানবনি। দেশভক্তনি। কবিনি - মঙ মঙখিবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদববু খৌরাংনা ঙাইখিবা।

কবি রবীন্দ্রনাথনা মতাং অমদা শকখি -, হে অথৌবা! নহাক্কী ফমফম হাঙদুনা ঙসিদি লৈরেনে - মসিবু মপুং ফাহল্লু (তোমার আসন শুন্য হে আজি/হে বীর পূর্ন কোরো)। ঐখোয়সু হৌজিক শকলি-হে অথৌবা ইরাবত! নহাক্কী আসনসু হৌজিক্তি হাঙদুনা লৈরেনে/নহাক লেংলক্লরোইদ্রা? লাকপীরো। ❑

১৯৯৭ ইং

## তান্নখিবা লাইরিকশিং/অইবশিং ঃ

১। ইমাগী পূজা ঃ হিজম ইরাবত সিংহ ঃ ইরাবত লাইরিক ফোঙবা লুপ, ইম্ফাল - ১৯৮৭

২। মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরাবত ঃ সোয়াম ছত্রধারি ঃ সোয়াম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল - ১৯৯৬

৩। ইরাবত পুন্সিগী শক্তম খরা ঃ লাঙ্গোল ইবোয়াইমা ঃ নোহাখোল পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল - ১৯৯৬

৪। নিংশিং চেফোং (সুভেনীর) ঃ সম্পাদক ঃ এল. দামোদর ঃ দিপার্টমেন্ট ওফ আর্ট এন্দ কলচর - ১৯৯৬

৫। জননেতা ইরাবত নৈনবা (অহানবা মশিং) ঃ ইরাবত সেন্টেনরি সেলেব্রেসন কমিটি, ইম্ফাল - ১৯৯৬

৬। ইন্দিয়ান ষ্ট্রগল ফোর ইন্দিপেন্দেন্স (১৮৫৭-১৯৪৭) ঃ সম্পাদক ঃ বিপানচন্দ্রঃ পেনগুইন বুকস ঃ ১৯৮৯

৭। ইরাবতগী পুন্সি অমসুং সাহিত্য (সেমিনার) ঃ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ঃ ১৯৯৬

৮। ইশানি (ইংরাজী) ঃ চেফোং ভোল্যুম ১ বা-মরিশুবা মশিং ঃ নাগালেন্দ গান্ধী আশ্রম ঃ এপ্রিল - ১৯৯৬

৯। রবীন্দ্রনাথ (ইংরাজী) ঃ ডাক্তর অমিয় চক্রবর্ত্তী অসিনচিংবা ঃ দি বুক এক্সচেঞ্জ, কলিকাতা - ১৯৪৪

# বাংলাদেশকী খোঙচত্তা

বাংলাদেশ ঐঙোন্দদি পুন্নৌ নৌবা নত্তে। ভারতনা অনী থোক্লা খায়দোক্লিবঙেদা (১৯৪৫-৪৬) আই, এ. গীদমক মতমদুগী শ্রীহট্ট (হৌজিক্লা শিলেট) কী মুরারিচান্দ কলেজদা চহী অনি তম্লমই। রবীন্দ্রনাথতা ঙাওজবা মতম্লি। কবিমক ওইদ্রবসু ওইজনিংবগী মতম্লি। ওহ্লোক্লস্তু ফজখ্রবা মফমনি। কলেজগী মফমদু উবদা সরোজিনী নাইদুনা হায়রম্বা অমা লৈ — মসিদা লৈরবদি কবি শোয়দনা ওইগনি। ঐঙোন্দা মহাক্কী বর অসি খরগী মখৈদি লাক্লবরা খল্লি। হন্দক্কি বাংলাদেশকী খোঙচত্তদি অমুক্তুংদি চংদুনা য়েংলুই। থায়নগী ওঝা অমসুং মরুপ মপাংশিংগী নীংশিংবনা ঙাইহাক্তি পোথাহন্দে। বাংলা বিভাগকী মকোক (ডাঃ সফিউদ্দিন অহমদ) অদুনা চহী ৭০ শুরক্লবা ঐবু মহাক্কী ছাত্রশিংদা এমঃ সিঃ কলেজগী ছাত্র অরিবনি, ভারতক্তী লাকপনি হায়দুনা চাওথোক্লা লাউ-লাউদুনা চৎলি। নুংশিনা তরাম্লা ওকপিবনি। দর্শন বিভাগকি মকোক অমনা প্রিনসিপালগী চার্জ পুরমই। সিলেবসকী হংনবদা ভারতকী দর্শনদি থওইনা খন্দোক্লম্লে। নৌনা লিখৎলকইবা নেম্লেল য়ুনিভরসিটিগী শরুক অমা ওইরক্লিবা কলেজনি। য়ুম-কৈ শাবদি ফনা-নিংথিজনা পাক-চাওথোক্লম্লে। কবি ওইনা মুরারিচান্দ কলেজদগী চাওরকপনি। কলেজসিদা অমুক হঞ্জিনবনি।

মণিপুর সরকারগী তেংবাংগা লোয়নননা হন্দক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মীওই ওইনা বাংলাদেশতা চত্তুনা নুমিৎ ৮ নি লৈরকপসি ঐখোয় অহুম্লি। সভাপতি শ্রীনীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী অমসুং জেনরেল সেক্রেটরি ডাঃ থোকচোম ইবোহনবী য়াওনা।

পাস্পোর্ট লৌনবা হোৎনবদা (অথুবা মতমগী মনুংদা) পৈশা ফনা য়াম্লা তিংই। তাং ২৯ (মার্চ্চ) গী অয়ুক্তা ঐহাক্কা ইবোহনবীগা এরোপ্লেন্দা গুৱাহাতি থুংই। মথংগী নুমিত্তা এরোপ্লেন্না অমুক আগরতলাদা থুংই। তাং ৩০ দা সভাপতিসু দিল্লীদগী কলিকতারোমদা লাক্কুনা ঐখোয়গা নুংথিলদা উনরৈ। তাং ৩১ দা বাংলাদেশকী ভিসা ওফিসতগী ভিসা (নুমিৎ ১০ নিগী) লৌবা চংবা ৱাখিদে। অইবগী শাগৈনি খঙবদা ব্যবহারদুম খরা তৌরবোই

নীংই। বাংলাদেশতদি অইবশিং সম্মান মতিক চানা ফংই। মণিপুরদদি? মসিমদি পন্দ্রবসু য়ারে। তাং ১৩ গী নুংথিল পূং ২ মুক্কি অদুৱাইদা আগরতলাদগী রিক্সানা ফাওজিন্দুনা দেশ অনিমক্কি চেক পোষ্ট লানথোক্লবা হোৎনৈ-পৈশা, সনা চেক তৌই। খোন্দা কলপ্ তৌরকপসু য়াওই। অদুবু হৌনবনি। অদুদগী ওটো রিক্সানা মাইল-অহুম্মুক লানশিল্লগা অখৌরা রেলৱে ষ্টেসন য়ৌই। অঙকপদি কনা অমত্তা ওকপিরমদ্রে। অহানবা কাংবু অমগী খোঙচত্তদি চেক পোষ্ট লানশিনবদগীনা অদুম নিংথিজনা শেন্নবীবগী পাউ ফংই। ১৯৮১ দা মতম অদুগী মণিপুরগী মন্ত্রি ইরেংবম তোমপোক্লা কলচরেল ক্রুপকা লোয়ননা ত্রিপুরাদা থুংলবদা চংবা য়াখিদবদগী লৈ পরেং ৫০ মুক সাহিত্য পরিষদকী মীওই অহুম-মরিদা শিন্নখিবগী ৱারী লৈ। অখৌরাদসু কনামত্তা থেংনদবদা নিংবা কায়। অদুবু জয়ন্তিকা এক্সপ্রেস নুংথিল পূং ৪ দা থাগদৌরে খঙবদগী চেয়ারকাবদা নুংঙাইনা পূং ৪ মুক্কি খোঙচত্তা সন্ধ্যাদা শিলেট থুংই। পিরকপা ঠিকানাদি লামাবাজার তপোবননি। লমাবাজারদি য়ৌবে। তপোবনদি থেংনদে। কনানো মৈতৈ অমনা লমজিংবীদুনা কনফরেন্স হোল সিলেটকী ওডিটোরিয়মদা পুশিনবীরে। ঐখোয়গী অহানবা থবক — কনামতা ওকপিরমদে, মতুংদদি অশুম্না তৌদবা চুমইনটিংবা হায়দুনা চপচানা শাওবা ফোঙদোকপদা মখোয় ময়াম্না ঙাকপায় হায়জবগা লোয়ননা থেমজিল্লি। ষ্টেসন্দা মীবুদি থাবনি। থেংনরক্কবনি। বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী ২২ শুবা চহীগী অধিবেসনগী অহানবা নুমিৎকী সেসন অদুমদি লোইশিল্লম্লে। কবি, পণ্ডিত কয়ানা ভাষণ পীবগী পাউ ফংই। কলচরেল প্রোগ্রামসু য়াওই। মফমদুগী ইনাক খুনবা নুপা অমনা মণিপুরী একাডমি লিংখৎপদা তেংবাংগনি হায়বগী নুংঙাইবা পাউ তাই।

হন্দক্কি খোঙচৎসি ঐহাকসু খরদং কোমথোক্লা চৎপা হায়বদুনি। চৎত্রিঙৈগী মমাঙদা বাংলাদেশকী হৌজিক সাহিত্যগী অইবশিংনা ইবা অমতা নির্ংথিনা পাহৌদে। চহী ৫২ গী মমাঙগী ঐহাক্লা খঙখি-উখিবা শিলেটকী মশক অদুগা ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌবীরকইবা কাংবুগী শৈরেং-ৱারেং খরদং পাহৌবদগী হেন্না করিমত্তা তৌহৌদে। শম্না হায়রবদা হৌজিক্কী বাংলাদেশ শুকখণ্ড-খণ্ডদনা চৰ্থলি হায়বা তাই। লাইনদি য়ারোই। সাহিত্য সংসদ অসিগী লময়ানবা কবি, পণ্ডিত এঃ কেঃ শেরাম (অনন্তকুমার শেরাম) না ইবা বাংলাগী মণিপুরী সংস্কৃতিবু মশক তাকপা লাইরিক (বাংলাদেশ মণিপুরী) হায়বা অমত্তংদি থাবীরক্কুনা পাহৌই। মদুসু চপ-চানা খঙবা নত্তে। চৎলুরগা য়েংলুরগা অমুক্কা

হন্না পাবদা অর্থদুম থোরকই। শৈরেংগী লাইরিক ৪০ দগী হেন্না ফোংলবা কবি সমসুর রহ্মানগী শৈরেং অনি অহুমগা পাহৌই। ৱাফম অসিমদি হায়দোকপদা ইকায়বা ৱানি। ১৯৭০ দা ঐহাক্না য়ুরোপ চৎপদসু চোপ্না নংথ্রবনি। ফ্রেঞ্চ সরকারনা থিনবীদুনা পেরিসকী মফম অমদা শ্রীমতি নাটালে সাঁহুত (Natalie Sarraute) হায়বী অমগা উনহন্দুনা পুং ২ মুক ৱারী শাহনবদা (ইংরাজীদা) ঐহাক্না অখণ্ডবা শাদুনা ভারতকী সংস্কৃতিগী মরমদা পঙঙাঙদা ঙাঙলুই। মহাক্না তুমিন্না নোক্তুনা তায়। কোন্না মশক খঙল কপদদি জাঁপাল সারট্রনা ফাওবা ব্যবহার তৌরিবী ফ্রান্সকী শিংথানবী য়ারবী উপন্যাস ইবীনি হায়বা খঙলকই। ভারততসু থোরক্লমই। কয়াদা মথোং চাখিদ্রবা অঙাংগী থৌদৌনো! হন্দক্কি অসিদদি মদুমক্তি থোক্কে। ঙাঙবগী মথক্তা নাকোংনা তাগদবগী থাঙ্গত্তুনা লৈবা অমদি মফম কয়াদা উৎলম্মি। এপ্রিলগী তাং ৮ দা হল্লকপদসু চাইনাগী লম কোইবা ইউয়ান চুয়াংনা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী লাইরিক মপোৎ-মপোৎ পুদুনা চৎখি হায়বগুম ঐখোয়সু লাইরিক্কি নম্বো অমমমদি য়াওরক্কে। অয়াম্বনা লেম্না দান তৌবীরকপনি। য়ুমদা য়ৌরগা চয়োল অমমুক জর্নেল অমসুং লাইরিকশিং অদু থনগত্তুনা পারুবদদি বাংলাদেশ অসি মশক খরগী মখৈদি খঙলবোই নিংলে। উখিবা ময়ামদু ভাব তারক্লে। উখিবনা বাংলাদেশতনি। খঙবনা মণিপুরদনি।

ভারতনা হৌজিক নিংতম্বগী চহী ৫০ শুবগী গোল্ডন জুবিলি পালন তৌরি। বাংলাদেশতি তৌদে। ১৯৭২ দা নিংতম্বগী শক্তি পুন্না লৈরবা বাংলাদেশ ওইরকপদগী লৌদুনা ১৯৯৭ অসিদি চহী ২৫ শুবগী শিলভর জুবিলি পালন তৌরি। হান্নগী নোংপোক পাকিস্তানদি নোংচুপকী পাঠানশিংনা ওৎ-নৈবগী অমসুং মখোয়গী লৈঙাক সাসন মখাদা থম্বগী মতমনি হায়না লৌই। তশেংবদি বাংলাগী লোন অমসুং সংস্কৃতিবু মুথৎনবা ফাওবগী থবক চথরমই। নোংপোক অমসুং নোংচুপ পাকিস্তান্দা উর্দুনা জাতিয় ভাষা ওইগনি হায়বগী প্রস্তাব তৌরকই। মরোল চাওখৎলবা বাঙ্গালীশিংনা প্রতিবাদ তৌই। অদুগা ১৯৫২ দা ভাষা অন্দোলন হায়দুনা ছাত্রশিংগী লমজিং মখাদা অকনবা অন্দোলন তৌই। ছাত্র ২০ দগী হেন্না থৱায় থাখিবদগী শহীদ মিনার হায়দুনা হৌজিক ফাওবা থমলি। ঙস্বদি ছাত্রশিং অমসুং প্রজাশিংনা ঙমই। পাকিস্তানগী পার্লিয়ামেন্টকী ইলেক্সন্দা শেখ মুজিবুর রহমানগী পার্টিনা (নেস্নেল অৱামী লিগ) মেজোরিটি ওইরফাওবদা শক্তি শিন্নদবদগী ১৯৭১ দদি চপচানা নিংতম্লবা বাংলাদেশ লাউথোকই। মদুগী ফলনা জেনরেল টিকাখান থারক্তুনা

নমথনবা হোৎনবদা বাংলাদেশী পুম্বা হৌদুনা লানথেংনবদা বাংলাদেশী লাক্ষ ৩০ গী থৱায় বলিদান তৌখি। বাংলাদেশী মণিপুরীশিংসু শিবা য়াওখি। জাতি পুম্বগী অপুনবা খোল্লাওগী মায়োক্তা পাকিস্তান্না চৎপা ঙমদবগী, বন্দি মুজিবুরবু থাদোরক্তুনা ১৯৭২ দা নিংতম্লবা বাংলাদেশ মুজিবুরনা লাউথোকখি অমসুং শাসন পায়খি। ভারতনসু মতম চানা তেংবাংখি। মসিবু মুক্তি যুদ্ধ (নিংতম্বগী লান) হায়না খঙনৈ। থৱায় চাক্লবা পাকিস্তান্না শরৌ শিনবদগী ১৯৭৫ দা বঙ্গ বন্ধু — বাংলাদেশকী রাষ্ট্রপিতা মুজিবুর রহমনবু মচা মমৌ মশু পুন্না মীওই ২১ ময়ুম্মক্তদা কাপ্তুনা হাৎখি। মহাক্কী ময়ুমদু হৌজিক্তি মপান্দা লৈদুনা হিংহৌবী মচানুপী শেখ হসিনানা প্রধান মন্ত্রি ওইবদগীদি ম্যুজিয়ম ওহ্লোক্লে। মহাকপু কাপখিবদা কাপথোরকখিবা ঈ তৈরবা ফি হৌজিক ফাওবা ঙাক্তুনা থম্লি। ঐহাকসু মহাক্লা লৈখিদবদা শৈরেং মচা অমখক ইহৌদুনা অনুবাদ তৌদুনা বাংলাদেশকী পত্রিকাদা ফোঙলুবদগী তাঞ্জা অমা চারুদুনা বাংলাগী কবিশিংনা ইকুই-কুইদনা কৎখিবা বঙ্গ বন্ধুদা পিবা শ্রদ্ধাঞ্জলিগী লাইরিক্তা অনুবাদ ওইনা (অনুবাদ এঃ কেঃ শেরাম) মফম মচা অমতং ফংহৌই। বাংলাগী মুক্তি যুদ্ধগা মরী লৈননা ফোঙবা ৱারেং-শৈরেং উপন্যাস ৱারী মচা অমসুং ড্রামা পুল্লপ্পা মশীং পাবদা লাইরিক ১৫০ মুক্তি লৈরে।

রবীন্দ্রনাথতা ঙাওজরম্বা ঐহাক্লি। মহাক্কীদমক ঐহাক ইশানা হোৎনজদুনা বাংলা সাহিত্য খঙখিবনি। হৌজিক ফাওবা নুংশিৎ খরদি লৈরিবনি। জাতিগী ৱাখল্লগী অমসুং ইশাগী থম্মোয়গী নোংলৈ নুংশিৎ মরকসিদা। নোংপোক পাকিস্তান ওইরিঙৈদদি ধর্ম্মগী মীৎয়েংনা মপুং ওইবদগী রবীন্দ্রনাথপু চপচানা মখোয়গী কবিনি হায়না লৌশিনবা ঙমখিদে। মহাক্লা ইসলামবু শক খঙখিবরা নত্ত্রগা মুসলিমগী মরমদা করি ইরদনা হায়বসিনি। মসিনা নাকপাক তানরকই। লোনগী অন্দোলনদগীদি বাংলাগী জাতিগী মশক (ধর্ম্ম ঙাক্ত নত্তনা) লেপ্লকপদদি রবীন্দ্রনাথ য়াওদবা য়ারক্ত্রে। মহাক্কী শৈরেং, কাউঙমদ্রবা ঈশৈ অমসুং পুন্সীগী য়ৌশিনবা অমসুং পাক্লবা মীৎয়েংদা বিপ্লবীশিংনা য়েংশিনবদা থোরক্লে। অনৌবা আশা অমসুং অকনবা থৌনা। পুম্নমক্কি মথক্তা বঙ্গ বন্ধুদি নজরুল অমসুং রবীন্দ্রনাথতা ঙাওজবনি। মতাং কয়াদা, শিরমদাই ফাওবা রবীন্দ্রনাথকি ৱাহৈবু থাদোকখিদে। ১৯৭২ দা মী লাক্ষ ৫০ গী মমাঙদা মহাক্লা লাউথোকপদা য়াওখি, অঙাংদৌনা কপ্লদুনা — "রবীন্দ্রনাথ নহাক্লা হায়খি - নচাদা ঙাওজরবী ইমা, নহাক্লা নচা কোটি ৭ পুদি বাংগালীদমক মওইহনবীরে। মী ওইনদি শেম্বীরমদ্রে। মদুগী পাওখুম নচা শহীদ লাক্ষ ৩০ না পাওখুম

পিরি — ঐখোয় মী ওইরে।" অসিমসু মহাক্না ৱাশকখি, নিংতম লানগী মতমদা — "ঐহাক্কী সনাগী বাংলা, ঐনা নঙবু নুংশিজে" (আমার সোনার বাংলা, আমি তোমায় ভালবাসি) হায়বগী রবীন্দ্রনাথকি পরেং ১০ না ৱাংলাদেশকী জাতিয় সঙ্গিত ওইহনগনি। মসিমকসু ওইখি। অদুগুম্বা বঙ্গ বন্ধুবু রাজনীতিগী ঈরৈ মরক্তা শাসন পায়বশিংনা অমুক চপ-চানা খঙখিদে। হন্দক্তা অমুক মচা ইবেম্মা শেখ হসিনা ৱাজেদনা প্রধান মন্ত্রি ওইরবা মতমদা অমুক হঞ্জিল্লকই। রাষ্ট্রপিতাগী মীৎয়েং, সেকুলার, গনতন্ত্রিক ওইবা অমসুং — হিন্দু-মুসলিমগী ৱাংমদা লৈবা জাতিগী লেঙদবা মশক — বাংলাত্ব, জাতিত্ব। অসিগুম্বা ৱাখল হোংলকপগা লোয়ননা ভারত অমসুং বাংলাদেশ চান্নবা হৌরকপগী তাঞ্জা অসিদা, থোইদোক্লসু নিংতম্বগী চহী ২৫ গী পালন তৌরিঙে মনুংসিদা ঐখোয় বাংলাদেশতা চৎলুবনি। অদুবু সমস্যা পুম্বা কোক্লে হায়বদি নত্তে — জাতিগী পুন্সিদা করপসনগী, রাজনীতিগী, য়েংথীনবগী, ধর্ম্মগী অথবা মীৎয়েংগী, লায়রবা লমদমগী প্রজাবু শেমগৎ-শাগৎপগী অমসুং মণিপুরী থানা উপজাতি কয়াগী সমস্যাশিংদি লৈরি। ইসলাম ধর্ম্মগী কল্লবা শক্তিগা, বাংলা জাতি অমসুং গনতন্ত্রগী কল্লবা শাফুগা থেংগায়নবগী লানফমসু অদুম চথরি। সনা লৈবাক বাংলাদেশ পুন্নমক্না হায়বা ঙমদ্রি। য়ামদ্রবদা চহী ২৫০ মুক লৈরক্লবা বাংলাদেশকী মণিপুরীশিং অসি ফন কুইনা তং তাদবা পুন্সী মরেল অমদি লোয়নদুনা লাক্লি। বাংলাদেশীশিংগী নীংতম্বগী লান্দা য়ুম্নাক খরদি লৈবা ঙমদ্রদুনা খুন কয়া থাদোক্তুনা চেয়থ্রবনি। মীরৈবাক্তা চত্তুনা পৈশা তানবা কাংবু খরসু য়াওরে। অদুবু হৌজিক ফাওবা দলাননচিংবদি ইশা-শানদ্রি। মণিপুরী লোন লোনবা পাঙলগা থারগদি (লিশিং ৭) পুন্না মণিপুরী মশীং লিশিং ২০ মুক ওইবা য়াই। বিষ্ণুপ্রিয়াগী মশীংসু অসুন্না ওইগনি। লাইবক থীবদি কাংলুপ অনিমক মণিপুরী উপজাতিগী মনুং চলহল্লি। অয়াম্বনা খেন্নবা খঙদে। মণিপুরীশিংনা লৈরিবদি শিলেট, ভানুগাছ, শ্রীমঙ্গল, মঙ্গলপুর, বিশগাও, ছোটোধামার অসিনচিংবা মফমদনি। জিলা ওইনা শিলেট ডিভিজন্দা ৪ খক লৈরে, শিলেট, মৌলভী বাজার, সোনাম গঞ্জ, হবিগঞ্জ। শিলেট সহর মক্তদা লৈকায় (পাড়া) ১৩ মুক লৈ। ঐখোয় অহুম্বু থম্বসি হোটেল নত্রগা গেষ্ট হাউস কুম্বদা নত্তে — ভাড়া পীবা দলান নত্ত্রগা মৈতৈ ইমুংদনি। ঢাকাদদি অচৌবা হোটেল অমদা নুমিৎ নিনি লৈহল্লি। চাবনা মপান্দা চাককৌদুনা।

মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী অধিবেশনগী নিনি চনবা নুমিত্তদি (এপ্রিল তাং ১) য়ান্নমক

মপুং ফানা য়াওবা ঙমলে। অয়ুক্কি সেসনদা বাংলাদেশকী মণিপুরী কবি অমসু অইবশিংবু নৈনবা সেমিনার শিল্লি। ঐখোয়সু ৱা ঙাঙই। ঐহাকপুদি কবিনি হায়দুনা (অদুসু মপুং ওইনা নুংশিবগী কবিনি হায়দুনা) ময়াম্না শৈরেং খরদি চিনফা পুনরম্লে। অহানবা শৈরেংগী লাইরিক্তা ফোঙখিবা 'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানি' অমসুং 'নীংশিংলীবরা মনোরমা' হায়না হৌবশিংদু মোনোলোগ অমসুং জগোয়গা কোন্ননা থিবনচিংবা কয়ানা কলচরেল প্রোগ্রামগী শরুক অমা ওইরম্লে। ঐসু কবিনি হায়রদুনা রবীন্দ্রনাথকি ঐনা খঙজবা খরদু পুথোক্তুনা বিশ্বকবিবু খুৎলায় ওইনা শীজিন্নরে। বাংলাদেশতা হৌজিকসু বাংলা মেদিয়মদা লাইরিক তম্লি। এঃ কেঃ শেরাম অমসুং সনাতোন হামোমনচিংবা খরদি বাংলা শৈরেং ফোঙদুনা বাংলা কবি ওইনা শক খঙনরবনি। ১৯৫৫ দগী হৌনা মমারোন্দা ইনবা হোৎনরকইবনি। অদুবু ইথোরক্লবদি য়াম্নমক ফজে। না-পু তানা ফজে। বাংলাদেশকী কবিশিংগী (শামসুর রহমান, দিলৱাল, নির্মলেন্দুগুন) প্রভাব তাবনিনা ৱাখলদসু অদুম মৱাংই। মণিপুরী কবিশিং (চাউবা, কমল, অঙাংহল) গী মপোক নুমিৎককাদি পালন তৌরবসু য়াম্নমক নৈনদুনা খঙবদি নত্রি। কবি সম্মেলনগী প্রোগ্রাম য়াওই। ঐহাক্কিসু নুংশিবগী কবিনি হায়রবসু মণিপুরগী চাক্লিবা মৈরাবু শকতাকপা "তীর্থ যাত্রা" হায়বা ফনা য়াম্না শাংবা শৈরেং অমা পাথোকই। নীলবীর শাস্ত্রীসু শৈরেং থী। মৈতৈ জগোয় উৎলকপগী মতাংদদি তম্বীনবা ওঝা ৱাৎপদগী থৱায় য়াওবনা হেল্লে। চপ চানা ঈংনে-তপ্না শাবা লৈত্রে। ঐখোয়বু থম্বীবা নীলবাবু হায়বদুগী য়ুমদদি কা অনি পিবনি। মচা ইবুঙো অঙাং ওইরিবা "নিপুন" (লানঙম) হায়বা অদুমদি থওইনা পিথোরকপা অঙাং ওইদুনা রবীন্দ্র সঙ্গীত, নজরুল গীতনচিংবা ক্লাসিকেল ফাওবা য়াওনা নিংথিনা শকপা ঙমদুনা মনা-মথুম সার্টিফিকেটনচিংবা য়াম্না ফংলম্লে। চহী ১০ মুক্তা শুরিবা অঙাংনি। মহাক্না শক্তুনা বাংলাদেশকী জাতিয় সঙ্গিত তারকই।

এপ্রিল তাং ২ গী অয়ুক ঙস্তাদদি জয়ন্তিকা এক্সপ্রেসতা ঐখোয় ঢাকাগীদমক খোঙশাল্লে। য়াম্না মশা নানবা ট্রেননি। য়াঙনসু চেল্লি। বাংলাদেশকী লৌবুক-লমহাং, চীং-তুরেল উপাল ৱাপালগী ফজবা মথং মথং উরকই। ওনথোক্না ফজখ্রবা মহৌশা লাইরেম্বীগী শকফম্নি। নুমিৎ য়ুংবগী অদুৱাইদা ঐখোয়গী মরুপ ইশটিয়াক আলম (মণিপুরদসু লাক্লম্বনি) না তরাম্ন ওকপিদুনা ফনা চাউবা হোটেল অমদা এঃ কেঃ শেরামসু য়াওনা ঐখোয় মরি কা অনিদা থম্বীরে। সাহিত্য সংসদকী হৌজিক্কি সভানেত্রী পদ্মমনিদি

অতোপ্পা মফম অমদা লৈখ্রে। বাংলাদেশকী কোনুং ঢাকানি। পাক-চাউনা নীয়ম নাইনা শিনগ্রবনিনা ট্রেন থুংলবা ফাওবদা নয়াদিল্লীদা তৌবগুম্না চরাংনবগী মশক উদে। ঈংনা-তপ্পা চথে নুংথিলগী চাক্কিদমক্তি আলি অহমদ হায়বা সাহিত্যকার, সমালোচক অমসুং সরকারগী ওফিসার অমনা শিনবীদুনা মফম অমদা চায়। সাহিত্যগী ৱারী খরদি শানৈ। অচুম্ববু হেক্তা হায়দোক্লিংবা লোত্তুনা থম্বা হৈনদবা ক্রিটিকনী আলি অহমদ। মপানগী অফাওবা লাইরিকশিং অনুবাদ তৌরে। নুংথিলদনা চৎলি-মুক্তি যুদ্ধ যাদুঘরদা। মমাঙদা মতম পুম্বদা চাক্লগদবা মৈরী অমসু লৈরমই। মরৈবাক্কীদমক পুন্সি কথোকখ্রবা বাংলাদেশী লাক্ষ ৩০ দুবু নিংশিংবা ওইনা শেমগৎলকপা ম্যুজিয়মনি। চঙখিবদা লান ঙাক্তগী ওইরমদ্রে। বাংলা জাতিগী সংস্কৃতিগী লিরবা মতমগী ইতিহাসনা হৌই। ফোটো পরেং-পরেংনি। ময়ামদু কা মথং-মথং চঙদুনা উবদা পোকখি পুক্লিংদা বাংলা জাতিগী পুন্সিদা থোকখিবা অঙকপা, চৈনা, আশা অমসুং নিংতম্বগী পাউদমখোন। লাইব্রেরী অমসুং লাইরিক য়োনফম চঙলকই। নুমিদাংদা কোয়রুই 'ঢাকা তাব' হায়না খঙনবা দেবেন্দ্র মহারাজগী কাংবুদগী থোনখিবা মণিপুরী পাড়া। হৌজিক্তি য়ুম অমা ফাওবা মণিপুরীগী ওইনা লৈত্রে। অদুবু থবক তৌবা ময়ামগী ওইবনা মণিপুরী মেশ, মফম অদুগী নহারোলশিংগী অপুনবা "দি মণিপুরী" হায়বা কাংলুপনা চাক্কীদমক বার্ত্তন তৌবনি। মণিপুরী জাতিবু শকতাকপা লাইরিক (মণিপুরী সাহিত্য এন্দ সংস্কৃতি) অমসু ফোঙই। লৈববুদি লৈরি মমিং চৎলবা সুপ্রীম কোর্টকি উকিল সুরচন্দ্র সিংহ মণিপুরী পাড়াদা, ৱারী নিংথিজনা শানৈ। মত ফোঙদোক্লে।

তাং ৪ অসিমদি অয়ুক্তগী ফনা শাথীনা চিল্লে। পুং ১০ মুক তাবদা মমিং চৎলবা বাংলা একাডমী (লিংখৎপা চহী ১৯৫৫) ভারতকী সাহিত্য একাডমীগী মশক্লি। মফমদুগী পণ্ডিত খরগা ৱারী শারগা, চৎথদুনা লৈরিবা নহারোল সাহিত্যকারশিংগী চৎথরিবা ৱার্কশোপ অমদা ঐখোয় ৩ মক ৱা ঙাঙহল্লি। অইবশিংগী ৱার্কশোপনিনা রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং অমসুং সাহিত্যগী মশক নৈনবগা লোয়ননা মপুং ওইবা ৱাফম অনি হৌদোকই — মশাগী চাওখৎলবা ইতিহাস, লোন অমসুং সাহিত্য লৈরবা মণিপুরী জাতিনি, উপজাতি নত্তে। বিষ্ণুপ্রিয়া তোঙানবা লোল লোনবা কাংবুনি। জাতি অমগী লোল অনিশুফম থোক্তে। মিনিট ৪৫ মুক ঙাঙই। ৱা ঙাঙলিঔদা মদুদা য়াওরম্বা লাইয়েকপা অমনা কলম্না অপাকপা চেদা ঐহাক্কী মূর্ত্তি য়েকলমই। মিটিং অদু হেক লোইবগা খুদোলপোৎ ওইনা ঐঙোন্দা অয়েকপদু পিরকই। নীলবীর শাস্ত্রীসু হিন্দিদা নিংতম্বগী লান্দা পুন্সী কথোকখ্রবা কয়াদা

শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবা ঢাকা তান্না লাকচরিবনি হায়বদা ময়ামদু হরাউই।

মথংদা চৎলি — রবীন্দ্রনাথকী সাহিত্যবু নৌহৌনা থিজিন্নবা হোৎনরিবা রবীন্দ্রচর্চা কেন্দ্রদা (লিংখৎপা চহী ১৯৮৯)। ডিরেক্তর অমসুং হৌদোকপা অহমদ রাফিককা ৱারী শানৈ। ভারত্তা রবীন্দ্র সাহিত্য নৈনবদা বাংলাদেশতগী ফোঙলকইবা রিসার্চকি পোৎথোকশিং (হৌজিক ফাওবদা বাংলাদেশতা চাওরাক্লা লাইরিক ৫০ মুক ফোঙলে) অসি য়াওদ্রবদি মপুং ফাররোই হায়বসি নোংচুপ বঙ্গগী পণ্ডিতশিংনা ফাওবা য়ারবনি। মথক্তা পঞ্জখ্রবদুনি হৌজিকমক বাংলাদেশতা ধর্ম্মগী ৱাংমদা লৈবা, মানববাদকী য়ুম্ফমদা শাগৎপা, বাংলা জাতিগী মীৎয়েং অমা দরকার ওই। মসি রবীন্দ্রনাথনা পীবনি। মথংদা ইশটিয়াক আলমনা চাক্কৌরগা চেল্লি — ম্যুজিয়ম ওন্থোকখ্রবা বঙ্গবন্ধু শেখ মুজিবুর রহমানগী পঙচাউদি চাউদবা দলান্দা, সিড়ি কাখৎলকপদা কাপখিবা (১৯৭৫) অমসুং মদুদগী তারকপা ঈদু মফম অদুমক্তদা থমলমই মতম কুইনা নিংশিংনবা। ম্যুজিয়ম অসি উবদদি শোয়দনা লাকশিনবা ঙমগনি — মুজিবুর রহমান কনানো? মথংদা য়েংখি ঙাইহাক্তং শহীদ মিনার (লোনগী অন্দোলনদা ছাত্র শহীদশিংগী নীংশিং খুদম)। মতম কুইনা ফংদে। কোয়রুই - এডভোকেট সুরচন্দ্র সিংহগী ক্বার্টর্দা। মণিপুরীবু উপজাতিনি হায়বা তোকপদা ঐখোয়গী ওইজবা খরদি মাঙলকপা য়াবগী নুংশা থীবা উৎলি। মসিমসু মীৎয়েং অমনি। অদুবু চাউথোকচরবা মৈতৈ জাতির্নদি মসিবুদি য়াবা ঙম্লরোই। চৎমিন্নরিবা কবি শেরাম ফাওবনা সুরচন্দ্রগী মত অসিদা য়ানিংদবা ফোঙদোকই।

নুমিদাংৱাইরমদদি য়ৌরক্লে-বিশ্ব সাহিত্য কেন্দ্রদা। মসিমদি য়াম্না চাউবনি। মরক-মরক্তা বাংলাদেশকী (মরুওইনা ঢাকাগী) অইবশিং অমসুং পণ্ডিতশিং (চাউরাক্লা ২০০ মুক্কি মওংদা) পুল্লগা নুমিদাংগী চাকলেন চারগা হন্নখিবনি। নুপা নুপী, নহা-অহল লোইনা য়াওরে। সাহিত্যবু পামজরবদি পূম্নমক পুল্লরে। ভাষনগী মতাংদা অখন্নবা বক্তা ওইবগী খুদোংচাবদু পিরকই — পরিষদকী সভাপতি অমসুং ঐঙোন্দা। চাকলেন অসিগী মমাঙদা অখন্নবা পণ্ডিত খরগা কুপথনা ৱারী শান্নবগী খুদোংচাবা শিনবীরকই। ঐহাকসু তাপ হেক্তা হংই ভারতকী নোংচুপ বঙ্গগী ৱাংলা সাহিত্যগা মফম অসিগী সাহিত্যগা করিদা মপুং ওইনা খেন্নবগে? খুমলকই পণ্ডিত অমনা — খেন্নবা লৈ। মপুং ওইবা খেন্নরিবদি ৱাহৈগী অর্থ অসিনি। 'রক্ত' (হায়বদি ঈ) হায়বসি ঐখোয়দদি অনৌবা অর্থ অমা পি। চৌকি কোন্দুনা লৈবা নোংচুপ বাঙ্গালীবাবুশিংদনা চুন্নগী অর্থনি। ঐখোয়গী মুক্তি যুদ্ধনা ঈগী অনৌবা

অর্থ অমা থম্মোয়দা ফাওহল্লে। য়াম্নমক ফজবা পণ্ডিতসিগী ৱাফমনি।

অদুবু কুইনা পম্বা য়াখিদ্রে। নুমিদাং পুং ১০ দদি ট্রেন্দা ময়ামদুগা বিদায় তৌনবা তাখি। অসুক নুঙাইখ্রবা খোঙচৎ অসিগীদমক্তি কবি শেরামদা নত্তনা ইশটিয়াক আলম অমসুং মহাক্কি মরুপ-মপাংশিংদা তশেংনা লমন তোল্লবনি। নোঙাল্লমদাই পুং ৩ দা শ্রীমঙ্গলদা থুংই। অহিংদুমা কমলগঞ্জ শাখাগী সভাপতি খোইরোম ইন্দ্রজিৎকী অতিথি ওই। অয়ুক্তা খরা থেংলপনা ভানুগা তম্না টেক্সিনা থিনবীরকই। মফমদুগী চেয়ারমেনগা ৱারী মতেক অমতং শারগা মী লিশিং অমমুক্না ভাবোক ওইদুনা শিল্লম্বা সাহিত্য সংসদকি কমলগঞ্জ মশাগী চহিগী সেসনদা নুমিদাংৱাইরমদা চঙলকই। অঙকপনি - নিংথিজরবী মণিপুরী লৈশাবীশিংনা লৈচাইর-চাইরদুনা ওকপদা নুঙাইবগী মপা লৈখিদে।

মাগুব অমদা শন্দোক্তুনা শিল্লমই। বাংলাদেশকী সংবাদিক সম্মেলনগী সভাপতি রাধিকা মোহন গোস্বামীনা প্রধান অতিথি ওইরমই। খবরগী মীওই খরসু ফর্মিন্নে। ৱা ভাঙবদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী ৱাফম অমসুং উপজাতিগী ৱাফম পল্লি। ঐহাক্কিদদি সাহিত্যগী মতেক অমা থেৎচিল্লি। ইমালোন্দা মিটিং চলাইবদা বাংলা শীজিন্নরকপা য়াওই। মদু নীলবীর শাস্ত্রীনা চৈবদগী তোকখ্রে। লাই হরাউবগী ফজরবা খুৎথেক শাথেক্তা য়াম্নমক নুংশিবা ঈশৈ পরিং অমা শক্লকই। মণিপুরদা শকপগা চপ মান্ননা নাকোংদা তাবদা খঙনিংদুনা থিজিল্লুবদা মণিপুরদগী পুরকপা কেসেট ওইরম্লে। মৌলভী বাজার জিলাদা লৈরিবা ভানুগাছ বাংলাদেশতা খ্বাইদগী মৈতৈ কুংনা অমসুং য়াম্না তাবা মফমনি। নাকল অমরোমদা বিষ্ণুপ্রিয়াশীংসু খুন্দারি। মতম অমদা নুংশিনা লৈমিন্নরম্বদগী হৌজিক্তি কাংলুপ অনি অসি চঙ্নদ্রে। মণিপুরীগী মিংদা খুদোংচাবসি বিষ্ণুপ্রিয়াশীংনা হেন্না ফংখ্রে। মফমদুগী মণিপুরী ললিত কলা একাডমি লিংখৎপদা বাংলাদেশকী টাকা ক্রোর অমমুক্কি শেনফম বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা লৌখ্রে। মৈতৈশিংনা অমুক হায়রুবদা খুমলকই — পীখ্রেনা হান্ননা। ঢাকাগী রেদিও ষ্টেসনদা চয়োল অমদা থাংজদা মণিপুরী প্রোগ্রাম থমই। চয়োল অমনা মৈতৈগীনি। চয়োল অমদনা বিষ্ণুপ্রিয়াশীংগীনি। অদুবু মমিংদি মণিপুরী। মীঙোন্দা নপচবা খোৎচবা হৈনজদব চাউথোক্না হিংজবা পাম্বা মণিপুরীশিংনি। প্রোগ্রাম অসি ফাওবা লৌনিংদে। অনি থোকপদগী।

নোঙাল্লকপা তারিক ৫ গী অয়ুকসিদি ফম্না ফজনা চিল্লে। ঐখোয়বু থুংহল্লিবসি মৈতৈ ইমুংদনি। দ্রোইং কা য়াওবা চন্দ্রকীর্ত্তি কৌবা মপান লমদগসু লল্লোন ইতিক্কি মরী লৈনবা

মীওইনি। সাহিত্যদি পঙচং চঙবা নত্তে। অদুবু বাথরুমদি য়ুমদগী থাপতোক্লা থনমই। হংলুবদা খুমলকই — য়ুমগা শন্নরবদি লৈকাইনা মাংই হায়দুনা চঙবীরক্লোই। কোয়বা হৌরে — হামোম লৈকাই ভানুবিলনচিংবা। জননেতা ইরাবতনা ১৯৩৬ তা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ব্রহ্মদেশকী মন্দলে সেসন য়াওরুরগা হল্লকপদা ভানুবিলদা লৈবা কৃষ্ণচন্দ্রগী য়ুমদা লেক্লগা পাউ তম্লমই ময়ামদা। মতুংদা কয়ারকসু লাকখি। ঐখোয়না পুবা জননেতাগী মোংফমগী লৈপাক অদু মফম অসিদা কৃষ্ণচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো শম্ভুরতননা লম মচেৎ অমা কখোক্তুনা নিংশিং ফুবা (জননেতাগী) শাবগী যাত্রা নীলবীর শাস্ত্রীনা মণিপুরগী মায়কৈদগী ওইনা হুল্লমই। ইতিহাসকি খোঙচৎকি অর্থ মীওইবনা পাক হেক খঙবা ওইথোক্কে। নুংথিলদা কোয়রে রানী বাজার অমসুং মার্জিৎ মহারাজনা ১৮২৬ তা খুন্দাদুনা শেমগৎলকপা কোনুংগী লেমহৌবা মখাক্কী মশক। সনখ্বাশিং খরনা তরাম্না ওকই। ঈশিংদা লুপথখ্রবা মশক ফাওবা উরকই। মথংদা কোয়রকই খরা নুংঙাইনা পৈশা পায়না পানবা মঙ্গলপুর। মাগুব অমদা ময়ামগা উনদুনা ৱারী-ৱাতায় শানৈ। নুংথিলদদি খরা থেঙলপনা টেক্সিনা থিনবীরকপদুনা সন্ধ্যা আরতিগী মতমদা থুংলৈ শিলেটকী রাজবাড়িগী গোবিন্দগী মন্দিরদা। মহারাজ চৌরজিৎ সিংহনা শাগৎলম্বনি। লাইতবু মণিপুরীগীনি। কাংশি মখিং, খোল অহুমগী মরোল, ঈশৈগী শৈশক পূন্নমক বাংলাশিংগীনি। ভাবোক ফাওবা বাঙ্গালীশিংনা মশিঙ য়ামই। এপ্রিল তাং ৬ অমসুং ৭ অসিদি শিলেট পর্বনি। নহনফমদা হল্লো হায়দুনা নীলবাবুগী ৱার্টরদা হল্লক্লে। ওহ্যোক্লসু কুপ্না ফজনা শেন্নবীখ্রে মিংদি পনফম থোকই। নীলবাবুগী নুপী আনন্দিনী অমসুং লৈমিন্নবা অমগী ইবেমা কৈনাহল। অনিমক সাহিত্যদা থৱায় য়াওবীনি। অঙাং ওইরিবা লানঙম (নিপুন) গী ঈশৈ মখল মথেন তাবা ফংলে। জিন্দা বজারদা কৈথেল ঙাইহ্নক কারে। পৈশাদি থোইনা পুদবনিনা করিবুদি লৈরুনি। অয়ুক্কী পুং ১০ মুক তাবদা মথক্কী কলেজ (মুরারীচান্দ কলেজ) য়েংলুরে। শাহজলালগী দরগা নরসিংতিল্লানচিংবা মৈতৈ লৈকাই শিবগঞ্জগী মফম কয়াদা কোয়রে। অদুগা চাক্লা খরা থেংলপ্না শিবগঞ্জদা লৈবা ফিরোল শাবা তূবনচিংবা তৌবা 'বাংলাদেশ মণিপুরী মহিলা সমিতি' গীদা চারে। ময়াম্না তরাম্নসু ওকপীরে। আমেরিকাদা চহী ৭ মুক লৈরক্লবা নহা অমগসু থোরক্তুনা থেংনৈ। খুদোলপোৎ পীরকই।

নুমিৎ অসিগী নুংথিল পুং ৬ তাবদদি শিলেটকী শিল্পকলা কেন্দ্রগী মীওই খরগা উনবগী প্রোগ্রাম শিনবী। ভারতকী সঙ্গীত নাটক একাডমীগী মওংনি। মসিনা শিলেট

শাখানি। চপচানা ভাষন পিনদুনা চখখি। নাকল অমদা কথক জগোয়নচিংবসু ক্লাস চখরি। সভাপতি ওইখিবা শাহজলাল য়ুনিভর্সিটী ওফ সাইন্স এন্দ টেকনোলোজিগী ভাইস চানসেলর প্রোফেসর এমঃ হবিবুর রহমন্না ঐখোয়না ঙাঙবা তারবা মতুংদা খুন্নকই — বাংলাদেশকী হৌজিক্কি ফিভমদা উপজাতিশিংগী ৱাফম খন্নবা হৌরক্লে। অহানবদি পাকিস্তানগা থেঙনবদা খন্ননবা মতম ফংখিদবনি। মণিপুরী জাতিনা উপজাতি ওইফম থোক্তে। বিষ্ণুপ্রিয়া, মণিপুরীগী ৱাথোক ঐখোয়দি তশেংনা খঙদবনি। হৌজিক্তি অহানবা ওইনা তারে। য়াম্নমক পাক্লবা মীৎয়েংনি।

অরোইবা নুমিৎ তারিখ ৭ অসিদি চাব-থকপগী বার্তোন কল্লি। চাবমকসু হন্দক্কি খোঙচত্তা ইলিসা চামনখ্রদুনা হৌজিক্তি মশক উবা য়াদ্রে। নুংথিল পুং ৫ দা কিলোমিটর ২২ চৎলগা লৈবা ঢাকা দক্ষিন হায়বা মহাপ্রভুগী মপাগী পোক্লফম ঠাকুরবাড়ীদা হন্দক্কি তীর্থ যাত্রাগী লোইশিনবা ওইনা চৎলি। মেলা অমসু তৌরমই। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা কৎলম্বা মন ৫ লুম্বা অচৌবা শেঞ্জেংগী শরিক অদুমদি গুহাদা থম্দরল্লে। মন্দিরগী চেকপলগী শরুক খরসু থুগায়রল্লে। মোজাফুরিৎ অমোৎপা লীৎপা অমনা তরাম্না ওকই। মহাক প্রোফেসারনি কলেজগী। অদুগা অমতা ঙাইরবা মন্দিরবু পান্নবনি। মমিংনা রাধাবিনোদ মিশ্রনি। গৌরাঙ্গগী মপাসু কৌই - জগন্নাথ মিশ্র। হল্লক্লগা চৎলি বাময়ুস (বাংলাদেশ মণিপুরী যুবা সমিতি) কী অভ্যর্থনা সভাদা। পেন্দবা কয়া ফোঙদোকপা মেমোরেন্দম মানবা অমা পাথোকই। য়াম্নমক থৱায় য়াওবা নহারোল কাংলুপনি। ভাব তানরমদবা কয়া শেংদোক্লে। মখোয়গী গ্রুপসিনি ১৯৮১ দা মণিপুরদা বার্তন তৌরকখিবদু। হল্লকপদা নিংথিজরবা বিদায়গী সভা, লামা বাজার তপোবনদা, য়াম্নমক অপেনবা অমসুং তৌবীমল খঙবা ফোঙদোক্লমই। হায়রমই রবীন্দ্রনাথপু নীংশিংদুনা — 'চৎলমদাইদা অসিমতংদি হায়রমগে - উরিবা ফংলিবা পূম্নমক মপান নাইদে।' তাং ৮ গী অয়ুক্তা ট্রেন্দা শেন্নবী রতন মাইবা অমসুং কবি শেরামগী মনাও ইবুঙোনা। ড্রামা ইবা মতোমতা ঙাইরিবা রতন মাইবগী ফাগী মমান্নববু উশিনবা শক্তি লমশাংদা শুমহৎলি। বাংলাদেশকী অরোইবা চেকপোস্ট য়ৌবদা ঐখোয় ৩ মক্কী খোঙ শোক্লগা বিদায় লৌখি। ❑

১৯৯৭ ইং

# মণিপুরী সংস্কৃতিবু শকখঙবগি লম্বেন্দা

ঐখোয় অয়াম্বনা ঐখোয়গী সংস্কৃতিবু খঙলে হায়দুনা চাউথোকচৈ, হৌরকফমদী ইন্দো-মঙ্গোলোইদ (কিরাট) কাংলুপনিককা হায়রগা অরিবা মশকসু খঙলবদৌনা থাজনরী। তশেংবদি অরানবনি। খঙবা হৌগৎলকপদা ঙাম্নরি। থিবগিসু লেপ্পদ্রি। অদুবু পুয়া-পুরাণ খরা পারগা নত্ত্রগা মপানগি-মনুংগী পণ্ডিতশিংনা থেংনরুবা খরা পুথোক্লরগা মণিপুরী সংস্কৃতিবু খঙলে হায়বা ওইথোক্তে। খৃষ্টগী কুমজা ১৮ গী মমাঙদা লৈরম্বা সংস্কৃতিগী মশকপু ঐখোয়গীনি হিন্দুগী নত্তে নচিংবা পঙহায় হায়রুবসু য়াদে। পুন্নমকসি প্রমাননা ফাগদবনি।

মপৃং ওইবা ৱাফম খরা হৌজিকসু লেপথোকপা ঙমদ্রী। শলায় ৭ না পুন্সিন্দুনা শেমখীবা মৈতৈ হায়বা জাতি অসি করম্বা মতমদা লমদম অসিদা ইহান হান্না খুন্দাখীবগে? চপ-চাবা চঙলকপগী মতমনা করিনো? হৌরকফম চপ-চাবনা কদায়দনো? ৱাহংশিং অসি ঐখোয় চপ-চানা খুম্বা ঙমদ্রি। অয়াম্বনা ভাবনা শানরী। হৌজিক ফাওবদা ফংলিবা ফলদি হৌরকফমগী মতাং ফাওবদনি। চাইনাগী খা- নোংচুপতগি টিবতো বর্মন কাংলুপ মচা খরনা ব্রহ্মদেশ (হৌজিক্কি ম্যানমার) তা লৈরম্নগা মণিপুর য়ৌরকপনি হায়বসিমদি চাওরাক্লা য়ানরবগুম তৌই। তম্পাক্কী শরুক অসি ঈশিংনা থুমলমই, মমৈথংদা কংলকই হায়বগি ৱাফমসু শিবগি ত্রিশুলনা চীংনুংহৎতা ঈশিং চিংথোকখি হায়না থাজনবা অসিনসু প্রমান তৌরি। কিরাটশিংনা য়ৌরক্লিঙৈদা অষ্ট্রিক কাংলুপ লৈরম্বসু য়াই।

কলচর হায়বসি অহোংবা নাইদবা পুখ্রিগী ঈশিংগুম্বা নত্তে। তুরেলগী ঈচেলগুম্বনি। ঈরোং কয়ানা তিল্লি অদুগা অমতা ওইখি। হান্নগি মশক মমিং ওল্লকই — নুংগী শরুক্তি পুম্নাং মাংদ্রবসু আর্য্যগী সংস্কৃতিনি হায়না থাজনরম্বা ভারতকী সংস্কৃতি ফাওবা চাদা শরুক ২৫ তনি আর্য্যগি মশক য়াওরিবা। লেমহৌরিবা ৭৫ দি অনার্য্য হায়বদি দ্রাবিড়, মঙ্গোলোইদ অমসুং অষ্ট্রিক কাংলুপকী দাননি হায়না ডাক্তর সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়না অকলবা মত পীরি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হুন, শক মঙ্গোলনচিংরা জাতি কয়ানা তিনখ্রবা ভারতকী

মহাসাগরনি ("ভারতের মহামানবের সাগর তীরে") মীওইবা পুম্বগী হায়দুনা হায়রমই। মণিপুরসু অসিগুম্বনি। পাখংবগী মতমদগী মৈতৈ হায়দুনা চাওরাক্লা পুনশিন্নদুনা পাল্লবগী তুংদা চঙলকইবসি য়ামখ্রে। হিন্দুগী পুয়া-পুরানগি জগৎ চঙক্রে। বৌদ্ধ ধর্ম্ম য়ৌরক্রে। তান্ত্রিক ধর্ম্মগি অকনবা প্রভাব তারে। লোইনরকপদা টাই-শান সংস্কৃতিগা য়াম্নমক নকশিন্নরকপগি মওংসু লৈরে। খৃঃ গী ১৫ শুবা চাদগী বিষ্ণু মন্দির লিংখৎপগা লোয়ননা ব্রাহ্মনগি শাগৈ কয়াসু ভারতকী মফম অয়াম্বদগী চঙশিল্লক্রে। ১৮ শুবা খৃঃ গী শতাব্দীদগী শাফু কন্না বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাব তারে। মণিপুরীশিং (তম্পাক্কী) অয়াম্বা হিন্দু ওল্লে। ভারতকী অপুনবা সংস্কৃতিগী ঈচেলদা তিল্লে। ভারতকী সংস্কৃতিবু শাগৎপদা চাউথোক্লদুম জগোয় ঈশৈদা, হৌজিক্লা থাঙদা তাদা, মতিক চাবা দান তৌরে। পূন্নমক অসি লৈরোন কয়া থোক্লা লৈখ্রবনি। মাঙবদি অমত্তা নত্তে। অদুবু মচা তানা খায়দোক্লবা হোৎনবদি অরায়বা থবক নত্তে। হোৎনববুদি কন্না হোৎনরী। হৌজিকমক্কি ওইরিবা খোঙচৎকী মশক অমতং অমুক্তং হন্না য়েংথোকখিবা য়াই।

বিজ্ঞানগি মীৎয়েংদগি মণিপুরীশিংবু শক খঙনবা হোৎনরম্বা লময়ানবশিংদি টি, সি, হদসননচিংবা মণিপুরদা থবক তৌরম্বা পণ্ডিতশিংনী। মীৎ-না খরবুদি শিংহল্লি। অদুবু মখোয়না থেংনরুবা খরসি মথক্তা লমসিগী পণ্ডিতশিংগী ৱাফমদা তাংজবনিনা চপ-চানা থিজিনবা হায়বদু য়ৌদে। মখোয়না থনম্বা খরদুবুদি কান্নদবা নত্তে। তুংদা থিরকইবা ময়ামদা লময়ানবগি মশক লৌরি। মখোয়গা শম্ননা লৈখিদ্রবা ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা আর্কিওলজিগী মাইকৈদগি তৌদুনা খোত্তুনা কোরী কোম্পাক্তা ইরম্বনচিংবদু নৈনদুনা খরা থম্লমই। মদুসু অনৌবা হায়বদুনি। "পোইরৈতোন খুন্থোকপা" লাইরিকপু খৃঃ গী মাঙদা ইরম্বনি হায়বনচিংবা থাজবসি লৌবা য়াদ্রে। মাইকৈ অসোমদা য়াম্নমক অচৌবা থৌদাং লৌখিবা থায়নগী মৈতৈগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু বেদগি মতমগীগা চাংদম্নবনচিংবা হোৎনরম্বা (আর্য্য সংস্কৃতি পুমশেং শেংবনি খক হায়রমদে) পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু বিদ্যারত্ননি (১৮৮৯-১৯৬৩)। মহাক্লা বেদগি অমসুং পুরাণগি পান্দম লৌদুনা মণিপুরগী অরীবা সংস্কৃতিবু তশেংনমক অৱাংবা থাক্তা পুখৎপিরমই। মসিমক্লা মণিপুরীশিংদা অঙকপা থৌনা অমসুং শক্তি হাপখি। ধর্ম্ম, সাহিত্য জ্যোতিষ, ব্যাকরণ শুনা খঙবা পণ্ডিতরাজনি। মহাক্লা মৈতৈগী সংকীর্ত্তন জগোয়রাস অমসুং সনামহি, পাখংবনচিংবা পুথোক্লবা হোৎনরম্বসি য়াম্নমক অৱাংবা থাক্কিনি। অদুগা পূন্নমক্কি মথক্তা ভারত মহাজাতিগী অপুনবা

শাগৎলকপদা মহাক্কা লৌরমলিবা থৌদাং অসিগিদমক ডাঃ সুনীতিকুমার চেট্টর্জিমক্কা মহাকপু নোংপোক ভারতকী অগষ্ট্য মুনিনি অমসুং মতম অসিগি ঋষিনি হায়না চিংনবা লৈতনা থাগৎলমই। মহাক্কা শন্নবদগি ডাঃ চেট্টর্জি ফাওবা মণিপুরী সংস্কৃতিবু মশক তাকপদা ফনা য়াম্না তেংবাংখি। লমদমসিগী বাংলবা সংস্কৃতিগি মশক অমসুং সাহিত্যগী অবাংবা থাক্লা মহাকপু শুন্দ্বাৎখি। পণ্ডিতরাজনা হায়রম্বশিংসি হৌজিক নৌহৌনা নৈনবা দরকার ওইরি। হেঞ্জিনবা মানবা খরা য়াওরবসু হায়রম্লিবশিংসী তরাই-তরাইনা ককথৎপদি ওইথোক্তে। ভারতকী সংস্কৃতিনা, মপুংওইনা বেদগি বাখল পরিংনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা মনুং য়ৌনা চঙখিবা অমসুং মদুদগি মৈতৈগী তোপ-তোপ্পা পুন্সী মীৎয়েং অমা শাগৎলকপা ঙম্বগি শক্তি অদুমদি চামদগি হেন্না থম্বিরম্লবা পণ্ডিতরাজগি লাইরিকশিংদা থেংনগনি। অচুম্বা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। ঐখোয়না খঙজবা ঙমদবতনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপুং ওইনা চঙলক্ত্রিঙৈদা মণিপুরী সংস্কৃতিদা য়াওরিবা তন্ত্রগি চাওরবা প্রভাব অসিমসু অঙকপনি। লৈখিদ্রবা পণ্ডিত অশাংবম মীনকেতন সিংহনা শিরমদাই ফাওবদা মাইকৈ অসোমদা য়াম্নমক কুপশিন্না য়েংবিরমই। মতাং কয়াদসু ফোংদোকপিরমই। অদুবু মপুংফাবা বাফম অমা ওইনা লাইরিক্লচিংবদী থম্বিরমদ্রে। মাইকৈ অসোমদা মহাক্কী তুংইনজদুনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা তন্ত্রগি প্রভাব হায়বসিগি মতাং ইশামক্কা চহী অহুমমুক রিছার্চ তৌজরুই — ভারত সরকারগী মতেং ফংজদুনা। মপুং ওইবা ভাষণ খরা নত্তুনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকচদ্রি। মাইকৈ অসোমদসু মণিপুরসি তন্ত্রগি লমদমনি হায়বমক য়াবগি (কামরূপপু তন্ত্রগি লমদমদা চিংশিনবগুম্না) বাফম থোরকই। তন্ত্র হায়বসি শিব-দুর্গাগা তিন্নবা, হিমালয় চীংশাং পরেংদগি অমসুং অকোয়বগি সভ্যতাদগি শমথরকপা - মদুনা দক্ষিণ ভারত অমসুং খা-নোংপোক এসিয়াগী লম য়ৌনা শন্দোকখিবা লাইনিং অমসুং শাজৎ পথাপ অমনি। বেদগি মতমদগি ফাংননা চেন্থরকপা ঈচেল অমনি অমসুং মসিনা হৌজিক্তি অনিমক অমতা ওইখিদুনা ভারত সংস্কৃতিগি ঈচেল ওইরি হায়বসিদি পূন্নমক্কা য়ানরবনী। বেদগি মমাঙনি থাজনরীবা সিন্ধু উপত্যকা (ইন্দজ ভেল্লী) গি সভ্যতাগি মোহেনজদারো হরাপ্পানচিংবা লমদমগী থেংনবা মশক্তা তন্ত্রগি মশক থেংনৈ। গুরু, দীক্ষা, মন্ত্র, যন্ত্র, মূর্ত্তি পূজানচিংবা পূন্নমক তন্ত্রগি মশকনি। জগৎ অসিবু চপ-চানা লৌশিল্লগা হেন্না বাংবা থাক্তা পুখত্তুনা মুক্তি অমসুং ভক্তিগি মশক অনিমক তিন্নর্বগি চাওরবা সাধনাগি ঈচেলনি। তন্ত্র হায়বসি হিন্দুদগী নত্তে। বৌদ্ধ তন্ত্রসু লৈরি। বৌদ্ধ ধর্ম্মনা টিবেততা চঙখ্রগা

ওইরকপা হন্থবা থাক্কি তন্ত্রশাস্ত্র (Lower Tantrism) হায়না খঙনবা পোৎশেম-তুশেমদা হৈনবা মশক অমসু থোরক্লি। মসিমসু লমদম অসিদা অকনবনি। মণিপুরগী মাইবা-মাইবীশীংনা মতম পুম্বদা চঙজরী ইমা গুরু-ইপা গুরুগী মফমদা। গুরু হায়বসিমক্তি শৈব ধর্ম্মগি তোপ-তোপ্পা দান অমনি হায়না প্রোফেসার আরঃ এনঃ দান্দেকরনচিংবা মহাপণ্ডিতশিংনা অকনবা মত ফোংদোক্লি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা চঙলকইবা তন্ত্রগি মশক অসিদি য়ামখ্রে। হ, র, স, গি সাধনাদা শিবাজ্ঞা (শুবিকা) সনামহি, পাখংবা, লৈমরেনগী লাইশোন-তিনশোন্দা লাই হরাউবগি লৈশেমলোন, মাইবীশিংগী লাই ঈকৌবনচিংবগী খুৎথেক কয়াদা, মাইবীমক্কি অহানবা ফিরেপতা খুৎ অনিগি কোনশিনবা মশক্তা (শিব মুদ্রা হায়না খঙনৈ) য়াম্নমক কুপ্না য়েংলবদি হান্নগি লৈজরম্বা খরগি মথক্তা তন্ত্রগি চাওরবা মশক অমা চঙশিল্লক্লে হায়বগি প্রমাণ ওইরি। পুম্নমক অসিবু শন্দোক্না তাকপদি মতাং অসিদা ওইথোক্তে। অদুমকপু খুদম অমতংদি লৌখৎচগে।

থায়নগি ঐখোয়না থেংনরিবা খুৎন-ইবা লাইরিক অয়াম্বা (পুম্নমক ফাওবা হায়বা য়াই) "অঞ্জী" হায়বা ময়েক অকোনবা অমনা হৌই। থায়নগি ময়েক পাবা পুম্নমক অঞ্জী হায়না হৌদবা য়াদে। হৌজিক ফাওবদা মৈতৈ ময়েকপু নুংশিজবা কাংবুনা ময়েক ৩৫ গি মথক্তা অঞ্জীগা থারগা ৩৬ পামজবা কাংলুপ কয়ামুকসু লৈরী। মশক অসি সার জোন উদরোফনা চপ-চানা পুথোকপিরম্লে। আজ্ঞ চক্রগি মথক্তা লৈবা অকোনবা, লৈশেমগী অহৌবা যোগিশীংনা পামজবা হায়না অঞ্জীবু তাক্লি। ("Anji means crooked, awry, bent line. This is in shape like a bent or crooked line over a letter. This Shakti appeared in the beginning of Creation and is the beloved of the yogis — The serpent power : Sir John Wood-roffe 1974 pp 423-24) মসি মহাক্না সম্মোহনতন্ত্র কৌবা লাইরিক্তা থেংনবনি। মসিদগি ঐখোয়না খঙবা ঙমলে — মৈতৈ ময়েক ফাওবা পুথোরকপদগীহৌনা চহী চা কয়াসি তন্ত্রসাধনাদা তৎন-থানবা য়াদনা মৈতৈ লাইরিকশিং ইরক্লি। পুম্নমক্কি মথক্তা তন্ত্রগি সাধনাদি লমদম অসিগা শাগোন্নজরবা মৈতৈগী মমিং কয়া থোঞ্জরবসু লেপ্তনা চত্থরকইবনি। কিরাট জাতিগা শাগোন্নরকপনি ফাওবা হায়বা য়াই। খৃঃ গি চা ৭ কি অদুরাইদগি সংস্কৃততা লাইরিক কয়া ফোঙলক্লবা মতুংদা ময়েক শেংবা হেল্লকপনি। ভারতকী সংস্কৃতিদা কিরাট জাতিগী ওইবা দান অসি শিব-দেবীগী লাইনিং তন্ত্রসাধনা হায়বসিনি।

মরম অসিনা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী চঙশিল্লকপা মশক অমবুসু কাওথোকপা চুমদে। মাইকৈ অসোমদা অমুক থিজিন্দুনা হৌখিবা ১৯৯৫ দা ডাক্তর য়ুন্নাম মহেন্দ্র অমসুং প্রোফেসর শ্যামকহাই অনিনা চে অমা মণিপুর রিছার্চ সোসাইটিনা শিনবা সিম্পোজিয়ম অমদা পাথোকখি। চে অসিদা তাংখুলগা অঙোমগা মরী লৈনবনচিংবা কয়া পন্দুনা চীংমী-তম্মী হৌরকফম তিন্নৈ হায়বগি প্রমাণ তৌখি। ডাক্তর সুনীতি চেট্টর্জিনচিংবগী মত লৌরদুনা কিরাট জাতিগী মশক তাকখি। ঈঙৌরোক অমসুং মোন্দুমগী মহাদেবশিং অসি বুদ্ধগি মূর্ত্তিনি (লাইনিং মওংদি ব্রহ্মদেশকী হীনয়ান নত্তে, অৱাংথংবা শাখা মহায়ানি)। কোক্তা জটা পুবা বুদ্ধগি মূর্ত্তিনি। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপুগি মত ফাওবা য়াওনা কোক্তা জটা পুবগি মশক অসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকপিরম্বা গোপীগী কোকতুম্বী ফিজেৎতা হাপ্লি। মৈতৈগী অতিংকোক বৌদ্ধগী শুন্যতা (অহাঙবা) হায়বদুনি। লৈমরেল শিদবীনা অমদি বুদ্ধগী লোয়নবী আদিপ্রাজ্ঞ হায়বদুনি। খৃঃ চা ১০ শুবগি মতুংদা মণিপুরদা চঙলকপনি। সনামহি, পাখংবা অনিগী মশক নৈনবদা তান্ত্রিক বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মশক্কা চাংদম্নরী। সনামহি হায়বসি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অমিতাভ হায়বদুনি — নুমিৎকি মশক্কি। পাখংবসু আদি বুদ্ধগি অতোপ্পা মশক অক্ষোভ্যা নত্ত্রগা কালচক্রগি মশক্কি। মণিপুরগী মফম কয়াদা বৌদ্ধগী লাইনিংগা শম্নবা মুদ্রা মখল কয়াগা কোন্নবা মূর্ত্তি কয়া থেংনরী। তান্ত্রিক বৌদ্ধ লাইনিংগী মচাক কয়া মফম কয়াদা ফংলি। শমজিম্না হায়রবদা — বৈষ্ণব লাইনিংনা মণিপুরদা লাক্ত্রিঙৈদা বৌদ্ধ লাইনিংগী মশক্কা মণিপুরী সংস্কৃতিগি অচৌবা য়ুম্ফম ওইখি। ৱাফম অসি খরগা কুপ্না য়েংশিন্নবা রিছার্চ স্কোলারশিংদা বার্ত্তন তৌবনি। চপ-চানা থিজিনবা য়াই। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু ফাওবা মতাং খরদা পল্লমই। অদুবু খরগা কুপ্না য়েংশিনবদি পণ্ডিত অনি অসিনা হৌরক্লি। বৌদ্ধ লাইনিং মণিপুরী সংস্কৃতিদা চঙদে হায়বা য়ারোই। চাইনাদগী পুরক্ত্রবসু ব্রহ্মদেশকী অৱাংথংবা শরুক্তগি খরদি শোয়দনা লোইনরকফম থোকই। ফনবু য়াম্না ঙল্লম্বসু য়াই। মণিপুর ফাওদুনা ব্রহ্মদেশতা চৎলম্বসু য়াই।

তাল্লক অসিদা ১৯৯৬ তা ডাক্তর টিঃ তোম্বনা প্রমাণ কয়াগা লোয়ননা অইবা ইংরাজি ভাষণ অমদা টাই কলচর অমসুং মালয়া-পোলিনেশিয়ান কলচরগি শরুক্কা মণিপুরী সংস্কৃতিদা য়াওরকপগি মতাং অমা পুথোরকই। চথরিবসিসু বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগিনি। মণিপুরী সংস্কৃতিবু মশক খণ্ডগে হায়রদি চুম্নগি টিবেতো বর্মন কাংলুপশিংবু নৈনবদা নত্তনা হেন্না চাওবা সাইনো-টিবেতান, মোন — খমের অমসুং

মালয়া-পোলিনেশিয়ান কালুপশিংগী কলচরশিংদসু য়েংশিনগদবনি। মণিপুরীশিংগী হৌরকফমদী চাইনাগী খা-নোংচুপনি হায়বসিমদি য়ানরে। মফম অসিমক্তদসু চাইনাগী কলচর চঙবগি মথক্তা মালয়া পেলিনেশিয়ান সংস্কৃতিগি মশকসু চঙলম্বা য়ারি। ইতিহাসকি মতুং ইন্না টাই কাংলুপশীংসি নানচাউদগী হাইথরকপনি। কুইরবা মতমদগি খর-খর অসুম ব্রহ্মদেশ অমসুং খা-নোংপোক এশিয়াদা কুমথরকপদুনা খৃঃ গী ১৩ শুবা শতাব্দীদদি মঙ্গোলশীংনা চাইনাবু খুদুম চনখিবদগিদি আসামদা টাই অহোম ওইনা চঙলকখি অমসুং খা-নোংপোক এশিয়াগী মফম কয়াদা হাইথখি। মখোয়সি টারটার হায়বা কাংবুদুনি — ঐখোয়না তপ্তা লাক্লে হায়না কীনবদু ওইরমগনি। টিমুরখাঁননা ৱায়েন্নবা মীশক থারকপদু নীংশিংদুনা অঙাংশিংনা শকলি — "টিমু টিমু সনা মতোন চি চৌ" টাইগী লাইনিংদা — মি হায়বা থৱায়গী মশক অমা শীজিন্নরী — প্রানবুনা খ্বান (Khwan) কৌই। লৌখৎপা-কৌখৎপা চৎনৈ — মৈতৈগী মিকোন থাগোনবা হায়বদু ওইবসু য়াই। মাইবীনা অঙাং পোকপদা য়াংকোক্তা হাপ্পুনা থৱায়মি কৌখৎলি। অমুবা টাই (Black-Tai) লৈরী। মৈতৈসু অরিবা কলচরদা ফিমু শেৎলি। টাই নত্ত্রগা শান কাংলুপকী শারোয় মশিং লৈ-খাঙবা চৎনৈ। মণিপুরদসু চৎনরী। হায়রিবা টাইগী মি (Minh, Mee, Mi. Ming) অসি মৈতৈগী — হে থৱায় মঙামক, মিগা থানা তরুকমক হায়বদুগী মিদু শোয়দনা ওইগনি। পোলিনেশিয়ান কাংলুপকী সংস্কৃতিগী মশক্তা মী অশিবা পোৎলোইফম নত্ত্রগা ফুম্ফমনা মন্দির ওইরকই। মৈতৈগী লৈশেমলোন্দা যাওবগুম্না অতিয়া নিংই। মৈতৈগী শুক অমসুং শুম্বনগি মশক্কা মখোয়গীগা মান্নে। মখোয়গীসু ফৌওইবী লাইরেম্মাগী ৱারী লৈ। শিখ্রবা প্রেততুগা লফুগা অমতা ওইনা লৌবা মখোয়দসু লৈ। কোচিন-চাইনা-কোম, সেমী অমসুং মৈতৈশীংদা হঙোইনা লান্নবগি থাজনবা চৎনৈ।

থোরকইবা ৱাহংদি — মীতৈ/মৈতৈগী তৈ হায়বসিসু মথক্তা নৈনখ্রবা টাই নত্ত্রগা শান (কবোশীংনা কৌবা) হায়বদুগি মনুং চনবা কালুপ অমনি হায়না লৌবা য়ারবরা? বৌদ্ধ অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগুম্না কোন্না চঙলকপা য়াবগি মওংদি নত্তে। লোয়নবা তারকপনি। হকচাং দগি থোরকপা পৈ়ো হায়বা অমসু চাইনাদগী লৌরগা মালয়া-পোলিনেশিয়ান কাংলুপতা চৎনৈ। মসিবু অন্দ্রো লমদমগী থাপুং, লাইপুং হায়বসি ওইরমগদ্রা? টাইলেন্দ-লমদমদা মপান্দগি লাই-তিন চঙলক্লবদি নাগল্লি অদুনা মসিবু তাম্বোকপা লম্বী লৈ। ফয়েং লমদমগী "খন চঙবা" হায়বা মতাম্বোক অদুগা মান্নে। ডাক্তর তোম্বগি চে অসিদদি ৱাফম অসি

লোয়শিন্দ্রি থিবা হৌরকপদনি হায়না নোল্লুক্কা মত পীরি। অদুবু ঐখোয়না থৌশারমদবা, তারমদবা, উরমদবা মাইকৈ অমদি হাংদোক্লককলে।

ৱাৎলিবা অমতং হায়ববু চাইনাগী কোনফুসু অমসুং তাওগী কলচর - মপুং ওইবা মতম পুম্বগি ওইরবা য়িন অমসুং য়াং (পোজিতিভ-নেগেটিভ, নিপা-নুপীগী অর্থদা) অমসুং চীংলাই (ড্রাগোন) অসিনচিংবগী মশক অসি মণিপুরী সংস্কৃতিগি লিরবা মশক্তা চঙব্রা হায়বসিমদি কন্না য়েংশিন্দ্রি। ঐখোয়গী হয়ি, হয়া হায়বসিসু মখোয়গী য়িন-য়াং হায়বদুদগি ওন্থোরকপ্রা? মৈতৈগী পাখংবসি চুম্নগি কুণ্ডলিনিগী শক্তম লৌবা লিন ওইবতা নত্তনা চীংলাইগি মশক লৌবগি শরুকসু লৈরি। মণিপুরী থিয়েটরগি শিংথানবা মীশক সনখ্যা ইবোতোম্বী অমসুং প্রোফেসর অরাম্বম লোকেন্দ্রনচিংবা খরদি মাইকৈ অসোমদা চঙশিনবগুম তৌই।

অদুবু শিংথানবা য়াবা পেপর নত্ত্রগা লাইরিক্লচিংবদী পুথোকত্রি। মৈতৈগী পাফলগি মশক অসিগা মান্নবা টিবেতকী পণ্ডিত অমনা দিল্লীগী সেমিনারদা পুথোরকই হায়বগি ৱাফমসু লৈরি। টিবেতকী কলচরসু ঐখোয়না অমুক য়েংশিল্লুবগি মথৌসু তারী। টিবেতো-বর্মন কাংলুপনি হায়রবনিনা টিবেত অমসুং ব্রহ্মদেশকী সংস্কৃতিবুসু মশক খঙবা তাই।

খ্বাইদগী লুরিবা অমদি — পোৎশিং অমসুং মশকশিং অসি থায়নগী লেংদবা ওইনা খক লৈতে। হোংলকই, মাঙলকই, তিনশিল্লকই, অনৌবা ওইনা থোরকই। অশেংবা য়ান্নদবা কিরাট জাতি ঐখোয়না হৌজিক থিবা খঙলোই। অশেংবা আর্য্যসু ফংলোই। পুন্নমক য়ান্নরবা ঙাক্তনি। শলায় তরেৎনা পুনাশিনখিদুনা ওল্লকপা মৈতৈ জাতিনা (কবো, অৱা, চীংমীশিং অমসুং ব্রাহ্মণনচিংবা কয়াগি ঈনা তিনখিবগী মথক্তা) চঙশল্লকইবা, লোয়নরক্লিবা অমসুং হোংলকইবা মশক কয়া অসিদগি কলচরগি লৈরোন লৈরোন ওইনা লৈরগা মণিপুরী সংস্কৃতি হায়দুনা লমদম অসিতগি ওইবা মশক অমা ওইরকইবনি। মসিবু খন্দোকপা অরায়বা থবক্তি নত্তে। অদুবু টাই নত্ত্রগা টিবেতো বর্মন কাংলুপ অসিনা সংস্কৃতিগি ওল্লকইবা মশক্তা চাউরবা পৃথিবীগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা অনি — চাইনিজ বৌদ্ধ অমসুং হিন্দু তিন্নফমদগি থোরকই হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

মাইকৈ অসোমদা চঙশিনগদবা য়াম্না ৱাৎলি। খঙলে শোয়দ্রে হায়না লাউরুবগি করিমতা মথৌ তাদে। নোল্লুক্কা অচুম্বতবু থিদুনা য়াম্নমক বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা, প্রমানগি মথংদা প্রমান থিদুনা অতৎপা লৈতনা চঙশিনবা তাই।

১৯৯৬ ইং

**তাম্নজখিবা মপুং ওইবা লাইরিকশিং ঃ**

১। "Religion and Cultural Integration of India"

Atombapu Sharma of Manipur : Dr. S.K. Chatterjee, 1967, Atombapu Research Centre.

২। " Essay on Thai Culture"

Phya Anuman Rajadhon : Editions Dvang Kamol, 1968, Bangkok.

৩। "Fragments of Manipur Culture"

E. Nilkanta Singh : 1993, Omsons Publication, New Delhi.

**সংস্কৃতিগী শক্লোন ঃ**

নীলকান্ত ঃ ১৯৯১, ইম্ফাল

**বৈষ্ণব লাইনিং লাকত্রিঙৈদা মণিপুরী কলচরগী য়ুম্ফম খরা ঃ** ভাষণ মহেন্দ্র, শ্যামকান্হাই ঃ ১৯৯৫, মণিপুর রিছার্চ সোসাইটি।

The Tais and Malaya — Polynesian Factor in Manipur Culture Part - I (Paper) : Dr. T. Tomba, 1996 : MASS, Imphal.

# বিষ্ণুপ্রিয়া কনানো?

জননেতা ইরাবতনা, নিখিল হিন্দু মহাসভাগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরিঙৈদা; মন্দলেদা (হৌজিক্কি ম্যানমারগী মনুং চনবা) ফমখিবা মহাসভাগী মীফমগী ৱারেপশিংগি মনুংদা থেংনৈ — "মণিপুরীশিংগা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগা চান্নসি।" ৱাফম অসি কাছার অমসুং মতমদুগী শ্রীহট্টদা লৈরিবা মণিপুরীশিং অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়াশীং অনিগী মরীদা ওইরম্বা তাই। মণিপুরদদী সমস্যা অসি লৈতে, বিষ্ণুপ্রিয়াসু লৈত্রে।

হৌজিক্তি কাংলুপ অনিমক (মণিপুরগী মপান্দা) লান হৌনরে। হৌফমগি অকনবা চয়েৎনবা থোরক্লে। বিষ্ণুপ্রিয়াশীংনা হায় — "মণিপুরী জাতিগী কাংলুপ অনি লৈ, অমনা মণিপুরী মৈতৈ, অমনা বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী"; মসিগিদমক্তা মখোয়না আসামগী হাই-কোর্টতা কেশ তৌই, "খুমন পুরান" কৌবা লাইরিক ফোংই অদুগা ডাক্তর কালীপ্রসাদ সিনহা কৌবা অমনা লুচিংবা বিষ্ণুপ্রিয়া কাংলুপ অমনা ময়ামসিগিদমক্তা থিজিন্নবগী ভার লৌই। মণিপুরীশিংসু (মৈতৈ) তুমিন্না লৈবদি নত্তে। কেশ থেংনৈ। লাইরিক ফোংনৈ। প্রতিবাদ সভা চৎলী। "রাস্তা রোকো" গি আন্দোলন চংশিল্লি। তশেংনমক লানগিদমক শেম-শানবতা নত্তনা লানফমদমক চঙশিন্নরবনী।

মণিপুরদা লৈরিবা মণিপুরীশীংসু, মপানলমগী মণিপুরী (মৈতৈ) অমদি বিষ্ণুপ্রিয়া অনিগী লাম্থেংনবসিদা তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোক্তে, লৈথোকফমসু থোক্তে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকি চহিগী (১৯৯৪) অধিবেশনদা ৱারেপ তাই — "মণিপুরীশিংগা বিষ্ণুপ্রিয়াশীংগা তোঙান-তোঙাম্বা কাংলুপনী, হৌফমদা, সংস্কৃতিদা, লোন্দা, মসিমক্না বিষ্ণুপ্রিয়াগী মমাঙদা নত্ত্রগা মতুংদা 'মণিপুরী' হায়বা ৱাহৈ তপশিনবা য়ানিংদে"। পরিষদনা পব্লিক মিটিং তৌই। রাজনীতি দলশিংগী মীহুৎ ফাওবা য়াওই। অদুগা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা লাওরকই — 'চংশিল্লো'।

ৱাফম অসি কুপ্না খঙনদ্রিবনিনা খবরদা ইনরকপা য়াওই — "মণিপুরীগী পাকথোকপা মশক ওইনবা হোৎনরকপদা চঙজরক্তুনা মণিপুরী কৌজগে হায়ববু করি কায়বগে?

', য়াইনা। মখোয়বু লৌশিনবিফম থোক্ত্রা?" হায়বনচিংবা ময়াম অসিনা অমুক ..ৎদা চমন্নহল্লি। মতাংসিদা পরিষদনা প্রেস কনফরেন্সনচিংবা কৌদুনা শেংদোক্লবা হোৎনৈ মসিদা খবরশিংনসু মপুং ফানা সহযোগ পী। হৌজিক্তি পরিষদ ঙাক্তসু নত্তনা মণিপুরী সংস্কৃতিগী সংস্থান কয়া অমসুং ছাত্রশীং ফাওবা য়াওনা 'জোইন্ট এক্সন কমিটি' গুম্বা অমা শেন্নবা থৌরাং হৌরে।

ময়ামসিদা ৱাহং অমদি শোয়দনা থোরক্নে — বিষ্ণুপ্রিয়া কনানো? লাইরিক ফাক্লবা 'হৌরক্নে। মৈতৈশীংদা লৈরি — 'খুমন কংলৈরোন পুয়া', গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদগী ইবা হৌরগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা লোইশিল্লম্বা 'সঙ্গাই ফমাং'গি মনুং চনবা 'কালিসারোন'। অসিদসু নত্তনা চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লম্বা মতাং কয়া, গ্রীয়ারসন সাহেবকি 'লিঙ্গুইষ্টিক সর্ভে ওফ ইন্দিয়া', গেইট সাহেব অমসুং অতৈ কয়ানা থম্বিরম্বা ৱাফম কয়ামুকসু লৈ।

'খুমন কংলৈরোল'দা পল্লি — খৃষ্টগি চহীচা ১৩ গি অদুৱাইদা পানবা খুমন নিংথৌ থিংগোই হনবনা ময়াংশীংবু (কালিশাশীংবু) লানফা ওইনা কোনুং ওইরিবা নোংয়াই লৈকোয়পুংগী ময়াদা খুন্দাহনখি। মদুবু ময়াংয়ুম্ফম কৌই। মতমদুদগীনা নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক ফাওবদা মফমসিবু ময়াংয়ুম্ফম হায়না অদুম্মক খঙনরম্মী। অদুগা কোন্নথংদা কৌনরকই — 'ময়াং য়ুম্ফাল'। হায়রিবা কাংলুপশীং অসি খাগেম্বগি মতম ফাওবদা লানফা ওইনা অসুম্মক পুরক্তুনা খুন্দাহল্লি। অদুগা নিংথৌ গরিবনিৱাজগী মতমদা ফাওবা চংশিল্লকই। মৈতৈনা কাছারবু ময়াংলৈবাক কৌই। অদুগা মখোয়বুনা কাছারলোমদগী ফাওরক্তুনা লাকই হায়দুনা ময়াং কালিশা কৌই।

'সঙ্গাই-ফমাং' গী মনুং চনবা 'কালিশারোন'দনা অসুম্না পল্লি — "পুত্রম্বম কালা ৱাজা অরিবম (নোংচুপতগি চংলকপা) না কালীমাই ইবেম্মদা খুরুমই। গম্ভীর সিংহ মহারাজগী মতমদা ময়াং কালিশাশীংবু বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না মিংথোনবি অমসুং উরিক লুগুন থাংহল্লি। হান্না কৌরম্বা লমাংদোংবু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা 'বিষ্ণুপুর' থোনখি। অদুগা বিষ্ণুপুরগী মনাক্তা তাহনখিবা মৈতৈ নত্তবা কাংলুপপুসু শোয়দুনা 'বিষ্ণুপুরীয়া' হায়না মিংথোল্লমই।" মসিগী মতাংদা মণিপুরীশীংবু, মণিপুরীয়া হায়না কৌনববু পনবা য়াই। অদুনদি মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মতমদগী ওইনা, হান্নবা বিষ্ণুপুরীয়া কৌনরক্লবা ময়াং কালিশাশীংবু 'বিষ্ণুপ্রিয়া' হায়না খঙনরকপা ওইরগনি। হৌজিক্তি মশানসু বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না কৌজরে।

কালিশাবু, বাঙ্গালীশীংনা — কালাছায়ানচিংবা কৌনবা য়াওই। গ্রীয়ারসন সাহেবকি লাইরিক্তা ফাওবা কালাছায়ানচিংবা ৱাহৈ শীজিন্নবা থেংনৈ। তশেংবদি-কালিশা (কালী নিংবা ভক্তশীং হায়বদি কালীগী মচাশিং), দিমাশা - (ঈশিং অচৌবগি মচা) অসিনচিংবা লোন ফাওবগিদি চেন্নবা য়াদ্রে। মৈতৈরোল নত্ত্রে। আসামীগী লোইষ্টে নত্ত্রগা বাঙ্গালাগী লোইষ্টেনি হায়বসি ডাক্তর কালীপ্রসাদ সিনহাগি রির্সাচনা প্রমান তৌরে। মণিপুরদা লৈরম্নবনিনা মণিপুরী ৱাহৈসু চংখ্রে। লোন অসিমক্তদা অমুক, নিংথৌনাই (রাজারগাং) গি লোন অমসুং লৈমনাই (মদারগাং) গী লোন হায়দুনা অনি থোক্লি। অদুগা বিষ্ণুপ্রিয়াশীংবু হন্থবা মখলগি থবক, শজিক ফালহন্নখিবগী (শজিকলোই) ৱাফমসু পল্লি।

ময়াং কালিশাশীংসিদী কদাইদগিদী লাকপগে? বঙ্গালা দেশতা, ত্রিপুরাগী নাকন্দা 'চিটাগোং হিলস ট্রেক্ট' হায়দুনা লৈরিবা চীংশাংসিদগী রঙ্গামাতি হায়বা মফম অদুদগি লাকপনি হায়বসিদি ইতিহাসনা শোয়দ্রবা প্রমাণনি। দোম নত্ত্রগা অতোনবা শূদ্রগি জাতিনী হায়বনা গ্রীয়ারসন সাহেবনা প্রমান পীরি। মখোয়না ত্রিপুরাদা ফাওজিল্লকপা, মতুংদা আসাম য়ৌরকপা অদুগা কাছারলোমদগী মণিপুরদা চঙশিল্লকপা হায়বসিনা য়ানরবা লম্বেননি। অসুম তৌনা মখোয়না মণিপুরদা খুন্দা-লৈতারম্নগা, অৱা-লানগায়বদা মণিপুরদগী অমুক মপান্দা চৎখি। মতুংদা হল্লকপা খরা য়াওখি। মৈতৈরোল খরা পুদুনা চৎখিবা কালীশাশীংনা মণিপুরগী মপান্দা কাছার, শ্রীহট্ট অমসুং ত্রিপুরাদা লৈহৌবা মণিপুরী লোন খঙদবা কাংলুপশীংদুগা অমুক তিন্নখিবনী।

মণিপুরদা লৈরম্বা বিষ্ণুপ্রিয়াশিং, লোন অমসুং সংস্কৃতিদা অমত্তা ওইনা মণিপুরীশীংদা লুপশিনখ্রবনীনা মণিপুরী ওনখিদুনা, হৌজিক্তি মণিপুরদা বিষ্ণুপ্রিয়া হায়বা অমা তোপ্পা লৈত্রে হায়বতনি। মপা-মপুশিংদি লৈতে হায়বা য়ারোই। চৎখিবসু পংয়াম-য়াম্লম্লোয়। থৱানথাবা নিংথৌ (খৃঃ ১৪ শুবা চহীচা) গী হাক্তকতগীনা ময়াং চীংঙুরেম্বীনা নিথৌকোন্দা ওংলবগী ৱারী 'চীংঙুরেম্বী খোংলুপ পুয়া' লৈরি। খৃঃ গী ১৫ শুবা চহীচাদগী ভারতকী মফম কয়াদগী ব্রাহ্মণশিংনা মণিপুরদা চংলক্তুনা মৈতৈ বামোন ওইররি। মুসলীমশীং ফাওবা চংশিল্লক্তুনা (খাগেম্বগি মতমদগি) মণিপুরী মুসলিম হায়বদি মৈতৈ পাঙল লৈররি। অসুন্না কবোদগী অমসুং অতৈ মফমদগী চংলকপশীংবু- নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারম হায়দুন মৈতৈ পুয়াদা খঙনরি। পূন্নমক অসিনা মণিপুরী জাতিগী লোন অমসুং সংস্কৃতিদা পুনখিদুনা মণিপুরী ওইখিবনী। মণিপুরগী বিষ্ণুপ্

নিংথৌখোং, খাংগুবোক, হৈরোকনচিংবা মফম কয়াগী খুঃ গী চহী চা কয়াগি মমাঙদা শন্দোকখিবশীংদুনা মণিপুরী ওনখিবসু ইতিহাসনা সাক্ষিনি।

লুরিবদি। বিষ্ণুপ্রিয়াশীংনা মখোয়গী হৌফমবু মুথৎনবা লাক্লরী। মখোয়সী শলায় ৭ কী মনুং চল্লিবা খুমননি হায়দুনা শক তাক্লবা হোৎনজে। খুমন নিংথৌগি লানফানি, ময়াং য়ুম্ফমদা লৈহনখিবনি হায়বসি মশানা য়াজদে। য়ুমদাংবনা কৈনায় হায়বদৌনা, অর্জুনগি মচা-মগুশিংনী হায়জরদুনা, মৈতৈ চেংলৈশীংনা মখোয়বু তাম্বোকপিরকপনি হায়দুনা কন্না য়েৎলি। মরমদম রঙ্গামাটিবুদী কাওথোকখ্রে। চট্টগ্রামগী চীংলৈবাক নীংশিংদ্রে। মসিমক্তা অনৌবা 'খুমন পুরান' (মণিপুরী লোন্দা) শেমগৎলক্রে। মণিপুরসী মরমদমনী হায়গৎলক্রে। মণিপুরদা অহানবা খুন্দাবসী মখোয়নী, মৈতৈশীংনা মখোয়বু তাম্বোকপিরকপনী হায়রক্রে। ময়ামসিগিদমক্তা মখোয়গী ঙসিগি খোল্লাওদি — 'মণিপুরী জাতি অনি শুই। অমনা বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী, অমনা মণিপুরী মৈতৈ' হায়বসিনা ওইরে।

মরমশিং অসিদগী অসামদদী কনাগুম্বা মৈতৈ অমনা থবক থনাগী ইন্টর্ভিয়ুকা য়াওরুবদা 'ঐহাক মণিপুরীনি' হায়না শক্তাক্রুবদা, শোয়দনা হংনরক্কদবা ৱাফম্নি — 'অদুদি নহাক করম্বা মণিপুরীনো? মৈতৈরা? বিষ্ণুপ্রিয়ারা?' হায়বদি মপানগি মীৎয়েংদা জাতি অসিগী লোন অনি শুরে, শক্তম অনি শুরে — "মণিপুরী মৈতৈ অমসুং মণিপুরী বিষ্ণুপ্রিয়া "। মতাং অসিদা মরোল নকশিন্নবা বঙ্গালিশীংনা মখোয়বু শৌগৎলি।

অসিনি মণিপুরী বিষ্ণুপ্রিয়া লানফমগি ৱাহৌদোক। লান অসিদি মখোয়বু মাইথিহন্দ্রিফাওবদী লেপ্পা য়াদ্রি, চঙখিবা তারী। কাংলুপ মচা অমা ওইনা বিষ্ণুপ্রিয়াশীংবু নুংশি। মখোয়না মখোয়গী মমালোন চাওখৎনবা হোৎনবা অমসুং ফংফম থোকপা সংবিধাননা য়াবা অধিকারশিং ফংজনবা তানবদা মণিপুরীশীংনা য়াদফম লৈতে, শৌগৎপিফমদুম থোকই। বৈষ্ণব ধর্ম্মদা মখোয়গী দান থাগৎলি। কাংলুপ অনিগী চান্ননা লৈমীন্নবা ঐখোয়না পামদবা নত্তে। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপুংওইনা তম্বিরিবদি — 'নুংশিবা, চান্নবনী'। অদুবু লানফমদা চংনরক্লবনীনা, জাতি অমগী মথক্তা তৌরক্লিবা চুমদবগী মশক অসিমদি কোকহন্নবা হোৎনবনা মণিপুরীশিংগী থৌদাং ওইবা তারি। নুংশি-চান্নবগী থবক অদুমদি তুংদা লাক্কদৌরীবা মীরোননা পায়খৎলকপা ওইরশনু।

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপিখি -- "অর্জুন লান তৌ"। ❑

১৯৯৪ ইং

